বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

# বিষবৃক্ষ

---

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ

বঙ্কিমচন্দ্র চট্টোপাধ্যায়গী

# বিষবৃক্ষ

শ্রীঅয়েকপম শ্যামসুন্দর সিংহ



[ মমল

অকোংবা—


শ্রীকোইজম অচৌবী সিংহ
ওইনাম থিংঙেল।






১নবী [illegible]ডবা
কপী—১,০০০





নম্বা
দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিয়ন প্রেস
ইম্ফাল।

# বিষবৃক্ষ

( হু-পাম্বী )

## অহানবা মতাং

## নগেন্দ্রনা হিদা চৎপা

নগেন্দ্র দত্ত হি তোংদুনা চৎলি। কালেন থানি, অকনবা নোং-হুংশিংকী মতম্নি; মাগী মুপী সূর্য্যমুখীনা বাশকহন্দুনা হায়খি, হি য়াম্না চেকশিন্না হোলহনগদবনি, জোয়ার কায়ক্রবদি হি থাংতনা থমগদবনি। নোং-হুংশিং তৌরকপা মতমদা হিদুংদা কৈদৌংদা লৈরোইদবনি। নগেন্দ্রনা হায়রিবা বাকমশিংসি য়াবদুনা হি তোংলকপনি, নত্রবদি সূর্য্যমুখীনা চৎকে হায়বা তুকয়া য়াদে। কলিকাতাদা চত্তবস্নু য়াদে, থবক অরুবা য়াম্না লৈ।—

নগেন্দ্রনাথতি য়াম্না ইনাক খুনবা মীনি, জমিদারনি। মহাক্কী ময়ুম্না গোবিন্দপুরদনি। খুলদুনা লৈরিবা জেলাদুগী মমিংদি হায়দোক্রোই, হরিপুর হায়না হেক্তমক কৌরগে। নগেন্দ্র বাবু পাথংনি, চহি কুন্থ্রাত মতুরি। নগেন্দ্রনাথনা মাগী নিংথিনা শেম শারবা হিজাওদা চৎলি। অহানবগী নোংমা নিনিদি অশোই-অভাম লৈতনা চৎলক্লে। নগেন্দ্রনা অমুম য়েংনা য়েংনা চৎলকই, তুরেলগী ঈশিংনা অবেপ্পা নাইদনা ঝা ঝা চল্লি—হুংশিংকী ইপোমদা অগোই শারি—হুংশা মঙাম্দা শোক্লি—ইমৈরক্কা

নিল-খোংলি। ইশিংত্ পোথাবা নাইদে—ঙমথে লৈতে—হরাও-তরাম্না থল্লি। ইশিং মপান্দা তোর্বাল পরেংদা লৌবুক লম্বাংদা যনখেননহাশিংনা যন শেল্লি, কনানা উথাদা কয়রহুনা ইশৈ শক্লি, কনানা হিদাক থক্লি. কনা কনানা মৈনা-শুনরি, কনা অমনা চুজাক চারি। লৌমীনা লাঙোলনা লৌবুক খোইরি, যন কুরি, যনহুবু মীদা চৈবদগী হেন্না শাথীনা ঠংরি, লৌমী-চুস্থু অত্নম্বক অবাবা মনংলি। হিদেন খুদিংদা লৌমীগী হূপীশিংস্থু চক্ষু শেপাইরবা ফীরোল, মল্লবা কক, লুপাগী যন্ত্র. নাসিকা, পিগ্_াইগী খুংলাক, থা অনিচুপা য়াওরররুবা ফীজোন, কালিবু ঙমজরব। কুচু. খোইনা ফারবা শমম্নামগা লোয়ননা ঙাম্থোইরি। মখোইগী মরক্তগী কনাগুম্বা নিংথিবীনা কোক্তা লৈখোম তৈশিল্লহুনা মকোক লুথোক্লি। কনানা মচা ফুরি, কনানা মকমহুনা য়াওদবী, মরেকাইগী কনাগুম্বা অমা মমিংদি পল্লনা তিংথত্তুনা চৈরি, কনানা উতুপ্তা ফী শুরি। করি করিগুম্বা অচৌ-অপাংনা লৈবা খুলগী হিদেন তাকমদনা ইমুংগী মৌশিংনা ঙাম্থোইদুনা লৈরি। অহল ওইবীশিংনা বায়াম ঙাংলি—মীয়াই চল্লবীশিংনা শিব পুজা তৌরি—মো-নহাশিংনা ফীরুম খুল্লতনা ইরুপ্লি—নিপামচা হূপীমচাশিংনা লাও খোংলি, লৈখোম তৈনরি, পুজাগী লৈ থুগি, ইরোয়রি, ময়াম্বক্তা ইশিং চাইরি, করি করিগুম্বদা থান তৌদুনা মমিৎ উইশিল্লিবী কনাগুম্বী হূপীগী মমাংদা লৈরিবা লৈখোয়্না শাবা শিবহু পুরহুনা চেল্লি। ব্রাহ্মণ ঠাকুরশিংনা মরাল লৈত্রবা অকবা মীগুম মথক্তা পঙ্গাস্তব মুকুম মুকুম পীরি. পূজা তৌরি, মরক মরক্তা ঙক য়ৌনা ইশিংদা লুপ্লিবী কনাগুম্বী মৌ-নহা অয়া মুনা মিৎচিনা হয়ান্দুনা য়েংলি। আতিয়াদা অঙোবা নোংনা হুংশা মৈশা লাংলহুনা কোইচেন চেল্লি, মত্তুগী মথাদা অমুবা বিন্দুগুম উচেক্তা পাইরি. য়ুবী পাম্বীদা উমাইবীনা তোংলহুনা, কদাইবাইদা পাইশিন্দুনা লাকশিগে হায়না রাজমন্ত্রীগুম মাইকৈ মরি কোইয়েং য়েংলি। উরোক্তি মী মচানি. লৈখোম মরক্তা চথিৎ-চবাং চংলি। জায়াকলীদি বাঙাং হুংঙাইবা মীনি ভত্তনা ইরুল্লি। অতৈ অতৈ উচেক্তা

তম্রাং তশোইবা মীতা ঙাক্নি, কোইশাই পাইজনবা নৈনি। লম্লোনপোৎ পুৰা হিনা তফিং তফিং চৎলি—মশাগী কান্নবনীদমক। ইরান-হিনা লেংঙম-শাঙমদনা চৎলি,—মীগী কান্নবনীদমক। পোৎয়াম পুৰা হিদি লেংদে—মখোইগী মবুঙোগী কান্নবতা ওইবনা।

নগেন্দ্রনা অহানবগী নোংমা নিমিদি অস্থুম অস্থুম য়েংজনা চৎলকই। মতুংদা নোংমদি আতিয়াদা নোংগী মশক উয়ক্রে, নোংনা আতিয়া ফুপ-শিল্লক্রে, তুরেলগী ইশিং মুশিনখ্রে, উপালশিংগী মতোল মকশিল্লক্রে, নোংলক্তা উরোক পাইরক্রে, তুরেল ইচিক হনখ্রে। নগেন্দ্রনা হিয়োয়শিংতদা য়াথং পিরকই, "হিত্রু তোর্বান্দা থাংজিল্ল।" হিয়োয় রহমত মোল্লাদি মতমতুদা নেমাজ তৌরম্মি, বাতু থুম্মক্কে। রহমতকী ইমুংদি কৈদৌঙ্গুংদা হিয়োয় ওইরক্কে—মাগী মমা পোকপা মবেন্দু হিয়োয়গী মচাহুপীনি, মদোমগী বাখলদা নাপল তৌজনা মতাক হিয়োয় অমা ওইনবা লাক্রকখি, ময়াইবক কতুনা নিংজবয় থুংখি। রহমততি মীগী পাথৎপা বাঙাংদা মিপাইবিবা মী নত্তে, নেমাজ তৌবা লোইরগা বাবুয়োমদা ওনশিল্লতুনা হায়রকই, "কয়িম্নু কিকম নৈনত্তে, হজুর! নিংঙাইদনা নৈথোকপিয়ু।" রহমত মোল্লানা অস্থুক য়ায়া থৌনা ফরুয়িবগী ময়মদি, তোর্বান য়ায়া নকই, থিন্দনমক হিত্রু তোর্বান্দা থাংজিল্লে। অতুদগী হিয়োয়শিংনা কুমথতুনা হিত্রু থৌয়িনা পুনশিল্লে।

রহমত মোল্লাগা লাইগা হাইফেৎ হুংঙাইনদবা নৈমাল্লে নিংই, নোং-হুংশিত্তু থয়া কলপ ফাওরক্লে। অকনবা হুংশিংনা মাং থারক্লে। হুংশিংনা ওহাক উপালশিংগা নয়-থোৎনরগা মনাও নোংবু কৌরক্লে। অতুদগী মচিন মনাও অনিত্তু থাথীনা ঙাওবা হৌরক্লে। মনাও নোংনা, ময়াম্বা হুংশিংকী ময়েংবান্দা তোংলতুনা থাইবা হৌরক্লে। মচিন মনাও অনিনা উগী মতোল পায়রতুনা নোহ্হল্লি, উপা থুদেকই, উয়ি খদংলি, নৈ কেলহল্লি, তুরেলগী ইশিং থাইহল্লি, অতৈ মথল মথেল কয়া ওৎ-নৈরকই। মচিন মনাও ময়ক্কগী অমনা রহমত মোল্লাগী টুপি হুমদোক্তুনা পুখ্রে, অতুগা অমনা মাগী

মকোইতুদা ইফুং শেমগৎলক্লে। হিরোয়শিংনা ফীজং কোনশিন্দুনা ক্ময়তুনা লৈরে। বাবুস্থু স্বয় মপী শাংনা হোল্লক্লে। মীনাইশিংনা হিগী লৈতেং-খোক্তেং পুম্নমক্ত খোমজিন্ তাশিনবা লাক্লরক্লে।

নগেন্দ্র য়াম্না অবাবদা তারে। নোং-মুংশিং কিতুনা হিদগী কুমথরবদি হিয়োয়শিংনা পাংদবনি হায়না খনখিগনি—কুমথদ্রগনা সুর্য্যমুখীগী মফমদা মীনখা হায়বতুমা ওইদৌরি। ফনাগুম্বনা হংবা য়াই, "মতুনা করি কায়বা লৈবগে ?" ঐখোইদি খংদে, অতুবু নগেন্দ্রদি য়াম্না অকায়বা অমনি হায়না খল্লি। তাল্লাসিদা রহমত মোল্লা মশামক্না হায়রক্লে, "হজুর, খৌরিসি অমনবনি, কনানা খংনি পং তংখিবস্থ, নোং-মুংশিংসি য়াম্না কনশিল্লক্লে, হিদগী লেংথবনতুম ফবনি।" মরম অসিদগী নগেন্দ্র কুমথরে।

চংকম-থুপকম লৈতনা, তুরেল মপান্দা নোং-মুংশিং মরক্তা লেপ্তুনা লৈবা হায়বসি কনানস্থ থাওডখা পোং নত্তে। অতুগী মথক্তা সন্ধ্যা ওইশিল্লক্লে, নোং-মুংশিক্তি শুকলেপ লেপত্রে, মরম অতুনা থুপকম অমত্তং খিবনা চুত্রে খল্লতুনা নগেন্দ্রতু খুঙং তাম্না চংলক্লে। তুরেল মপালতুদগী খুঙংতু হাইফেং থাপ্পি ; নগেন্দ্রনা লৈখোম মরক্তা মখোংনা চংপা হৌরক্লে। নোং লেপত্রে, মুংশিংস্থু ফনা তপাংরক্লে, অতুবু আত্তিয়াদি নোংনা পুমকুপ কুপ্পি ; অতুনা অহিংদা অমুক নোং-মুংশিং তৌরকপস্থ য়ানা লৈরি। নগেন্দ্র অতুম্মক চংলক্লে, হনবা অমুক তৌত্রে।

নোংনা আত্তিয়া শীস্থুংনা কুপখিবা মরম্না য়াচংলকপদা ঙাইরিত্তৈনা শুক্না মমশিল্লক্লে। খুল, য়ুম, লমহাং, লম্বী, তুরেল করিগুম্বা অমতা ঊবা ফংখিদ্রে। ঊমংগী ঊজাওশিং অতুতং তন্দন লিশিং লিশিংনা পুমকুপ কুপশিন্দুনা হীরা-থাল্লবা খুংশেমগী ঊগুম লৈতেংতুনা লৈরি। থাক-লাওবা লেম্লরুবা য়াওথাংনবা নোংগী মরক্তা হাইকেত্তং ঙানবী নোংথাং লৈমানা মরক মরক্তা কুল্লকপতা মঙাইরে—মুপী ওইবীগী অশাওবদি খংনেম হেক নেমথদে। ঙাম্বাক্ষী নোং লাকপদা মপুক্কিং মকা লাল্লবা হংডোইশিংনা মুংঙাই-ইরাং

হৌরি। হরিনোংনাং মখোলদি মুম্না তাশিল্লক্লগা তারকই, য়াবনগী পোৎ-লোইবা মৈগুম লেপ্পা নাইদনা থোংলি, অদুবু পুক্লিং চংউত্রবদি তাদবগুম্না তৌই। তারিবা খোঙ্গেলশিংগী মরক্তা, উতোন্দগী লেমহৌবা নোং-মরিকশিংনা উনাথক্তা তাত্রকপগী মখোল. উথাদা তুণ্ডবা নোংগী ইশিংদা উনাদগী কেল্লকপা ইশিং মরিক তারকপগী মখোল, লম্বেলদা তুণ্ডবা ইশিংদা লমহুইনা চৎপগী মখোল, করি করিগুম্বা মতমদা উদা তোংলিবা উচেক্কী অচোৎপা ম-শাহু কনথোরকপগী মখোল, অসিনি। মরক মরক্তা লেপশিল্লক্লবা হুংশিংকী হাইফেতং ঙংলকপা মখোল, মচুগা লোয়ননা উনাদগী কেল্লকপা ইশিং মরিক ময়ামগী অমুগু দা তারকপগী মখোল, অসিমসুনি। মমৈথংদা নগেন্দ্রনা থাম্না মৈঙাল অমা উরক্লে। ইশিংনা থল্লবা লমহু লাম্বোক্তু না, উদগী তারকপা ইশিংনা চোংলতনা, উথাদা থেংনবা লমহুইদগী নাম্বোক্লবা হোৎনহুনা. নগেন্দ্রনা মৈঙাল অদু য়েনবা চৎলক্লে। য়াম্না বানা হোৎনরবা তুংদা মৈঙাল মনাক য়ৌরক্লে। মহুদা মহাক্তা উরক্লে, চেক্কী মল্লবা য়ুম অমদগী মৈঙালহু থোরক্লি। য়ুমহু থোঙ লোম্নে। নগেন্দ্রনা মনাইহুবু মপালদা থনম্লগা ইমুংদা চংলক্লে। চংলক্লগা মানা উরে, ইমুংহুগী ফীভমদি অকিবগী মশক্লি।

## অনিশুবা শতাং

# থাওমৈ মুৎখিবা

য়ুমদু ইচম হেক চম্মক্তি নত্তে। অদুবু হৌজিক্তি মমুংতদা কংঙাই য়াইকবগী খুদমদি করিমত্তা লৈত্রে। কা-শিংদু ইচে চেথাইরে, মপ্লে, মী চৎথোক-চৎশিন তৌনদ্রবা ওইনা উরে। মকু, ঊচি অমসুং তিন-কাংশিংন ইথন থনখ্রে। কা অমথক্তং মৈ থাল্লি। কা অদুদা নগেন্দ্র চংলক্লে মকমদুদা মানা উরে, য়ুম অমা পানবগী চংদবা য়াদবা পোংচৈ অমা অনিদমব মরৈ, অদুবু পোংচৈশিংদু লৈত-লাইরগী ঙাক্লি। চকু অমা অনি—অকায়ব লৈরঙ অমা—পিথাইগী কোল অহুম মরি—মসিনি ইমুংদুগী লৈতেং ফক্লাংদা ভেঙ্গালী, কাচিন্দা লৈকাং ; মাইকৈ মরিদা চুম. মি, ঊচিনা কোইচ চংলি। কদি-কয়া থারবা কমুং অমদা হনুবা অমা হিপ্লি। মাবু ঊথদ শিরমদাই য়োরক্লমাল্লে নিংই। মমিত্তু তুকথরে, কংশাম্বর থবেং থবে হোল্লে, মচিনবান তনিক তনিক্লে। কমুং মনাক্তা ফক্লাংদগী কিন্থরক্লবা চেং অমগী মথক্তা কেগামগী থাওমৈ অমা থাল্লি, মদুগ থাও লোইশিনক্লে; কমুংথক্ত লৈরিবা পুন্সিগী থাওমৈসু মতুগা অমহানি। কমুংগী অতোপ্পা নাকন্দুদ অতোপ্পা থাওমৈ অমদি লৈ —মক্তু বা-অঙোবা-কুচুনা-লৈতেংলবা ইংনা মঙাল শন্দোক্লবা হুপী মচা অমা।

থাও য়াওদ্রবা থাওমৈগী মঙালদু ঙান্দদনবু ওইরবসু, ইমুংদা লৈরিব মী অনিগুগী খিন্দনা থোক্লকদোরিবা থাইনা-বাখলগী অমম্বনা বাখল-তরঙদ তাওখিবনবু ওইরবসু, নগেন্দ্রনা চংলকপদু মথোই কনামত্তা ঊখিদ্রে। মতম অদুদা নগেন্দ্রনা থোংজিন্দা লেপ্লদুনা অহলদুনা হায়দোরক্লিবা পুন্সিগী থা লেংলবা অৱাবা য়ায়োল পুমমক্তু তাবা ফংলকই। হনুবসিগা হুপীমচাসিগ, মথোই অনিসি, মী কুঙনা তারবা মকমসিদা পাখৈ লৈরবা ওইনা লৈ। অমদা মথোইগী মরল মথম চংথোয়া লৈরম্মি, শাগৈ লাকৈ, মীনাই

নুপী নিপা, মীথক থোংবা ফীভম, করিমতা ৱাংলমদে। অদুবু লেপনাইরবী লক্ষ্মীগী থোজাললগা লোয়ন-লোয়ননা অমমম ওইনা অসুম্মক মাঙখ্রে। নৌনা মায়োক্নরক্লবা লৈত-লাইরগী ওং-নৈবনা মচাশিংগী মাইথোংদু উনবাং চাইরবা থম্বালগুম্ নোংমা নোংমগী মকশিল্লকপা উবদা, মাংজোননা মুমগী মবেল্মদি তুরেললগী-লৈঙোই-ফমুংথক্তা য়াতাখ্রে। অদুগা থবানমিচাক পুম্নমকসু থাজদুগা লোয়না-লোয়ননা মুংখ্রে। শাগৈ লেপ্লবা মচানিপা অমতং, মমাগী মিংকী মণি, মপাগী অহল ওইশিল্লকপগী আশা, মহাক অদুসু মপাগী মিংথকমক্তদা মৈতাললনা বাথৈখ্রে। কনাসু লৈত্রে, সুপ্নগী অহল অসিগা শুমহৎনবগী মথক ওইরবী নুপীমচাসিগা, চিক্লবা উমংনা কোয়শিল্লবা অতেকপা য়ুম অসিদা লৈবা হৌরকই। অমনা অমগী মতেং অদুক পাংনবতা মঙাই। কুন্দনন্দিনী হৌজিক লুহোংবগী চহি মতাং হৌজিল্লক্লে, অদুবু কুন্দদি মপাগী মিংতাঙবগী চৈগুনি, ইমুং অসি ফাজিল্লবগী অমতা ঙাইরবা লংলানি; হন্নবদুনা মথবাইমক য়াওনা মাবু মীথুত্তা লাম্হোকপদু ঙমদ্রে। "মতম থরগা লৈথিসনু — কুন্দবু থাদোকখ্রগা কদাইদা লৈগনি? করি য়েংদুনা লৈগনি?" লুহোংবগী বাফম নিংশিংলকপদা, হন্নবদুনা অমুম্না হেক থম্লি। বাফমসিমদি মহাক থক থল্লক্লবা তোদে মহাকা লৈত্রবা মতমদা, কুন্দবু মফম কৈদা পনমগদগে। ঙসিদি থ হৌদনা যমগা ৬ত লাক্কুনা মাগী ফমুং ময়াদা লেপ্লরে। মহাক্তি চৎপদা তারে। কুন্দনন্দিনা হয়েংদি কদাইদা লৈগনি?

অসিগুম্বা থিঙঙমদ্রবা পুঙমদ্রবা মৈচাকসি শিরমদাই জ্ঞান মাঙলক্লবা অঙগী স্বর হোন্ থুদিংদা কোংদোক্লক্লি। চিংগুপ-শীম্নক্লবা মমিত্তা অতং অথম লৈতনা পি শিন্থরি। অদুগা লুথুমদনা নুংগী মুত্তিগুম চহি তরাহুমদোইতা ঙাইরিবী নুপীমচাদুনা মমিং কুপ্তনা অমংগী য়াইথোং কুম্নক্লবা মপাগী শক্তমত চিংনা য়েংদুনা লৈরি। মথং মথং কপ্পবদুগী থাঙাং অদু মমেক লাশিল্লক্তরে। হুংশাম্বর থবেং থবেং হোল্লক্লে, মমিং উশিল্লক্তরে: চাক্লবা থবাইত মৈচা[illegible] পুম্বদগী লাম্হোকখরে। চিক্লবা কাদুদা, মুংলি মুংলিয়বা থাঙমৈ মত্ত[illegible]



কুন্দনন্দিনী মথন্তমক মপাগী অশিবা মশাদু মতম্বাক্তা কোল্লদুনা তুমিন্না ফমদুনা লৈরে। অহিংদু শুক্রা তমথীনা মল্লি ; মপান্দা হৌজিকস়ু নোং মরিক মরিক চুরি, উনারক্তা মদুগী মখোল তারি, গুংশিংনা থিলকৌ-থিলহৌ ওইনা ঙংলি, অতেকপা য়ুমগী খোঙনাও পুম্বা অহৌবা মখোল খোক্লি। ইমুংদা মুংশিল্লক্লবা ভথক্লবা পিক্লবা থাওমৈ মঙাল্লনা, ঙহাক ঙহাক অশিবা হকচাংথক্তা তারগা ঙহাক ঙহাক অমুক মমথিবগুম্না তৌরি। থাওমৈ অদু থাও হাপ্পবা কুইরবনি। তাঞ্জাসিদা অহুম মরিমক্তং থংঙাল ঙাল্লম্লগা থাওমৈ মুংখোকপ্রে।

মতম অদুদা নগেন্দ্রনা খোংথাং তপ্না মখোল খোকহন্দনা থাংলদুনা খোংজিন্দগী কাহ্লোকপ্রে।

## অহুমশুবা মতাং

# মমি নোংপোক-পাংখিবী

থেংলবা অহিংগী মতম্নি। অতেকপা য়ুমগী মনুংদা কুন্দনন্দিনীগা মপাগী অশিবা মশা অদুতগা লৈ। কুন্দনা কৌরকই, "বাবা।" কনাস়ু খুম্মক্তে। কুন্দনা থল্লকই, মপাও তুম্লিমাল্লে, অদুগা অমুকস়ু হেক থল্লকই, শিরমাল্লে—মসিগী বাসিমদি কুন্দনা মচিন্দা তশেংনা পাক হেক হায়দোকপা ঙমদে। মমৈথংদদি কুন্দদু কৌবস়ু ঙমদ্রে, থনবস়ু ঙমদ্রে। অমম্বদা হুমাই পামরগুনা মপানা হিংলিঙৈদা হিপথিবা, হৌজিক্তা অশিবা ওইনা লৈরবা, মফমড ম-পা লাক্কুনা হুম্বা হৌরক্লে। তুম্লিবনি হায়বা বাখলসিদা লেপ্লে, মরমদি, শিগ্রবদি কুন্দনা ওইহৌগদবা কীভমসি কবিনো? অহিং হুংখিল নাইদনা মিংশেল থাঙঙকপনে, অতগা লেপ্তুনা মথবাই ধারকপনে, হুপীমচাদু উইথরক্লে। কুন্দনন্দিনীদি অহিং হুংথিল নাইদনা মপাগী সেবা তৌদ্রনতা লৈ। অদুবু কম্না তুম্মিংলক্লদুনা কুন্দনন্দিনীনা কোনাগী হুমাইদু পায়না পায়না, কম্নিস়ু

থাজ্রবা কল্লবা ইংলবা ঈঙ্গি শিংপা লৈমায়দা, থম্মোৌ হেয়া মাল্লবা মপাম্বোম-থঙ্কুদা মকোক মোনখাংনরক্তনা তুমখ্রে।

মতম অদুদা কুন্দনন্দিনীনা মমঙ অমা মঙলকই। মহুদি, অহিং অহু য়াম্না তঙ্ক তঙ্কবা থাবলনা ইপোম লাংবা ওইনা তৌই। আতিয়াহু লংনা শংবাম্নে, অদুম্বা লংনা শংবামরবা আতিয়া-মকোয়দা চাওরবা থাজগী-মকোয়না লৈতেংলি। অদুক চাওবা থাজ-মকোয়দি কুন্দ কৈদৌঙুংদসু উখিদ্রি। মদুগী মঙালসু য়াম্না ঙাল্লি, অদুবু মিত্তি মেঙই। অদুবু অদুম্বা ফজরবা চাওরবা থাজ মকোয়দুদা থাজদি য়াওদে; মদুগী মহুত্তা কুন্দনা ময়াই চবুকমক্তদা অঙকপগী মশক ওইরবী মঙালনা লৈতেংবী দেবীগী মুর্তি অমা উরক্লে। হায়রিবী মঙালনা লৈতেংবী মুর্তি-কোয়রবা থাজ-মকোয়দু অবাংবা আতিয়াথক থাদোক্কুনা অঙম অসুম তপ্না তপ্না মথারোমদা কুমথরকপগুম তৌরে। অদুদগী থাজ মকোয়দু, মেঙলবা মঙাল লিশিং লিশিং ফুদোরক্কুনা, কুন্দনন্দিনীগী কোক্তোন য়োনা লাক্লে। মতমদুদা কুন্দনা উরকই, ময়াইদা ঙাম্বোইরিবী, মঙালগী শক-ওইবী, পুষ্প-লিকথাং কয়ানা-লৈতেংলিবী মুর্তিদু সুপীগী শকওং ওইনা তৌই। নিংথিজরবা থৌজালনা তিল্লবা শক্তমি; সুংশি-ইরোয়নরবা মীনোক্না চিনবান্দা ঙাম্বোইরি। অদুগী তুংদা কুন্দনা কিবগা হয়াওবগা লোয়নবা থঙলক্লে, থৌজালগী মশক ওইরবী মুর্তিদু মহাক্না মতম কুইনা নোঙাথ্রবী অপোকপীগী শক্তম ওইরক্লে। মঙালগী মশক ওইরবী অদুনা সুংশিনা চান্না কুন্দবু লৈপাক্কগী কোনথত্তুনা মতম্বাক্তা পমখৎলে। অমসুং মমা লৈজদ্রবী কুন্দদু মতম কুইনগী তুংদা 'ইমা' হায়বা মিঙোশি কৌজবা ফংলদুনা পোকপগী মহৈ য়াঙ্গরে। অদুগী তুংদা মঙাল-মকোয়গী ময়াইদা লৈরিবীদুনা কুন্দবু মরাইবক্তা চুম্মিরদুনা হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা! নং অবাবা য়াম্না নংলে। ঐহাক খঙই, অবাবা কয়াসু নংখিনি। নংগী নৌরিবী চহি মতাং, থোংলবা নথা, অসিনদি অবাবত্ত থাঙবা ঙম্লোই। অদুনা নং মফমসিদা অমুক লৈরগমু। পৃথিবীসি থাদোক্লগা ঐগা লোয়নন্না

লাকও।" কুন্দনা মহুদা থুমগুম্না তৌই, "কদাইদা চৎকদবা?" মহুদা কুন্দগী মমানা নোংথক্রোমদা মথুং থিল্লহুনা লংনা ঙাক্সিবা নক্ষত্রলোক উৎলহুনা হায়রকই, "লৈপাক অসিদা।" মতম অতদা কুন্দনা য়াম্না অথাপ্নদা-লৈত্রবা হুমিংকী-মঙাল-য়োত্রবা মপাল-নাইত্রবা-সমুত্রগী-ইরাংমদা-লৈথিবগুম্রবা, মশক খঙদ্রবা নক্ষত্রলোক অদু য়েংলহুনা হায়রকই, "ঐদি অমুক থাপদি চৎপা ঙম্রোই ; ঐদি পাঙ্গল লোনবীনি।" বা অসি তাবদা মমাগী মুংশি-মকালাম্নবা অহুমদি ওইরগা চোং-লেম্নবা মাইথোংতুদা হাইকেৎ মপুক্কিং মুংঙাইতবগী মওংদা পিওম গুক্লক্লে, অমসুং তপ্না লুম্নবা খোস্থাংদা হায়রকই, "ইমাগী ইবেম্মা, নংনা অপাম্বহুতা তৌ। অত্রবু ঐগা লোয়ননা চৎলবদি নংগী মাইফবদি ওইগনি। মতুংদা নহাক নক্ষত্রলোক তম্না য়েংলহনা মকমতুদা চৎনিংবগী অবাবা পোক্লক্কনি। ঐহাক মতুংদা অমুক নংগা উনরম্থিগনি। নংনা নপুক্কিং মুংঙাইরক্তহুনা ওন-থোইনা থাংলক্রবা, ঐবু নিংশিংলক্লনা, ঐগী ইনাক্তা লাক্কবা কপ্লক্রবা, মতমতুদা ঐ অমুক নংগা উনবা লাক্কনি, মতমতুদা ঐগা লোয়ননা চৎসি। হৌজিক্তি নং, ঐনা খুং থিন্দুনা তাক্লিবা মাইকৈয়োমদা আত্তিয়া তম্না মুম্না য়েংউ। ঐহাক নংবু মীগী শক্তম অনিথক উহনগে। মী অনি অসিনা হন্দক্কী মপোক্তা নংগী অক্ষ-ফন্ত পোকহনগদৌ-রিবনি। ওম্রবদি, মখোইবু হেক উবদা মহু চেনবনি খন্দুনা খাপতোকখিনবা হোৎনৌ। মখোইনা চৎপা লম্বী অদোমদু থক চৎলুগনু।"

অহুদগী মঙালশকওইবী অহুনা মথুদোনবীনা আত্তিয়াগী মতাইয়োমদা থিল্লক্লে। কুন্দনা থুদোনবী অতুগী তুংইম্না য়েংলকপদা শংবাম্নবা আত্তিয়া-কীজংদা লাইগুম্না নিংথিম্নবা নিপাগী শক্তম অমা য়েক্তুনা লৈবা উরে। মহাক্কী তোঙানবা, ফম্নবা, শাক্লবা মরাইবক ; চম্নবা, মুংশি-চাওবা মিংকম, কাংওম হাইকেৎ শাংদানবা মঙকশম অহুগা অটৈ পুকচেল-চাওবগী মতৌশিং উবদা, মঙোন্দগী কত্তবা থোক্লক্কনি হায়বসি চিংনিংঙাই থক ওইদে। অহুদগী অনুম অনুম শক্তমহু কোমুলগুম্না আত্তিয়াগী কীজংদা

তাকখ্রে, মমানা কুন্দদা হায়রকই, "মহাক্তী লাইশুম নিংথিবা শক্তমসি উবদা শুমহৎলুগনু। মহাক অসি পুকচেল য়াম্না চাওবা মী ওইরবসু, নংগীদি খুদোং থীবা ওইকমি। মরম অদুনা মহু চেনবনি খন্দুনা মনাক নকউগনু।" অদু-দগী মঙাল-শক-ওইবী অদুনা অমুক হন্না "য়েংউ অসে" হায়রগদুনা আতি-য়াগী চিদাই অমদা থিন্দুনা তাক্লক্লে, কুন্দনা অনিশুবা শক্তম অমা আতিয়াগী শংবান্নবা কীজংদা উরক্লে। অদুবু হন্দক্তি নিপাগী শক্তম নত্তে। কুন্দনা মকমতদা লংনা য়ুয়প তৌবী, থম্বাল-মিত্তা-তাবী মথোক কায়কপী হূপী অমা উরে। মাবু উবদসু কুন্দনা অকিবা পোক্তে। মমানা হায়রকই, "মুচু মুবী অসি হূপীগী শক্তমদা হিংচাবীনি। মাবু উবদা চেম্বোকউ।"

অসি হায়না হায়না খঙহৌদনা আতিয়াদু মমশিল্লক্লে, চাওয়বা-থাজ-মকোয়দু আতিয়াদা মমি শামখ্রে, অমসুং মতপা লোয়নবা ময়াইদা লৈয়বী মঙাল-শক ওইবীদুসু মাঙখ্রে। তাঙ্গাদুদা কুন্দ মিকপ থোক্লক্লে।

---

## অনিশুবা মতাং

# মহাক্তুনি অসে

নগেন্দ্রনা খুঙ্গংদা চংলক্লে। মহাক্তা তারে, খুঙ্গংদুগী মমিং ঝুমঝুমপুর কৌই। মানা হায়জবনে অদুগা থয়সু হুংশিবিষনে খুলদুগী মী থয়া লাক্ত্না অশিবা মশাঙ পোৎলোইনবা থোরাং তৌবিরে। লৈকাইগী হূপী অমথক কুন্দনন্দিনীগী নাক্তা লৈখিয়রে। কুন্দনা, মাগী মপাবু পোৎলোইনবা পুথিবদু উরক্লবদা, শিবা লোয়ত্রে খঙলক্লদুনা, অতৎ অথম লৈতনা কপ্লক্লে।

নোং ভাঙক্লবদা লৈকাইগী হূপীড ময়ুমগী থবক-ইংথাং শূবা চৎখ্রে। কুন্দনন্দিনীবু মপুক্তিং ফাখবিনবা মাগী মচাহূপী চাঁপাবু থাৱক্লে। চাঁপা হায়-বীসি কুন্দগী লেপ্পানি অমসুং মত্তানি। চাঁপা লাক্লগা কুন্দগা বাখি কয়ামকম

শাত্তনা মপুক্কিং ফাথনবা হোৎনরক্লে। অদুবু কুন্দদি বা তাবা লৈখিদ্রে, কপ্পু-নত্তা লৈরে অমসুং মরক মরক্তা করিগুম্বা অমা খোরাংনা ভাইবজম আতিয়া তম্না য়েংলি। চাঁপানা লাংতক্লবগা লোয়নননা হংঙকই, "হঞ্জিন হঞ্জিন্না আতিয়া তম্না করি য়েংলিবনো ?"

মতু তাবদা কুন্দনা খুম্মকই, 'আতিয়াদগী ভরাং ইমা লাক্লম্মী। মানা ঐবু, মাগা চংসি হায়না কৌরম্মী। ঐহাক ভস্থোক্পা পঙলুদ্রে, অকিবা অমা পোক্কুনা, ইমাগা লোয়নননা চৎহৌদ্রে। করিগী দমক্তা চৎহৌদ্রিবনো হায়বসি হৌজিক্কি খল্লক্লে। হৌজিক অমুক মহাক লাক্লবদি, ঐ চৎলগনি। অদুনা তোয়না তোয়না আতিয়া তম্না য়েংলিবনি।'

চাঁপানা হায়রকই, "করি বানো! শিখ্রবা মীনবু অমুক হলকপা হৌনরনে ?"

অদুদগী কুন্দনা মঙগী বারি পুম্বা লীরে। মতু তাবদা চাঁপানা ভক্লদুনা হায়রকই, "আতিয়াদা নংনা উথিবা নিপাদগা চুপীদুগবু নহাক মশক খঙব্রা ?"

কুন্দ। খঙদে; মখোইবু কৈদৌঙুংদসু উথিদ্রি। নিপাদমুক ফজবা নিপাসি মকম কৈদা লৈরম্মোই। অদুম্বা শক-তি অমুক্তসু উথিদ্রি।

অসোমদা নগেন্দ্রনা অয়ুক্তা হৌগৎলগা খুলগী মী পুম্মমকপু কৌরদুনা হংলকই, "শিরিবা নিপাসিগী মচানুপীদি হৌজিক করম তৌবদা তারি ? মহাক কদাইদা লৈগনি ? মরী-মতা কনা লৈ ?" মতুদা মমাম্মক্তা খুম্মকই, "মাগী লৈফম লৈতে, মরী-মতাসু কনামতা লৈতে।" মতু তাবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "অদুদি নখোইগী মরক্তগী কনানো অমা মাবু থম্মো। লুহোংনবা শাক্লো। মঙগী শেল-থুম ঐনা পিগনি। অদুগা মহাক্তা নখোইগী য়ুমদা লৈরিবা মতম অদুপকী মথৈ, মাগী শেং-চানবা ঐহাক থাগী লুপা থম্না থম্না পিগনি।"

নগেন্দ্রনা ময়েক ওইনা লুপা থম্নদং হন্দোরক্লবদি, অমাবনা মাগী বাফমতু মাথসু মরাওরমগদবনি। অদুগা নগেন্দ্র চৎথ্রবা তুংদনা কুন্দবু তাম্মোকখিবম্না নঙগা মীনাই ওইনা থম্বরা অমদি তৌরমগদবনি। অদুবু নগেন্দ্রনা অদুগুম্বা

অপঙবা থবক্তু দি তৌরে। অছুনা লুপা মশক উদবছুদা কনানস্থু মাগী যাহু থাজবা পোক্কে।

নগেন্দ্রগী তৌকম থঙদবা মতৌহু উবদা নিপা অমথক্না হায়রকই, "শ্যামবাজারদা মাগী মনে অমথক লৈ। বিনোদ ঘোষ কৌই মাগী মাম্মছু। মহাশয় হৌজিক কলিকাতাদা চৎপিন্নিরবনি, মহাকপু লোয়নবা পুবিখিছুনা মকমদুদা থম্বিরম্লবদি, কায়স্থা চুপীমচাসিগী অকবস্থু ওইগনি, অছুগা মহাশয়স্থু নজাতিবু কনবিবা হায়বত্র থোকনি।"

অতৈ লম্বী লৈত্রবনা নগেন্দ্রস্থু যাহুদা য়ারে। অমস্থুং কুন্দদা বা অসি হায়নবা মী থাত্রনা কৌল্লুরে। চাঁপানা কুন্দ পুত্থনা মকমদু তাম্না লাক্রে।

অস্থুম লাকপদা অয়াম্নদগী নগেন্দ্রবু উবদা, কুন্দত্থু থঙহৌদনা উত্তিংবগুম চপ লেপখ্রে। মখোংত্র থাংবা অমুক থোক্কে। মহাক চংঙক্রবগা লোয়নবা জ্ঞান তাত্রবী অমগুম নগেন্দ্রবু য়্যা য়েংত্থুনা লৈরক্লে।

চাঁপানা হায়রকই, "কৈদোয়ে লেপ্লবদি?"

কুন্দনা মথুদোনবীনা খিল্লত্থুনা হায়রকই, "মহাক্তু নি অসে।"

চাঁপানা হায়রকই, "কনানোনে অসিবো?" কুন্দনা হায়রকই, "ইমানা ঙরাং অহিং আতিয়াথক্তা উহনখিবা মীশক্তো।"

মত্র তাবদা চাঁপাস্থু ঙকপনে চিংনবনে চপ লেপ্লে। চুপীমচাশিংত্থু অস্থুম লাকপদা হঙ্গোইবা পোকপগী মতৌহু উবদা, নগেন্দ্রনা মখোয়গী মনাক্তা চংশিল্লক্লে অমস্থুং কুন্দদা যারমপুম্বা শন্দোক্লা হায়রে। কুন্দত্থু বা মচেৎ অমা ফাওবা ঙাংখোয়কপা ঙমখিত্রে; শাথীনা চংঙক্রবা মিৎয়েংনা নগেন্দ্রগী মাইথোং তম্না য়েংত্থুনা লৈত্রে।

## অভাশুবা মতাং

# মখল-মথেল কয়াগী বা

কীভয়া য়াদহুনা নগেন্দ্রনাথনা কুন্দবু কলিকাতা য়ৌনা লোয়নহুনা পুরক্লে। অহানবদা মাগী মাপ্পা বিনোদ ঘোষবু কোয়থি থিবা লাক্লয়ে। শ্যাম-বাজারদা বিনোদ ঘোষ কৌবা মী অমতসু থেংনজ্রে। বিনোদ দাস কৌবা অমথক্তি থেংনৈ—অহুবু য়াদি ময়ী-মতা থোক্তে হায়রে। মরম অহুনা কুন্দহু নগেন্দ্রগা অহুপ্পক শাগোয়বদা মতাপ্রে।

নগেন্দ্রগা পোকমিন্নবা মচল অমা লৈ। মমিংনা কমলমণি কৌই। মাগী নিপা ময়ুমদি কলিকাতাদনি। মপুরোইবগী মমিং শ্রীশচন্দ্র মিত্র কৌই। শ্রীশ বাবুদি প্রগুর কেয়ারলিগী অচৌবা মেনেজরনি। মরুম মকৈ য়াম্না চাওই—শ্রীশচন্দ্র য়াম্না ইনাক খুনবা মীনি। নগেন্দ্রগা মাগা য়াম্না চানৈ। কুন্দনন্দি-নীবু নগেন্দ্রনা মকমহুদা পুহুনা চংলে। কমলবু কৌহুনা কুন্দগী মরী-মথোও পুম্নমক তাক্লে।

কমলগী চহি তরানিপাল ওয়ে। মমাই মাইথোং নগেন্দ্রগা য়াম্না মানৈ। মচল মবুং অনিমক য়াম্না নুংশি। অহুবু কমলবুদি কক্কবদা থাগৎনবগা লোয়না লোয়ননা মহৈ-মশিংগী মরমদসু মীনা থগুনৈ। নগেন্দ্রগী মপানা মিস্ টেম্পল কৌবী ওঝা অমা থমহুনা কমলমণিগা সূর্য্যমুখীগবু য়াম্না চেকশিন্না লাইরিক তমহনখি। কমলগী মনেমবোক লৈরি। অদুবু মহাক্তি শ্রীশচন্দ্রগী মপা-মপুগী মযুমদা তোঙাম্না লৈ। কলিকাতাদা কমলনা য়ুমগী মবেম্মনি।

নগেন্দ্রনা কুন্দগী মরম তাক্লকপদা হায়রকই, "হৌজিক নংনা মাবু থম্বি-রবদি থক্কম অমুক লৈত্রে। ঐনা হয়েং য়ুমদা চৎপা মতমদা গোবিন্দপুরদা মাবু পুখিগে।"

কমলদি য়াম্না কত্তে। নগেন্দ্রনা বা অসি হায়রগা মতুং হেক ওহোক-খিবদা কমলনা কুন্দবু কোনখৎলগা পুহুনা চেনখ্রে। টব অমদা লুম্থু লুম্থু শাবা

ইশিং য়াওরম্মি, ময়ুংহুদা ইখঙ খঙহৌদনা কুন্দবু থাদয়ে। কুন্দ ওয়েক্লা শাথীনা কিয়ে। কমলনা অত্তুদগী নোক্ল-নোক্লহুনা মনম হুংশিল্লবা সাবান্ পায়রগুনা মশামক্লা মাগী মশা অহু নাম্থোকপিবা হৌরক্লে। মীনাই হুপী অমথক, কমল মশামক্লা তৌরিবা থবক্তু উবদা, তকিং তকিংনা "ঐ নাম্থোকে, ঐ নাম্থোকে" হায়রম্ভুনা চেনশিল্লকই—কমলনা ইশিং অশাবহু মীনাইগুবীগুদা চাইশিল্লক্লে, মীনাইগুবীহু চেনখ্রে।

কমলনা মথুংমক্লা কুন্দবু তকথোক-খোংতোকপিম্ভুনা ইকুজথোকপিয়ে—কুন্দহু লিক্লানা চামথোক্লবা থম্বালগুম নিংথিজরক্লে। অহুদগী কমলনা মাবু অঙোবা কজরবা ফী শেংহল্লগা, মনম হুংশিবা থাও তৈবিহুনা মশম-মনা হাম্ভোক-খোংতোকপিয়ে, অমসুং লিক-কোন থম্মা শিজিনবিয়গা হায়রকই, "চৎলো, দাদাবাবুবু থুরুম্ন্যো। অহুগা য়েংঙোই—য়ুম অসিগী য়ুম্বু বাবুহুবুদি থুরুম-লাকউবা তৌরুহু—য়ুম্বু বাবুনা উথিবা থোক্রবদি নংবু নুহোংগে হায়রক্কনি।"

নগেন্দ্রনাথনা কুন্দগী বারম পুম্নমক হায়হুনা সূর্য্যমুখীদা চিঠি ইখ্রে। হরদেব ঘোষালদ কৌবা মাগী চায়রবা মরুপ অমথক লংফৈ অথাপ্লদা লৈ—নগেন্দ্রনা মঙোন্দসু চিঠি ইবা মতমদা কুন্দনন্দিনীগী বা য়াওই, মহাক্দি—

"হায়ু য়েংসি, করম্বা চহি মতাংদনা নুপীসি থ্বাইদগী হেন্না কচৈ? নংদি হায়রক্কনি, নিকু লাল্লগা, মরমদি নংগী ব্রাহ্মণীদি মতাংঙুদগী চহি অমা অলি শানথংগ্রবনা। কুন্দ কৌবী নুপীমচা অমগী মরমদা ঐনা হায়রিবসি—চহি তরাহুমদোই শুরবীনি। মহাকপু উবদা ঐহাক থল্লি, মসিনি থ্বাইদগী ফজবা মতমদি। ইহান হানবা মথোক কারকপগী হেক মাংজৌননা—য়াম্না থোং-মেঙবা অমসুং ইচম চম্বা মতৌ অমা লৈবহ, মতুংদদি অহুক হাক্লা লৈরক্কে। হায়রিবী কুন্দ হায়বীসিগী চম্নবা মতৌসিদি অঙকপনি; মহাক কম্নিমতা ভাব তাদে। ঙসি ফাওবা লম্বীদা নিপামচাশিংগা কোয়চেন চেন্দুনা

শায়মিরে ; অতুগা থায়্ৰ ময়বস্থ কিষনা থংতোক হেক তোকই। কমলনা যাবু লাইরিক-লাইগু তম্বিরি। কমলনা হায়, লাইরিক-লাইগুদাদি মহাক মবুদ্ধি চংখোল্লি। অঙবু অতৌ বারোলদি খঙবা লৈতে। হায়রুমগা কোইরাও-নরবা শংবাররা মমিং অনিত্র—হায়রিবা মমিং অনিসিদি শরতকী মতৌগুম মগুমচুম্লদা লুরবা ইশিংনা থল্লি—মমিং অনিত্রনা ঐঙোন তম্না চুম্না মুম্না য়েংত্রনা লৈ ; মা অমত্তা ঙাংদে—ঐহাক মমিত্তু উবদা বুদ্ধি চময়ে, অমুক গুণাইনা ভাকপা-খোংপা ঙমদে। নহাক ঐগী পুক্নিং কাহেনজিনবগী বারোলসি তাবদা নোক্নিংলমগনি, মরমদি নহাক্তি নশাগী লায়না কত্তবদগী নশমচু কাবক কাবক ঙৌরক্তুনা মী লঙননবগী হুকুম চে ফংলবনি ; অতুমকপু নহাক নশামকপুস্থ হায়রিবা মিং অনিসিগী মমাংদা অমুক্তং লেপহনবা ঙম্লবদি, নংস্থ নপুক্নিং কা হেনজিনবগী মওংসি মফংগনি নিংই। মিং অনিত্র করম তৌবনো হায়-বসি, ঐ হৌজিক ফাওবা লেপ্পা ঙমদ্রি। ঐহাক মচু অনিরক শুনা মওং অমতদা উবা ফংদে, পৃথিবীসিগী মিং নত্তমাল্লে হায়না নিংই, পৃথিবীসিগী পোৎচৈদা নিংথিনা য়েংদবগুম তৌই ; গুজ্রং-মাজংদা করিগুম্বা অমা উজুনা মিংকম থম্বগুম তৌই। কুন্দবু শিত্র-লৈত্তনা কজবীনি হায়বগী বাদি নত্তে। মীপুম কয়াগা য়েংনরবদা মাগী মাইথোংবু লেম্না থাগৎনিংঙাই ওইবগী বা লৈতে, অতুবু ঐনা থনবদি, অস্থক কজবদি অমুক্তস্থ উথিত্রি নিংই। কুন্দ-নন্দিনীদা পৃথিবীগী নত্তবা কারিগুম্বা থরা লৈমাল্লে নিংই, জী-তোংনা শাবা মত্তমাল্লে থল্লি ; থাজগী মঙালনা লৈগী লৈনম্বু হকচাং ওইহন্দুনা মাবু শেল্লরু-বগুম্না তৌই। মহাক্না চাংদম্নিংঙাই ওইবা পোংশকসি শাক হেক থনক্কম খোক্কে। চাংদস্তম লৈতবা পোংশকসি, মশা শীম্না অইংবা-মতৌঙাক-কোং-দোকই—কম্নিঙবা, লুম্নবা পুথ্রিগী লাইজথক্তা শরংকী থাবল মঙাল তাবদা কোংদোয়রকপা মওং মতৌঙ, মুম্না ফুপশিন্না য়েংলুবা খোক্রবদি, মতুতনা মাগী চাংদস্কম ওইবা পোংশক ওইনা হাইকেত্তং পুক্নিংদা কাওবা ঙমগনি। অতৌ চাংদম্নিংঙাই ওইবা পোংশক্তি থনক্কম থঙত্রে।"

নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীদা ইথিবা চিঠিগী পাওখুম, হৌমিং থম্বলিগী মতুংদা লাক্লে। পাওখুমদুদি অসিনি—

"ননাইহুপীনা শ্রীচরণদা করি ইয়াল লঙজগ্রবনো, থওবা ওমজত্রে। কলিকাতাদা নহাক অসুক কুইনা লৈবদা তারবদি, ঐহাক কয়িগী দনক্তা ননাক্তা লাক্লুনা সেবা ফংজরোইদোরিবনো? হিরম অসিদা ঐহাক্তা য়াম্না নোঙ্গক্তা হৌজচরি; য়াথং হেক ফংবদা চেক্লরকনি।

"হুপীমচা অমথক খুনবিরুবদগী ঐবু কাওবিগ্রবরা? পোৎ অমাম্বা অনৌবনা মপায়ে। য়ুবী মহি হায়বসিমক্তবু ঔংই। তোমবী হুপী হায়বী অাৎসিমক্তবু শংঙ্কিভেদা থুম্বগুম ভৌমাল্লে? নত্রবদি হুপীমচাগুবু নাক্তা ফংবদা ঐবু কয়িগী দমক কাওথোকপিগদগে?

"অচুম্বা ওইনা, নহাক হুপীমচাদদা নংগী হক লৈহননা মীথুক্তা লাক্তোকগ্রবরা? নত্রবদি ঐহাক মাবু নংগী নকমদগী নিজনিংই। হুপীমচাহু ঐগী কায়গদবা লৈ। নহাক্তা করিগুম্বা অমতং ফংলবদি মতুদা ঐহাকীসু হক্ লৈকম থোকই, অদুবু হন্দক মরক্তি নংগী নচল ইবেম্মনা মহুগী হক্ পুল্লে লৈখ্রে হায়থলি উরে।

"হুপীমচাহু করি কায়বা লৈ হায়ুরা? ঐহাক তারাচরণদা মাবু থাজনিংই। তারাচরণগী দমক্তা হুপী অকবা অমা ঐহাক কোইথি থিরি হায়বসি নংসু থংলিবগনি। অকবা হুপী অমা ফংলবা মতমসিদা ঐবু নিংবা কায়হলগনু। কমলনা থাদোয়ক্রবদি, কুন্দনন্দিনীবু য়ুমদা হলকপদা লোয়নবিরকউ। ঐহাক কমলদসু বায়োলসি ইজগ্রবনি। ঐহাক লিক-কোল শাবা-থোৎপা অদুগা লুহোংবগী অতৈ থবক-ইনথাংনচিংবা থবক পায়থৎপা লৌরবনি। কলিকাতাদা পংকুই হুইনা লৈথবিরগনু, কলিকাতাদা থা তরুকপু লৈরবা মীওদি য়াও ওন্নি হায়রৈ। অদুগা কুন্দবু নতাক নথামক্তা লুহোংসে হায়বা বাথক লৈয়থনা, হায়রো, ঐহাক হক্রবা লৈশাবং লেংজয়গে।"

তারাচরণ হায়বসি কনানো হায়বা ভুংলো থওহনজয়কে। অদুম অদুম

ওইমমক, সূর্য্যমুখীগী বা অহু নগেন্দ্র অমসুং কমলমণি অনিমক মায়ে। অহুনা নগেন্দ্রনা যুমদা হনবা মতমদা কুন্দবু পুব। হায়বসি লেপ্পয়ে। ময়াম্মক হয়াও হয়াওনা য়ানয়ে, কমলনসু কুন্দগীদমক লিক-কোল থয়া শাবিয়ে। অহুবু মীওইবা লায়বসিমত্তম্ বঙগন-উগনবোই! চহি থয়গী মতুংদা, অসিগুম্বা ভুমিং অমা লাকখি, মতম অহুদা কমলমণি অমসুং নগেন্দ্র অনিমক লৈমায়থক্তা ওন-থোইনা মরাইবক্তা খুত্তুম্মা গুরহুনা থম্লকপা,—কয়খা কত্তবা কেনকমদা কুন্দনন্দিনীবু থেংনরুবা! কয়খা কত্তবা কেনকমদা সূর্য্যমুখীগী চিঠিদা য়ারুবা!

হৌজিক কমলমণি, সূর্য্যমুখী, নগেন্দ্র, মখোই অহুম্মক তিম্রহুনা হু-মক্ক হুনব্রে। মতুংদা মখোই অহুম্মক কপ্লকখিগনি।

তম্মা তি-জাও অমুক শেম-শাজনা, নগেন্দ্রনা কুন্দবু পুহুনা গোবিন্দপুর-য়োমদা যাত্রা তৌরক্লে।

কুন্দহু মঙগী বা থোইনা নিংশিংখিব্রে। নগেন্দ্রগা লোয়ননা চৎলমদাইদা অমুক্তংদি নিংশিংলকখি। অহুবু নগেন্দ্রগী থৌজালনা থম্লবা মাইথোং অমসুং মীয়ুংশি থঙবা ময়মচত্তু উবদা কুন্দহু, মঙোন্দগী কত্তবা থোক্কনি হায়বসি কিরি-মত্তা চিংনবা পোকখিদে। নত্রগনা কনা কনাগুম্বনা অসুম্মা মৈরানবীগী লমচৎ চৎপসু লৈ, অচাকপা মৈরি উরগসু হেক্কমক চোংশিনব।।

তরুকত্তুবা মতাং

# তারাচরণ

কবি কালিদাসকী মালিনী অমথক লৈরম্মি, মানা লৈ হেক হেক থিরকই। কালিদাসতি লায়রবা ব্রাহ্মণনি, লৈগী মমল পিবা ঙমদে—মহুগী মহুক্তা মানা লেংবা কাব্যশিং অহু মালিনীদা শাজনা তাহলি। নোংমদি মালিনীগী পুম্রিন্দ অঙকপগী মণক ওইবা থবাল অমা শাৎলি, মালিনীনা মহু হেকলক্কু্না

কালিদাসতা কৎলরে। কবিনা মহুৎশী মনা ওইনা মেঘদুত পাড়না তাহল্লি। মেঘদুততি কাব্য রসকী সমুদ্রনি, অদুমকপু ময়াম্বক্না খঙনৈ, মাশী অহানবশী শৈরেং খরদি খজিক্তং রস চেনদে। মালিনীচু কয়া হৈনগে— মহাক তানিং-ঙক্‌ হুনা হৌগত্ত্‌না চৎগ্রে। কবিনা হংঙকই, "মালিনীসখি! চৎলবরা!"

মালিনীনা হায়রকই, "নংশী শৈরেংসি রসস্থ য়াওদনা?"

কবি। মালিনী! নং কৈদৌঙুংদা স্বর্গ য়োবা ঙম্রোই।

মালিনী। কয়িশী?

কবি। স্বর্গ কানবা সিড়ি লৈ। যোজন লক্ষ অমা বাংবা সিড়ি কাখৎলগা স্বর্গ য়োগদবনি। ঐশী মেঘদুত কাব্য—স্বর্গ অসিশীস্থ সিড়ি লৈ—রস চেন্দবা শৈরেংশিংসি সিড়িচুনি। নহাক কয়িস্থ লৈতবা সিড়িসিকাও কাখৎপা ঙমগ্রবদা— কয়না যোজন লক্ষা বাংবা সিড়িচু কাখৎকনি?

মচ তাবদা মালিনীচু ব্রহ্মশাপুশী স্বর্গ কংদবা তারে হায়না কিয়রুনা, মকোক্তুশী লোইবা ফাওবা মেঘদুত তারে। তাবা লোইয়কপদা মখবাইচু পেলহুনা, মতুংশী চুমিত্তা মদনমোহিনী কোবী কজরবী লৈপরেং অমা লেংলহুনা কবিশী ঙক্তা হকখি।

ঐশী চন্নবা কাব্যসিদি স্বর্গস্থ নত্তে— যোজন লক্ষা অমা বাংবা সিড়িস্থ লৈত্তে। রসস্থ খজিক্কনি, সিড়িস্থ লেম্মি। রস চেন্দবা মতাং খরসি সিড়ি-চুশি। কয়িঙখা পাবিরিবশিংশী ময়ক্তা কনাগুখনা মালিনীগুখা য়াওয়বদি, মঙোন্দা নিংশিংজনিংই, মহাক সিড়ি অসি লাহোক্‌বদি কৈদৌঙুংদা রস মঙুংদা চংবা ঙম্রোই।

সুর্য্যমুখীশী মশামদি কোন্নগরদনি। মহাকী মপাচ অচৌবা কায়স্থ অমনি; কলিকাতাশী কয়িঙখা কারখানা অচৌবা অমদা কেশিয়ারশী থবক তৌই। সুর্য্যমুখী মখক্তনি মহাকী মচা। পিক্লিঙৈদা শ্রীমতি কৌবী কায়স্থ নিঙোল লুখ্রাবী অমা মীনাই ওইনা মাশী ময়ুমদা লৈহুনা সুর্য্যমুখীবু নাওকোন্নরকই শ্রীমতিশী মচানিপা অসিশক অমা লৈ, মহুৎশী মমিংনি তারাচরণ হায়বসি

মহাক সূর্য্যমুখীগা লেপ্পা অমতনি। সূর্য্যমুখীনা মাগা অঙাং ওইরিঙৈদা শাগ্নমিন্নরকই অমসুং অঙাং ওইরিঙৈদা তিন্নরকপা মরম্না মাবু মৌপ্‌তুম্না সুংশিখি।

শ্রীমতিদি মশক য়াম্না ফজবী সুপীনি, অদুনা খিন্দনা অধাবদা তারে। খুলদুদা লৈবা মরমচং চুমদবা ইনাকখুনবা অমগী মিৎয়েংকমদা তাকুদনা মহাক সূর্য্যমুখীগী মপাগী য়ুমদু পাদোক্‌না চংখ্রে। কদাইদা চংখ্রবা, কনা-মতনা খঙনখিদ্রে। শ্রীমতি অমুক হল্লকখিদ্রে!

শ্রীমতিনা তারাচরণবু হন্দোক্লম্লগা চংখি; অদুনা তারাচরণদি সূর্য্য-মুখীগী মপাগী য়ুমদা অদুম্বক লৈরে। সূর্য্যমুখীগী মপাদি য়াম্না থোঙাজ হৈবা নিপানি। মহাক্কা মপি-মপা লৈত্রবা অঙাং অসিবু মচাগুম্না য়েংকখি, অমসুং মাবু মীনাইগী অতোনবা থবক তৌহন্দনা লাইরিক-লাইশু তমহনখি। তারা-চরণনা পৈশা তিংদবা মিশনরি স্কুল অমদা ইংরেজী তম্বা হৌখি।

অদুদগী সূর্য্যমুখী লুহোংলে। মদুগী মতুং চহি খরা লৈরগা মাগী মপাড় শিখ্রে। মতমদুদা তারাচরণদু কাবক-শাবক ওইনা ইংরেজী হৈরে, অদুবু থবক্তি জুগোং চাবা অমতা ফংদ্রে। সূর্য্যমুখীগী মপা লৈত্রবা তুংদা মহাক চংকম লৈতদুনা, সূর্য্যমুখীগী মনাক্তা লাক্লে। সূর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রদা হায়জদুনা খুলদা স্কুল অমা লিংখৎহল্লে। তারাচরণবু মদুদা ওঝা হাপ্লে। হৌজিক্তবু, গ্রাণ্ট ইন্ এডকী মপাম্না খুল খুল খুদিংদা শম নাম্না হাংপা, য়ায়াম ঙাংবা মরাল লৈত্রবা মাষ্টার বাবু কয়া কয়া টিবা ফংলবনি, মতমদুদদি "মাষ্টার বাবু" পঙনা পঙউ উবা ফংদে। মরম অদুনা তারাচরণদু খুলগী লাইয়াম মরক্তা অমা ওইরক্লে। মক্ত ওইনা মহাক Citizen of world অমসুং Spectator পাবা ঙম্মি, অমসুং জিওমেট্রি বুক অহুম হৈ হায়নসু কৈথেন্দা লিয়ে। ঙুপ পুক্লমকসিনা মহাক দেবীপুরদা লৈবা জমীদার দেবেন্দ্র বাবুগী ব্রাহ্মসমাজদা তিল্লে, অমসুং বাবুগী খোঙলোই মরক্তা য়াওরে। সমাজদুদা তারাচরণনা শা-লুহোংবা, হুপীনা লাইরিক তম্বা অমসুং মুর্ত্তিবু ইরাৎ-পূজা-তৌবা-চুমদবা

অঙক.

অসিনচিংবগী মরমদা যারেং কয়া কয়া ইত্রনা। চয়োল খুদিংগী পায়, অমত্থং "হে থৌজাল কৈরবা তাইবং মপু!" হায়রবা যাহৈসিনা যাহৌদোক ওইরক্লনা শাংল-শাংলবা য়া কয়া ভাংই। মহুগী শরুক খরনা তত্ত্ববোধিনীদগী শিল্লোকই, খরনা স্কুল পণ্ডিতশিংবু ইহল্লি। মচিন্দা তত্তনা হায়, "নখোই কুংকুম-চেক্কুমগী পুজা তৌরগনু, ইন্দোল ইনেশিংবু মযুম পাজহল্লু, কুপীমচাশিংবু লাইরিক লাইশু তমহল্লু, মখোইবু পোম্নুংদা কাজিন্দুনা কবিগী থল্লিবনো? কুপীমচাশিং মপান্দা পুথোকউ।" কুপীশিংবু অস্তুক য়াম্না লিবয়ালিটি পিনবা ভাংলুবগী অখোইবা মরম অমদি, মচাক্কী মযুমদা কুপী লৈতে। হৌজিক ফাওবা মহাক লুহোংদ্রি: সূর্য্যমুখীনা মহাকপু লুহোংবিনবা য়াম্না কল্লা হোৎনরম্মি; অদুবু মাগী মমানা লোম্না মযুম পানথিবগী যাসি গোবিন্দপুরদা শায়া-শনখিবা মরম্না কনাগুম্বা অচৌ-অশাংগী কায়স্থ ইমুং অমত্তনা মঙোন্দা মচানুপী থাজৌ হায়রবা য়াখিদ্রে। অতোনবা কায়স্থশিংগী মুশিন মুবী, মশক থিবী মচানুপীদি ফংই। অদুবু সূর্য্যমুখীনা তারাচরণবু মোপ্‌ামক্কি থল্লি করম্না অতোপ্পবা মীগী মচাদা ইনাও কৌগদ্রগে খনবদগী মহাক লৌশি হায়রবা য়াদে। কনাগুম্বা অচৌ-অশাং কায়স্থ ইমুংগী মশক মতৌ ফজবী নিঙোল অমা থিবা লাক্-য়িবনি, তাঙ্গাসিদা নগেন্দ্রগী চিঠিদা কুন্দনন্দিনীগী মশক মতৌ ফজবগী য়া তারক্লনা, মহাকপু তারাচরণগী কুপী ওইনা লৌরগে হায়রবসি মপুক্কিংদা লেপ্লে।

---

### কয়েৎশুবা মতাং

## মিংস্না থম্বাল মানবী! নংবু কনানো?

কুন্দ, নগেন্দ্র দত্তগা লোয়ননা গোবিন্দপুরদা লাক্লে। কুন্দনু নগেন্দ্রগী মযুম উবদা পুমঙক ঙকখ্রে। অস্তুক চাওবা য়ুমদি মহাক অমুক্তম্ম উখিদ্রি। মপান্দা য়ুমজাও অহল্লি, মনুংদস্ত য়ুমজাও অহল্লি। য়ুমজাও অমমম্না অচৌবা

কোয়ুং অমমমগা পাংথক্নি। অহানবদা. য়োংকী থোঙজাও অমা লাম্বোক্লগা, লৈরিবা মপাললগী য়ুমজাও অড, মাইকৈ মখিমক্তা য়েক-খোংলবা অয়াংবা য়োংকী শঙল থারি। হোজংদগী নাপী হৌদবা, পাক্লবা, ঙাংশং ঙাংবা, শিং নানবা লম্বেল অমা চংলি। লম্বেলগী নাকল অনিদা শংবাম্নবা পুক্রিং হুরবা, থোংলবা অনৌবা তিংথোগী লম মচেং অমমম লৈরি। মড়গী মরক মরক্তা কোইরক-কোইনা থারিবা, নিংথিরবা লৈরাং পাম্বী খিবিক্তা কজরবা লৈরাংনা মকা কম্না শাংলি। মাংদা য়াম্না য়াংলবা মথোন অমা তংথাইগী মীয়ামকক্ষম। মড় য়োবদা পাক্লবা সিড়ি পরেং অমা কাগদবনি। মড়গী মাঙ্গোন্দা চাওর চাওরবা নিংথিনা হংখোংলবা য়ুম্বীশিং লৈরি ; লৈমায়থক্তু না নাহবা হংপাক্লা ইঙ্গি শিংলি। অয়াংবা কম্বাকথক্তা, য়ুময়াইদা, লৈবাক্লা শাবা চাওরবা নোংশা অমা মশোং শাংনা য়াম্বয়হুনা, ঙাংলবা মরৈ তিংথোক্তু না লৈরি। মসি নগেন্দ্রগী কমকম কানি। তিংথোগা লৈরাংগনা লৈতেংলবা লম মচেং অড়গী নাকল অনিদা, হায়বদি য়েংলোম ওইরোমদা মথোন অমতগী য়ুম পরেং পরেং লৈরি। পরেং অমদা জমিদারগী চেং-সুং শুকম অমস্থং বায়েলশঙ লৈ। অড়গা পরেং অমদনা পুকৈ অমস্থং মীনাইশিং লৈকম্নি। হোজংগী নাকল অনিদা থোঙডাকপশিংগী লৈকম লৈ। অহানবা য়ুমজাও অসিগী মমিং "কাছারি বাড়ী" কোই। মড়গী নাকন্দা 'পুজাগী শঙ"। পুজাগী শঙহ হোনবী ওইনা অচোবা দলান্নি ; অড়গা মাইকৈ অহুমদনা চংনবী মতুং ইম্না মথোন অনিগী মাঙ্গোন লৈ। ময়াইদনা চাওরবা শুমাং। য়ুমশিদদি কনামতা লৈতে। ছুর্গা পুজাগী মতমদা য়াম্না চাওনা কুম্মৈ তৌই, অদুবু তৌজিক্তি শুমাংড চেক্তী কারক কারক্তা নাপি হোরে। দলান, মাঙ্গোল, খুম্বনা পুনথন থম্লি, কা খুদিংমক পোংচৈনা থম্না লৈ,—শো লোম্লি। মড়গী নাকন্দনা লাইশঙ। মফমড়দা য়েক-খোংলবা মন্দির, কজরবা মুঙ হংলবা মাণ্ডোব, মাইকৈ অহুমদা বালহৌশঙ, পুজারীশিং লৈকম অমস্থং অতিথি থুংকম লৈ। য়ুম অদোমদদি মীগী মী ঙাক্তা। ঙক্তা মালা, লাইবক্তা

চন্দননা লৈতেংলবা লাই সেবা চৎপা কাংবু, পুজারীগী কাংবু ; কনানা লৈ য়েন্দাই পুররক্লি, কনানা লাই চাইথরি, কনানা শয়িক খিংলি, কনানা বা চাওনা চাওনা ভাংলি, কনানা চন্দন তক্লি, কনানা চাক থোংলি। মীনাই চুপী নিপাশিংগী মরক্তা কনানা ইশিং হোল্লি, কনানা বাই তৈরি, কনানা চেং চামড়না পুররক্লি, কনানা ব্রাহ্মণশিংগা থৎনরি। অতিথি শালাগী মফম অমদা উৎ তৈরবা সন্ন্যাসী ঠাকুরনা জটা শন্দোক্লড়না উপ্রাক্তা হিপ্তুনা লৈরি। মফম অমদনা খুৎ বাংনা খাঙৎলড়না, দত্ত ইমুংগী মীনাইশিং লৈফমদা হিদাক য়োল্লি। মফম অমদনা অঙৌবা কোই ময়াম্না লৈতেংলবা গেরুয়া শঙবা ফী শেৎপা ব্রহ্মচারীনা রুদ্রাক্ষমালা চৎল-চৎলড়না, নাগরী ময়েক্তা খুৎনা ইবা ভগবদগীতা পারি। অতোপ্পা মফমদনা, মপুক-চাওরবা সাধু কনাগুম্বনা ঘি ময়দা য়ামই-য়ামদে হায়বগী মরমদা বাথোক ওইনরি। মফম অমদনা, লম্বোইবা কাংবুনা চেংলবা শক্তা তুলসী পরেং শিরড়না, মরাইবক থম্না চন্দন তৈরড়না পুণ্ড রৈরি, মকোক্তা শিক্কানা হাই-হুল্লি, অমসুং মনাকোং খোংলড়না "বা ভাংনবস্থ কংব্রেদো—দাদা বলাই য়াওরকপনা—বা ভাংন-বস্থ" হায়না কীর্তন শক্লি। মফম অতোপ্পদনা, বৈষ্ণবীশিংনা নাতোন্দা চন্দন ফজনা খিল্লড়না, খঞ্জনীনা তাল থারড়না "মধো কানে" নত্রগা "গোবিন্দ অধিকারী" গী ইশৈ শক্লি। কয়িগুম্বা মফমদনা নৌরিবী বৈষ্ণবীনা অহল অমগা ইশৈ শকমিন্নরি, কয়িগুম্বা মফমদনা মীয়াই চল্লবীনা হনুবা লম্বোইবগা খোঙ্গাং তিনশিন্নরি। মাগুবকী ময়াইদা লৈকাইগী থৌ-লৈত্রবা অভাংশিংনা থৎনরি, চৈনরি, ফুনরি অমসুং মখোই মশেল মপা মপু পুখোক্লড়না মথল কয়াগী মীচৈ-থাংনরি।

হায়খ্রিবা য়ুমজাও অহুমসিনা মপাল্গীনি। মসিগী মনিংদা য়ুমজাও অহুম্না মনুংগীনি। চে-হুং-শুকম-য়ুমগী মনিংদা লৈরিবা মনুংগী য়ুমজাওড়, নগেন্দ্র মশাগী শিঙ্কিম্নবনি। মসিদদি মহাক্তে, মাগী চুপীনে অমসুং মখোইগী সেবা তৌনবা অথরবা মীনাই চুপীশিংতমক লৈ। অড়ুপা মখোইগী

শিজিন্নবা পোৎচৈন্ন থম্মি। য়ুম অসি অহনবনি, নগেন্দ্রনা মহাকথক্তা শাবনি : য়াম্না চংখোম্না লূনা শাই। মতুগী নাকন্দা পুজা তৌকম-শঙগী মনিংদা থাইনগী অয়িবা য়ুমজাও লৈ। মতুদি মলে, য়ুমশা ফজদে ; কা পুম্বা পংবাং বাংদে, পিকই অমসুং তনান-তনানে। য়ুমজাওসিদি মথল মথা কয়াগী শাগৈ-নাতৈগী মচা মগু, ইন্দোল, ইনে, অবোক, ইন্দোলগী মচা, ইনেগী মচা, লুপ্তাবা ইনে, য়ুম পাম্লবা ইচলগী মচানুপী, ইনেগী মোপ্‌াগী নুপী, ইন্দোলগী মোপ্‌াগী মচানুপী অসিনচিংবা শাগৈ ভাইগী নুপীনা কাক পুনকয় বট পাম্বীগী মতোওুম, অহিং মুংথিলদা চয়াংনতুনতা লৈ। অতগা অতং অথম লৈতনা লাও খোংলতুনা, নোক্লহুনা, শংনতুনা, মরৈ য়েংনহুনা, বাখি শাবহুনা, মীবা ভাংনতুনা, নিপামচাশিংনা কোয়চেন চেন্দুনা, নুপীমচাশিংনা পংকপ্তা কপ্লহুনা, "ইশিং পুয়কউ" "ফী পিয়ু" "চাক খোংত্রিবরা" "অভাং চরা বান্দ্রি" "শঙোমদি কদাই" অসিনচিংবা খোম্থাংনা ইহৌরকপা সমুদ্রগুম নিন্দুনতা লৈ। মতুগী নাকন্দা মন্দিরগী মনিংদা চাকশঙ। মফমতুদসু ইয়াং মথল অমা। মফম অমদা চাক থোংলিবী কনাগুম্বীনা চফু মহি শৌহল্লিভেদা মখোঙ শং তিংথোক্লহুনা, মৈয়কাইগী কনাগুম্বীগা মচা নিপা লুঙোংবগী বাথোক্কী মরমদা বাখি শারি। কনাগুম্বী চাক থোংলিবীনা অশংবা শীঙ কামথংপা লাক্লবদা মৈথুনা মমিত্তু্ পিগী ইরা চেল্লহুনা পুকৈ পা-নববু চৈরক্লি, লূপা হুয়ান-থোক্লগা অশংবা শীঙ পিয়িবনি হায়রি, মতুগী প্রমান কয়ামক্লমম্ভ পুথোকপা হোৎনরি। কনাগুম্বী নিংথিবীনা অশাবা থাওদা ভা থাদয়গা মমিং উইশিল্ল-হুনা ময়া খিগংলহুনা, গুগংলহুনা লৈরি, ময়মদি আশাবা থাওতু মশাদা চোংপ্লে, কনা অমনা ইরুজবদা থাও পুম্না তৈশিল্লুবদগী কয়া ফয়া লাওরবা মশমতু চুড়া উপ্লগুম কোকতোন্দা পৈশিন্দুনা পুল্লগা হুবাই-খোংবা ওৎথাইবা লাক্লরি—যঙ্কেন-নহানা শাজেনা যশ তাম্নহুনা ফুবগুম্মি। মফম অমদনা, চাওরবা ভাশেমথাং মাংদা থারহুনা বামী, ক্ষেমী, গোপালগী মমা, নেপালগী মমানা খোংজ্রুম, মাইয়েল, সেবোং, থামেন, মনা-মনীং শেম্লি ; মতুগী শ্রো শ্রা

শ্রোশ্রা হায়রবা মখোল থোক্লি, মচিন্দনা লৈপাইবু চৈ-থঙ্গদ্লি, মবুঙোবু থীনা ভাংলি, মখোই মশেলসু থংনরি। অদুগা গোলাপীদি লোনা সুপ্রা ওইরে, চাঁদিগী মতৈদি বু ভাওদুনত লৈ, কৈলাসীগী ম-য়াদি অতোৱা-শবক ফংলে— দারোগাগী মুহুরী ওইরে; গোপাল উরেগী শুমাং লীলামুক থংভাইবা পৃথিবীসিদা লৈতে, পার্ব্বতীগী মচানিপামুক ওক্তবা অভাংসি অসুক চাওখ্রবা বাঙ্গালা লৈবাক্তা লৈতে, ইংরেজশিংদি রাবণগী মচা মশুনি, ভগীরথনা গঙ্গা পুথরকই, ভটচায্যিগী মচানুপীগী মকুথী মরাদি শ্যাম বিশ্বাসনি, হায়বনচিংবা হিরম কয়া কয়া লৈনরি। কনাগুম্বী নোয়ররবী ফুচু-মুবীনা, শুমাংদা চাওরবা থোরবা ভাশেমথাং অমা উং মথক্তা থম্লদুনা ভা হায়বা জাংকী মথবাই তনজৌ-জৌরি, উমাইবীশিংনা ভাশেম্বীগী নোয়রবা শাবান অমসুং মথুং-মশা হৈশিং-বদু উবদা কিদুনা খুমাং চাওশিল্লকপা ভমদ্রে, অদুবু অমুক অনিরক চেনলাক-লাকপসু ময়াওরি! কনাগুম্বী পোক হৌরবীনা ইশিং শোক্তংলক্লি, কনাগুম্বী শক্তম-অকিবা-পোকপীনা মরূ-মরাং তক্লি। অতোপ্পা মকমদনা পুকৈ মথংদা, মীনাই-লুপী, চাকথোঙবা অমসুং পুকৈ-পায়বী, মখোই অহুম মাইওনশিন্নদুনা শাথীনা থংনরি। পুকৈ-পায়বীনা য়েংলি, পিরিবা থিদুনা চপ চারে—চাক-থোংবীনা য়েংলি, মসিতনবু করম্না ওক্তনি? মীনাই লুপীনা মরে তৌরি, পুকৈবু হাংদোক্তুনা থম্বিরবদি, ঐখোইনা ওক্কবা শীনজবা ভমগনি। চাক ভাইরদুনা অভাং লুপী নিপা কয়া, চাক্লিবা কয়া, হুই কয়া কমদুনা লৈরি। হৌদোংশিংদি ভাইবা-খোংপা তৌদে—মখোইদি তাল্লক য়েংলদুনা, মপু তাক্তনা চেঙ্গাক ওইনা, মপুক থল্লবা লাক্লরি। মকম অমদনা, শরোন্দা চং-লকপা যণবীনা খোংক্রম মকু, থামেন অমসুং সেবোংকী মখোক, অদুগা লা-য়ামদু অমৃত ফংবগুম মমিং উইশিল্লদুনা শগুপ-শাইরি।

হায়রিবা মনুংগী যুমজাও অহুমসিগী মথংদা, লৈকোল লৈ। লৈকোলগী মথংদা শংবায়রবা অমংবা নোং মচেংকুম পাক্লবা পুখ্রি। পুখ্রিড চোকপললনা থাজিল্লি। মথংগী যুমজাও অহুম অমসুং লৈকোলগী মরক্তা ইমুং মনুং চংথোক-

চৎশিন তৌনবা লম্বী মচা অমা নৈ। লম্বী মচাসিগী মতোন অনিদা খোঙ অনি পাল্লি। মসিনা মনিংখোঙনি। মন্নুংগী য়ুমজাও অহমত্ত লম্বী অসিদা চঙবা য়াই। য়ুমশিং অসিগী নাকল অমরোমদা শগোলশঙ, শামু শঙ, তুই মকোল, শগোল, অতৈ শা-উচেকশিং য়োকফম নৈ।

কুন্দনন্দিনীনা চংঙক্লবগা লোয়ননা নগেন্দ্রগী মপাল নাইত্রবা ফজরবা য়ুম-কৈময়ল-মথুম পুম্নমকসি য়েংনা য়েংনা দোলাই তোংলত্তুনা মন্নুংগী য়ুম-লোমদা চংলক্লে। মহাক সুর্য্যমুখীগী মনাক তান্না পুখিল্লক্কুনা সুর্য্যমুখীবু খুরুম্নরে। সুর্য্যমুখীনা আশীর্বাদকা লোয়ননা তরাম তরাম ওকপিরে।

নগেন্দ্রগী শক্তমগা, মানা মমঙদা উখিবা নিপাত্তুগী শক্তমগা মান্নবত্তু উবদা, কুন্দনন্দিনীগী মপুক্লিংদা, মাগী তুপীস্থ শোইদনমক মথংদা উখিবা নুপীগী শক্তম-তুগা মান্নরম্বা তাই হায়না কন্না চিংনবা অমা পোক্লম্মি; অদুবু সুর্য্যমুখীবু উবদা মহাক্কী চিংনবত্তু কোকখ্রে। কুন্দনা উরে. সুয্যমুখীদি আতিয়া-ফীজংদা উখিবা নুপীত্তুগী মতৌঙম কুচু মুদে। . সুর্য্যমুখীদি পুর্ণিমা থাজগুম শনা অহিং-বগী কুচুনি। মাগী মমিং অনিত্তু ফজৈদি হায়রবু, কুন্দনা মমঙদা উখিবা মিং অত্তুগদি মান্নদে। সুর্য্যমুখীগী মমিত্তি শাংদানৈ, চিন্নাইগী শম য়োনিং য়োমাং তোরবা পিশুমগা খোঙলোইনৈ, ফজরবা খোইরপ তোবা পা পরেংগী মন্নাই চবুক্তা নৈ, চাওরবা মুয়বা মিংনহানা লৈতেংই, হাইফেৎ কোয়ৌ মশেক্কুম ঙাল্লি, লংই, অত্তুন্নদি ওইরগা মেঙদানৈ। মঙদা উখিবা কুচু-মুবীগী মমিত্তদি অসিগুম্বা তাঙলবা পুক্লিং শুমহৎনফম ওইবসি পক্কে। সুয্যমুখীগী শওং শাদাগত্তু মান্নদে। মঙদা উখিবীত্তুদি মখিক নেম্মি, সুর্য্যমুখীদি হাইরপ তোঙ্গানৈ, মালং-ইপোয়া শাখেক হাপ্লিবী উরিগুম ফজবা ইপোয়া তনিক তনিক্লি। মঙদা উখিবী নুপীত্তু ফদি-ফজৈ, অদুবু সুয্যমুখীনা মত্তুদগী শরুক চামা হেল্লি। অত্তুগা মঙদা উখিবীত্তুগী চহিত্ত কুনমুক্তগী খোইনা হেনগনি নিংদে — সুর্য্যমুখীদি কুনতরুকলোম হায়রবীনি। সুর্য্যমুখীগা, হায়রিবা শক্তম-তুগা ইমান-মান্নদবত্তুদা, কুন্দগী মথৱাইত্ত হুংঙাইজরে।

সুর্যামুখীনা কুন্দবু তরাম তরাম ওকপিরগা, মাগী সেবা তোনবা মীনাই মুপী মন্নামদা য়াথং পিরে। অদুগা মখোই মন্নামগী লুচিংবী অডবু য়েংলদুনা হায়রকই, "কুন্দ হায়বী মুপীমচাসি ঐহাক তারাচরণগা লুহোংবিরগদবনি। অদুনা মাবু ঐগী ইনাও মুপীনি হায়না চেকশিন্না লুনা লোয়নগদবনি।"

মীনাই-মুপী লুচিংবীদু, খঙজরে হায়না য়াদে। মহাক্না কুন্দবু অতোপ্পা কা অমদা পুরক্লে। তাপ্পাসিদা কুন্দনা মাবু চিংনা-মুন্না য়েংলকই। মাবু হেক উবদা, কুন্দগী মশাপুম্বা খাই লাওবা অমা পোকপ্রে অমসুং কোক্তগী তোন-ফাওবা হুমাং অনপ্পী কাংপ্রে। কুন্দগী মমগুদা, মমানা আতিয়া-মকোইদা খুদোনবী খিন্দুনা উংথিবা মুপীগী শক্তম, মিংন্না-খলাল-মানবী কুচু-লৈশিনবীদু, মীনাই মুপী অসিমক্কি !

কুন্দদু কিবনা চময়দুনা হাইকেৎ মুংশা-মপী হোল্লগা হংঙকই, "নংবু কনানো ?"

মীনাই মুপীনা খুম্মকই, "ঐগী ইমিং হীরা কৌই।"

## নিপালশুম্বা মতাং

# পাবিরিবশিংনা খোয়দৌ য়াম্না শাওগৎপিবগী মরম

মতাং অসিমাইদা পাবিরিবশিংনা য়াম্না খোয়দৌ শাওগৎপিরমগনি। বারিগী-লাইরিকশিংগী চৎনবী অমা লৈ, লুহোংবনা মনিংথোক্বা ; ঐখোইদি অহানবমক্তদা কুন্দনন্দিনীবু লুহোংথোকপিরে। অদুগা থাইনদগী চৎনবী অমনা, বারিগী মকোক ওইম্বিবী অডগা মুংশিনরিবা মীশক্তু, য়াম্না মশক ফজ-গদবনি, শুপ পুম্বনা তিনগদবনি, য়াম্না মখোনা-মরিংজেল ফগদবনি, অমসুং মকোক ওইরিবী মুপীদুগী মুংশি-ইপোম্না চাংজো পানা চেনগদবনি। লাইর-রবা তারাচরণগীদি হায়রিবশিংসি করিমতত্ত্ব পক্তে—ফজবরোমদা য়েংজুরগা

কোম্বি কুচূম্নি, নাথাং তেকই—মপাঙ্গল-মথৌনাম্বোমদা হায়রগনা মুনশী অঙাং-মরক্তা কোংদোকপচ্চ মঙাই—অদুগা সুংশিবগী মাইকৈরোমদদি কুন্দনন্দিনীগা কন্না হকচিন্না লৈবা, মত্তুদি থঙত্রে: অদুবু অয়োকপা-য়োং মপী অমগদি হাইকেৎ মরৈনৈ।

ওইনিংবমথৈ ওইরবসু, কুন্দনন্দিনীবু নগেন্দ্রনা মমুমদা পুরক্লগা তারাচরণগা লুহোংবিরে। তারাচরণনা কজরবী সুপীজু মমুমদা পুত্রে। অদুবু শক কজবী সুপীজু লোক্লবদগী মহাক অবাবা অমা মাইয়োক্লে। পাবিরিবশিংনা নিংশিংবিরমগনি, তারাচরণনা, সুপী লাইরিক তমহনবা অমসুং সুপীবু মপাল থোক্লা মরাম মরক্তা তিন্নহনবগী মরমদা বারেং কম্না কয়া ইতনা দেবেন্দ্র বাবুগী মীতিনকম কাদা হেক হেক পাই। মতুগী মরমদা মরৈ য়েংনরকপদা মাইরনা ইতৎ তত্তনা নাপল তৌনা হায়, "কম্বিগুম্বা ঐঙোন্দা তাঞ্জা অদু ফংলক্লবদি চিরম অসিগী অহানবা রিফরম্ তৌবগী থুদমচু উংকনি। ঐনা লুহোংলবা মতমদা ঐগী সুপীত্রবু মরাম্মকী মাঙদা পুথোক্কনি।" চৌজিক্তি লুহোংলে—কুন্দনন্দিনীগী মশক মতৌ ফজবগী বা মরূপ মপাং মরক্তা বা বা নিম্নরক্লে। মরাম্মক থাইনগী ইশৈ কোট তৌনতুনা হায়রক্লে, "কদাইদা চংত্রে বাশক?" দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "কদাই, নংসু ওল্ড্ ফুলশিংগী মরক্তা য়াওরবরা? নংগী সুপীগা ঐথোইবু শক থঙনহন্দ্রবদি কৈদৌরে?" বাশিংসি তাবদা তারাচরণ য়াম্না ইকাইরে। দেবেন্দ্র বাবুনা হায়জবা অমসুং করেম্নবচু নাঙ্হোকপা ঙমদ্রে। দেবেন্দ্রগা কুন্দনন্দিনীগা শক থঙনহনগনি হায়না য়ারে। অদুবু বা অসি সূর্য্যমুখী তারবদি শাওরকনি হায়নসু কি। অসুম্না নিংজিং-মাংজিংনা লৈবনা চহি কাজিল্লক্লে। অদুমগীদি অমুক লৈথোকপা য়াশিল্লক্ত্তুনা, খুম শেম্বা তাম্বি হায়জিন্দুনা কুন্দবু নগেন্দ্রগী মযুমদা থাত্রে। খুম শেম্বা লোইরে। অমুক লৌশিন্নদবা য়াদবনা লৌশিল্লুক্লে। মতম অদুদা দেবেন্দ্র মথামক নোংমা মরূপ মপাং মরাম পুরক্তুনা তারাচরণগী মযুমদা লাক্লে। অদুগা তারাচরণবু লোনম-নাপাল তৌবগী দমক্তা করেম্নবা হৌরক্লে। মচু য়ৌশিল্লক্লবত্তুদদি

তারাচরণদু যাদহুনা কুন্দনন্দিনীবু নিংথিনা শেং-চাহললগা দেবেন্দ্রগা বারি-বাতাই শানবা পুথোক্লক্রে। কুন্দনন্দিনীনা দেবেন্দ্রগা করি বারিনো শাদৌরিবা? ওহাক কীরুম খুমজুনা লেপল্লগা কপ্তুনা চেনখ্রে। অতবু দেবেন্দ্রদি মহাক্কী নৌনা-মপুম-মক্লে-কারকপগী চাংথক্কম লৈত্রবা নিংথিবদু উবদা পুমশুমশুমহৎখ্রে। নিংথিবদু অমুক কাওবা ঙমাখল্লে।

মতুগী মতুং হুমিৎ খরনি লৈরগা দেবেন্দ্রগী মহুমদা খবক অমা থোকই। মাগী ইমুংদগী মুপীক্লচা অমখক্লা কুন্দবু বার্ত্তণ তৌরে। বাসি সূর্য্যমুখীনা তারহুনা চৎপা যাদে হায়না থিংলক্রে। অহুনা চৎত্রে।

অতগী মতুংদা অমুকন্থু দেবেন্দ্রনা তারাচরণগী মযুমদা লাক্লহুনা কুন্দগা বারি বাতাই শাররে। মীগী মচিন্দগী বাকমসিন্থু, সূর্য্যমুখী তারে। অহুদগী তারাচরণবু মহাক্লা অস্থক্কী মতিক শাথীনা চৈখি মন্তদি, অতুগী হুমিত্তগী হৌনা কুন্দনন্দিনীগা দেবেন্দ্রগা বারি শাবা ভৌথিদ্রে।

অসুম্না লুহোংলবা মতুংদা চহি অহুম হোথ্রে। অহুদগীদি—কুন্দনন্দিনী লুখ্রা ওইরে। অক্কম-লাইহৌনা উংঙ্গনা তারাচরণ শিথ্রে। সূর্য্যমুখীনা কুন্দবু মাগী মনাক্তা পুশিন্দুনা থম্লে। তারাচরণগী দমক শাবিবা যুম অত্রু য়োম্থোক্লগা কুন্দদা চে ওইনা পিরে।

পাবিরিবা শিংনা থোইদৌ শাওগংপিবগী খমদি থেংলে, অত্রু বারি মপুংদি হৌজিক হৌগংলক্রে। হৌজিক্তদা হ-পাম্বী মক্ক হুম্লে।

## মাপললগুবা মতাং

## হরিদাসী বৈষ্ণবী

লুখ্রাবী কুন্দনন্দিনীহু নগেন্দ্রগী মযুমদা মতম খর্রা লেল্লক্রে। নোংমা হুমিৎ মুংথ্রবা মতুংদা ইমুং মনুংগী মুপীশিং পুল্লপ্না অরিবা মুমজাওদা ফম্মি। লাইগী নোংদমদগী ঙসিদি মীশিং কনা য়াম্মি, ময়াম্মক মানা মানা পাম্বা

খুম্নুংগী মুপীশিংনা হৈনবা থবক তৌনরি। মথোইগী মরক্তা কাবক নৌরিবী মুপীমচাদগী লৌনা মপোক্তা পুমজৌ ভোরবা হন্দুবী কাওবা য়াওরি। কনানা শম পুনহল্লি, কনানা শম পুনবিরি, কনানা ছিক কাইহল্লি, কনানা ছিক কাইবিরি, অমম্তুং "সি সি" চিংখত্তুনা ছিক শিক্লি, কনানা পোক কোইদোক্লি, কনানা কো-থায়হনা মহু কোইদোকপা লাক্লরি। কনাগুম্বা নিংথিবীনা মচাগীদমক কজবগা কৈজুপ তুবা হোৎনরি, কনা অমনা মচাদা খোয়াং ইল্লি। কনাগুম্বা নিংথিবীনা শম-পুম্নবা লংগুং তারি, কনানা মচা ফুরি মচাহুনা গুগৎলহনা অয়ৌবী খোঙাংদা খোঙ্গে শুনা কপ্লি। কনাগুম্বা ফজবীনা কার্পেট লোল্লি; কনা অমনা মখদাং খুৎনা লৌরহনা মহু য়েংলি। কনাগুম্বা য়েক-খোংপা হৈবীনা কনাগুম্বগী মুহোংবা নিংশিংলক্তুনা ফালদা মঙল-খুদম য়েক্লি, কনাগুম্বা লাইরিক-লাইগুদা খোয়দাবীনা দাগুয়ায়গী পাচালী পারি। কনাগুম্বা অহল ওইবীনা মচানিপাবু তাখি-তাওইনা ভাংলহনা তারিবী ময়ামগী মনাকোং পেলহল্লি, কনাগুম্বা মুংশি বাঙাং হৈবী মৌ-নহানা, লোল্লপ, মপুরোইবগী মুংশি-লোনচংপু মতাশিংদা নাপচিক্লা তমহুনা থাইন-মৈশালাংবীশিংগী মৈচাক হেনগৎহল্লি। কনানা য়ুমগী মবেম্মবু থীনা ভাংলি, কনানা য়ুম্মুরেনবু চৈরি, কনা অমনা কৈরোই নৈকাইগী মীবু তাখি-তাওইনা ভাংলি; অয়াম্বনা মশা মশাবু পংথাদ্দা থাগৎনরি। অমুক্তা সূর্য্যমুখীনা পঙমল্লি হায়রহনা চৈথিবী মুপীহুম্নু, মহাক মশাগী হৈ-শিংবগী মরমদা থুদম কয়া কয়া পুথোক্তুনা উৎপা লাক্লরি; চাক-ইনখাং থোংবদা, থুম য়াকপরা নমদবরা অমা ইতৎ তত্তনা তৌবী মুপীহুম্নু, মহাক্তা থোং-থাকপদা চংখোনবগী মরমদা শাংলবা থারি অমা শাথরি। খুলগী মহুংদা মাগী মপুরোইবনা থাইদগী পঙথ্রবা মুপীহুম্নু, মপুরোইবগী মীনা তানঙমথ্রবা থঙ-হৈবগী মরমদা শক-শোন্দুনা লোয়নরিবীশিংবু চংঙকুহল্লি। মচা মুপী নিপা পুম্বা মুশিন মুবা শহুম অমমম মানবা মুপীহুম্নু, শক কজবা পোকপীনি হায়না নাপল তৌনা ভাংলি। ময়ামসিগী মরক্তা সূর্য্যমুখীদি য়াওদে। মহাক্তি হাইফেৎ পোঙবীনি, অসিগুম্বা মরকসিদা

পংতিন তিন্দে অদুগা মহাক য়াওরবদি অতৈ ময়ামগী নুংঙাইবহুস্থ মপুং ফাদে। ময়াম্মক্তা মাবু কিনৈ, মঙোন্দা পুক্নিং তেংথোক্না বাক্নি বাভাই শাবা ইঙম ঙম্নদে। অদুগা কুন্দনন্দিনীদি ময়াম মরকসিদা অদুম্মক য়াওরে, হৌজিকস্থ য়াওরি। মহাক নিপামচা অমথক মমানা হায়জবা মতুং ইন্না ক, খ, তম্বিরি। কুন্দনা তাক্নি, অদুবু মাগী ছাত্রদুদি, অতোপ্পা নিপামচা অমথক্না মথুক্তা পায়ন্নিবা সন্দেস তম্না মমিং কুপ্তনা য়েংতুনা লৈরি ; অদুনা তম্বিবগী মহৈ চাবা হায়বদুদি অদুম্মক ওইরে।

তাপ্লাসিদা নুপী ময়াম্ মরক্তদা "জয় রাধে" হায়না শোল্লদুনা বৈষ্ণবী অমা চংঙক্লনা লেপ্লরে।

নগেন্দ্রগী ঠাকুর বাড়ীদা নিতিমক্তা অতিথি সেবা তৌই, অদুগী মথক্তা নোংমাইজিং খুদিংগী নকমতুদা চেং-নচিংবস্থ য়েল্লি ; অদু নত্তনা কনাগুম্বা বৈষ্ণবী অমতা ভিক্ষা তৌবা ইমুং লোমদা চংবা য়াদে। ময়ম অসিনা ইমুংদা "জয় রাধে" শোল্লকপদু তাবদা নুপী-ময়াম মরক্তদগী অমনা হায়রকই,—"কনানো ইমুং তাম্না চংলক্লিবা ? ঠাকুর-বাড়ীদা চৎলু।" অসি হায়না হায়না মহাক্না লৈ-দুনা বৈষ্ণবীদু তম্না য়েংলকপদা বা মথা তাথখিত্রে ; বাঙাং হোংদুনা হায়রকই, "এঃ ! করম্বা বৈষ্ণবীনো সিদে !"

ময়াম্মক ঙক্না য়েংলকই, বৈষ্ণবীদু মথোক কায়রক্লিবীনি, মশাপুম্বা হায়-নিংঙাই লৈতনা ফজে। নিংথিবী খিবিক্না তিল্লবা নুপী ময়াম্নক্তদাকাও কুন্দনন্দিনী নত্তনা মহাক্না চাংদম্নবা য়ানা ফজবী কনাস্থ য়াওদে। মহাক্তী তবা-তবারবা চিনবান, ওংদা ফজরবা নাতোল, পোমশাংনবা থম্বাল-চামনিপাল মাল্লবা মিং, নিংথিনা কুপ্না চিংবগুম তৌরবা শিগুম, মতা করবা লাইবক, পম্বৌ হেন্না মানবা পাম্বোম, অমস্থং লৈহাও লৈরেনবু ঙমজবা কুচু অদুদি নুজালকস্থ অতাঙবনি। অদুবু মকমতুদা কনাগুম্বা ফজবা হায়বদু কুপ্না মুম্না থঙবা মী য়াওরম্নবদি, মহাক্তনদি হায়গনি, বৈষ্ণবীদুগী শাবান্দা মপুং-মরৈ-কাবা থজিকংদি য়াংলি। শাজং-লাকচংস্থ নিপাগুম্না তৌই।

বৈষ্ণবীদু লাইবক্কা চন্দয়া লেংদ্রংলগ লৱাই-পুখোংদা মম চবুন ওইনা পুন-শিল্লি, মপাল অমুবা চনবা সিমলাগী ফি শেংলি, মথুত্তনা থক্লবী অমা পাম্বরি। খুদাংদা পিথ্রাইদুনা খুজি, মতুগী মথক্তুনা য়োংকী তারা মকোল শিন্নি।

মুপীশিংগী ময়ম্ভগী অহল ওইরপ তৌবী অমনা হায়রকই, "কনালোনে নহাকপো?"

বৈষ্ণবীদুনা খুম্মকই, "ঐগী মিং হরিদাসী বৈষ্ণবী কৌই। ইবেম্মশিংবু ইশৈ তাবিনিংবরা?"

মতু তাবদা "তানিংই তানিংই" হায়বা খোল্লাওনা মাইকৈ মরিমক্তগী অহল নহা পুম্বনা লাওনরে। অতেদগীদি থক্লনী পায়না পাম্বনা বৈষ্ণবীদু সুপী মুয়ামগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ফমরে। মখাক্তা ফম্লরিবা মফমদুদি কুন্দনা অতাং লাইরিক তম্খিরিবা অতগী মনাকমক্তদনি। কুন্দদি ইশৈ য়াম্না পান্নি, বৈষ্ণবীদু ইশৈ শক্তদোবি হায়বদুদা মখাক অমুক্তা কেন্না মনাক্তা নকশিল্লরে। মখাক্তী ছাত্রতু তাম্লক্তুদা হৌপংথিদুনা সন্দেস চারিবা অঙাংগী মথুক্তগী মন্দেসতু মুল্লগা চাথোকউরে।

বৈষ্ণবীনা হংজকই, "করি শকউগে?" মতুদা তাগদোরিবী পুম্বনা অহল মথলগী অপাম্বা হায়নরগে। কনা অমনা হায়রকই, "গোবিন্দ অধিকারী"—কনা অমনা "গোপাল উরে।" দাশরথিগী পাচালী পারিবীতনা মখাক্তা পারিবতুমক তানিংই হায়রগে। অহল ওইবী অমা অনিনা কৃষ্ণগী অমম ওইবা শকউ হায়না য়াথং তাওথরক্লে। মতুগী টীকা হনবা ওইনা মায়াই চল্লবীশিংনা 'সখী সংবাদ' অমসুং বিরহ' তানিংই হায়না অপাম অপাম্বা হায়নরক্লে। কনা অমনা 'গোষ্ঠ' শকউ হায়রক্লে কনাগুম্বী ইকাই-শঙ্গোই-হাংবা মৌনহানা হায়রকই, "নিধুগী টপ্পা শকে তাম্বরগা শকউ—নত্রবদি তানিংদে।" কুনাগুম্বী লোল শেংলম-শেংফাত্রিবী সুপীমচা অমনা বৈষ্ণবীদুবু তথিবগুম্না শক্লক্লে, "মাইথুম হাংদোকনু হাংদোকক্ত হাংদোকনু চতি।"

বৈষ্ণবীনা মুয়ামগী ম-বা তারবা-তুংদা কুন্দয়োমদা নোংথাং ইচেলগুম্বা

মিৎয়েং অমা মিংচিনা হায়কেৎ য়েংলগা হায়রকই, "ইবেম্মা,—নংদি অপাখা অমতা তাক্কবা করিগীনো?" মত্ত তাবদা কুন্দদি ইকাইখিবনা মমাই লৈদা লুক্রহনা মোমোন নোক্কুনা লৈগ্রে, করিগুম্বা পাওখুমনচিংবা অমতা থুম্মক্রে; অদুবু থুদক্কুমক্তদা অহল ওইরবী অমগী মনাকোং ময়াদা লোম্না হায়রক্রে, "কীর্ত্তণ শকউ হায়ুবা?"

মতুদগীদি অহল ওইরবী অদুনা হায়রকই, "তারিবয়া, কুন্দনা কীর্ত্তণ তানিংই হায়রিয়ে!" মতু তাবদা বৈষ্ণবীত্ত কীর্ত্তণ শকপা হৌরক্রে। ময়াম্মক্কী ম-বাদি লোদনা বৈষ্ণবীনা মাগী মাতমক লৌবত্ত উবদা কুন্দ ইকাইবনা থম খেংখ্রে।

হরিদাসী বৈষ্ণবীনা অহানবদা অমুক অনিরক তপ্না তপ্না শায়বগুম খঞ্জনীদা মখুৎনা খঃপা হৌরক্রে। অদুদগী য়াম্না মেংনা তপ্না, বসন্তগী খোঙহৌ অহানবদা খোঙদায়কপা খোইমুনা ঙংবগুম মখোনাওদগী স্বরগী আলাপ তৌরক্রে—ইকাইখিরবী নৌবিবী গুজানা মথংলেন কাদা অহানবা নুংশি পুক্নিং ক্ষোংদোকপগুম্মি। মতুংতদা খঙহৌদনা পিক্রবা খঞ্জনী অদুদগী য়াম্না হৈরবা পুংয়েবা মীনা থংপা খুংখংকুম হৌরবা খোম্থোক খোরক্রে অমসুং মতগা লোয়না-লোয়ননা তারিবীশিং অদুগী মশাদা তু খ্যাও চুংক্দুনা অগ্যরানা তমজক্নম ওইবা খোঞ্জেলদা ইশৈ শকপা হৌরক্রে। নুপী ময়াম্মক অদু ইঙক ঙক্না তমহৎপগা লোয়ননা, বৈষ্ণবীদুগী চাংদম্ভম লৈত্রবা খোঞ্জেলদুনা দোলাপ পাখোক্কুনা আতিয়া তয়া পাইথংখিবত্ত তাদুনা লৈরক্রে। কৈদম-শিংদমদবা ইমুংগী নুপী নহাশিংনা ইশৈদুগী ফজবত্ত কয়ম্না খঙগদগে? অখঙ অহৈ য়াওরবদি, অসুম্বা তাল-লয়-সুর কায়দ্রবা ইশৈসিদি খোঞ্জেল ফবতনা শকপা ঙম্বা নত্তে হায়রবসি নিংথিনা খঙগদবনি। বৈষ্ণবী অদু অমবু ওরইবসু অমবু ওইরবসু, ইশৈগী ল-মদদি নিংথিনা নৈনরবী অমসুং নহা ওইনা চংখোন্না হৈরবী অমদি ওইরে।

বৈষ্ণবীনা ইশৈ শকপদু লোইররবদা নুপীশিংদুনা অমগা অমুক শক্নবা

হায়জরক্লে। মতু তাবদা হরিদাসীনা মুংশি লোম্থুপ্রবা মিংয়েংনা কুন্দনন্দিনীগী মাইথোং তম্না য়েংলগনা কীর্তন শকপা হৌরক্লে—

"নিংথি চেংলোইবু য়েংজগে হায়না
লাকচবনিনে গোকুলসিদা।
ঐবু চংনকম পিয়ু রাই নখোঙদা।
ওইন-পুকচেয়া খনগ্রবীনি নংদি
অদুনা শাজরিবনি লমলানবী,
মুংশি যাঙাংনা কনবিয়ু ঐবু
হজখিগে য়ুমদা নখোঙ শোক্লগা।
মিং পেন্না য়েংজনিংবদগী নংবু
য়ুমথোং থুদিংদা খোংজবনি বাঁশী,
চোৎহনজবনি ইশা মিংকী পিনা।
খোজানবিদ্রবদি নহাক্লা
চৎকনি ঐদি যমুনা তান্না
থুদেক্নি বাঁশী থাগনি খবাই,
মথুতদা কোকনি নংগী ওইন-পুক্চেন।
ব্রজগী মুংঙাইবা থাদোক্লনা রাই
চংজরক্লবনি নখোঙ খুয়াদা,
পোক্পগী নুপুর রুক্লগা ঙক্লা
থারগনি খবাই যমুনা ইরোম্নুংদা॥"

ইশৈ লোইরবা তুংদা বৈষ্ণবীনা কুন্দনন্দিনী তম্না য়েংলদগা হায়রকই, "ইশৈ শকপদা খোনাও অসি কংখ্রে, ইশিং থজিক্লা থকে।"

কুন্দনা কোলগী পাত্র অমদা ইশিং পুরক্লে। বৈষ্ণবীনা হায়রকই, "নখোইগী পাত্রসি ঐহাক পায়রোই। অসিবাইদা চৎলগা থুত্তা থরা হৈথবিয়ো। ঐহাক বৈষ্ণবী জাতিদা পোকপা নত্তে।"

যাঙাংলিনা থঙলে, বৈষ্ণবীদু অহানবদা শোক্ল-শল্লবা য়াদবা জাত্ত-গী হোৌরকপনি, তুংদা বৈষ্ণবী ওইখিবনি। বা অসি তাবদা কুন্দন্সু মাগী মতুং ইন্দুনা খুৎচুম্মচিংবা হৈদোক্লবা মকমদু ভান্না লাক্লে। থুপী ময়াম্না কম্লিবা মকমদু-দগী মথোইনা চথোরক্লিবা মকমদু অম্সুক্কী মতিক লাপই মদুদি, মকমদুদা লোম্লপ বা ঙাংনবদা কনানম্সু তাবা ফংলোই। মকমদু য়োৌরবদা কুন্দনা বৈষ্ণবীগী মথুক্তা ইশিং হৈরম্নে, বৈষ্ণবীম্সু মখুং-মশা মমাই-মমিং চামথোক্লক্লে। চামথোক-চামথোক্লা অতৈনা তাবা ফংঙোইদবা থোঙ্খাংদা বৈষ্ণবীনা লোম্লপ হায়রকই,

"নহাকপু কুন্দ হায়বীদু নত্রা?"

কুন্দনা ঙক্লদুনা হংঙকই, "কনিগীনো?"

বৈ। নহাক নংগী ননেম মশক খঙলবরা?

কুন্দ। খঙদ্রি।

কুন্দনা তায়, মতাক্কী মনেমবোক্তি লমচৎ চুমদবী ওইবদগী লংকৈদা চেন-খ্রে হায়না।

বৈ। ননেমদু মফমসিদা লাক্লে। ঐগী য়ুমদা লৈ, নংগী নশক উনিং-বনা ক্রুং ক্রুং চোংতুনা লৈরে—অদু অদা ফনা ওইডুনম্সু, ননেমনিদো। মহাক্তি য়ুমসিদা লাক্কুনা নখোয়গী য়ুম্মুরেনবাগী মাংদা কৈদোম্নুংদা মশক্কু উৎলবা ঙমগদবা লৈত্রে – অদুনা নহাক অমুক্তং ঐগা লোয়ননা চত্তুনা মাগা উনবিয়ু-দনা?

কুন্দদু ইত্তিং তিংবী থুপীমচা অমা ওইরবম্সু মনেমবোক্তুগা মরী থম্বা হায়বসি ইচুম-চুমদবনি হায়বসিমদি খঙই। অদুনা বৈষ্ণবীনা হায়রকপদুদা ঙক্লেমক চাইডুনা য়ানিংদবা উৎলে।

অদুবু বৈষ্ণবীদুদি পাক থাদ্রে,—হন্না হন্না কন্না তকশিল্লক্লে। মদুদা কুন্দনা হায়রকই, "ঐহাক য়ুম্মুরেনবীদা তাক্লমদনা চৎপা ঙম্লোই।"

হরিদাসীনা মদু য়াদ্রে। হায়রকই, "য়ুম্মুরেনবীদা তাক্লুরবদি কৈদোম্

য়াররোই। নদেন্দ্রু কৌস্তুভবস্তু য়াই, মদুম ত্তৌরবদি মহাক লোম্না চেনখিবা শোয়দে।"

বৈষ্ণবীনা ফনা য়াম্না কম্না তকশিঞ্জরবস্থু কুন্দনা সূর্য্যমুখীগী ময়াখং ভাদনা চংশা হায়বসি শুকয়া য়াম্রে। মতুদদি ত্তাইকত্রভুনা হরিদাসীনা হায়রকই, "ফয়ে, নহাক য়ুমুরেনবীদা নিংখিজনা হায়তুনা য়েংউ, ঐহাক নোংমা লাক্তুনা নংবু লোয়গে। অতবু য়েংউ, য়াম্না চংখোম্না নিংখিনা হায়গদবনি. খরা কপ্-লাওতুনা ত্তৌশিন্নু, নত্রবদি কান্নরোই।"

মতুস্থু কুন্দনা পামদে, অত্তবু বৈষ্ণবীদা ত্তয়ি ত্তম্মোই হায়বদি করিমত্তা হায়দ্রে। মতুংতুদা হরিদাসীনা মমাই-মনিং থাদোকপা লোইরভুনা ময়ামগী নাক্তা অমুক হঞ্জিল্লকুগা পৈশা নিয়রে। তাঞ্জাসিদা সূর্য্যমুখী মফমতুদা কাওরক্লে। ময়াম্মক থাচোই ত্তাংবা লেপ্লে, নহা ওইবীশিংনা থবক অময়ম ত্তম্না পায়নখ্রে।

সূর্য্যমূখীনা হরিদাসীবু কোক্তগী ত্তোন ফাওবা মুম্না য়েংলগা হায়রকই. "কনানো নহাক ?" মতু তাবদা নগেন্দ্রগী মনে অমনা হায়রকই. 'বৈষ্ণবীনি, ইশৈ শকপা লাকপনি। ওস্থোক্রা হংশিনা শকখ্রে ইবেম্মা। অসিগুম্বা ইশৈদি অমুক্তবু তাখিদ্রি। অমতং অতুক তাওদনা ? হরিদাসী, লাইগী ওইবা অমতং অতুক শকউ।'

হরিদাসীনা শ্যামাগী ময়ম ওইবা নিংখিরবা ইশৈ অমা শক্রবদা সূর্য্যমুখীত্তু লেনখিতুনা পৈশা নিংথিনা পিয়গা বৈষ্ণবীত্তু থাদোকখ্রে।

বৈষ্ণবীনা থুক্রমতুনা কুন্দতম্না অমুক্তং লৈ-তুনা য়েংলম্লগা মপান্দ থোকখ্রে। সূর্য মুখীগী মশক হেক উঁখিদবগা খঞ্জনীদা তপ্না তপ্না খংলতনা তম্লপ শক্লক্লে,—

"লাক্লোনে থাজ ময়িক।
পিথক্কে নংবু লৈরাংগী থোইহি,
শিবিগে শনাগী লিক্লাং।
পিগেনে আতয় লিক্লি থম্না

শেম্বিগে গোলাপকী শমজিরৈ,
কাগোক চোম্না তপ্পগা পানা
পিজগে খোবোম থন্না।"

বৈষ্ণবী চৎপ্রবা তুংদা স্থুপীশিংত্র মতম কনা শাংনা বৈষ্ণবীগী বাতমক ঙাংনত্রনা লৈরে। অহানবদা মাবু য়াম্না থাগৎনরকই। অত্রদগী মথং মথং অস্থুম মাগী ফত্তবা হোদোক্লরক্রে। বিরাজনা হায়রকই, "অদু ওইত্রনস্থ, মনাতোন্দুদি হাইফেং পাক্তানৈ।" বামানা অমুক হায়রকই, "কুচুত ভাইফেং ভাইদা। "অত্রদগী চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "শমশিংহ লিমোন খোব্রিদোনা তৌই।" চাপানা হায়রকই, "লাইবক্ত, কাবক তোঙই।" কমলানা হায়-রকই, "মচিবান চাওই।" হারাণীনা হায়রকই, "শাবান্দু উতুপকুম্মি।" প্রমদানা হায়রকই, "স্থুপীত্রগী পুক্তাদ্র ওমাং লৌলাগী স্থপীশাবীওয়া তৌই, হঙোইবত্রম পোকই।" অস্থুম্না, ফজরবী বৈষ্ণবীদ্র থিন্দনমক চাংদক্তম লৈত্রবী শকথিবী অমা ওনখ্রে। অত্রদগী ললিতানা হায়রকই, "শক চু চংখোনবীমক নত্রবস্থ স্থপীত্র ইশৈদি ফজনা শকই।" হিরমসোমদস্থ লিংফম লৈত্রে। চন্দ্রমুখীনা হায়রকই, "কদাইদগীনো, স্থুপীদ্র মখোল ফত্তে।" মুক্তকেশীনা হায়রকই, "চুম্মি খোক্লেলত্র কাউনা খোংগুকপত্র মঙাই।" অনঙ্গনা হায়-রকই, "স্থুপীত্র ইশৈ হৈত্তে, দাশুরায়গী ইশৈ অমফাও শকপা ঙমদে।" কনক্লা হায়রকই, "মশাদা তালবু ইয়াও য়াওদে।" অস্থুম্না মমৈথংদা ময়াম্মক্লা য়ায় তানখ্রে, হরিদাসী বৈষ্ণবীত্র ম-পা লৈতনা শকথিবী ওইবতা নত্তনা— মাগী ইশৈদ্রস্থ ম-পা লৈতনা ঙংঙাইতে।

অহুমশুবা অশাং

# বাবু

হরিদাসী বৈষ্ণবীনা দত্তখোইগী ইমুংদগী খোয়রক্লগা দেবীপুরগী মাইকৈ পাংলক্লে। দেবীপুরদা ফজরবা য়োংলীনা-শম্বল-খাজিল্লবা পাক চাওরবা লৈকোল অমা লৈ। মতদা মথল মথাগী হৈ-লৈগী পাম্বীনা থম্মা হৌরি, ময়াইদনা পুক্রি লৈ, মতগী মপান্দা পোথাকম-শঙ শারি। হরিদাসীহ্র লৈকোলসিদা চংলক্লে অমসুং পোথাকম শঙঙুংদা চংলগা অচিকপা কা অমদা মাগী কীজোনশিংত লোথোক্লয়ে। থংহোদনা অতুম্বা শমজিরৈনা পুমকোয় কোয়রবা শম্লাং চবুন্দ মকোক্তগী তারক্লে, মত অহাপ্পা শম্মি। থবাক্কী অতোংবা অনিতু লোথোক্লে—কীনা শেম্বনি। বৈষ্ণবীত পিথাইগী থুজি অমসুং য়োংকী মকোল ময়াম লোথোক্লে—চন্দন থা-দোক্লে। অতুদগী নিংথিরবা কীজেং ময়াম্না লৈতেংলক্রবা তুংদদি, বৈষ্ণবী ওইরম্বতুদগী হায়কম থঙদনা ফজরবা পাথং অমগী শক্তম লৌরক্লে। পাখংতুগী চহিদি কুনমতায়োম ওরে, অতবু ময়াইবক ফবনা মমাইদা কোই-সুং হৌবগী থুদম তৌজিক ফাওবা তাদে। মাইথোং অমসুং শাবান্দু তনৌ তনৌরিবা নহাগী মতৌণ্ডম্মি। কুচুম্ব তম্নং তম্নংই। পাখংসি দেবেন্দ্র বাবুনি। হায়না মাগী মরমদা থয়স্থ শনখ্রে।

দেবেন্দ্রগা নগেন্দ্রগা অনিসি শাগৈ অমতগী মচানি; অতবু শাগৈ মশেলসি মপা মপু হাক্তক্তগী ওসি ফাওবা থংন-চৈনহুনা লৈনরক্লি। করি অমুক হায়গনি, দেবীপুরগী বাবুশিংগা গোবিন্দপুরগী বাবুশিংগা বা-লাং ফাওবা ওাংনদে। অহল-অম্মন হাক্তক্তগী ৱাখোক্লরকপনা মমৈথংদা ৱাখোক অমদা নগেন্দ্রগী মবুধৌনা দেবেন্দ্রগী মবুধোবু ওমশিন্নুনা দেবীপুরগী বাবুশিংসি মঙক হাইগংপা ওমদনা লৈখ্রবনি। ডিক্রিজারীদা মখোইগী লৈজবপুম্বা মাঙথি—গোবিন্দপুরগী বাবুশিংনা মখোইগী লমমথৈ পুমলেপ লেপাশিনখি। মতুদগী হৌনা দেবীপুর ময়াই চাইশখ্রে গোবিন্দপুরনা মচাক-মরল অমুক্কা

হেনগংখ্রে। ইমুং অনিসি অমুক তিন্না-তোংনবা তৌখিদ্রে। দেবেন্দ্রগী মপানা মাঙথ্রবা মরল-মথুম মিংচং পুম্বা অমুক নোনা তানশিন্নবা পাইখ্রে অমা লৌখংলকই। গনেশ বাবু কৌবা জমীদার অমা হরিপুর জেলাদা লৈ। মহাক্কী মচানুপী হৈমবতী কৌবা অমখক্তং লৈ। দেবেন্দ্রগা হৈমবতীগা লুহোং-বিরে। হৈমবতীগী গুণ কয়ামুক লৈ—মহাকসি মশক থী, চিন কল্লি, খোন্দা লুংশিদে, মশাগীতা য়েংই। দেবেন্দ্রনা মাবু লুহোংবা মতমসি ফাওবদা, দেবেন্দ্রগী মরমচঙ্বা অমকপা অমতা পক্তে। লাইরিক-লাইশুদা মথবাই য়ায়া য়াওই অমসুং মপুকচেল তপ্পি, অচুম্বদা চংলি। অদুবু লুহোংবা অদুনা মাগী মরাইবক থীবা হায়বদু ওইখ্রে। দেবেন্দ্রনা চহিগী মতুংইন্না জ্ঞান তাররুবা মতমদা উরে, মাগী মুপীগী মওং-মতৌদুদা মহাক নুংঙাইফম করিমতা লৈতে। মপুম মরৈ ফারকপগা লোয়ননা শক্টী ইখৌ লাংখংলক্লে, অদুবু ময়ুমদদি মদু কোকফম লৈত্রে। য়ুম্বানবগী হৌনবা নুংশি-চিল্লোক্নবা পায়ক্লে, অদুবু বাঙাং কল্লবী হৈমবতীবু উবমক্তদা অপাম্বা পুম্বা মাঙখ্রে। নুংঙাইবদি লায়রবুনা—দেবেন্দ্রদু হৈমবতীনা ঙাংখোয়রকপা বাঙাংগী তাশোয়া খিনবদা য়ুমদা লৈবদু বানা থোক্লক্লে। নোংমা হৈমবতীনা দেবেন্দ্রদা ওহোক্লা হক্লবা বাঙাং থয়া ঙাংলকই; দেবেন্দ্রনা খাঙবা হৌনবমথৈ খাঙলে—অদুবু অমুক ঙম্মক্তে। হৈমবতীগী মশম লাক্তুনা চিংলগা থোঙপাক্লা তিংখওনা কাওথুরে, নুমিৎ অদুদগী হৌনা ময়ুম থাদোক্তুনা, লৈকোলগী মগুংদা মাগী লৈফম য়ুম অমা মতিক চানা শাও হায়না য়াথং পিরম্মগা কলিকাতাদা চংখ্রে; মসিগী মমাং-দনা দেবেন্দ্রগী মপাদি নোঙ্গাখ্রে, মরম অদুনা দেবেন্দ্রে হৌজিক ঙাংবিনবা কনাসু লৈত্রে। কলিকাতাদা পাপকী লৈনাং থক্তুনা দেবেন্দ্রদু ইরাংগী ইখৌ লাংবা কোক্লবা হোংনরক্লে। মতম তৌবদা মখুরিংদা করিগুম্বা নিংজম্মক্তবা পোক্লকপদু অতং অথম লৈতনা য়ু চাইশিন্দুনা চামথোক্লবা লাক্লরক্লে। মমৈ-থংদাদি মদুগী অমুক থোইনা কান্নবা লৈরক্তে—পাপতনা মথবাই নুংঙাই-বা হায়বদু ওইরে। মতম থরা লৈরগা হয়াও তয়ামগী ময়মদা চংখোয়া

হৈ-শিংলবা মীশক অমা ওইরদুনা দেবেন্দ্র মযুমদা হল্লক্লে অমসুং মাগী লৈকোল-শুংগী মযুমদা লৈতানা লৈদুনা ইয়াংগী পুন্সিদা লেনবা হৌরক্লে।

কলিকাতাদগী দেবেন্দ্রহ মথল মথলগী শাজং-লোনচং তম্লকই। মহাক্না দেবীপুরদা হল্লক্লগা ঱িক্ষরমর অমনি হায়না ময়ামদা খঙহল্লক্লে। অহানব-মক্তদা মহাক্না ব্রহ্মসমাজ অমা লিংখৎলে। তারাচরণনচিংবা ব্রাহ্ম কয়া পুল-রে, লেকচরগী অয়োই-অথম লৈত্রে। ফিমেল স্কুল অমা লিংখৎনবা লাক্ল-খৎলক্লে, অদুবু থবক ওইনদি চংথবা ইঙম ওয়দে। পুস্তাবী-মুস্বাময়া য়াম্না কয়া পুক্লিং থোগৎপা হৌরক্লে। অমুক করি হায়গনি কাওরা অমসুং তিত্তরগী পুস্তাবী অহুম মরিস্থ পুহোংবিরে, অদুবু মত থাঙ্গৈশেংবমক্তি বরকন্থাগী শুস্তননি। জেনানাগী মশক ওইবা কৈশুমশঙগী য়োংজি থদংপা হায়বসি তারাচরণগা মাগা মত অমত্তনি। মবানিমক হায়, নুপীশিংবু মপান্দা থোক-হল্লু। হিয়ম অসিদদি দেবেন্দ্র বাবু ফনা নিংথিনা মহৈ য়াল্লে, অদুবু মপাল মথোকহন্দদি অতোম্বা ভাব অমরোমদনি।

দেবেন্দ্রনা গোবিন্দপুরদগী হল্লক্লগা বৈষ্ণবীগী কীজেং থাদোক্তুনা মাগী হান্নগী কীভমদা নাকলগী-কা অমদা থোক্লক্তুনা ফম্লরে। মীনাই অমনা অবাবা-পোথোকহনবা হিদাক হাল্লদুনা কোনগী হিদাকফু অচৌবা পুশিল্লক্তুনা মাংদা থিল্লরে; দেবেন্দ্রনা ভুহাক অদুগা অবা-অনা-মাঙহনবা হিদাক লাই-রেম্বীগী থোগল তৌজরে। অসিগুম্বা মহাদেবীগী প্রসাদকী মহাও ফংজত্রিবা মীয়দি, মীনি হায়না শিংথাবা য়াদে। হে মী পুম্বগী থম্মোই পেলহল্লিবী, তাইবং শুমহৎনরিবী! নংগী নফমদা ঐখোইগী ভক্তি লেংদবা ওইসনু। নংগী শাদোং হিদাকফু, ভাম্বক, তোংজৈনচিংবী লাইরেম্বী পুম্নমক মতম লৈবা খিবিক্তা ঐখোয়গী মিংলমদা ভাহোইদুনা লৈসনু, হেক উজবগা অয়ান-খুড়ম কংজগে। হে হিদাকফু! হে তোংজৈ! হে কোইরক-কোইবা মৈথুগী চবুন চবুন থোকহল্লক্লিবী! হে তাংজ-লীললা তমজকম ওইরবা শাংলবা তোংজৈনা লৈতেংলিবী! হে পুপাগী লংলবা জুহপা কোকতোন্দা ভাহোইরিবী! কয়াদা

নিংথিনা লুহংপ্রদগী ঝালর মপৈনা চুম্না য়াংথবা ! কয়াদা ফজনা মচা-তারবা থুংশা পরেংনা চিঙ্গুপ্পুদা ঙাহৌইরিবা ! কয়াদা চংথোম্না নংগী পুক্কুংদা তুংলিবা ইংলবা ইশিংগী মপৈনা ঙংলিবা ! হে তাইবং শুমহংপী ! নংদি তাইবং মীগী অবা পোথোক্লজফম্নি, অতনবা কাংবু য়োকপিবীনি, তালোইগী-মীচৈ তারবা মীগী থম্মোই লাংতক্লববু মাঙহনবীনি। মবুঙোবু-কিরবা-মীগী মথৌনা-হাপ্পিবী ! অপঙবা ঐনা নংগী নগুণবু করি থঙজগদগে ! নহাক্না অবা-বা মীবু মপুক্কিং ফাথবিয়ু, কিরবা মীবু মপাঙ্গল পিনবিয়ু, লৌশিং থোক্তবা মীবু লৌশিং পিনবিয়ু, শাওরবা মীবু মপুক্কিং তপথহনবিয়ু। হে পৌজান হৈবী ! হে মুংঙাই পুম্বা পিনহৈবী ! নহাক অমাঙ-অতা লৈতনা ঐগী ইমুংদা ঙাহোই-হুনা লৈবা ওইসনু। নংগী মুংশিবা ননম্ নোংমা নোংমগী হেনগৎলকপা ওইসনু। নংগী পুক্কুংদা তুংলিবা লাইজ ইরাওথোলদ নোং থাকপগুম ঙংহুনা লৈরসনু। নংগী তোংজৈ মতোংদুগা ঐগী চিনবানগা মিকুপ ফানা থানদবা ওইসনু।

ইথৌ-লাংলবা দেবেন্দ্রনা মথবাই লুপ্না মহাদেবীসিগী প্রসাদ থুগ্গয়ক্লে—অতবু মত্তনা মপুক্কিং লেঙবদি ঙমদ্রে। মতুংদ্রদা অতোপ্পা মযাইকল্লবী অমগী সেবা তৌনবা থোয়াংলক্লে। তাঞ্জা চানা মানাইগী থুবাম্নুংদা নাপীগী ফীজোম্না লৈতেংলবী লিক্লি-শাদোংবী ফাথয়ক্লে। মতমতুদা মক্কুবা ফীডোনা পাক্লা শন্দোক্লবা ফমুংথক্তা, লুপাগী পাংথকুম শেম্নবা আসনথক্তা, য়াচংবগী আতি-য়ানা শঙলবা—হৈগী লাইজগুম মচু পান্নব। মহিজাংবী মহাদেবীত, ডেকাণ্টর কৌবা অকিবা ফংলবা ঘটতা লেংশিল্লে। কটয়াসকী মাইথুম হাংদোক্লে ; প্লেটেড জগ অত কোরি মানবা তুঙনফম শুনপ্রে অমসুং চাকশঙলোমদগী মুশিন মুরবা মকোই চোম্বা পুরোহিত অমনা হট-ওয়াটার প্লেট কৌবা নিংথি-রবা লৈগী-শেংথাক্তা রোষ্ট মটন অমসুং কাটলেট কৌবা মনম মুংশিরবা লৈ চবুন পুরক্কুনা থনম্লে। অতুদগীদি দেবেন্দ্র দত্তনা শাস্ত্রগী হৌনবী মতুংইন্না ভক্তি ইরোইননা দেবী পূজা কংপা হৌরক্লে।

অদুগী তুংদা তানপুরা, তবলা, সেতারনচিংবগা লোইননা অশকপা-অয়েবা-কাংবু থুংলরে। মখোইনা পুল্লাহুগী নাতৈ চাবা ইশৈ-নুংমাই শক-শোল্লে।

থ্বাইগী তুংদা দেবেন্দ্রগা চহি লেঙ্গা ওইবা, মশক মতৌ চংথোল্লবা পাখং-নহা অমা লাক্লনা ফল্লরে। মহাক দেবেন্দ্রগী মাম্মনা পোকপা সুরেন্দ্র হায়-বচনি; মগুণশোমদা য়েংলবদি অয়াম্বা দেবেন্দ্রগা পুমওন-ওননৈ। মহাক্কী লমচৎ শাজং ফজবনা দেবেন্দ্রনসু মাবু চান্না নুংশিনা তৌই। মহাক্কী মওয়া নত্তনা দেবেন্দ্রগী পুক্নিংদা কনাগীসু মওয়া তাবা নৈতে। সুরেন্দ্রনা নিতিগী অহিং অহিং দেবেন্দ্রগী মপাও লৌবা অমুমুক লাকই। অদুবু য়ুনচিংববু কিবদগী মতম শাংনা থক ফংমথদে। ময়াম পুম্নমক চৎনখ্রবা তুংদা সুরেন্দ্রনা দেবেন্দ্রদা হংঙকই, "ঙসিদি নশা কমদোই?"

দে। 'শরীরং ব্যাধিমন্দিরম।'

সু। নংগীদি মতমকনি। ঙসি লাইহৌকাদি হৌখিবরা?

দে। হৌদে।

সু। কিথাক্কী অনাবঙদি?

দে। হায়গুম অদুমক নৈ।

সু। অদুদি মতম থরদং ময়াম অসি অদুক লেপখিবনা ফংলোইদ্রা?

দে। করিবো—য়ু থকপসে? কয়াদুক হয়া রাড় হায়খিদগে নংবো? মাদি ঐগী চাম্বা পুম্নমক্কী চান্নবনি।

সু। কারগী ওইদোরিবনো? লোইনতুনা লাকপা নত্তে, লোইনতুনসু চংথিরোই। মা অয়াম্বদি থাদোক্লগে -নংসু করিগী থাদোকপা ঙম্মোইদো-রিবনো?

দে। ঐদি করম্বা নুংঙাইবা অমগী বাখন্দা থাদোকদোরিবা? থাদোক্ল-খিবা মখোইদুদি, তোপ তোপা নুংঙাইবা অমা উদুনা থাদোক্লখ্রিবনি। ঐগীদি করিগুম্বা নুংঙাইবা অমতসু নৈত্রে।

সু। অদুমকপু হিংনবগী বাথন্দা, পুন্সি তোলোইনা পান্নবা বাথল্লোমদা থাদোকউ।

দে। হিংলগা সুংঙাইগনি থনবা কাওবুনা হিঙননবা যু অদুম্মক থা দোকসনু। ঐগীদি হিংলুত্রনা করি কান্নফম লৈরি?

সুরেন্দ্রগী মিত্তা পিগী ইরা চেল্লক্লে। মতুংত্রদা মরুপকী সুংশিবনা থুমহং-খিত্রনা হায়রকই, "অদু ওইরগনা ঐখোইনা হায়জবা তুংইন্না থাদোকউ।"

দেবেন্দ্রসু মমিত্তা পিগী ইরা হোৎরক্লে। দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐবু অফবা লম্বীরোমদা চৎননবা লাক্লিবিবসি নং নত্তনা অতৈ কনা অমত্তা জগৎ-সিদা লৈতে। করিগুম্বা থাদোকপদা তারবা, নংনা হায়বা মতুংইন্না ঐ থাদোক্কনি। অদুগা—"

সু। অদুগা হায়বদি?

দে। অদুগা করিগুম্বা ঐগী নুপীদু শিরে হায়না ইনাকোংসিদা তারবা—ঐ যু হেক্তা থাদোক্কনি, নত্রবদি হৌজিক শিবা চংবা ঐঙোন্দা অম-হানি।

মসি তাবদা সুরেন্দ্রদু পিরাং-ইহৌনা মপুক্লিংদা হৈমবতীবু হন্না হন্না চৈর-চৈরত্তনা মযুমলোমদা হনখ্রে।

---

## তরামাথোইশুনা মশাং

## সূর্য্যমুখীগী চিঠি

"প্রাণাধিকা শ্রীমতী কমলমণি দাসী চিরায়ুষ্মতীষু অমুক হন্না নঙোন্দা আশীর্ব্বাদকী চিঠি ইবসি হঙোইরে। নহাক হৌজিক্তি যুম অমগী মবেম্মা হায়বদু ওইহনা মী অমা হায়বদু ওইরবনি। অত্রম অত্রম ওইনমক, ঐহাক নংবু ঐগী পোকমিন্নবী ইনাওনি হায়না থনবদগী হেন্না অতৈ বাথল তৌবদি শুকঙম ঙমদ্রে। নংবু মী ওইনবা শেমগৎলক্লবনি।

"ক খ" মগী হৌনা নংবু তম্বিরকপনি ; অদুবু নংনা ইথোরকপা খুৎই অসি উবদা, ঐগী খোরি-খোরাং মরামসি নঙোন্দা থাগদবা ইবু ইকাই, অদুবু ইকাইরুদনা কৈদৌফমদি লৈরি ? ঐখোইগী মতমদি হৌখ্রে । মতম লৈরম্ম-বদবু ঐগী অসিগুম্বা দশা অসি থোক্কদ্রা ?

"করি দশানো ? মসিগী রাসি হায়দোকপা য়াবা রাকম নত্তে— হায়-দোকপদা অৱাবা পোকই, ইকাইবসু পোকই । অদুবু খম্মোইহুংগী মৈচাকতি কনাগুম্বা অমদা তমথোক্-বসু পু-থাংবা ঙমশিল্লক্তে । কনাদনো ঐনা তম্মু-গদবা ? নংদি ঐগী থবাইশরুবী ইনাওনি—নং নত্তনা ঐবু গুংশিবিবা কনামতা লৈতে । অদুগা নংগী নবুংগী রাদি নঙোন্দা নত্তনা অতৈ কনাগী মফমদসু থক তমথোকনিংদে ।

"ঐহাক ইশাগী পোৎলোইনবা শীঙ ইশা ইথন্তনা খেমজরে । কুন্দনন্দি-নীনা চৱা হেন্দুনা শিজখিবদা ঐগী করি মাঙকম লৈরম্বগে ? তাইবং মপুনা মী অমুক য়াম্নগীদি লাঙবিরগা মাগীদমক্তি করিগী লাঙবিরোইদৌরিবনো ? ঐহাক্না করি-হুংগী ইশাবু মাঙজনবা মাবু ইয়ুমদা থম্নু্রিবনো ?

"নংনা মরাইবকথিবী অদুবু উথিবা মতমদুদি মহাক্না পিক্লিঙেদনি । হৌজিক্তি মহাক চহি ১৭ । ১৮ হায়রক্লে । মহাক মশক ফজবী অমনি হায়-বসি ঐ য়াই ; অদুবু ফজবদুনা ঐগীদি মোংফম ওইররে ।

"তেংবানসিদা ঐগী করিগুম্বা হরাওজবা নুংঙাইজবা হায়বদু লৈজরবা, মদু ঐগী ইপুরোইবনি ; তেংবানসিদা ঐগী করিগুম্বা রাথল তৌফম লৈবা তারবা, মদু ঐগী ইপুরোইবনি ; তেংবানসিদা ঐগী ইরল-ইথুম করিগুম্বা লৈবা থোরবা, মদু ঐগী ইপুরোইবনি ; অদুগুম্বা ইপুরোইবদু কুন্দনন্দিনীনা ঐগী খম্মোইদগী মুন্দুনা লৌখ্রে । তেংবানসিদা ঐগী করিগুম্বা ইথৌ-লাংজবা লৈরগসু, ঐগী ইপুরোইবগী নুংশিববুনি ; অদুগুম্বা ইপুরোইবগী চুংশিবদু কুন্দনন্দিনীনা ঐবু ফংহনবিদ্রে ।

"নংগী নবুংবু ফত্তে হায়না খনগন্নু । ঐহাক মাবু নিন্দা তৌরুবগী রা

নত্তে। মহাক্তি ধর্ম্ম চেনবা মীনি, য়েক্কবনফাওবা মাগী মরমচন্তা ঙসি ফাওবা অমকপা মচেৎ অমত্তা পুখোকপা ঙমদ্রিবনি। ঐহাক নিত্তিগী উই, মহাক মথবাই মঙামক য়াওনা মপুকচেন ফাজিন্নবা কন্না লাক্কে। কুন্দনন্দিনীনা লৈবা মাইকৈয়োমদা ঙম্মথৈ কৈদৌঙ্গংদা মমাই লৈশিল্লুদে; তংঙাইফদবা তাঙ্কম নত্তনা মাগী মমিং ফাওবা মচিন্দা পন্দে। করি অমুক হায়গনি, মাগী মফমদা ঙমথীবা লিচৎ কয়াস্থ চংলি; মরাল ইরৈ লৈতনা চৈ-থাংবা ফাওবা ইনাকোংসিনা তায়।

'অত্তুদি ঐনা করিগী অস্থক থোইদৌ-শাওগৎনা ইরিবদি করিগীনো? বাহং অসি নিপা ওইবনা হংলবদি খঙনবা তাকপদা ফনা য়াম্না অক্কবা অমা ওইনা থোক্কনি, অত্তবু নংদি মুপীনি, খুদক্তা হেক্কমক ভাব তারমগনি। করি-গুম্বা কুন্দনন্দিনী অসি মাগী মমিত্তা অতৈ মুপীগুম ইচম চম্বী অমা ওইরবা, অত্ত ওইরবদি মহাক্না করিগী মাগী মশক অদু য়েংদনবা অস্থক লাংতক্কবা পোক্কদগে? মাগী মমিংত্ত মচিন্দা পন্দনবা করি অস্থক কম্না লাক্কগদগে? কুন্দনন্দিনীগী দমক মহাক মশাগী মফমদা মশানা অরানবা হায়বত্ত ওইজরে। মরম অসিদগী করি করিগুম্বা মতমদা মাবু মরাল লৈতনা হেক হেক চৈরিবনি। শাওরিবা অত্ত মাবু নত্তে—মশাবুনি। চৈরিবত্ত মাবু নত্তে, মশাবুনি। ঐহাক মত্থ নিংথিনা থঙই। ঐহাক মতম অস্থক কুইরবসি পুক্কিং লোঙবা তৌদনা মঙুং মপাল অনিমক্কা মাবুতা য়েংত্থনা লাক্কবনি—মাগী মমি উবত্তদা মপুক্কিংগী বা হায়বা ঙম্নবনি—মতৌসিদবু মানা ঐঙোন্দা করি লোত্তুনা থম্বা ঙমখিগনি? করি করিগুম্বা মতমদা মপুক্কিং ইরাং লাংনা মমিত্তু কোইয়েং হেক য়েংলকই, কনাবু থিরিবনো, মত্থ ঐ করিগী থঙ্গদনি? উরগনা অমুক তথক তথক করিগী মমিত্তু লৈথোরকইবা, মত্থ ঐ করম্না থঙলোই? কনাগী খোঞ্জেল তাননবগী দমক্তা, চাক চারিঙেদা থাঙ্গৎলকপা চখোম খঙলেপ লেপ্তুনা মনা থাঙ্গত্তুনা লৈরিবা, ঐ করিগী খঙলোই? থুত্তগী চাক্তু থুত্তা অত্তমক লেংদনা লৈ, চাগদবা চাদত্থনা চারোইদবা চাই, অত্ত ফাওবদা মনা থাঙ্গত্ত না ঙাই - করিগীনো?

অত্নদগী কুন্দগী থোঞ্জেল তারবা মতুংমক্তদা তফিং তফিং চথোম চাওনা চাওনা চাক অমুক চাখংলকই, কন্নিগীনো, মত্ন ঐ কন্নিগী খঙদনি ? ঐগী থবাইগী মবুঙোদি মতমচুপ্পদা মাইথোং-মকা-লামত্ননতা লৈবনি—অত্নগা হৌজিক্তি অসুক পুক্নিং ইন্নাং লাংলিবসি কন্নিগীনো ? বা হায়রুবা মতমদা নাপ-শেন্দানবগুম বান্নি বাথোং খঙদনা 'হোই' হেক্তা হায়রকই। ঐনা শাওনিং-ত্নুনা হেক শিঙনিংলেদা হায়রুববু, মানা মনাদা শুকহাপ হাপ্তনা হেক্তমক হায়রকই, 'হোই'। অসুক পুক্নিং থোইজংদবসি কন্নিগীনো ? হংউরগা হায়রকই, 'মোকদ্দমাগী চময়বননি।' ঐ খঙই, মোকদ্দমাগী বাক্ষম অমতা মপুক্নিংদা চংদে। মোকদ্দমাগী বা হায়রুবা মতমদা নোক্না নোক্না বা ঙাংই। অত্নগা বা অমনা—নোংমা লৈকাইগী অহল ওইবী খন্নবা কুন্দগী মন্নমদা বান্নি শাই, মানা নোনা লুখ্রা ওইবা, মপী মপা লৈজদবা পুন্নমকসি পুথোক্রত্নুনা মাগী দমক হুংঙাইতবা ফোংদোক্নরকই। তাঞ্জত্নদা নংগী নবুংসু মক্ষমত্নদা লৈ। ঐনা মক্কম অমদগী অসুম উববু, মাগী মমিত্তা পিগী ইন্না চোন্না চেল্লকই—অত্নদগী থংহোদনা তফিং তফিং মফমত্নদগী চেনখি।

"হৌজিক মীনাই হুপী অনোবী অমা থন্নে, মমিং কুমুদ কৌই। বাবুনা মাবু কুমুদ হায়না অত্তমক কৌই, কন্নি কন্নিগুম্বদা কুমুদ কৌন্নকপদা কুন্দ হেক হায়দোন্নকই; অসুম্না তাম্নোন্নবসি কম্না থোকই। কন্নিগী তাম্নোন্নবসি থোক্নিবনো ?

'মহাক্না ঐবু মীন্নায়না অমদি পোওইদনা থন্দোকপিন্নে হান্নবা বাক্ষমসিদি ঐহাক চিনসিদা পনবদি লম্নোই। অহোইনত্নম হান্নদগী হেম্না চেকশিন্না লুনা থখি। মত্নগী মন্নমসু খঙই। মহাক্কী থম্মোইত্ন ঐগী ইকমদা মন্নাল লঙজবা হায়বত্ন ওইন্নে; অত্তবু মসিমস্থ খঙই, ঐ অসি মাগী থম্মোইমুংদা তুঙফম ফংদ্রে। লুনা তোবনা অমনি, হুংশিবা হান্নবনা অমনি, অনিসি কন্নিদা থেন্নে হান্নবত্ন—ঐথোই হুপীদি ইন্নাই লাইনা হেক্তমক খঙই।

"অত্নগা নোক্নিংবা বা অমনা. ঈশ্বরচন্দ্র বিদ্যাসাগর কৌবা কনানো অচৌবা

পণ্ডিত অমা কলিকাতাদা লৈমাল্লে, মহাক্না লুখ্রাবী লুহোংবগী মরমদা লাই-রিক অমা পুথোক্লে হায়। লুখ্রাবী লুহোংবা য়াই হায়না পুথোক্লকপা মীহু-নবু পণ্ডিত ওইরবদি অপঙবা হায়বমক লৈরিব্রা? হৌজিক মী-উনক্ষম-কাদা ভট্টাচার্য্যনচিংবা ব্রাহ্মণ কয়া লাক্লগা লাইরিক অদু পুথোক্তুনা য়াম্না কন্না য়েৎন-নৈনরি। নোংমা, ইমা সরস্বতীমক্না বরু পিনরবা ন্যায়কচকচি ঠাকুরনা লুখ্রাবী লুহোংবগী মীচঙ চঙহনা তর্ক তৌরবদগী, মাগী টোল শেয়রবা লুপা তরাথক বাবুদগী পুহনা চৎখি। মহগী মতুং হুমিত্তনা সার্ব্বভৌম ঠাকুরনা লুখ্রাবী লুহোংবগী মরমদা কন্না য়েৎলৈ। ঐনা মচাহুপী লুহোংবগী দমক শনা শল মঙাগী থুজি অমা লাঙহনা পিখি। মী অয়াম্বদি লুখ্রাবী লুহোংবসি পোইনা পংয়া য়ানদে।

"ঐগী থবাই ভুংঙ্গাইহৈবা উত্তুনা নংবু ফনা শাংনা ওৎলে। নহাক ফনা য়াম্না খোইরাঙ-থোইশাওরন্নগনি। অদুবু করিদি তৌগনি—নঙোন্দা ঐগী ইথবাই চাকপসি ফোংদোক্কনা কনাদদি ফোংদোক্রুগনি? ঐগী বাসি হৌজিক ফাওবা হায়বা লোইদ্রি—অদুবু নংগী থন্দুনা ভুঁসদি অহুম্মক লোইশিন্নগে। ঐনা হায়রিবা বাশিংসি নাকোং অাদি শুহনগন্ন। মহুম তৌরবদি ঐ হাংপা পাপ পু, ইনাও ইবুঙোদা নিঠি অসি পাহনগনু।

"নহাক ঐথোই উনবা লাক-থোংপা থক তৌররোইদ্রা? তাঞ্জাসিদা অমুক্কং লাক্লবদি নং উরগা ঐগী অবাবসি ফনা য়াম্না কোক্কনি।

"নংগী নচাগী মপাও অংগা ইনাও ইবুঙোগী মপাও খিন্দনা ইহনা খঙহ-ন্নকউ, ইতি।

সূর্য্যমুখী।"

"অমুক হন্না, বা অমনা -- পাপ অাসিবু থাদোকখিবা ভন্নবাদি ঐ হিংলে। কদাইদা থাদোকসিগে? নং লৌব্রা ভঙ্গা? নত্রগা কিব্রা?"

কমলনা পাওখুম ওইনা ইরকই—

"নহাক অঙাঙবী ওইরবনি। নত্রবদি নপুরোইবগী থম্মোইবু করিগী

দময়ক থাজদফম থোকই? নপুরোইবগী মকমদা থাজদবা থক পোক্নু। অদুগা করিগুম্বা থাজবা পোকপড় ঙমদ-ঙম্লক্তগনা—পুখ্রিগী মাইজঙুংদা নথবাইত্র থাদোকখো। কমলমণি তর্কাসিদ্ধান্ত ঐহাক্না ব্যবস্থা পিরিবসিনি নহাক শনাবুংলগা খোরৌগা কোম্মনা ইরোম্মুংদা শুগুনা শিংথিবা য়ানি। মপুরোইববু থাজবা ঙমদ্রবা মুপীগ্নদি—শিংথিবনা হেন্না ফৈ।"

## তরাশিথোইশুবা মতাং

# ময়োল

সুমিৎ খরনিগী মতুংদা নগেন্দ্রগী ময়মচৎ পুম্নমক অসুম অসুম হোংবা হৌজিল্লক্লে। তরু তরুবা আতিয়াদা নোং মংশিল্লক্লে—নোংজু থাগী সুমিদাং-বাই আতিয়াগুম থংহৌদনা ময়মচত্তু নোংনা কুপশিল্লক্লে।

মতু উবদা সুর্য্যমুখীত্ত লোম্না ফৌজিনা মপি তৈথোক্তুনা থাঙলক্লে। সুর্য্যমুখীনা থল্লকই, "ঐহাক কমলগী বা লৌগনি, করিগী ইপুরোইবগী মকমদা থাজদবা পোক্কনি? মহাক্কী থম্মোইদি লেংত্রবা চিংজাওগুমনি,—ঐতনা বাখল শেরায়বনি। মহাক্কী করিগুম্বা নুংঙাইতবা অমা পোক্রম্বা য়াই।" সুর্য্যমুখীনা লৈঙোইগী পল থাগৎপা লাক্লক্লে।

মুমতুদা ডাক্তর মচা অমা লৈ। সুর্য্যমুখীদি মুমগী মবেম্মনি। মরুম অমদা লৈরগা মী পুম্নমক্না বা অত্তুক ঙাংনৈ। মাঙোনগী নাকন্দা বাচেংকা পর্দ্দার অমা লৈ; পদারসিগী মতুংদা সুর্য্যমুখী লেপ্লি। মাঙোনদনা বা ঙাংনপদবা মীত্ত লেপ্লি; ময়ক্তুদা মীনাইনুপী অমা লৈহল্লি, মহাক্না পাউথাং ওইহন্দুনা সুর্য্যমুখীনা বা ঙাংনৈ। মতৌ অসুম্না সুর্য্যমুখীনা ডাক্তরত্তুগা বা ঙাংনৈ। সুর্য্যমুখীনা মাবু কৌহল্লরগা হংঙকই, "বাবুগী হকচাং ঙমদ্রে, হিদাক পিথক্তিবা করিগীনো?"

ডাক্তর। করি ওইনা ঙমদ্রিবা, ঐদি খঙদেনা। ঐদি মতুগী বাদি শুক্লাবু তাদ্রি।

সু। বাবুনা করিমত্তা হায়রা ?

ডা। হায়দে—করি ওইনা ভুমত্রিবনো ?

সু। করি ওইনা ভুমত্রিবা হায়বহ্নু নং ডাক্তরনদি থভদনা ঐনা করম্না থভগনি ?

মসি তাবদা ডাক্তরহ্নু মুংঙাইত্তবা অমা পোক্লে। "ঐ হৌজিক চংঙনা হংলুগে" হায়রগা ডাক্তরহ্নু চৎকদবগী মমাই লৈথোরক্লে, মহুদা সুর্য্যামুখীনা অমুক থাম্লগা হায়রকই, "বাবুদা করিমতা হংলুম্নু—হিদাক্তম পিয়ু।"

ডাক্তরনা থম্লকই, কত্তবা লাইয়েংদি নত্তে, "কনি হিদাকীবু অরাংপা কার লৈগদগে ?" অসি হায়রগা তকিং তকিং চেনখ্রে। অহুদগী মগাকী ডিস্পেন্সরীদা চংলগা সোডা থরা, পোর্ট ওয়াইন থরা, সিরাপ ফোরি মিউরেটিস থরা, অতৈ অতোপ্পা পোৎচোই থরগা য়ানশিন্দুনা, শিক্লি থম্না শেম্লগা, চে-না ডাগ নপ্তুনা, নিতিগী অনিরক থক্তবা মথক্তদা ইরে। সুর্য্য-মুখীনা হিদাক্তু পিথকপা চংলকই, নগেন্দ্রনা শিক্লিত্ত লৌরগা ইরিবহ্নু পারগা হৌদোং অমা তম্না লংলকই—হৌদোংহ্নু চেনখ্রে—হিদাক্তু মমৈদগী অর অর চেন্থরহ্ননা চংখ্রে।

সুর্য্যামুখীনা হায়রকই, "হিদাক, চাদ্রবদি—নংগী অনাবসি করিনো ঐঙোন্দা তাকউ।"

নগেন্দ্রনা শাওনা হায়রকই, "করি অনাবা ?"

সুর্য্যামুখীনা হায়রকই, "নংগী নশাদ্র করি ওইরবগে অহুক য়েংউদনা ?" অসি হায়রহুনা সুর্য্যামুখীনা মিংশেল অমা পুরক্তুনা মনাঙা লেপ্লরে। নগেন্দ্র-না মথুত্তগী মিংশেল অদু লৌরগা থাপ্লা লংথোকখ্রে। মিংশেল অদু পুমতোই তোইনা কায়রে।

সুর্য্যমুখীহ্নু মমিত্তা াপ মরি মরি শিন্থরক্লে। মহু উবদা নগেন্দ্রনা মমিত্তু ঊ কানা হৌগত্তুনা চংখ্রে। মপালগী কাদা লাক্লগা মানাই অমবু মরাল ইরে লৈতনা কুরমে। চৈফুহ্নু সুর্য্যামুখীগী মশাদা পানখ্রে।

মমাংঙৈদদি নগেন্দ্র য়াম্না পুকচেল ঙপ্পা মী অমা ওইরম্মী। হৌজিক্তি য়াঙাং থুদিংগী অশাওবনা থল্লে।

শাওবতা নত্তে। নোংমা অহিং চাক চাবা মতম হৌখ্রে, অদুবু নগেন্দ্রদি মাগী ইম্ুংদা চংঙক্তে। সূর্যামুখীনা মাবু ঙাইদুনা ফমদুনা লৈরি। অহিং ফনা থেংজিল্লক্রে। য়াম্না থেংলক্রবা মতমদা নগেন্দ্র চংলক্রে; সূর্য্যমুখীদ মাবু উবদা পুমঙক ঙকখ্রে, নগেন্দ্রগী মমাইদ ভাংশং ভাংই, মমিত্তু ঈগুম্মি, নগেন্দ্র য়ু থক্লক্রে। নগেন্দ্রদি কৈদৌঙ্গংদসু য়ু থক্তবনি। মদু উবদা সূর্য্যমুখী ঙকপগী পন্দোল লোমখ্রে।

অদুগী তুমিত্তগী নোংমতা কাংদনা হায়রিবা মতৌসি তৌরে। নোংমা সূর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রগী মখোঙ অনি কোল্লদুনা চেম্ভয়কপা পি য়ানা থাম্লদুনা য়াম্না হায়জরে। মানা হায়রকই, "ঐনা হায়জবসিতং তাবিদুনা মসি থাদোক-পিয়ু।"

নগেন্দ্রনা হায়রকই, "করি দোষ লৈদনা?"

হুংলকপা য়াহং মতাদুনা পাঙথুম পিকম লৈত্রে। অদুমকপু সূর্য্যমুখীনা থুম্লকই, "করি দোষনো হায়বদুদি ঐহাক থঙদে। নংনা থঙদবদুদি অদুম্মক থঙদে, ঐনতা হায়জবনি।"

নগেন্দ্রনা থুম্মকই, "সূর্য্যমুখী, ঐদি য়ু-ভাওবনি, য়ু-ভাওববু লুনা তৌবা পাম্লগা ঐবু লুনা অদুম্মক তৌ, নত্রবদি কাম্নদে।"

সূর্য্যমুখী ইঙ্ুংদগী মপাল থোকখ্রে। মীনাইবু কুবা তুমিত্তগী হৌনা নগেন্দ্র-গী মমাংদা মমিতগী পি থক তাহল্লোই হায়বসি মাগী য়াশক্কি।

দেওয়ানজীনা পাওথাং ওইনা হায়রকই, "ইবেম্মদা হঙ্জংলু, লন-থুম পুম্বা পুম্নাঙ মাঙলে, অমুক লৈশিল্লক্তে।"

"করিগীনো?"

"বাবুনা করিগুম্বা অমতা য়েংশিনবিদ্রে। লৌবাইগী সহরগী থবক-পুবশিংনা মানা মানা নিংবদুতা তৌরে। মপুনা পুক্লিং চংদবসিদা কনানসু

ঐগী ইবা তাবিদ্রে।" মসি তাবদা সুর্য্যমুখীনা হায়রকই, "ললগী মপুনা থম্মিং-লগা থম্বা, থম্মিংদ্রগনা মাঙজখ্রবা হায়রতনি।"

মসিগী মমাংদদি নগেন্দ্র মখামক্তা পুম্নমকসি কুপ্পা য়েংশিলখি।

নোংমা প্রজা লিশিং অহুম মরি নগেন্দ্রগী খাজনা লোইশঙগী থোঙান্দা মথুং লোম্নরহনা লেপ্লরে। "ভাকপিয়ু হুজুর—খাজনা খোম্বা লোপানরশিং-লিনা ওৎ-নৈবনা খাঙবা ঙমশিল্লক্তরে। পুম্নমক মুন্দুনা পংলোতা লোবিরে। হুজুরনা কনবিদ্রবদি ননাই ঐখোই পুম্নাঙ মাঙবদা তাগে।"

নগেন্দ্রনা হুকুম তৌরকই, "ময়াম্নকসি তাহোকখো।"

মসিগী মমাংদদি মাগী খাজনা-খোম্বা নিপা অমথক্তা প্রজা অমবু ফুত্রনা লুপা অমা লোখিববু, নগেন্দ্রনা খাজনা-খোম্বতগী তলবতগী লুপা তরা কক্লগা প্রজাতদা পিখ্রিবনি।

হরদেব ঘোষালনা নগেন্দ্রদা চিঠি ইরকই, "নংবু করি তৌরবগে? নংনা তৌরিবসিবু করিনো? ঐ করিগুম্বা অমতা বাখলনা লাম্ব ফংদ্রে। নংগী চিঠি ইফং ফংখিদ্রে, করিগুম্বা ফংবা থোক্লবসু পরেং অনিতমক, মতুসু মথং মনাও খঙদে। করিগুম্বা বাফম অমতা য়াওদে। নং ঐবু শাওরবরা? মতু তশেংনা তারুক্তি বা করিগীনো? মোকদ্দমা ঙমদ্রবরা? মতু খঙহল্লক্রবনা করিগীনো? অতৌ করিগুম্বা অমতা তাকনিংদ্রবসু নশাদি করম তৌরি মতুতদি খঙহল্লকউ।"

নগেন্দ্রনা পাওখুমদা ইখি, "ঐগী পাওখুমদা শাওবা তৌগনু—ঐহাক নৈথা তয়া চথরবনি।"

হরদেবদি য়াম্না শিংবা মৌনি, চিঠিতু পাবদা খল্লকই, "করিনোসিদে? শেলগী বাখল্লা? মরুপ কায়নবরা? দেবেন্দ্র দত্তবুরা? নত্রগা সুংশি-সুংওলনরা?"

কমলমণিসু সুর্য্যমুখীগী চিঠি অমমুক ফংলে, মতুগী অয়োইবা বা'হদি

অসিনি—"অমুক্তং লাকউবা কমলমণি! ইনাও ইবেম্মা! নং নত্তনা ঐগী চাম্নবসি কনামতা লৈত্রে। অমুক্তং লাকউবা।"

---

## ১ ম্রাক্ষমদোইশুবা মত্তাং

# লাঞ্জাও

কমলমণিগী কমকম নিক্ৰক্লে। মহাক অমুক পস্থচুনা লৈবা ঙম্মক্তে। সুপীলক্তগী মণি কমলমণি! খুদক্তা মপুরোইবগী মনাক্তা চংত্রে।

শ্ৰীশচন্দ্ৰদি ইমুংগী অরোনবা কাদা ফম্লদুনা আফিসকী লাকপা-চংখিবগী হিসাবশিং য়েংলি। মাগী মনাক্তা ফমুংথক্তা ফম্লদুনা চহি অমতা ঙাইরিবা মচানিপা সতীশচন্দ্ৰনা ইংরেজী খবরত অহানবদা চাগে চোংনরুই, অত্তবু মদুদা কয়া জুগোৎ চাত্রদুনা হৌজিক্তি থাজিন্দুনা ফমজিনখ্রে।

কমলমণিনা মপুরোইবগী মনাক্তা চংলক্লগা ঙক্তা ফীজি য়েংশিল্লদুনা খুকউ লৈতানা থুক্লম্নে অমসুং মখুৎ লোন্নরদুনা হায়রকই, "সেলাম কর্চরি মহারাজ।"

( মসিগী মমাংদা ঘ্নমত্তুদা গোবিন্দ অধিকারীগী যাত্রা শান্নখি।)

শ্ৰীশচন্দ্ৰনা নোক্ল নোক্ল হায়রকই, "অমুকন্সু থবি হুরানবগী থোদোক থোক্লত্রা?"

ক। থবি মাইরেনগী ঝা নত্তে। হন্দক্তি ওহ্নোক্লা চাওরবা পোং অমা মাঙখ্রে।

শ্ৰী। কদাইদা করি হুরানখ্রে?

ক। গোবিন্দপুরদা হুরানখ্রে। দাদাবাবুগী সনাগী কৌটা অমদা পাই-নাতংগী অমথক থম্মি, মত্তু কনানো অমথক্তা হুরানখ্রে।

শ্ৰীশনা ভাব তাবা ঙমত্রদুনা হায়রকই, "নংগী দাদাবাবুগী সনাগী কৌটা-দি সূর্যমুখীনি—পাই নাতংগী হান্নবসিদি করিনো?"

ক। সুর্য্যমুখীগী মবুদ্ধি।

শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "মীনা হায়নৈ, হৈবু হৈরবদি পাই নাতৎপী অমনসু মরোই। সুর্য্যমুখীদি পাই নাতৎপী অসিত্তনা নংগী নবুংবু পুম্নৈ লৈখ্রে—অদুবু নংদি নবুদ্ধি অসুক লৈনা লৈনা--" কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী মচিন্দু খুদক্তুদা মেনশিন্নক্রবদা শ্রীশনা হায়রকই, "পাই নাতৎপীদু কনানা হুরানখ্রবা ?"

ক। মদুদি খঙদ্রে—অদুবু মাগী চিঠি পাবদা খঙবা হায়ববু পাই নাতৎপীদু থিকম খঙদ্রে অসিনি— নত্রবদি তনুবীদুনা কবিগী অসুম্না চিঠি ইরক্কদগে ?

শ্রী। চিঠিদু অমুক্তং য়েংবা য়াব্রা ?

কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী মখুত্তা সুর্য্যমুখীগী চিঠিদু পিরগা হায়রকই, 'পাওসে। সুর্য্যমুখীনদি নঙোন্দা বারোল পুন্নমকসি তমথোক্লনু হায়রকই,— অদুবু নঙোন্দা পুমনম হেক তমথোক্লি মখৈ ঐগী থগাইসি চরাংনজনত্তা লৈরে। নঙোন্দা চিঠিসি পাংন্দ্রবদি ঐহাক তুম্বা চাবা করিমত্তা চংলরোই - কোকতাওবগী লাইমন কাংঙকপা তারে।"

শ্রীশচন্দ্রনা মখুত্তা চিঠি পায়রগা য়াথল তৌরদুনা হায়রকই "নঙোন্দা তাকথোক্তনবা হায়রক্লবনিনা ঐহাক চিঠিসি পাররোই। বারোলদু করিনো হায়বফাও হংলরোই। হৌজিক করিনো তৌগদবা থবক্তু মদুত্তা হায়রো।"

ক। তৌগদবা হায়ববু, সুর্য্যমুখীগী বুদ্ধি মচাদু মাঙখ্রে, মহাক মবুদ্ধি থরদং লৈনিংই। মবুদ্ধি হাপ্পিগদবা মীত্তা অমত্তা লৈজে-- বুদ্ধি লৈবা হায়বমক্তবু সতীশবাবু মঙাইরে। অদুনা সতীশ বাবুবু গোবিন্দপুরদা অমুক্তং লাকপিনবা মহাকী মনেনা ইজররক্লি।

সতীশ বাবুদি তাঙ্গাসিদা ফুলদানি অমা লৈগাকোয়না মনিং মমাং ওথোক্তুনা হৈদোক্লবা তুংদা মকক্তু তম্না য়েংবা কৌরক্লি। মদু উবদা শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "মতিক হেক চাবা বুদ্ধি পিগদবা মীশকমক্লি। অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু হৌজিক্তা শাব তারক্লে—উৎসব মফমদা হস্নিং ইনবদি

হৌনখানি। সতীশনবু চৎপা তাবরবদি কমলমণি চিখবদি য়াদ্রে। সূর্য্যমুখীগী পাই নাতৎপীদু মাঙখিত্রবদবু অসুম্না কৈদগী ইরকদগে?"

ক। অদুতা ওইবোই নিংব্রা? সতীশপুসু, শ্রীবুসু, অদুগা নংবুসু কৌরিবনি।

শ্রী। ঐবুদি করিগী?

ক। ঐ ইথত্তমক চৎকত্রনে খাওবুবা য়াওদনা?

শ্রী। বা খঙদবা হায়বত্রনি সূর্য্যমুখীসু। খাওবুবিনবগীদমক্তা নিংভোল -মবা চৎপা তাবরবদি ঐ নোংমা নিনিগী অদুক নিংভোল মবা অমা খিরুবসু মঙমগনি।

কমলমণি ক্রং খাওখ্রে। পিগুম গুরুদুনা শ্রীশপু শংত্রিক য়েংলক্লে অদুগা শ্রীশচন্দ্রনা ইরিবা চেদু পাক লাক্তুনা শেগাইখ্রে। শ্রীশনা নোক্লদুনা হায়রকই, "করিনো খাওবিরিবসিবো?"

কমলমণিনা খাওশিন্নবা উৎলদুনা হায়রকই, "নখৌ নৈতে, খাওনিংলগা খাওনি।"

শ্রীচশন্দ্রসু খাওশিন্নরদুনা হায়রকই, "ঐসু হায়নিংলগা হায়নি।"

মদু তাবদা খাওরবী কমলমণিনা শ্রীশতা খুতুম শিংঙকই। কুন্দ পরেং-শুন্নবা য়ানা মচিনবান চিক্লদুনা পিক্তক চেংতকপা মখুৎতুনা কিল মচা অমা উৎলকই।

কিন্দু উবদা শ্রীশচন্দ্রনা কমলমণিগী শমজি চিংখদুনা খাদয়ে। মদুদা খোইনা হেন্না খাওগৎলবী কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী মুকফুদা য়াওরিবা কালি-পুম্বদু চিনগুপসেন্দা লোইনমক হৈজিনথোকখ্রে।

খাওবনা শ্রীশচন্দ্রদু ফীংনা চেনশিন্দুনা কমলমণিগী য়াইখোংদা নুংশি মিচুপ চুপ্পুয়ে। খাওখিবনা কমলমণিসু খাথংপগা লোইননা শ্রীশচন্দ্রদা হন্না চুপ্লক্লে। মদু উবদা সতীশচন্দ্র কন্না মিহৌবা অমা পোক্লে। মহাক্না খল্লি, চুপ্পা হায়বসিমক্কবু মাগী খুৎথাং চৎপা য়াত্রবা মরলনি। অদুগুম্বা পোৎশক্লা

ইচাই-চাইথোকপগী উবদা, মাগী মশক্কক লেঙদনা ফংনবগী দমক মমাগী খুকউ পায়রদুনা লেপখৎলক্লে অমসুং মবানিমকী মাইথোং তয়া য়েংলদুনা খোঙেল হৌনা ইশি শিনা নোক্লক্লে। মীনোক অদু কমলমণিগী নাকোংদা সুংশি-খোয়াং ওইনা পাল্লয়ে। কমলমণিনা খুদক্তদা সতীশপু মাথান্নুংদা পমখৎ-লদুনা হন্না হন্না চুপ্পা হৌরক্লে। অদুদগী শ্রীশচন্দ্রসু কমলগী মথান্নুংদগী মাবু লৌরগা হন্না হন্না চুপ্লক্লে। শতীশবাবুদ অসুম্না মাগী মশক্কক লৌরবা তুংদা ভম্পাক্তগী কুমথরক্লে অমসুং মপাগী শনা মচু মানবা পেনসিলদু উরক্লদুনা লোম্না লৌনবা চেল্লক্লে। পেনসিলদু ফংলবা তুংদা অচাপোৎ ওইরবোই নিংদুনা মচিন্না পংচুপ্পা চুপ্পা হৌরক্লে।

কুরুক্ষেত্রগী লানফমদা ভগদত্তগা অর্জুনগা অকিবা ফংনা লাম্থেংনখি। ভগদত্তনা অর্জুন তন্না শোইফদ্রবা বৈষ্ণবাস্ত্র থাদকই ; অর্জুননা মদু ভাকপগী মতিক নত্রে খণ্ডলদুনা শ্রীকৃষ্ণ মশামক্তা মথবাক লোংনা খুৎলাইদ ভাক্তনা ময়াই চমহনখি। মতৌ অদুম্না কমলমণি অমসুং শ্রীশচন্দ্রগী কল্লবা লানফম অসিদা, সতীশচন্দ্রনা মহাস্ত্র পুন্নমক মাগী মাইথোং অকোইবদা চিংশিনখিবদগী লালদু লোইশিনখ্রে। অতৈব মথোইগী অসুম্বা চান্নবা-খৎনবা অসিদি সুংশিং ইরোম্ন-নবা নোংগ; পাংথক্লি—পুংজা খুদিং হৌই, পুংজা খুদিং নেশি।

অদুদগী শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "অদুদি নং অওইবমক ওইনা গোবিন্দ-পুরদা চৎপদা তারবা ? ঐ ইথন্তা মতৌ করম্না লৈহোনি ?"

কম। ঐদি নথন্তা চন্দোকনিংলিবা বা ওইয়ে। ঐসু চৎকনি, নংসু চৎকনি। চৎলো, ভত্তানা আফিসকী থবক-ইংথাং লোইথোক্লুরো, করিগুম্বা থেংথরবদি সতীশকা ঐগা মাং-তুং চপ্তুনা কপ্লগদবনি।

শ্রী। ঐদি করম্না চৎকদগে ? হৌজিক্তি ঐথোরগী থোইদিং লৈশিনবা মতমনি। নং নথন্ত অদুম্মক চৎলো।

কম। লাও সতীশ! ঐথোই অনি তুং-মাং চপ্তুনা কপ্লসি লাও।

মমানা সুংশিনা কৌরকপদু সতীশ ভারে—খুদক্তদা সতীশ পেন্সিল

চাবা তোক্কনা খোঞ্জেল হৌনা হয়াও-মীনোক নোক্লক্লে, মতু উবদা কমল কপ্পা চংল্লে। মতুগী মতুংদা সতীশপু কোন্দুনা চুপ্লক্লে—শ্রীশশু মতৌ অদুম্না অতুম্বক চুপ্লে। সতীশনা মাগী তৌব-ওম্বগ শিবদা অমুক্কা ইশি-শিনা হুংশি মীনোক নোক্লক্লে। অদুম্না চাওরবা থোদোকসি লোইশিন-থোমজিল্লবা তুংদা কমলনা অমুক হায়রকই—"হৌজিকপু করি য়াথংনো?"

শ্রী। নং চংপদা ঐ য়াদবা তৌদে; অদুবু থোটদিং থোমগদবা মতম-সিদা ঐদি করম্না চংকনি?

মসি তাবদা কমলমণি মমাই লৈথোক্কদা ওইনদুনা কমল্লে। অমুক য়া মথা তাথিল্লে।

শ্রীশচন্দ্রগী কলমতুদা কাজি থরা পকই। শ্রীশনা কলমদু পায়রদুনা তুংলোমদগী কোইনা চংদুনা কমলগী মরাইবক্তা বিন্দু মচা অমা কিং নম্লুরে। মতৌঙদা কমলনা নোক্লদুনা হায়রকই, "থবাইগী মবুঙো, ঐনা নংবু নুংশিজব-সিদি মপাল নাইদে।" অসি হায়রদুনা কমলনা শ্রীশচন্দ্রগী মরেংবান্দা মপাম্বোম্না কোনশিল্লদুনা মাইথোংদদা চুপ্লক্লে, মতুদদি মরাইবক্তা নপ্লিবা কাজি ওয়মক্কু শ্রীশগী মখজাইদা পুমতৈ তৈখ্রে। অদুম্না হন্দকী লানফমসিদা মাইপাক্লবা তুংদা কমলনা হায়রকই "নহাক চংপা ইয়ামক য়াদ্রবদি ঐ চংন-নবা থৌরাং তৌবিয়ো।"

শ্রী। কৈদৌঙৈদি হল্লকনি?

কম। মতুবু কৈদোদনা অমুক হংজিবনো? নং য়াওদ্রবদবু ঐনা কয়া কুইনা লৈথোকপা ঙমগদগে?

শ্রীশচন্দ্রনা কমলমণিবু গোবিন্দপুরদা থায়ক্লে। অদুবু ঐখোই থাঙ্গে-শেংনমক পাও ফংই, মতুগী হাক্তদা শ্রীশচন্দ্রগী সাহেবশিংগ থোইদিংগী কারবারদা থোইনা পংতোং তোংবা ঙমখিদ্রে। হৌসভা থবক তৌবশিংনা ঐখোইদা লোয়া তম্লকই, মতু পুম্মক শ্রীশ বাবুগা মরাজননি। মহাক তাম্ল-দুদা থবক ইংথাংদা মপুক্লিং শুকচং চংদে। ইমুংদা তুমিন কমদুনা থাঙেন

মশীং থিড়না লৈ। বাক্যসি নোংমা শ্রীশচন্দ্রনা তারদুনা হায়রকই, "চুন্নবা য়াই। ঐদি মতমদুদা লক্ষ্মী চেন্দবা হায়বা মীশক্তু মা ওইথি।" অতাবশিংনা মসি তাবদা মমাই লৈথোক্লদুনা ঙাংনখি, "তুক্কচৈদা! মুপীদা অস্থক চোপ্পদে।" বাসি শ্রীশ তাখ্রে. মহাক্না তাঙ্গাদুদা মথবাই হয়াওনা মনাই কৌরদুনা হায়রকই, "হাই, নখোয় চাক-ইনশাং হাওনা খোংউ। ঙসিদি বাবুশিং ঐখোয়দা লুক হাথিবা তারি।"

---

## তরাশরিশুবা মক্তাং

## ফারে

গোবিন্দপুরগী দত্ত-ইমুংদা অমম্ব মরক্তা লৈরাং অমা শাংপগুমখ্রে। কমলমণিগী হয়াও মীনোক উবদা সুর্য্যমুখীসু মমিত্তগী মপি কংখ্রে। কমলমণিনা যুমদুদা কেক খোঙদারকপগা সুর্য্যমুখীগী শময়াম অদু তম্না শেমজিন্-পুনশিল্লরে। মতম য়াম্না শাংনা সুর্য্যমুখী মশম-মনা খোমজিন-তাশিল্লক্লু বনি। কমলমণিনা হায়রকই, "লৈ অমা অনিদংদগা অদুক থেংচিনগেদনা?" অদু তাবদা সুর্য্যামুখীনা মাগী চাইকুংড চপশিল্লদুনা পায়শিল্লকই। "থেংলোইদা! থেংলোইদা!" হায়রগা কমলমণিনা লোন্না লৈ অনিথক থেংচিন্নে। মীনা মদু উবদা হায়নরকই, "য়েংউসে ৫৭রগা শমজিদা লৈসু থেং-খোত্তুনা তৌরি।"

মঙাল-শকওইবাদুগী মঙালড নগেন্দ্রগী মাইথোং থম্না মংলিবা নোংন-ফাও কুপশিনবা ঙমদ্রে। নগেন্দ্রবু উবদা কমলমণিনা তফিং তফিং দোক হেক থুরুম্নি। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "কমল! কদোমদগীনো নংদে?" কমলনা মমাই লুকথরদুনা করিমতা থঙথি-তাথিত্রবা মীশক অমওম থুন্নকই, "অঙাংনা চংসি তকমল্লডনা।" নগেন্দ্রনা হায়রকই, "অঁ! অদুদি কু-হাই শকথীবসে।" অসি হায়রডনা দণ্ডি পিবা নাওংদা অঙাংগী মথক্তাইদ্র চুপ্লে।

অঙাংঙুস্ হরাওবোই করিবোই মশাগদা মতিনগী মতিন-ঙাক তৈশিল্লক্লে, মকোইস্ পায়দুনা চিংলক্লে।

কুন্দনন্দিনীগদি কমলমণিগা অসুম্বা বাঙাং ঙাংনরকই—"হাই কুঁদী—কুঁদী মুদী—চঁদী—খরা নুংঙাইরিব্রনে কুঁদী ?"

কুঁদীদি ইঙক ঙকখ্রে। ঙহাক তুমিন্না খন্থরগা হায়রকই, "নুংঙাইরি।"

'নুংঙাইরি ইচে হায়—ঐঙোন্দা ইচে কোগদবনি—কৌমিংত্রগনা ফমুংদা তুমদুনা লৈয়ু, তুম্মিঙ্ঙদা নশমঙ মৈ চুগে। নত্রগনা নথক্কা তিলাইখোম্বী থাজিল্লক্কে।"

মঙ তাবদা কুন্দদু ইচে কৌবা হৌরক্লে। কলিকাতাদা কুন্দনা কমলগী মনাক্তা লৈরিঙদদি, কমলবু করিগুম্বা মিথৌ অমতনা কৌদে। বাংলাংসু খোয়না পংঙাং ঙাংনদে। অদুবু কমলগী কাওঙমত্রবা নুংশি-শাজৎ অদু উবদা, মহাক মতমদুদগী মহাকপু নুংশিবা তৌখি। মরক্তা চফ কয়ামুক তৎন-থান-খিবদগী হাইফেৎ হাইফেত্তি কাওখ্রে। অদুবু হৌজিক্তি কমলগী মরমচৎ নিংথিবনে, কুন্দগী মরমচৎ নিংথিবনে, নুংশিবত্ত নৌহৌনা অমুক ঙনহেন হেনগৎলক্লে।

নুংশিবঙ হকোচনখ্রে। অসোমদা কমলমণিদি ময়মদা অমুক হল্লনবা খোরাং তৌখৎলক্লে ; মদুদা সুর্যামুখীনা হায়রকই, 'নত্তে ইবেম্মা ! নোংমা নিনিতা চোঙ্খনা লৈখো। নং চৎখ্রবদি হিংকম অমুক লৈররোই। নঙোন্দা জোইনমক তম্বা ফংবাসিনস্ সুর হোনকম ওইরি।" কমলনা হায়রকই, 'নংগী থবক পাংখোক্লমত্রিমখৈদি ঐ চৎলোই ?' সুযামুখীনা হায়রকই, "ঐগী করি থবক পাংখোকদোরিবা ?" কমলমণিনা মচিন্দদি হায়রকই, "নংগী শোরাৎ"—অদুগা মপুক্লিংদদি হায় "নংগী তিংথং শত্তোকপা।"

কুন্দনন্দিনীদু কমলনা ময়মদা হল্লনি হায়বা পাওসি তাবদা মাগী কাদা চংদুনা লোম্না কপ্পনা লৈখ্রে, কমলমণিনা মতুংদা লোম্না তুমিন্না ইম্নরকই। কুন্দনন্দিনীনা মোন্দা ঙাখরনো কপ্লি, কমলমণিনা মখম অদু পুনশিনাবিরি।

শম পুনবা হায়বসি কমলগী লাইনা অমা ওইনা তৌই। শমদু পুনশিনবিরগা কুন্দগী মকোক্তু চিংথংলক্তুনা কমলনা মতম্বাক্তা ভাথহল্লে। কৌজিনা মাগী মমিত্তগী পিত তৈথোকপিরে। থবক পুম্নমকসি লোইরবতুংদা হংলকই, "কুঁদি, কপ্লিবা করিগীনো?"

কুন্দনা হায়রকই, "নং কৈদোদনা চৎকদোরিবনো?"

কমলমণিদু হাইফেং নোক্লক্লে। অদুবু পি মরিক অমা অনিদি নোকপ-দুনা থিংবা য়াদ্রে—করিমতা তারম-খোংলম্বা তৌদনা কমলমণিগী থজাইথক লাপ্তোরক্তুনা নোক্লিবদুগী মথক্তা চেল্লরক্লে। নুংশা শানা শানা নোং তারক্লে।

কমলমণিনা হায়রকই, "অদুগা কপ্লিবদি করিগীনো?"

কুন্দ। নংদি ঐবু য়াম্না নুংশিবি।

কম। করিনো হায়রিবসিবো—মী অতৈনদি নুংশিদ্রনে?

কুন্দদু বা ভাংদনা তুমিন্না লৈখ্রে।

কম। কনামতনা নুংশিদ্রনে? যুম্মুরেনবীসিনা নুংশিনা চান্না তৌদ্রনে—হায়, ঐভোন্দা থুপকনু।

কুন্দ বা ভাংদে।

কম। ঐগী ইবুংনসু নুংশিদ্রনে?

কুন্দ তুমিন্না লৈ।

কমলনা হায়রকই, "ঐনা নংবু নুংশি হায়রবদি—অদুগা নংনসু ঐবু নুংশিরবদি, ঐগা লোয়নদুনা চৎলসিদনা?

অদু ফাওবদা কুন্দদু বা অমত্তা ভাংলক্তে।

কমলনা হায়রকই, "চৎসি হায়ব্রা?" কুন্দনা মঙক হাইরকই "চৎ-লোই।"

কমলগী মকা লাম্নবা মাইথোংদু লাংশিনখ্রে।

অদুদগী কমলমণিনা য়াম্না নুংশিনা মথজাইদু নাল্লদুনা হায়রকই, "কুন্দ, অশেংবা তাক্তদ্রা?"

কুন্দনা হায়রকই, "করিনো ?"

কমলনা হায়রকই, "ঐনা থওনিংলিবা বাফমসে। ঐ নংগী নচেনি—ঐগী ইফমদা লোৎকনু—ঐ কনাদসু হায়দোক্লোই।" কমলনা মপুক্রিংদদি শোল্লকই, "হায়দোকপা তারবদা রাজমন্ত্রী শ্রীশ বাবুগা অদুগা লোয়না অঙাংগী মনাকোংদগা অসিমঙাই।

কুন্দনা হায়রকই, "করিনো হায় ?"

কম। নং ঐগী ইবুংসিবু ওহোক্লা য়ায়া গুংশি—নত্রা ?

কুন্দ থুরক্কে, কমলমণিগী মথাগুংদা মমাই লোৎলদুনা কপ্পুনা লৈখ্রে।

কমলনা হায়রকই,—"খঙলে—নথম্মোই কাহৎলে। কাহৎচৌ, শিজ্জৌ, মদুদা করিস্ম অমাঙবা লৈতে— অদুবু মতনা মীবু য়ায়া শিনদোরিনে।"

কুন্দনন্দিনীনা মঙক হাইগৎলক্কুনা কমলগী মাইথোং তয়া চিংনা য়েংলক্লে। কমলমণিস্ম হংলিবা বাহংদু ভাব তারে। হায়রকই, "থাথোকচাওবী, নমিত্তুবু লুথমলোমদা পাল্লবরা ? উত্রা নং—"

বা মথা তাথবা ঙমদ্রে, বাঙাংসিদা কুন্দগী থাঙ্গৎলম্বা মকোক্তু অমুক তয়া কমলমণিগী মতম্বাক তয়া লৈথখ্রে। কুন্দনন্দিনীগী মিত্তুগী চেম্বরকপা পিগী ইয়ানা কমলমণিগী মথবাক পুংলুপ লুপখ্রে। কুন্দনন্দিনী মতম শাংনা লোয়া কপ্লক্লে—হুপীমচা পিশকুম কণ্ডাওননা কপ্লক্লে। মহাক কপ্লি, অদুবু অতোপ্পগী পিনা মাগী মশমদুদি চোংশিল্লক্লে।

গুংশিবা হায়বদুগী শক্তম, নিংথিরবী কমল চংথোয়া থঙই। থুপ্লবা পম্মোই লকাহুংদদি কুন্দনন্দিনীনা য়াবদা বাবা, হুংঙাইবদা হুংঙাইবা অতম্মক ফাওরি। কুন্দনন্দিনীগী মপি তৈথোকপিরদুনা হায়রকই, "কুন্দ !"

কুন্দনা অমুক মামাই লৈথংলক্কুনা য়েংলকই।

কম। ঐগা লোয়ননা চৎসি।

কুন্দগী মিত্তা পিগী ইহৌ অমুক ফাওরক্লে। কমলনা হায়রকই, "চত্তবা য়াত্রবনি—নত্রবদি হুংঙাইরবা ইমুংসি থক-থা ওগ্লে।"

কুন্দ অচুম্বক কপ্লক্লে।  কমলনা হায়রকই, ‘চৎসিরা? অতুক তিন য়োখডুনা খঙ্গো।”

কুন্দনা মতম ফনা শাংনা লৈরবতুংদা পি তৈথোক্লগা হৌগত্তুনা কপ্লগা হায়রকই, ‘চৎলসি।”

মতম ফনা শাংনা লৈরবতুংদা হায়রক্লিবসি করিগীনো? মসি কমল নিংথিনা ভাব তাই। মহাক্না খঙই, কুন্দনন্দিনীনা অতোপ্পগী য়াইফনবা মন্দিরদা মশাগী মথবাইগী মথবাইবু বলি কচ্চরে। নগেন্দ্রগী য়াইফনবগীদমক, সূর্য্যমুখীগী য়াইফনবগীদমক, নগেন্দ্রবু কাওনবা হোংনবসি মশানা য়ারে। মরম অসিদগী মতম কুইনা চংবনি। মশাগী য়াইফবগী মরমদদি? কমলনা খঙই, কুন্দনন্দিনীনা মশাগী য়াইফবগী মরমদদি করিসু থোইনা খঙদে।

---

## তরামথাগুবা মশাং

## হীরা

তাঞ্জাসিদা হরিদাসী বৈষ্ণবী লাক্তুনা ইশৈ শক্লকই,—

“তিংখঙগী উক্লংদা হেক্রুরে কলঙ্কগী লৈরাং
হে সখি কলঙ্কগী লৈরাং।
থেংলে কোক্তা লেংতনা পরেং, চিয়ে নাপদা থাগ্রাং,
সখি কলঙ্কগী লৈরাং।

হুমিংসিদি সূর্য্যমুখী মফমতুদা লৈ। মহাক্না কমলবু ইশৈ তাবনবা কৌ-হল্লুরে। কমলনা কুন্দ পুরক্তুনা ইশৈ তাবা লাক্লে। বৈষ্ণবীনা শকথরকই,—

“শিরবসু শিজথুগে তিংখং য়ুতনা,
লৈরাং লৈহিদি থক্কনি থাক্তনা,
থিনি কোয়না কদাইদা শাংলিবা,
নোংবা মপাল।”

কমলমণিনা শিশুম শুক্রহুনা হায়রকই, "ইচে বৈষ্ণবী—শক্তাহুগা চাই-দকো—শিজপ্রো নংতা। অতৈ ইশৈ থক খণ্ড-লাক্‌ত্‌লা?"

হরিদাসীনা হায়রকই, "কৈদৌরবগে?" কমল শাওবগী মথক্তা হেন্না শাওগৎলক্রে; হায়রকই, "কৈদৌরবগে হায়রবা? সাই-তিংখং মশা অমতা অদুক পুরকউসে—তিংখংনা য়ুবসি কয়ামুক নুংঙাইবগে হায়রবা নুপীসি অমুক্তা চাং য়েংহনগে।"

সূর্য্যমুখীনা লোল্লপ হরিদাসীদা হায়রকই, "অদুম্বা ইশৈ লাক্ত্‌ ঐখোয় কয়া হৈনদে—মচা-মবা শানবা ইমুংনি, অকবা নুংঙাইবা ইশৈ শকউ।"

হরিদাসীনা হায়রকই, "কৈ কৈ।" হায়রহুনা শকপা অমুক হৌ-রকই—

"স্মৃতিশাস্ত্র তমগে ঐ ভট্টচার্য্যগী মথোঙ কোন্দুনা,
ধর্ম্মাধর্ম্ম খঙদোকে তন্না, নিন্দা তৌজরনি কনানা।"

কমলনা খানা য়েংলহুনা হায়রকই, "য়ুম্বুরেশ্বী ইবেম্মা—নং তাজনিংলগা নংগী বৈষ্ণবীগী ইশৈসি নথক্তমক তাজহৌরো, ঐদি চৎচপ্রগে।" অসি হায়রগা কমল চৎপ্রে—সূর্য্যমুখীস্থু মচিনবান পেখোক্রহুনা হৌগৎপ্রে। অতৈ নুপীশিং অদুস্থু মানা মানা নিংবা মতুংইন্না থরনা হৌগৎপ্রে, থরনা লৈহৌরে। কুন্দ-নন্দিনীদি লেঙদনা লৈরে। মরমদি, কুন্দনন্দিনীদি ইশৈগী মহুংহুনবা ভাব কয়িমতা খঙবা ঙমদে—খোইনা খোইজংনা তাররস্থু লৈতে—মপুক্কিং লৈম্ফে অমদা লৈরম্মি, অদুনা হায়গী মকমহুদা লেঙদনা অতুম্মক লৈ। হরিদাসীস্থু মতমহুদদি ইশৈ অমুক শক্লে। কারণ তুরল থারেম ঙাংবা হৌরক্রে। ইশৈ শক্‌লহুদা অতৈ অতোপ্পশিংহ্‌ হৌগত্ত্‌না চৎনপ্রে। কুন্দতদি হৌগত্ত্‌—মথোঙহ্‌ থাংবা ইঙম ঙমদবগুম তৌপ্রে। অসুম্না কুন্দবু চিক্লা মথক্তা ফংলব-হুদা হরিদাসীনা বা কয়ামুক মঙোন্দা হায়রক্রে। কুন্দদি থরস্থু মতাই, থরস্থু ভাদে।

সূর্য্যমুখীদি তৌরিবা মতৌসি অথাপ্পদগী য়েংলি। মবানিমক্তা মপুক্কিং

য়াম্না খোইজংনা বারি বাতাই শাবগী মতোৎ উরকপদা সূর্য্যমুখীনা কমলবু কৌরদুনা য়েংহল্লে। কমলনা হায়রকই "কৈদোরবগে অসিবো ? বারি শাজবনি—শাজসনুনা। নুপী মশেন্নি নিপাদি নত্তেদনা।"

সূর্য্য। নুপীরা নিপারা হায়বসি তশেংবা খঙলব্রা ?

কমলনা ঙক্রদুনা হায়রকই, "করিনো হায়রিবদুবো ?

সূর্য্য। ঐদি কনাগুম্বা ফীজেৎ লোৎপা নিপা ওইরমাল্লে নিংই। মদু হৌজিক তম্না মখঙলগনি—অদুবু কুন্দসি কয়াদা তৌবঙমত্রবীনো !

"ঙাইখো ! ঐহাক শাই তিংথং মশা অমতং থিরুখিগে। হুরানবসি তিংখং য়ুবগী নুংঙাইবদু ফাওহনগে।" অসি হায়রদুনা কমল শাই তিংথং মশা থিবা চংখ্রে। লমথাংদা সতীশ কোক খেংনরে—সতীশতি মনেগী সিন্দুর কৌটাদু পায়শিল্লদুনা ফাম্লি—অদুগা সিন্দুরদু কোৎলদুনা মখজাইদা, মনাতোন্দা, মখদাংদা মপুক্তা, মখবাক্তা য়াম্না চংখোম্না লৈতেংবা হোৎনরি—মদু উবদা কমলদু কনাগী বৈষ্ণবী, শাই তিংথং, কুন্দনন্দিনী লোইনমক পুম্-কাও কাওখ্রে।

অদুদগীদি সূর্য্যমুখীনা হীরাদাসীবু কৌরক্লে।

হীরাগী মমিংসি মথক্তসু অমুক পনখ্রে। অদুবু মাগী খোইদোকপা মওং মতো থরদি অদুক তাকপনা চুম্মি।

নগেন্দ্রগা মাবু পোকপা অহলগা অনিসিদি, ময়ুমদা থবক ইংথাও তৌনবা নুপীশিং পম্বসি য়াম্না মরমচৎ কজবা হৌনবা থঙবী থম্নবা চেকশিন্না হোৎনৈ, মসিগীদমক্তা মবানিমক তলব চংখোম্না পিদুনা হাইফেৎ লৈবাকমচা তাবা ইমুংগী নুপীশিংবু মীনাইগী থবক তৌনবা কম্না লাক্লে। মখোইগী ইমুংদদি মীনাইনুপীশিংনা নুংঙাইনা অমসুং ইকাইখুম্নবগা লোইননা লৈজবা ফংই, মরম অদুনা শেৎপা চাবা মনিং থুংব্রবা অচৌ-অশাং ইমুংগী নুপীশিংনা মখোইগী ইমুংদা মীনাই ওইবসি ইপাম পায়ে। অসুম্না লৈবীশিংগী মহুংদা হীরানা মকোক্নি। অয়াম্বা মীনাইনুপীশিংদু কায়স্থ নিংঙোলনি—হীরাসু কায়স্থনি।

নগেন্দ্রগী মপানা হীরাগী মবেম্বোক্, অতোপ্পা থুল অমদগী পুরকপনি। অহানবদা মাগী মবেম্বোক্তমক মীনাইগী থবক তৌরম্মি—হীরাদি মতমগুদা য়াম্না নৌরি, মবেম্বোকা লোয়ননা লাকপনি। মতুংদা হীরানা চাওখিল্লক্রবদা, হন্নবীদু মীনাইগী থবক তোক্তুনা মপানা তাঞ্জবা পৈশানা চন্নবা থাংগোক মচা অমা শাবড়না গোবিন্দপুরদা লৈরে—হীরানা দত্তখোইগী ইমুংদা থবক তৌড়না লৈহৌরে।

হৌজিক হীরাগী চহি কুন হায়রে। চহিদদি মহাক অতৈ মীনাইশুপী লৈরিবশিংগুদগী ইনৌ নৌবগুম তৌই। মহাকী ময়োশিং লৈবনা অমসুং মরমচং ফজবনা মীনাই ময়াম মরক্তা মহাকপু অখোইবীনি হায়না শীংখানরম্মি। হীরা অসি নৌনা লুখ্রা ওইরবীনি হায়না গোবিন্দপুরদা খঙবে। কনানসু কৈদৌঙ্গুংদা মাগী মপুরোইবগী মরমদা করিগুম্বা অমত্তা খঙবা লৈতে। অদুগা হীরাগী মরমচত্তসু কনাগুম্বনা অমকপা অমত্তা তাদে। অদুবু হীরাদি চিন য়াম্না প্রেক প্রাক লাওবীনি, ফাজেং চাকচাদা য়ুম পাল্লিবীগুম অদুম্মক শেং-চাই, অদুগা কে-মৌবসু য়াম্না পানি।

হীরাদি অদুগী মথক্তা শক ফজে লংনা মবীনি, থম্মাল মিত্তা তাবীনি। য়েংবদা নেম্নপ তৌই; মাইখোংদু নোংনা কুপশিল্লবা থাজগুম্মি; মখমশিংড় লিললশিংনা মরৈ তিংখোক্তুনা য়াম্বড়না লৈবগুম্মি। হীরাদি নাকোয়দা ফমড়না ইশৈ শকই; মীনাইশুপী মশেল অমগা অমগা থংনক্দুনা বৃমৈসু য়েংই। চাকখোংবীবু অমম্বদা তম্নড়না ফিহল, নহারোনশিংবু ময়ুম শাম্লনবা অহল অম্বন্দা তরুনবা তম্মি; কনাগুম্বকা তূম্বা খেংনম্রবদি য়াইডং গুঙ্গ তৈখিনবিড়না অঙাওবা শেম্মি।

অদুবু হীরাগী দোষসু য়াম্না লৈ। মড় মতুংদা অসুম খঙলকনি। হৌজিকী ওইনা মসিমতংদি হায়দোক্কে, হীরাদি আতর-গোলাপ্পু উরবদি হেক্কমক হয়াম্মি।

স্থৰ্য্যমুখীনা হীরাবু কৌরগা হায়রকই, "বৈষ্ণবী অসিবু খঙব্রা?"

হীরা। খঙদে। ঐদি কৈদৌনুংদস্সু লৈকাইশাম্না চৎথোক্তি। কয়ম্না বৈষ্ণবী ভিক্ষারীবু শক খঙলুনি? ঠাকুরবাড়ীদা লৈরিবা নুপীশিং অসিবু কৌরগা হংবিরদনা। করুণাময়া শীতলাময়া অমনদি মরাইনা খঙঙমগনি।

সূর্য্য। মসি ঠাকুরবাড়ীগী বৈষ্ণবী নত্তে। বৈষ্ণবীসি কনানো হায়বা নং খঙদোকপা তাই। বৈষ্ণবাসি কয়ম্বা মীশক্তো, ময়মনা কদাইদা লৈ, অদুগা কুন্দগা অসুক লোন্দিনরিবসিনা করিগীনো অসিনচিংবা বাকমশিংসি মুম্না নিংথিনা খঙদোক্কনা ঐঙোন্দা পাও পিরবা ঙম্লবদি, নঙোন্দা পুমহন্‌হন্‌বা বারানসী অমা থোনবিরগা কুম্মৈ য়েংবা চৎহনগনি।

অহনবা বারানসীগী বাসি তাবদা হীরাগী মপুক্কিংদ্ব ইরাঙ-লাঙবা অমা থংপোক পোক্লক্লে। হংঙকই, "কৈদৌঙৈ খঙদোকউ হায়বগে?"

সূর্য্য। নংনা অপাম্বা মতমদা। অত্তবু হৌজিকমক মাগী মতুং তনইন্‌ইম্নহৌত্রবদি লৈকমদি খঙলোই।

হীরা। ফরে।

সূর্য্য। অত্তবু য়েংউ, বৈষ্ণবীসিবু মত্তগী নাশোল অমা ফাওবা ফংহনখিবা য়াদে। অদুগা অতৈ কনামতবুসু খঙহনবা য়াদে।

তাপ্পাসিদা কমল হল্লক্লে। সূর্য্যমুখীনা মঙোন্দা, তা-নরিবা বাকম পুম্নমক্কু তম্লে। মত্ত তাবদা কমল হয়াওরে। হীরাদা হায়রকই, "অতগা তাপ্পা চারগনা তৌঙম্বাসিবু শাই তিংথঙ অনিথক্কং কক্‌ কক্‌ অমুক্তা থিল্লম্মু।"

হীরানা হায়রকই, "হায়রিবা পুম্নমক ঙমগনি, অত্তবু বারানসীতা লৌবদি ঙম্মোই।"

সূর্য্য। অতৈ করি লৌখিগে হায়বা?

কমলনা হায়রকই, 'লুহোংনবা নিপা অমথক্তংগা পাম্মি, তম্না কোক্‌ হেক লুহোংথোকপিয়ু।"

সূর্য্য। ফৈ, মত্তসু লাওবিনি—ঐথোক বাবুগী মশেল ইবুঙোহ নিংশিংজিদনা? নংনা মাবু পাম্লবদি কমলগা বা লেপথোক্লবিগে।

হীরা। অদুসু মখয়সি। অদুবু ঐনা পামজবা বর অমদি য়ুমদা লৈজে।

সূর্য্য। কনানো অদুদে ?

হীরা। যম্।

## তরাতরুক্কশুবা মতাং

## "নত্তে"

যুমিত্ত, যুমিদাংবাই লৈকোলমনুংদা লৈবা পুখ্রি মপান্দা কুন্দনন্দিনী ফম্লি। পুখ্রি অসি য়াম্না পাক-চাওই ; ইশিংসু য়াম্না লুই অমসুং মতমচুপ্পদা শং-বানৈ। পাবিরিবশিংনা নিংশিংবিরমগনি, পুখ্রিসিগী মনিংলোমদা লৈনা থল্লবা লৈকোল লৈ। লৈকোলসিগী মনুংদা উরিনা পুময়োম য়োম্নবা মুং-অঙোবগী শঙ মচা অমা লৈ। কায়রিবা উরিগী-শঙ অসিগী মমাংমক্তদা পুখ্রিদা কুমথনবা শিড়ি লৈ। শিড়িদু মুংমানবা চেক্না চল্লি, য়াম্না পাকই অমসুং তরু-তরুই। মতগী নাকল অনিদা য়াম্না কুইরবা চাওরবা বকুলপাম্বী অনি হৌরি। বকুলপাম্বীসিগী মথাদা শিড়ি মথক্তা কুন্দনন্দিনী মথক্তমক মল্লি মল্লিবা য়াচংবদা কয়রুনা লুরবা পুখ্রিগী লাইজনুংদা তারিবা থবানমিচাক ময়ামগা কোয়বা আত্তিয়াগী মমি অদু য়েংলি। নাকচি অমদা অঙাংবা লৈরাং থর অমম্ব মরক্তা শেংলম শেংফাওনা ঊরি। পুখ্রিদুগী অতোপ্পা মাইকৈ অদুম-দনা হৈনৌ, থৈবোং, জাম, চম্প্রা, লিচু, য়ুবী, পোরোহই, হৈথাগোকনচিংবা মহৈ পানবা উপাল কয়ানা কুঙনা পরেং চৌদুনা অমম্বতদা বাংবা-মান্নরবা চেকপললুম্না লৈরি। মরক মরক্তা মথোইশিংদুগী ম-শাদা তোংলদুনা ভারাক-পী উচেক্না থোন য়াক্না খোংচনা চিক্লবা পুখ্রিদুবু হেক হেক লাওহল্লি। হং-লবা মুংশিংনা পুখ্রি লাপ্তোরক্না পোমশাংনরবা ওয়ো অশংববু হাইফেং চামথোকহল্লম্লগা, আতিয়াগী মমিবু খজিক্তং লেংফেং লেংফেং তৌহল্লম্লগা, কুন্দনন্দিনী কোকতোন্দা লৈরিবা বকুল-মনাশিংবু শ্রো শ্রো হায়বা খোঙ্কোক খোকহল্লি অমসুং কালেন্দা শাংপা বকুল মপালগী মনয়া মাইকৈ মরিমক্তা

কোইয়েন য়েল্লি। বকুল মপাল ময়াম্না তুমিন্না কুন্দনন্দিনীগী মশাদা অমসুং মাইকৈ মরিদা কেল্লক্কুনা তারি। তুংলোময়দগী মশিং লাকঙমত্রবা মল্লিকা, যুথিকা অমসুং কামিনীগী সুংশিরবা লৈনম হুল্লক্লি। মাইকৈ মরিদা অমম্বদা ভন্দনশিংনা লূরবা লাইজথক্তা পাইথংলি, পাইথরি, ঙাল্লি, মল্লি। শেকপী অমা অনিসু খোংলি—লমহুই অমা অনিনা, অতৈ শা তাম্থোক্লবগী খোন্দমহুদা খোঙলক্লি,—নোং মতুম অমা অনি আতিয়াদা লম্মাংনহুনা কোই-পাই পাইরি—থবানমিচাক অমা অনিসু মথক্তাই সুংঙাইতহনা কেল্লক্লি - কুন্দ-নন্দিনীনা মথক্তাই সুংঙাইতনা বাখলগী ইপাক্তা তাওরি। করি বাখলদনো তাওরিবা? মতদি অসিনি "ওম্থোকপা মতৌনি, ময়াম্মক ঙম্না শিদোকপ্রে—ইমা শিগ্রে, ইবুং শিখ্রে, ইপা শিখ্রে. অহগা ঐনা শিদ্রিবদি করিগীনো? শি-হোত্রগা ঐনা মফমসিদা লাক্লিবদি করিগীনো? মীসিবু শিরগা থবান-মিচাক ওনব্রা?" মপা শিবগী অহিংদা কুন্দনা মঙখিবা মঙহ কুন্দ অমুক নিংশিংলুবা তৌখিদ্রে কৈদোম্নুংদসু থল্লুদে, হৌজিকসু থনদে। মমি-শামি-ওই হাইফেত্তি থশোইদা ফাওই। তাঞ্জাসিদা, মহাক্না মমাবু মতম অমদা মমঙদা উথি, মমানা মাবু থবানমিচাক্তগী বা ঙাংখি হায়রবগুম্বা অমদি কাবক নিংশিংলকই। কুন্দনা বাখল তৌরকই, "মীসিবু শিরগা থবানমিচাক ওনব্রনে? অহু ওইরবদি ইপা, ইমা, ঙম্নমক থবানমিচাক ওনখ্রবরা? অহুদি মখোইহু কয়ম কয়স্বা থবানমিচাক ওইরমগবা? অসিবা? নত্রগা অসিরা? কয়ম্বনা কনানো? মসিবু মতৌ কয়ম তৌরগা খঙগনি? অমবু ওইরবসু অমবু ওইরবসু, ঐবুদি উবা ফংলমগনিদনা? ঐনা মতম চুপ্পদা কপ্তুনতা লৈরিবসি—ফনা থাপ্পমক ওইরবসু, নত্তে মসিগী বাখলসি অমুক তৌর-রোই—খল্লুরগা ওম্থোক্না কপনিংঙকই। কল্লুরগা করি কায়কম লৈরিবগে? ঐগী ইরাইবক্তদি কপ্পতমক তল্লম্নবনি—নত্রবদি ইমা—ইসে বাকমসি অমুক হজিল্লক্লে! তোক্তা তোক্লগে—অহুদি, শিরবদি পুমকোক কোক্লোইদ্রা? কয়ম্না শিনি? ইশিংদা চোংথহুনা? মহু য়াম্না করে! শিরবদি থবানমিচাক

ঙম্নগনি—মতুম তৌরবদি নিংবা থুংলেদনা। ঊবা ফংলগনি– নিত্তিমক্তী ঊবা ফংলগনি—কনাবু ? কমাবু, চিনসিদা পনবা ম্নাত্রা ? মমিংফাওবা চিনসিদা পনবা ঙমত্রিবসি কন্নিগীনো ? হৌজিক কনামতম্ভ লাক্তা লৈতে, কনানম্ভ তাবা ফংলোই। অমুক্তং পন্দুনা য়েংসিন্না ? কনামতম্ভ লৈতে—পুক্নিং পেম্না মমিং অমুক্তংদি কৌগে, ন-নগ-নগেন্দ্র ! নগেন্দ্র, নগেন্দ্র, নগেন্দ্র, নগেন্দ্র, নগেন্দ্র ! নগেন্দ্র. ঐগী নগেন্দ্র ! কন্নিনো হায়ন্নিবসে ! ঐগী নগেন্দ্র ? ঐ কনানো ? সূর্য্যমুখীগী নগেন্দ্রনি। কয়ারক হয়্না কৌরে—অতুবু কন্নি কায়-রি ? অতুক কন্নিগুম্বা সূর্য্যামুখীগা লুহোংলমদতুনা ঐগা হোংলম্নবদি– ইস্‌ কন্নি থাথলনো ! ইশিংদা চোংথতুনা শিজ্ঞুগে। ফয়ে. হৌজিক ইশিংদা চোংথতুনা শিন্নবদি, হয়েং তাওথংলক্কনি—মম্নাম্মক থঙনরকানি, তানরক্কনি—মতু তাবদা নগেন্দ্রনা !—নগেন্দ্র !– নগেন্দ্র !—নগেন্দ্র !– নগেন্দ্রনা মতু তাবদা কন্নি হায়গনি ? ইশিংদা চোংথতুনা শিবসি তৌন্নরোই—চিংথংলকপদা হকচাংপুম্বা পুমকাম কামথংজগনি—ঊবদা হিংচাবী মাঙগনি। মতুবু মানা ঊথ্রবদি ? অতুদি হু চাতুনা শিবস্থ য়াংদনা ? কন্নি হু চাগনি ? কদাইদগী হু ফংগনি—কনানা পুন্নক্তু না ঐঙোন্দা পিবিন্ননি ? পিন্নবা থোক্লবস্থ—শিববু ঙমগত্রা ? ঙমগনি, অতুবু ঙসিমর্ঙি নত্তে—অমুত্তং পুক্নিংগী ইথৌ লাংবসি পুমকোক কোকহনখিগে—মানা ঐবু মুংশি হায়বসি থঙদোক্তু না। থাকমসিবু কমলনা নাকোয় ওইনা থঙনথ্রবা নত্রনে ? মানি থাসিমক্কি। অতুদা. মানা হায়খিবতু অচুম্বদি ওইরমগত্রনে ?—কমলনা মসিবু করম তৌনা থঙগনি ? চিনখিবী ঐম্থ হংজফাও ঙমহৌদে। ঐবু মুংশিবকো ? কন্নিদা মুংশিন্নিবা ? করম্বদা মুংশিন্নিবনো, শক্তরা গুণদয়া ? শক—কদাই য়েংসি ?” (অসি হায়রতুনা মুশিল্লক্লবা অক্সবা পুত্রিম্নুংদা মশাগী মমিতু য়েংগে লাক্লরুই, অতুবু কন্নিগুম্বা ঊবা ফংত্রতুনা অমুক হায়গী মফমদা হক্সিন্দুনা কয়রে।) “কদাই-দগীনো তৌ'শান্নিবসে. ওইদবদা অস্থক লুনা থম্বক্লান্নবসি কন্নিগীনো ? ঐঙোন্দগীদি সূর্য্যামুখীনা হেম্না ফত্তৈ ; ঐঙোন্দগীদি হন্নমণিনা ফত্তৈ ; বিগুনা

ফজে ; মুক্তনা ফজে ; চন্দ্রনা ফজে ; প্রসন্ননা ফজে ; বামানা ফজে ; প্রমদানা ফজে ; ঐঙোন্দগীদি মীনাইনুপী হীরানসু হেন্না ফজে। হীরানসু ঐঙোন্দগী হেন্না কজব্রনে ? ফজে, কুচু মুরগবু কৈদোবগে, মাইথোংদদি ঐঙোন্দগী হেন্না ফজে। শক্তী মরমদদি লোথংপা ংকয়া য়াত্রে– গুণদি করি লৈ ? অত্তুক থম্বত্তুনা য়েংসি। কদাই, শুক্লিংবু নিংশিংদে। কনানা থগুনি ! অত্তবু শিবদি শিরয়োই, মসিমদি মথল্লি। অত্তবু পুম্নমকসি অয়েম্বা বাকয়নে ! অত্তুদি অয়েম্বসিত্তা থল্লগে। অয়েম্বা বাবু অচুম্বা ওইনা অসুম্মক থনজরগে, অত্তগা কলিকাতাদা চংসি হায়রিবা বাসিদি, শুকচং চংপা ভুম্মোই ; উবদি ফংলোইদোরি। ঐ চংপা ভুম্মোই– ভুম্মোই—ভুম্মোই। চক্রবদি করিদি তৌনি ? কমলনা হায়বত্তনবু অচুম্বা ওইরবদি, ঐগী দমক্তা অসুক য়াম্না হোৎনবিথ্রবা মীশিংসিগী মাঙনবদি ঐনা শীল্লেদনা। সুর্যমুখীগী মবুক্লিংদা বাগ্নোল থন্না লৈরে হায়বসি থগুই। অচুম্ববু ওইরবসু, অয়ানববু ওইরবসু, মরম অত্তুনা ঐহাক চংপদদি মত্তারে। অত্তবু ঐদি ভুম্মোইদোরি। অত্তনদি ইশিংদা চোংথত্তুনা শিবদা তারে। শোইদনমক শিরগনি। ইপা ইবুঙো ! নংনা ঐবু ইশিংদা চোংথত্তুনা শিননবগীদমক্ত। থশ্বিরম্লিবরা ?”

মহদগী কুন্দত্ত মথুং অনিনা মমাই থুমজিল্লত্তুনা কপ্পা হৌরক্লে। থগুহৌদনা অমম্বা ইমুংদা থাওমৈ থংথান-থাঙ্গৎলকপগুম, কুন্দনা মমঙদা মঙখিবা বাকমত্ত তশেং তশেংনা নিংশিংলক্লে। থুদক্তুদা কুন্দ নোংথাংনা শোক্লবা মীগুম ফুক হৌগৎলক্লে। ‘ঐ পুম্নমক কাওরুরে—করিগীদমক কাওথোক্লরিবনো ! ইমানা ঐঙোন্দা মশক উংপিরম্লবনি—ইমানা ঐগী লাইবক্তা ইরমত্ত থগুলত্তুনা ঐবু নক্ষত্রলোকতা চংনবা তাকপিরম্মি—করিগী দমক ঐ মাগী বা ইম্নত্রবা—করিগী দমক্তা ঐ চংহোত্রিবা ! ঐ করিগী দমক শিহৌত্রিবা ! ঐ হৌজিক ফাওবা পংহ্নিবসিনা করিগীনো ? ঐ হৌজিক ফাওবা শিত্রিবসি করিগীনো ? ঐ হৌজিকমক শিরগনি।” অসি থল্লত্তুনা কুন্দ তপ্না তপ্না পুথ্রিগী শিড়িত্ত কুমথবা হৌরক্লে। কুন্দদ য়াম্নমক পাঙ্গল শোনবীনি—

য়াম্মক মিপাইচাওবী কিপনবানি – খোঙথাং খুদিংগী অকিব' পোকই—খোংঙ থাং খুদিংগী মহাক কোকচাওবা কায়। অদুমকপু লেঙদ্রবা বাশকা লোইননা মহাক মমাগী য়াংথং ঙাক্লনবা তপ্না তপ্না চৎলকই। তাপ্লাসিদা তুংলোমদগী কনানো অমনা য়াম্না তপ্না মেঙনা মাগী মনমগন্দা খুদোনবীনা শোক্লকই। অদুগা হায়রকই, "কুন্দ!" কুন্দনা লৈছুনা য়েংলকই,—মহাক অমম্বা মরক্তু দম্পু হেক উবদা শক থঙলে –নগেন্দ্রনি। অদুগী মুমিত্তু কুন্দ শিবা অমুক য়াদ্রে।

অদুগা নগেন্দ্র ' মসিরা মহাকী অস্তক কৃইনা মরমচৎ চুম্নকপা হায়রুদে? অসিরা মহাকী অস্তক কৃইনা নতৈ তম্নকপদে ' মসির। সূর্যামুখীনা মথবাই কংনা তুংশিজবগী মহৈদে? খল্লুবদা হঙোই! তুক্কচৈ! য়েংঙু, মহাক হুরানবনি। হুরানবদগীসু হেম্না তোপ্লি। হুরানবনবু সূর্যামুখীগী কয়ি মাঙহনবা য়াই? মরিক-মকোল তথিবা য়াই, মরম মগুম মাঙহনবা য়াই, অদুবু নংদি মাগী মথবাই মাঙহন্নবা থোরাংলি। হুরানবদদি সূর্যামুখীনা কৈদোম্লুংদা করিম্ব পিদে, অদুবু হুরানবা খবক তোরবদি মহাক হুরানবা কায়বড় ঙই। অদুগা নঙোন্দদি সূর্যামুখীনা মাগী লৈজবপুম্বা পিথোক্রে—অদুবু নংদি হুরানবদগীসু হেন্না হুরাম্নবা লাক্লি! নগেন্দ্র, মহাক শিজখিবনা হেম্না চৈ। নথৌনা লৈরবদি চংশিন্দুনা মহাক ইশিংদা চোংথদুনা শিয়।

অদুগা ইকাইনিংঙাই মশক্লি! কুন্দনন্দিনি! মহাক হুরানবনা শোক্লকপদা নশাত্ত নিংলিবা করিগীনো? তক্কচৈদা! কুন্দনন্দিনি!—হুরানবগী মরা তাবদা নশাদা নত্তু চুংলবা করিগীনো? কুন্দনন্দিনি!— য়েংঙু অসে, পুখ্রিগী ইশিংসি লুই ইংই, মনম মুংশি— মুংশিংনা হুম্নকপদা থা থংবা শক্লক্তা থবানমিচাক্লা তানক তানাক। লুপকেরা? লুপ্তুনা নথবাই খাদোকউদনা? কুন্দনন্দিনি শিনিংদ্রে।

হুরানবনা হায়রকই, "কুন্দ! কালকাতাদা চৎকদোরিব্রা?

কুন্দ না ডাংদে--মমিঙগী পি তৈথোকই—খুম্বা তৌদে।

হরানবনা হায়রকই, "কুন্দ, নথবাইনা য়ানিংনা চংলিব্রা ?"

থবাইনা য়ানিংনা ! হরি ! হরি ! কুন্দ অমুক হয়া মপি তৈথোক্লকই – যাদি ঙাংদে।

"কুন্দ, কপ্লিবা করিগীনো ?" হন্দক্তি কুন্দ মখোলথোক্লা কপ্লক্লে। মতু উবদা নগেন্দ্র অমুক হায়রকই, "তাও কুন্দ ! ঐহাক য়ামা বানা অস্থক কুইবসি থাওড়না লাক্লবনি, অদুবু অমুক ঙম্মক্তে। কয়ামুক বানা থবাই পুড়না লৈরিবনো হায়বসি হায়ফম থঙদ্রে। ইশা ইথন্তা লানথেংনজবদা ইশা পুম্বসি ঈহিং-নাহিং শারে। পুকচেন তোল্লবা মীশক ওইরে। য়ু গক্লে। অদুবু ঙমদ্রে। নংবু থাদোকপা হায়বসি ইঙম ঙমদ্রে। তাও কুন্দ ! হৌজিক্তি লুখ্রা-লুহোংবা হায়বসি চংনরে—ঐহাক নংবু লুহোংলগে থল্লে। নংতনবু য়ারবদি লুহোংলগনি।"

হন্দক্তি কুন্দ বা ঙাংলক্লে। হায়রকই, "য়াদে।"

নগেন্দ্রনা অমুক হায়রকই, "করিগীনো কুন্দ ? লুখ্রাবীনা লুহোংবা হায়বসিবু শাস্ত্রনা য়াদবোই থনব্রা ?" কুন্দনা অমুক হায়রকই, "থনদে।"

নগেন্দ্রনা হায়রকই, 'অদুদি নংনা য়াদ্রিবা করিগীনো ? হায়—হায়—হায়, ঐগী য়ুমগী মবেম্না ওইবা ঙম্মোইদ্রা ? ঐবু ঙুংশিবা ঙম্মোইদ্রা ?"

কুন্দনা হায়রকই, "ঙম্মোই।"

মসি তাবদা নগেন্দ্রনা মচিন লিশিং অমা কাংবগুম অতুং অথম লৈতনা থুংশি-থুংঙম্না থল্লবা থবাই শোক্লবা বাঙাং কয়া কয়া ঙাংলক্লে।

কুন্দনা হায়রকই, "ঐ ঙম্মোই।"

মতম অদুদা নগেন্দ্রনা লৈদ্রনা য়েংলকই, পুথ্রিত তক্ল-তক্লই, হৈংহৈ—লৈগী লৈনম্না হায়বা থুংশিংকী ইপোম্না য়ৈবদা লাইজন্দুংদা থবানমিচাক্লা তনিক তনিক্রি—থল্লকই, "মসিগী মহুংদা য়াতাবরবদি কমদোই ?"

থম্মোইহুংদা কুন্দনা হায়জররকই, 'ঙম্মোই।" লুথ্রাবী লুহোংবগী বাফম শাস্ত্রদা ইরি, মতুগী দমক্তা নত্তে। অদুদি কুন্দনা হীশিংদা চোংপহনা শিত্রিবসি

কম্মিগীনো ? লুরবা লাইজনি, ইংলবা ইশিংনি—থাদা থবানমিচাক্লা অগোই শাম্মি—কুন্দনা চোংথত্তনা মথম্বাই থাম্রিবদি কম্মিগীনো ?

---

## তরাতরেৎশুবা মতাং

## যোগ্যং যোগ্যেন যোজয়েৎ

হরিদাসী বৈষ্ণবী অদু লৈকোলগী শঙ্গং য়োরক্লবা মতমদা থংহোদনা দেবেন্দ্র বাবু ওইনা ফম্লরে। নাকল অমম্বোমদা কোন্‌গী হিদাকফু অচোবা লৈ। নিংথিরবা লুপাগী-য়োহ্লিংকোলৌ পরেং থোনবা, ত্রোং ত্রোং হায়বা লুংশি-খোংগোক থোকপী, হিদাকফু নিংথিবীনা চিনবান তম্না শাংলবা তোংঙৈ ভিংথোক্লক্লি—কোকথক্‌ুদনা অপাম-মুংশিগী অরাবা মৈনা তরং তরং চাক্লি। অদুগা মাইকৈ অমম্বোমদনা লিক্লিগী সেম্পাক্তা ভাঙানরবা একৃশা কোবী চুজানা তনিক তনিক লৈরি। মাঙদনা চাক চারিবা মীগী পুথমনাক্তা কুনবা কৌদোংশুম চিরোল তোবা নিপা অমনা অরেম্বা খুনগদবগী শাংলবা মনা-তোন তিংথোক্রুত্তনা ফমত্তনা লৈরি। হিদাকফুনা হায়রি, "য়েংউ ! য়েংউ ! চিন কাঙলত্তনা লৈরে ! সে ! সে ! চিন কাঙলত্রনা লৈরে !" চুজা একশানা হায়রি, 'অহানবদা ঐবু লুন' চান্না তৌ ! য়েংউ, ঐসি কম্নাদা ভাঙাং-তঙাংলিবা ! লংনম, ঐবু হান্ন' থকউ।" অরেম্বা ভাইরিবত্তগী মনা-তোম্না হায়রি, "ঐসি মাগী ওইরিবা মীশক্‌ুদা, খরদং থাইয়ু।"

দেবেন্দ্রনা ময়াম্মকী মপুক্রিং থুংহল্লে। হিদাকফুগী মচিন চুপ্লে, মাগী মুংশি-মুংওম্না মৈথু ওইনা পাইথোরক্লে। একৃশা নিঙোনবু পুক্‌ুং য়োহল্লে, মহাক তপ্না তপ্না কোকতোন তম্না কাখৎলক্লে। হৌদোং শক্তম্বা মহাশয়গী মনা-তোনবু পেলহল্লে—নাতোন্দ্ গেলাস অহুম মরি ফংলবা তুংদা নাথোকপা হৌরক্লে। মীনাইশিংনা নাথোক্লবা নাঃগ্রানশাংত্তবু "গুরুমহাশয় গুরুমহাশয়" হায়রত্তনা অতোপ্পা মকম অমদা থল্লুরে।

মতমগুদা সুরেন্দ্র লাক্কুনা দেবেন্দ্রগী মনাক্তা কম্লরে অমসুং মশা নাদ-য়েক্তবগী মরমদা বা থম্না হংলগা হায়রকই, 'ঙসি অমুক নহাক কদাইদা চৎ-লুই ?"

দে। অস্থক থুনা নহাক পাও ফংলবা ?

সু। হায়রিবহুমক নংগী অম্নানবা ৱাথল অমনি। নংনা থম্লি, নংনা তৌরিবা থবকপুম্বা লোম্না থুপ্না তৌরিবনি—কনাম্থ থঙদে উদে, অদুবু লৈকাই থুদিংমদি বা বা লাওরে।

দে। ধর্ম্ম কায়হৈদে ! ঐ কনাদস্থ লোঙ্গা-লোম্ফুপ্নবা পামদে—কনাবু কিদুনা ঐনা লোৎকনি !

সু। মদুস্থ নংগী তৌব-ঙম্বা অমনি হায়না থক থনগনু। নংসি ইকাই-বা থজিক্তং থঙলম্লবদি, ঐখোইস্থ উপায় অমা মরেম্রমগদবনি। ইকাইবা থঙলবদবু নহাক বৈষ্ণবী শাদুনা লৈকাই থুদিংদা হৌনদবা লোনচৎ চৎলুগদ্রা ?

দে। হায়রিবদুবু করম্বা রসকী বৈষ্ণবী শাবনোনে? লাইবক্তা চন্দন-চবা থিন্দুনা কোইচৎ চৎপগী বাফম্লনে ?

সু। ঐদি ইকাই-থঙদবগী শকফমত অমুক্তা উদ্রি, করিগুম্বা থেংনবা থোক্রবদি শাজেনা শেং শেং কন্দুনা বৈষ্ণবীগী বৈষ্ণবী শাবা কুম্মৈদু মতোম হেক লোমহনগদবনি।

অদুদগী দেবেন্দ্রগী মথুত্তগী মুগী লিক্লিত মুম্লগা সুরেন্দ্রনা হায়বা হৌরকই, "ঙহাক্তং লেপথো, জ্ঞান কাবক তারিঙেদা বা অমা অনিদং অদুক তাথো, অদ্দগী অমুক থকউ।"

দে। হায়ু করিনোনে। ঙসিদি ম্নাম্না নখোয়দোঁদু শাওগৎনা উই—হৈমবতীগী মৈশা থম্না লংজকপগুম তৌব্রা ?

সুরেন্দ্রনা খোন্দাথি দুগী বাদু নাওইনা তাদনা হায়রকই, "বৈষ্ণবী শাক্ক-রিববু কনা মাঙহম্নবা থোম্নাংলুরিবনো ?"

দে। মদুবু থঙদ্রিবরা ? কাওরবরা, মখোইনা মাষ্টারবু লুহোংবিখিবদো

লাই নিঙোল অমগা ? লাই-নিঙোলদু হৌজিক্তি লুপ্পা ওইরদুনা খুল বাংম-য়োমগী দত্তগী ইমুংদা চাকথোংবী ওইদুনা লৈরে। মহাকপু অতুক য়েংনিংদুনা চংলুবনি।

সু। করিগী ! অসুক লোনচং নাইত্রবসি ফাওবদা পেন্দ্রদুনা মরাইবক খিরবী লুপীমচা অদুবুসু অমুক মাঙহল্লগে থিল্লি ? য়েংউ দেবেন্দ্র, নংসি অসুক্কী মতিক মীসুংশি থঙখিদ্রে, অসুক্কী মতিক মী ওং-নৈদ্রে, ঐখোই নংগা লৈমিন্ন-বসি ঙমদবা তারমাল্লে থল্লে।

সুরেন্দ্রনা বাফমসি অসুক্কী মতিক মথৱাই শোক্লা হায়রকই মদুদি, দেবেন্দ্র বা ঙাংবা থোকখিদ্রে। ঙহাক লৈরগা দেবেন্দ্রনা চৌং-লেম্লবা খোনফমদা হায়-রকই,—"নং ঐঙোন্দা শাওবা তৌগনু। ঐহাক ঐগী পুক্লিংসি ইশানা খুদুম চনজবা ঙমদ্রে। ঐহাক পুম্নমক থাদোকপা ঙমগনি, অদুবু সুপীসিগী বাথলদি থাদোকপা ঙম্মরোই। মহাকপু ইহান হান্না তারাচরণগী মযুমদা উরুবা সুমিত্তগী ঐ মাগী ফজবা শকফম্না পুক্লিং শুমহংখ্রে। ঐগী মিত্তা অসুক চংথোন্না ফজবসি মফম কেদসু অমুক্তা উখিদ্রি। অকুম-লাইহৌনা থৌরাংলবা অমা-ববু প্রোক প্রোক চাকহনবগুম, সুমিত্তুদগী হৌনা মাগী অপাম-বাথলনা ঐবু খাঙহমদনা চাকহল্লরুবনি। মতমচদগী হৌনা ঐনা মাবু উননবা লোশিং কয়া কয়া তৌরকপা, মদু হায়রদুনা লোইবা ঙম-পোং নত্তে। হৌজিক ফাওবসু খুদোং চাদ্রি অদুনা কায়নথংদা বৈষ্ণবী শাবদা তারিবনি। নং নপুক্লিংদা থোইনা থোয়রাংবা পোক্কনু—সুপী অসি পুক্লিং লুপ্পা মপুরোইবা নিংবীনি।"

সু। অদুদি নংনা চংলিবদি করিগীনো ?

দে। চুম্না মাগী মশক উননবগী দমক্তনি। মহাকপু উরগা, মহাকা বা ঙাংনবগা, মঙোন্দা ইশৈ তাহল্লগা ঐগী থম্মোইনা কয়ামুক্তা সুংঙাইবা পোকপা হায়বদু ঙম্নম থঙদে।

সু। ঐহাক নঙোন্দা তংশংনা হায়রিবসিনি—ফাগী-ফারাংগী বা নত্তে। নহাক ফজবা লমচংসি থাদোক্তুবা—নহাক অমুক হম্না লশাসদা চংলবা—

অদু ওইরবদি ঐগা নংগা বা ঙাংনবসি ঙসিনা অয়োইবনি। ঐসু নংগী য়েক্নবা ওইরগদবনি।

দে। ইহাকী চান্নবা মরুপ্তি নহাক্তনি, ঐহাক ঐগী লৈজবা লন-থুম তংথাই অমা থাদোকপা ঙমগনি, অদুবু নংবুদি থাদোকপা ঙম্মোই। অদুবু নংবু থাদোকপদা তারবসু ঐ য়ারে, অদুগা কুন্দনন্দিনীবু য়েংনিংবগী আশাদি ঐ কৈদৌমুংদসু থাদোকপা ঙম্মোই।

সু। ফরে নংনা অপাম্বত তৌরো। নংগা ঐগা উনবা ঙসিসিনা অয়োইবনি।

অসি হায়রগা সুরেন্দ্র মথবাই মুংঙাইতনা হৌগত্তুনা চৎখ্রে। দেবেন্দ্রগ থুদক্তা মরুপ কায়নবগী শুংঙাইতবা বাথন্না চমম্বিত্তুনা ঙহাক মাইথোং লাংশিন্না কমত্তুনা লৈরে। মমৈথংদা বাখল মুন্না তৌথরুরগা হায়রকই, "কৈদৌগবনো! তেংবানসিদা কনানা কনাগীনো! ঐতনা ঐগীনি।" অসি হায়রদুনা তেঙ্গোৎ থন্না হৈদুনা ত্রাণ্ডি থকলে। মদুগী ময়াইনা থিন্দনমক মথবাইদা মকালাম্বা পোক্লক্লে। অদুদগী দেবেন্দ্রনা হিপথরত্তুনা মমিং ঊইশিন্না ইশৈ ঙংবা হৌরক্লে—

"ঐগী ইমিং হীরা মালিনীনি।

ঐহাক লৈ রাধাগী কুঞ্জদা, কুব্জানা ঐগী ইচললি।

হায় চন্দ্রাবলীদা রাবণ,

নহাক্কি ঐগী থম্বাল-ময়োন্

তাবদা কীচকা লাংলে কৃষ্ণ,

কনবিথ্রেদো যাজ্ঞসেনীবু—!"

মতমসিদা থৌগল্-লাঙ্গল পুম্বা হৌগত্তুনা ঙম্না চংনখ্রে; দেবেন্দ্রনা হি লৈত্তবা তুম্লেলগী ইয়াইদা ভাওবা পোঙগুম মথস্তা ফম্নত্তুনা মসগী ইথক্তা ইয়াক্লখি। লায়নাগী শকলোন ঙা-কোবিয়ায়চিংবা পুম্নমক মতমসিদা ইশিং মমুংদা লোত্তুনা লৈখ্রে—হৌজিক্কি তপ্পবা নামিবা মুংশিংকা থাজগী মঙালগতা

ঙাইখ্রে। তাঙ্গাসিদা মিহুৎথোঙলোমদা ক্রেক ক্রাক হায়বা মখোল অমা হেক তারকই—কনানো অমনা থোঙ-না চিংথোক্কুনা য়েংবগুম তৌরগা—থংথা হেক থাদোকখিবগুম তৌই। দেবেন্দ্রহ মপুক্কিংদা কনানো অমবু অসুম ঙাই-রম্বগুম তৌমাল্লে—হায়রকই, "কনানো মিহুৎথোঙগী উপাক হুরাল্লিবা?" করিগুম্বা পাওথুম অমতা তাবা ফংদ্রবনা মিহুৎথোঙ ময়াদা চংহুনা য়েংলুই—মহুদা মহাক্না সুপী অমথক চেনখিবা উরক্লে। সুপী চেনখিবহ উবদা দেবেন্দ্রনা মিহুৎথোঙ হাংদোক্কুনা চোংথোক্লগা মতুং ইন্নহনা তুরোই ঙাম্লোই তাম্নরক্লে।

সুপীহ চেনখ্রগে হায়রবদি অহুম্মক চেনখিবা য়ারবনি, অহুবু চেক্লরোই হায়হনা চেল্লে, মহু অমম্বদা লৈকোলমুংতদা লম্বী মাঙখিবনরা মহুদি খঙদ্রে। দেবেন্দ্রনা মাবু ফারগা অমম্বদা মশক্কু য়েংবদা খঙবা ঙমদ্রে। লোল্লপ য়ুগী নেশাদা তাওনা হায়রকই, "পেম্মা! করম্বা পাম্বীদগীনো?" অহুগী তুংদা মাবু ইমুং মহুং তান্না ফাহনা পুশিল্লক্লগা থাওমৈ পায়হনা নাকল অমরোমদা অমুক অহুদগী অতোপ্পা নাকল অমরোমদা অমুক কোইরৈ লৈহনা য়েংলগা হাম্নগী খোম্থাংহুদা অহুম্মক হায়রকই, "নংবু কনাগী মৌনোনে?" মমৈথংদা করিগুম্বা অমতা লেপ্পা ঙমদ্রবনা হায়রকই, "তাঙ্গা চাদ্রে পেম্মা! ঙসিদি হল্লো, অমাবস্যাদা লুচিনচিংবা থৌরাং তৌরম্বা পুজা কৎকে—ঙসিদি য়্রাগি থজিক্কং য়োংলগা চৎলো।" অসি হায়রহনা য়ুঙাওবহনা সুপীহবু ফমফম কাহুদা ফমহল্লগা য়ুপী গেলাস অহু লানশিল্লক্লে।

সুপীহনা মহু লৌদ্রহনা লৈবাক্তা থমখ্রে।

অহুদগী য়ুঙাওবহনা থাওমৈহ সুপীহুগী মমাই মপাদা পুশিল্লক্লে। মাইকৈ শীঙ্কুংনা থাওমৈহু কোইরৈ লৈহনা য়াম্না চৌং-লেম্না মাবু মুম্না য়েংলবা তুংদা খঙহৌদনা থাওমৈহ লংথোকখ্রগা ইশৈ শকৎলক্লে—"নংবু করম্বা থোংনাং পাম্বীনোনে, নশক থন্না থন্না খঙবগুম তৌই—কদাইদনো উখ্রেনে।"

মসি তাবদা সুপীহনা শক খঙখ্রে হায়না খল্লহনা হায়রকই, "ঐ হীরানি।"

"Hurrah ! Three Cheers for হীরা !" অসি হায়রড়না যুত্তাও-বড় হয়াওনা চোংখৎলক্রে। অড়দগী অমুক লৈপাক শোক্রা হীরাবু থুরুম্লগা গ্লাস পায়না পায়না স্তব তৌবা হৌগৎলক্রে—

"নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী বটবৃক্ষেষু ছায়ারূপেণ সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী দত্তগৃহেষু হীরারূপেণ সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী পুকুরঘাটেষু চুপড়িহস্তেন সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী ঘরদ্বারেষু ঝাঁটাহস্তেন সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ।
যা দেবী মম গৃহেষু পেত্নীরূপেণ সংস্থিতা॥
নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমস্তস্যৈ নমো নমঃ॥

অড়দি ইনে মালিনী !—করি থবক্নী ?"

হীরাদি মসিগী মমাংদা বৈষ্ণবীগী মতুং অস্তম অস্তম ইন্নরক্তুনা, নুংথিল পোবোপ্তা, হরীদাসী বৈষ্ণবীগা দেবেন্দ্র বাবুগা মীশক অমত্তনি হায়রবসি খঙ-দোকপ্রবনি। অড়বু করিগী দমক্তা দেবেন্দ্রনা বৈষ্ণবী শারড়না দত্তখোইগী ইমুংদা হক্লং হন্দা চংলিবনো হায়রবসিগী মরমদি ইরাই লাইনা পাক হেক খঙবা ঙম্বা বাফম থোক্কে। হীরানা মপুক্লিংদা তৌঙমদ্রবা থবকসি পাং-থোকে হায়না চপ যুংনা লেপখিড়না মতম অসিদা দেবেন্দ্রগী মযুমমক্তদা হেক্তা লাকপনি। মহাক লোয়া লৈকোল মনুংদা চংলক্লগা মিহুংখোঙ ময়াদা লেপ্তু-না দেবেন্দ্রনা ঙাংবা পুম্নমক তারবনি। সুরেন্দ্রগা দেবেন্দ্রগা ঙাংনবা পুম্বা মরুমদা লুমড়না তারবা তুংদা মানা নিংবা থুংলড়না হল্লগে হায়না খোঙ

থাংদোয়রকপদা চেকশিনহৌদবদগী মিছুংখোঙগী উপাক্তা থেংনুবনি—মহুদগী বাখোকসি থোকখ্রিবনি।

হৌজিক্তি হীরা চেয়্নিংবন' খ্রো খ্রো খোংলে। দেনেন্দ্রনা মখুত্তা অমুক হল্লা য়ুগী গেলাস লানশিল্লক্রে। হীরানা হায়রকই, "অড্রম্মক কাল্লু।" হায়রকপা থুদক্ত মক্তদা দেবেন্দ্রনা গুং থকচিনখ্রে। হন্দক্তী গেলাস অসিনা দেবেন্দ্র নেশা মপুং ফারে—অমুক অনিয়ক ভুয়োই ঙাম্রোই তৌরম্লগা—দেবেন্দ্র হিপথখ্রে। তাঙ্গাত্রদা হীরা তৌগত্তুনা চেল্লক্রে। দেবেন্দ্রদি মতমত্রদা মখোল কাইনা উইক্রুম উইক্রুম তৌনা ইশৈ শকৎলকই-

"চহি মতাংদি মাগী তরাতক্কি,
কুচু কুমেম্না তমু-তমুবীনি,
নাম্বখ্রে পৈদি মমাং থাদা,
তাঙ্গনা লৈরিঙ্গৈ ঐনা কোমদা।"

অহিং অড হীরা দত্তথোইদা অমুক চত্রে; মরুমদা চত্তুনা অড্রম্মক ভুমলে। মথংগী অয়ুক্তা সুর্য্যমুখীগী নাক্তা চত্তুনা দেবেন্দ্রগী পাওহু তম্লুরে। দেবেন্দ্রনা কুন্দগীদমক্তা বৈষ্ণবী শাহুনা চৎথোক চংশিন তৌবনি। কুন্দদি মরাল লৈজদে, হায়বা বাকমসি হীরানস্থ হায়ত্রে, সুর্য্যমুখীস্থ খঙত্রে। হীরানা করিগী দমক বাকমড হায়দোক্তি্বনো হায়বা—পাবিরিবশিংনা মতুংদা খঙবিরক্কনি। সুর্য্যমুখীনা উই,—কুন্দনা বৈষ্ণবীগা লোইননা লোম্না থারি শাই—অড্রনা সুর্য্যমুখীনা মাবু লমচৎ চুমদবীনি হায়না লৌরে। তীরাগী বা তাবদা সুর্য্যমুখীগী থম্বাল মাল্লবা মিৎম্নাড ঙাংশং ঙাংলক্রে, মরাইবক্তা শিংজি চাওনা ময়েক লানা ফাওগৎলক্রে। কমলস্থ পুম্নমক্সি তারে। কুন্দবু সুর্য্যমুখীনা কৌহল্লুরে। মহাক য়োরক্লবা মতমহুদা হায়রকই, "কুন্দ! হরিদাসী বৈষ্ণবী হায়বসি কনানো হায়বা ঐখোই মীশক খঙলে। মাগা নংগা করি থোক্লে হায়বসিস্থ ঐখোই খঙলে। নংসি তোনথ্রবা জাংনি হায়বা ভাব তারে। ঐখোইদি নংগুম্বা মীশকসি য়ুমদা থক থমদে। মহাক হৌজিকমক

য়ুমসিদগী চৎখ্রো চৎলো। নত্রবদি হীয়ানা নংবু শুমজিংনা ফুহুনা তানহল্ল-গনি।"

কুন্দগী মশাক্তু থক থক নিকপা হৌরক্লে। মহাক তুখিদোরে হায়-বসি কমলনা উরক্লে। কমলনা কোনশিন্দুনা মাবু তুম্ফম কা তাম্না পুশিনখ্রে। তুম্ফম কা য়োয়বদা লুনা-চান্না তোতুনা থেমজিললক্লে অতগা হায়রকই, "শক অসিনা হায়গে হায়বমথৈ হায়জসন্থ, ঐদি মাগী বাদা শম্না মথৈ অমা ফাওবা থাজদে।"

## তরানিপালশুবা মতাং
## চংজফম লৈত্রবী

থেংলবা অহিংদা ইমুংগী মী পুম্নমক্না তুমথনখ্রবদা কুন্দনন্দিনীহু তুম্ফম কাগী থোঙ হাংদোক্লড়না মপাল থোক্লক্লে। শেংলিবা কীজোন অতুমতগা লোয়ননা মুর্ধ্যমুখাগী মমুম থাদোয়ক্লে। থেঙলবা অহিংত্রদা কীজোন-অম-তংদগা চহি তরাতরেৎতা ভাইরিবী চংজফম লৈত্রবী সুপীমচাসি সংসার ইশাক্তা মথন্তা চোংথরক্লে।

অহিং অতু শাথীনা মন্মি। নোংম্থ লাংকপ্‌ লাংকপ্‌ তাই। কদোম-দনো লক্ষী?

কনানা তাকপিগনি, কদোমদনো লক্ষী? কুন্দনন্দিনীদি কৈদোম্নুংদা দগুথোইগী ইমুংদগী মপাল থোক্তি বৌনি---কদোমদনা কদাইদা চৎনবা লক্ষী-নো মহাক সুকখঙ-খঙদে। অতগা কদাইদনো মহাক্না চৎকদবসিবু?

দোলাগী চাওয়বা অমম্বগী মশক ওইরবা মশানা আতিয়া পক্কা লৈরি—অমম্বহু য়ায়দা থমড়না কুন্দনন্দিনী কোয়না চৎপা হৌরকই। নিংজ-রিবদি, অমুক্তুং নগেন্দ্রনাথকী তুম্ফম কাগী মিতুংথোঙদা ভাল্লিবা মৈঙাল্লহু য়োংজখিগে অসিনি। অমুক্তুং মৈঙালহু উজয়গা মনিং পেনজনিংবগী বানি।

মাগী তূম্ফম কাগী লৈফম থঙই·· অস্থম অস্থম কোয়রকপদা মকমত্ত ঊয়ক্লে। মিহুৎথোঙদা মৈঙাল ফাওদোয়রক্লি। ঊপাকী থোঙদি হাংলি—মিংশেলগী থোঙনা থিংলি—অমখা ময়ক্তা মিহুৎথোঙদ্ধ মৈঙালনা পুম্নং লংলি। মত্তগী মথক্তা মৈয়ানবীনা কোয়পাই পাইরি। মৈঙাল ঊবদা পাইশিল্লরকপনি. অত্তবু চংফম লম্বেল থিংথিবনা চংবা ঙমদ্রত্তনা মিংশেলদা থেংলগা হন্দোয়রক্লি। কুন্দনান্দনীনা পিক্লবা মৈয়ানবীশিং অসিগীদমক মথবাইত্র শোক্লা মুংঙাইতবা পোকই।

কুন্দনন্দিনীনা শুমহৎপা মিংয়েংদা মিহুৎথোঙদা ফাওদোয়রক্লিবা মৈঙাল অদু য়েংবা হোয়কই—মহাক মৈঙালদু হন্দোক্লম্লগা চংপা ঙমদ্রে। তূম্ফম কাগী মমাংদা ঝাউপাম্বী থরা হোৌরি—কুন্দনন্দিনীনা মত্তগী মথাদা মিহুথোঙলোমদা শুল্লত্তনা ফমত্তনা লৈরে। অহিংত্র শুক্লা মম্মি, মাইকৈ মরিমক পুম্মম মম্মি। ঊপাল থুদিংদা তন্দনগী মঙালনা লিশিং লিশিং ঙাল্লি মুংলি, মুংলি ঙাল্লি। আতিয়াদা অমুবা নোংগী তুংদা অমুবা নোংনা তাম্নরক্লি—মত্তগী তুংদা অমুক্ত্র, অমুবা নোং ইম্নরক্লি—মত্তগী তুংদস্থু অমুক অমুবা। নোংমদোনথক্তা থবানমিচাক অমা অনিদং অমুক নোংলক্তা লুপ্লি, অমুক তাওরি। য়ুমগী অকোয়বদা ঝাউ পাম্বী পয়েং পয়েংনা নোংনা কুপ্লবা আতিয়া তম্না মঙক তিংথৎলত্তনা অহিং চাকতাবা হিংচাবশুম লেপ্তু না লৈরি। মুংশিংনা হুল্লকপদা অকি' শকফম ওইরবী অহিংগী তম্পাক্তা লৈনা লৈনা, মখোইশিংত্র মখোইগী হিংচা-ময়োলদা কুন্দনন্দিনীগী কোকতন মপাদা বারি শারি। হিংচাবফাওবা অকি শকফমগী অহিংবু কিবনা লোম্না লোম্না বা ঙাংলি। করিগুম্বা তাঙ্গাদা মুংশিংনা য়ৈবদা পোয়োল লোলহোত্রবা থোঙগী ঊপাক্লা ফক্লাংদা থেংত্রনা মখোল অমুক অনিয়ক থোক্লক্লি। মকুনা দোলাঙথক্তা তোংলত্তনা থোংলক্লি। করিগুম্বা তাঙ্গাদা হুই অমথক অতোপ্পা শা ঊবদগী মাংদা তুখৎ কম্না চেনখ্রি। করিগুম্বা মতমদনা ঝাউগী ম-না নত্রগা মকৈ কেন্দুনা তারক্লি। অথাপ্পদা য়ুবী পাম্বীশিংনা ইমং-মংলি। মতোনশিংত্থ অমখলক্তা

তপ্না তপ্না হাইরি, অথাপ্লদগী কোনা পাম্বীগী ম-নাশিংনা শ্রো শ্রা লাওবগী মখোল তাবা ফংলক্লি; পুম্নমকসিগী মথক্তা মিহুৎথোঙ পরেংগী লংলবা মৈঙালদু ইরং লংলি—অদুগা মৈম্নানবী মপৈনা কোইপাই কোইপাই পাই-শিল্লক্লি। কুন্দনন্দিনীদি মাইকৈ অদোমদা ম্নেংহুনা অদুম্মক লৈরে।

তপ্না তপ্না মিহুৎথোঙ অমথক্কী মিংশেলথোঙ হাংদোক্লক্লে। মাগী শক্তম অমা মৈঙালশক্তুদা ফাওরক্লে। হরি! হরি! মসিদি নগেন্দ্রগী শক্তম্নি। নগেন্দ্র—নগেন্দ্র! করিগুম্বা নংনা ঝাঙ্ট মথোঙদা অমম্বা মরক্তা লৈরিবী পিক্লবী কুন্দ-লৈরাংসিবু উবিরবদিকো! করিগুম্বা নংবু মিহুৎথোঙদা উবা ফংবদা মাগী থম্মোইহুংদা চোংলিবা ডুক! ডুক! হায়বা মখোলদু তাবা ফংলবদিকো! অদুগা নংনা করিগুম্বা, নং হৌজিকমক অমুক চথোকখিত্রনা উবা ফংলরোই হায়বসিগী মিপাইজবনা মহাক্না উকৈ হায়বগী হরাওবা পোক্তিবসি খঙবিরবদিকো! নগেন্দ্র! থাওমৈলোমদা নতুং ওম্থোক্তুনা লেপ্লে—অমুক্তং থাওমৈদু মাংওইননা থমদুনা লেপ্পু! লেপ্পু নং! চথোক-খিগনু—কুন্দদি মরাইবক থীরবানি। লেপ্পু—অদু ওইরবদি, পুথিবীদুগী লুরবা ইংলবা ইশিং—মাগী মহুংদা থরানমিচাক্কী মমি—মহাক অমুক কৈদোঙ্গুংদা নিংশিংলরোই।

ভাও অসে! মকু থোংলক্লে। নং চথোকথ্রবদি কুন্দনন্দিনী কিরগনি। উম্নবরা নোংথাং! নং চথোকখিনু—কুন্দনন্দিনী অকিবা পোক্লগনি। ম্নেংউ অসে, হম্না অমুক অমুবা নোংনা মুংশিংতা শাদোংলদুনা লাম্থেংননবা পাই-রক্লে। নোং মুংশিং হৌরক্লগনি। কুন্দবু কনানা চংজফম পিনবিনি?

ম্নেংউ, নংনা মিহুৎথোঙ হাংদোকপদা মৈরানবী চবুন চবুন নংগী তুম্ফম কাদা পাইশিল্লক্লে। কুন্দনা খনজরি, করি পুণ্য তৌরগা মৈম্নানবী ওইনা পোক্লিগবা। কুন্দ! মৈম্নানবীদি মৈরক্তা চোংশিন্দুনা চাকথেক্লগা শি। কুম্নসু মত্রমক পামজৈ। মহাক্না খল্লি, "ঐহাক চাকথেক্লে—অদুবু শিদ্রিবসি কারিগীনো?"

নগেন্দ্র মিংশেলগী থোঙ লোনশিল্লগা চৎথোকখ্রে। হুংশি-হৈত্তবা! মতুনা নঙোন্দা করি মাঙবা লৈবগে! নত্তে, নহাক অহিং তুমদবগী কাপ্পকম লৈতে—তুম্মুয়ো—নশাদু নারক-খোল্লকনি। কুন্দনন্দিনীদি শিগে শিজসহু। নহাক নকোক ফাঙবা চিক্তবা, মসিনি কুন্দনন্দিনীনা পামজবিবদি।

হৌজিক্তি মঙালনা থল্লম্বা মিহুৎথোঙ মমখ্রে। অতুবু অস্তুম্মক য়েংজ-য়তুনা, য়েংজয়তুনা, য়েংজয়তুনা, মমিত্তগী মপি তৈথোক্লতুনা, কুন্দনন্দিনী হো-পংলক্লে, মাংদা লৈরম্বা লক্ষ্মী অমদা অতুম্মক চৎলক্লে। কদাইদনো চৎ-লিবা? অহিং চাকতাবা হিংচাবা ঝাউপাম্বীশিংনা শ্রো শ্রো হায়বা খোম্বাংদা হংলকই,—"কদাইদা চৎলিবনো?" কোনা পাম্বীনা প্রেক প্রাক হায়বা খোনফমদা হায়রকই, "কদাইদনো চৎলিবা?" মকুনা চৌংলেম্বা খোঙ্কেলদা হায়রকই, "কদাইদনো চৎলিবা?" লংলবা মিহুৎথোঙ পয়েংনা হায়বা হৌরকই, "চৎনিঙগা চৎখো—ঐখোইদি নঙোন্দা নগেন্দ্রগী মশক অমুক উৎহল্লরোই।" অতুমকপু কুন্দনন্দিনী—পঙলবী কুন্দনন্দিনীদি তুং হন্না হন্না মাইকৈ অদোমদত্তা য়েংলি।

কুন্দ চৎলি, অতুম্মক চৎলি—লেপ্তুনা চৎলি। আতিয়াদা নোং হেন্না কুঙনা পাইরক্লে—নোংপুম্বা পুল্লপ পুনশিল্লক্লুনা আতিয়াস্থ গুক্রবা অহিং ওইহনখ্রে—নোংথাং কুপ্লক্লে—অমুকস্থ কুপ্লক্লে—নুংশিৎস্থ হন্না ঙংলক্লে—নোংস্থ ঙংলক্লে, নোংগা নুংশিৎকা পুন্না ঙংমিন্নরক্লে। আতিয়াগা অহিংগা তোংন-তিন্নথিতুনা ঙংথৎলক্লে। কুন্দ কদাইদনো চৎকদবা?

নোং-নুংশিং হৌরক্লে। অহানবদা মখোল, অতুদগী উফুল শাইথৎলক্লে, অতুদগীদি উনা-বানা থদত্তুনা নুংশিৎ মশামক ফাওরক্লে। অতুগী তুংদা তোপ্ তোপ্! তুপ্ তুপ্!—হু হু! নোং লাক্লে। কুন্দ! কদাইদনো চৎকদবা?

নোংথাং মঙালদা লম্বেল মপান্দা কুন্দনা চন্নবা য়ুম অমথক উয়কই। য়ুমগী অকোয়বদা লৈপল লৈ; লৈপলতুদগী শাইজিন মচেৎ থজিক্কং

হাইখয়কই ; কুন্দনন্দিনীনা চংশিল্লক্তুনা মতুদা থুগ্নবা থোঙ মনাক্তা কল্লরে ; থোঙচুদা ভাথরক্লে। থোঙচু হেক ভাথবদা মখোল অমা থোকই। যুমুতু তুম্লমদে, থোঙগী মখোলচু মহাক তায়। যুমুতুনা খল্লি, নোং মুংশিং ওইরমগনি ; অচুবু মাগী থোঙজিন্দুদা হুই অমথক হিপ্তুনা লৈ, হুইচু চৌগত্তুনা খোংগৎলক্লে। মচু তাবদা যুমুচু অকিবা অমা পোক্লে। চিংনরচুনা থোঙ হাংদোক্লগা য়েংবা থোক্লক্লে। মতুদা মানা উরে, চংজকম লৈত্রবী নুপী অমথক। মানা হংলকই, "কনানো নহাকপু ?"

কুন্দ বা ভাংদে।

"কনানো নুপী নংবো ?"

কুন্দনা হায়রকই, "নোং ঙহাক থুপ্লিবনি।"

যুমুতুনা য়াম্মা লাংতক্লনা হায়রকই, "করি ? করি ? করি ? করিনো নংনা হৌজিক হায়রবো ?"

কুন্দনা হায়রকই, "নোং ঙহাক থুপ্লিবনি।"

যুমুতুনা অমুক্তা হেন্না লাংতক্লনা হায়রকই, "থোঙেল অচ ঐনা খঙবনিনা। ইসে চুম্মেদনা ? লাও লাও ইমুং চংলকউ।"

যুমুতুনা কুন্দবু ইমুংদা পুশিনখ্রে। মৈ হৌগত্তুনা খাওমৈ খাঙ্গৎলে। মতুদা কুন্দনা উরক্লে,—হীরানি।

হীরানা হায়রকই, "খঙলে,—চৈরচুনা চেল্লকপা ওইরিনি। কিকম লৈতে। ঐ কনাদসু তাকথোক্লোই। ঐগীসিদা নোংমা নিনি অচুক লৈয়ু।"

---

## ওন্নামাপললগুকা মতাং

# হীরানা শাওবা

হীরাগী যুমদি লৈপললনা কোইশিল্লি। কিস্থনিং কিস্থনিং তৌরবা কা অনি লৈ। মতুদা য়াম্মা য়েক-থোৎলি—খবাল য়েকই - লাই য়েকই। ওমাংচু তরু তরু য়াই তৈ—নাকল অমদা মরোম খম্না খাই, মতুগী মনাক্তা শনারৈ,

মালিকা, গোলাপ হৌরি। বাবুখোইগী মালী মশামক্তা লৈ চারা-শিং পুরক্‌না থাবিরম্বনি—হীরানবু হায়রবদি, লৈকোল পুম্বা পুম্পু-পুরক্‌না মাগী শুমাংতুদা থম্বিরগদৌরিবনি। মালীনা মসিদা তোংজরিবা হায়ববু, হীরা মথুংমক্তা হিদাক হান্দুনা হান্দুনা পিথকই। হীরাগী থুজি অমুবা শিয়বা থুক্‌না হিদাকফু পায়রক্তুনা মালীদা লানশিল্লি, মালীনা ময়মদা হনগ্রগা অহিংচুপ্পা মত্তা নিংশিংতুনা লৈ।

হীরাগী য়ুমতুদা হীরাগী মমা-মরীগী মবেম্বোক অমগা হীরাগদমক লৈ। কা অমদনা মবেম্বোক, কা অমদনা হীরা তূম্মি। হীরানা কুন্দবু মাগী মনাক্তা ফমুং থাবিতুনা অহিংত্ত তুমহল্লে। কুন্দ হিপ্তি হিপই—তুমথবদি য়াদ্রে। মথংগী নুমিত্তা মাবু মফমতুদা অতম্মক থনম্মে। মানা হায়, "ঙসি নোংমা নিনি মফমসিদা অসুম লৈয়ু; শাওনিংবতু থরা ফররক্লগা ফরে, ফত্রগনা নংনা চৎনিংবা মফমদা অতম্মক চৎখো।" কুন্দ লেংদনা লৈরে। কুন্দনা হায়বা মতুংইন্না মাবু লোত্‌না থম্মে। কাতু শো লোনশিল্লি, মবেম্বোক্তা উদনবা। অতদগী বাবুখোইদা থবক নোম্বা চৎখ্রে। সুংথিল য়ুথক অনি য়োৗরকপদা মবেম্বোক্তা ইরুজবা চৎখ্রিঙৈদা, হীরা হল্লক্‌না কুন্দবু ইরু-মাইথজহল্লগা পিজ-পিথক্লে। অতুদগী অমুক শো লোনশিল্লগা চৎখ্রে। অহিংদা হল্লক্‌না শো হাংদোক্লগা মখোই অনি ফমুং থারগা তূম্মি।

"ক্রিক—ক্রিক—ক্রোক—ক্রোক—ক্রাক" মপাল থোঙগী পুণাতু য়ায়া চেকশিন্না নিক্লকই। হীরা ঙকই। মী অমথক্তংদি অহিংদা অতুক পুণা মরক মরক্তা নিক্লকই। মীতদি বাবুখোইগী থোঙঙাকপনি, অহিং কোইলাও লাওবা চৎপদা পুণা নিক্লকপস্থ য়য়াওই। অতুবু মাগী মথুক্‌না নিকপা পুণাদি অম্নুক মখোল চংশিদে, মথুক্‌না নিক্লকপদা পুণানা হায়রকপদি, "খ্রোক-খ্রাক-খ্রোক, নপেন-মকোক হৌগৎলুখা! থত্রক—থত্রক—থত্রং! পোরোল শৎলু নত্রগা ইনথাইগে গ্রুং গ্রাং!" মসি নত্তে পুণাগী মখোলসিদি। পুণানা হায়ন্নিবসিদি "কিত্রিক—কিত্রিক—ক্রিক! য়েংসি কদাই ঐগী হীরা। ক্রোক—

ক্রোক—ক্রিক! হোগৎলো ঐগী হীরাখোই। ত্রিং- ত্রিং দিনি—দিনি—ত্রিং—লাক্লোনে ঐগী হীরা মণি।" হীরা হোগত্তুনা য়েংবা লাক্লে; মপাল-থোঙ হাংদোক্লকপদা ঊরে, হুপী অমথক্লি। অহানবদদি শক হেক খঙউত্রে, মতুংগী খুদক্তদি খঙলক্লে—"হাইমা গঙ্গাজল নত্রা! লাইবক থবাল শাৎ-লেদনা!" হীরাগী গঙ্গাজল হায়রিবীসি মালতী গোয়ালিনীবুনি। মালতী গোয়ালিনীগী ময়ুম দেবীপুরদনি—দেবেন্দ্রবাবুগী ময়ুম মনাক্তনি—য়াম্না থাঙাং হুংঙাইবী হুপীনি। চহিনা কুন্থ্রা কুন্থ্রামাখোইরোম হায়রক্লে, সাড়ী শেৎপীনি, খুদাংদা খুজি মথাঙ, চিনবান্দা পাণাগী ভাঙ্ৱাবা। মালতী গোয়ালিনীদি হাইরগ ঙৌরুনৈ—হুংশানা হাইকেৎ কাহৎলি—মমাইদা ঙাংশং ঙাংশং ঙাং-বা দাগ লৈ, নাতোল নেম্মি—লাইবক্তা কোক্তুবা অমুবা নম্মি। থায়াত্তু হিদাকমনা উম্বগী চপশিল্লি। মালতী গোয়ালিনীদি দেবেন্দ্র বাবুগী মনাই নত্তে—তাংজবীসু নত্তে—অদুবু হায়বদি য়াম্না ইল্লি য়াথং অয়াম্বা মীনা ঙম্ন-দবত্ত মালতীনা হেক হেক পাঙথোকই। মালতীবু উবদা হৈ-শিংলবী হীরানা হায়রকই, "ইবেম্মা গঙ্গাজল! নোঙ্গায়মদাইদা নংবু পামজবনি, অদুবু হৌজিক্তি করিগীনো?"

গঙ্গাজলনা লোল্লগা হায়রকই, "নংবু দেবেন্দ্রবাবুনা কৌরি।" হীরানা থঙশিন্নদনা নোক্লদুনা হায়রকই, "নংগী থরদং কাম্নগদবা লৈত্রা?"

মালতীনা মথুদোনবী অনি হীরাদা চক-লাওনা থিল্লদুনা হায়রকই, "চরোদহাই মসিমা! নপুক্লিংগী বাবু নংতনা খঙজবদুমঙাই! চত্তুম চৎসি।"

হীরানা পামজবসু অদুনি। কুন্দদা হায়রকই, "ঐহাক বাবুখোইদা চৎলুবা তারি—কৌবা লাক্লে। করি থবক্তীবু ওইরমগবনো খঙদ্রে?" অসি হায়রদুনা থাওমৈদু মুথৎলে অমসুং অমম্বা মরক্তা হৈ-শিংনা মশম-মনা মফী-মরোল তনান তনান শেৎচিল-ইন্‌শিল্লদুনা মালতীগা লোইননা থোঙশাল্লক্লে। মবানিমক অমম্বদুদা ইশৈ ওংমিল্লরক্লে—

"পুক্লিং তাজবা য়ত্ন ফংলগা থমজনি চেকশিন্না।

সমুদ্র শিংলগা নাগর থুম্রি থাগ্রবস্থ থবাইনা ॥”

অসুম্না শক্ল-শক্লত্থনা চংলক্লে।

দেবেন্দ্রগী পোশাকম কাদা হীরা মথন্তমক লাক্লে। দেবেন্দ্রদি মতমত্থদা দেবীহ্ন ইরাংলম্মি; অত্থবু ঙসিদি মচিং ওইনা তৌরে। জ্ঞান হাইফেং মতাই। হীরাবু ঙসিদি অতোপ্পা মওংগী মিঙৌ শিজিন্নরক্লে। স্তবস্তুতি করিমতা য়াওদ্রে। মানা হায়রকই, “হীরা, নহাক্তদি ঐহাক য়ু য়াম্না থক-মনখিত্থনা নংগী বা অমত্তা নিংখিনা ভাব তাখিদ্রে। করিগীদমক্তা লাক্লম্বনো হায়বত্থ খঙনিংত্থনা নংবু কৌহল্লবনি।”

হীরা। ইবুঙোবু অত্থক খুরুমজনিংত্থনা লাকচরম্বনি।

দেবেন্দ্র নোক্লক্লে। হায়রকই, “নংসি ওয়োক্লা লৌশিং লৈবীনি। মরাই-বক ফবনা নগেন্দ্র বাবুনা নংগুম্বা মনাই ফংজরিবনি। খঙলে, নহাক হরি-দাসী বৈষ্ণবীগী মরী মথোঙ থিবা লাক্লম্বনি। ঐগী পুক্লিংগী বা খঙপে লাক্ল-ম্বনি। করিগীদমক্তা ঐনা বৈষ্ণবী শারিবা, করিগীদমক্তা দত্তখোইগী ময়ুমদা চংলিবা হায়বত্থ খঙননবা লাক্লম্বনি। মত্থ হাইফেং-লাকফেংস্থ মখঙগ্রে। ঐস্থ নঙোন্দা মত্থগী রাত্থ থুগ্লোই। নহাক নবুঙোগী থবক পাঙথোক্লত্থনা নবুঙোদগী মনা-মথুম শোইদনমক ফংলম্লগনি। হৌজিক্তি ঐগীস্থ থবক অমত্তং তৌ, ঐস্থ মনা পিগনি।”

মলাপাপ্তা লুপ্লবা মীশকশিংগী মরমচং, গুগাইনা শেংনা ইবা হায়বসি য়াম্না অরাবগী মশক্তি। দেবেন্দ্রনা হীরাদা শেল য়াম্না পিগনি হায়বগী অপাম্বা উত্ত্না কুন্দবু লৈননবা লাক্লরক্লে। মত্থ তাবদা শাওবনা হীরাগী থম্বাল মানবা মমিত্ত্, ঈগুম্না তৌরক্লে—মুংশাস্বর ফুইনা ফুইনা হোৎলক্লে। হীরানা ফুক কৌগং-লগা হায়রকই, “মহাশয়! ঐসি মীনাইস্থপীনি হায়ত্থনা অত্থুম্বা রাকম তাকপি-রিবনি। মসিগী পাওখুম ঐনা পিবদি ঙম্মরোই। ঐগী ইবুঙোদা হঙংকে। মানা মসিগী মতিক চাবা পাওখুম পিরক্কনি।”

অসি হায়রগা হীরা কৌংনা চংগ্রে। দেবেন্দ্রস্থ ঙহাক মথরাই মুংঙাইত্রত্থনা

অমস্তুং নিঙবা কায়রত্তনা তুমিন্না লৈরে। মতুগী তুংদা মথবাই পেন্না ব্রাণ্ডি গেলাস অনি থকচিল্লে। অত্তুদগী মথং চুন্নরুত্তনা তপ্না তপ্না শকৎলক্লে—

"লাক্লম্মি— চৈ-চাগ্লবী মশবী
অতোপ্পা মঙ্গোলদা দানা চানবা—।"

## কুনশুবা মতাং

# হীরাগী কল্লকপা

অমুক্তা হৌগৎলগা হীরা থবক চংখ্রে। দত্তথোইগী ইমুংদা মুমিৎ নিনি-চুপ্পা ওস্লোক্লা লাংলে, কুন্দবু থিবা ফংদ্রে। ইমুংগী মীপুম্বনা থঙৈ, মহাক শাওত্তনা চংথিবনি, কৈরোই লৈকাইগী মীদি থরনা থঙই, থরনা থঙদে। নগেন্দ্রসু তারে, কুন্দ মুম থাদোক্তনা চংখ্রে—করিগী চংথ্রিবনো, মত্তু কনানসু মঙোন্দা তাক্তে। নগেন্দ্রনা খল্লকই, ঐনা হায়খিবা বাত্তু কুন্দনা তারত্তনা ঐগী মুমদা লৈবা চুমদ্রে থন্দুনা চংখিবা তাই। অত্তু ওইরগনা, কমলগা চংমিন্নখিদ্রিবা করিগীনো? নগেন্দ্রগী মাইথোংত্তু ইমক মকশিন্দুনা লৈগ্রে। কনামত্তা মাগী মনাক্তা চংবা ঙম্রদ্রে। সূর্য্যমুখীগী মরাল করি লৈ হায়বদি মহাক করিমত্তা থঙদে, অত্তবু সূর্য্যমুখীগা বা-লাং ঙাংনবা তৌখিদ্রে। থুল খুদিংদা লৈকাই খুদিংদা কুন্দনন্দিনীবু থিনবা অরোনবা মুপী থারে।

সূর্য্যমুখীসু শাওত্তনা নত্রগা কল্লকপনা খুত্তুম চনখিত্তুনা হায়নিংবা কয়া হায়খ্রবমু, কুন্দনা লোম্না চেনখিবগী বা তাবদা মথবাই ম্রাম্রা মুংঙাইত্রে। অত্তুগী মথক্তা কমলমণিনা চংথোন্না হায়, দেবেন্দ্রনা হায়বা বা পুম্বত্তু থাজবা ম্রাবা বা শুকনং নত্তে। মরমদি, দেবেন্দ্রগা লোম্নবু মুংশিনরবদি কনাসু থঙদ-তাদবা কৈদোঙ্গুংদা লৈত্তে। অত্তুনা কুন্দগী শাজত্তদা অত্তুগুম্বা লৈরমগনি হায়বসিমু ওইথোক্তবনি। দেবেন্দ্রদি মু ঙাওবনি, মু থকচিন্নগা শেরান-তুরান পংঙাং ঙাংজবনি। সূর্য্যমুখীত্তু হায়রিবা বাকমসি ম্রানিংলে, অত্তুনা নিংঙমদবত্তু থরগা অমুক হেনখ্রে। মতুগী মথক্তা মপুরোইবনা থৌওইবিদবত্তুনা

অমুক হেয়া মথরাই চাকখ্রে। চামরক হয়া কুন্দবু চৈবা হৌরক্লে। লিশিং-লক হয়া মশাবু চৈজরক্লে। মহাকসু কুন্দবু থিনবা মী থারক্লে।

কমল কলিকাতাদা চৎপা রৈখোক্লে। কমলদি কনাবুসু চৈ থাংবা তৌগ্রে—সুর্য্যমুখীবুসু থুজিন মকৈ অমফাওবা ঙাংবা তৌগ্রে। কমলনা মঙক-খমদগী লিক্তু লোথোক্লগা ইমুংগী মী পুম্নমক্তা উৎলহনা হায়রকই, "কুন্দবু পুরকপা ঙম্বা মীহুদা লিকসি পিগনি।"

পাপচেনবী হীরাহ্র পুম্নমকসি তানা তানা উনা উনা করিগুম্বা অমতা হায়দোকপা তৌগ্রে। কমলগী লিক্তু উবদা অমুক অমুক অপাম্বদি পোক্লকই, অদুবু মহাক মপুক্লিং ফাথহনা থমগ্রে। তুমিৎ নিনি চনবদা থবক-ইংথাং লোই-রগা মুংথিল মুথক অনি য়োরকপদা মবেখোক্লা ইকুজবা মতমনি খঙলহনা কুন্দবু পিজ-পিথক তৌরম্বে। অদুদগী অহিংদা হল্লক্তুনা মবানিমক ফমুং থাহনা তুম্নে। কুন্দসু হীরাসু কনামতা তুমথবদি য়াদ্রে—কুন্দদি মথরাই তুংঙাইতবনা তুম্বা য়াদবনি। হীরানা মশাগী অবা-মুংঙাইগী বাখল্দা তুমদবনি। মহাকসু কুন্দগুম কমুংদা হিপ্না হিপ্না বাখল তৌরি। মহাক্না থল্লিবা বাখল্দুদি, চিন-সিদা পনবা য়াদবা বানি—য়ায়া থুপ্লবা বাকমনি।

হে হীরে! ওম্বোকইদা! হীরে! নশক হায়র পংথি থিবা নত্তে—চহিসু নৌরি, অদুবু খম্মোইমুংদা অমুক লোনম-লোথুপ চেনবদি করিগীনো? করিগীনো? নোংদম্বনা মঙোন্দা লোনম্বিবদি করিগীনো? নোংদম্বনা মাবু লোনম্মে, মাসু অতৈবু লোনম্বা পাম্মি। হীরাবু সুর্য্যমুখীগী ফম্ফমসিদা ফম-হল্লবদি হীরাগী লোনম-লোথুপসি লৈগদ্রা? হীরানা হায়, "লৈরোই।" হীরাবু হীরাগী ফম্ফমদা কমহনবদগী হীরানা হীরা অদুম্মক ওইবনি। মীনা হায়, "ঙম্মক ফত্তবগী দোষনি।" ফত্তবনা হায়, "ঐ অফবা মী ওইজরম-গদবনি—অদুবু মী অতৈগী দোষতগী ফত্তবা ওইরবনি।" মীনা হায় "মঙানা তরেৎ ওইদ্রিবসি করিগীনো?" মঙানা হায়, "ঐ তরেৎ ওইজরমগদবনি—অদুবু অনিগা মঙাগনা তরেৎনি—নোংদম্বনা অমদি নোংদম্বনা শেম্বা

মীওইবনা ঐঙোন্দা অনিদং তেন্না পিবিরম্লবদি, ঐহাক তরেৎ অদুম্মক ওইজরমগদবনি।" হীরাসু বাখল অসোমদা চৎথরি।

হীরানা থল্লি,—"হৌজিক করি তৌনি? ঈশ্বরনা খুদোংচাবা পিবিরবনিনা ঐ ইশাগী দোষনা মাঙহনবদি চুমদ্রে। অসোমদা কুন্দবু দত্তগী ইমুংদা হন্না পুদুনা চৎলবদি, কমলনা লিক পিগনি, সুর্যমুখীনসু থরা পিগনি—বাবুসু করিগী পিদনা তোক্কনি? অদুগা অসোমদা অমুক কুন্দবু দেবেন্দ্রবাবুগী মথুত্তা শিন্নরবদি, মন্নেক ওইনা লুপা য়াম্না ফংগনি। অদুবু মদুদি থবাইনা লৈরিমথৈদি ঙম্মোই। ঙাইথো, দেবেন্দ্রনা কুন্দবু য়াম্নামক হেক্তা ফজনা উথ্রবরা? ঐথোইদি হকচাং তেকপমথৈ নোমদুনা হিংনবা হোৎনৈ; ঐথোইসু করিগুম্বা অফবতা চারবা, অফবতা শেৎলবা, অম্নেকপা বিবিগুম ইমুংদতা য়ান্দুনা থম্লবা, অদু ওইরবদি ঐথোইসু মথোইগুম্বী মওইগদবনি। অদুবু কুচু কুমেন ফোৎলাওনবী, য়াঙ্গংবী, মিৎলংবী মাগুম্বনবু দেবেন্দ্রবাবুগী মপুক্কিংগী বা করম্না থঙজবা ঙমগনি? লৈথোম নত্রবদি থম্বাল লৈরাং শাত্তে, অদুগা কুন্দ নত্রবদি দেবেন্দ্রবাবুগী মপুক্কিং শুমহৎপা ঙমদে। মাগী মাগী মরাইবক্তা তমথ্রবনি, ঐনা করিদা শাওকম লৈ? কৈদোদনা শাওরিবনো? ওম্থোকপনি লাইবক! থম্মোইদা থুদোনবী থিন্দুনা তাক্রুদনবু করি কান্নথিদগে? মুংশিমুংওনগী বা তাহগা লাক্রম্মিবনি। হায়রম্বনি, মপাম্থোংদা অদুক পংঙাং ঙাংজবনি, মীনা পংহায় হায়জৎনি। হৌজিক্তি অমুক নোকপা য়াদ্রে। পুক্কিংদা থল্লম্মি, মুংশিজবা মীদুনা মুংশিজসন্ন. ঐতদি কনাগুম্ববুসু কৈদোম্নুংদা মুংশিরোই। ঠাকুরনদি হায়রিনি, ঙাইথো, নং কুম্মি তৌগে। মমৈথংদদি যণবুনা যণ হুরানবদা তারে। অতোপ্পগী হুরানবা ফাগে হোৎনরুবদা ঐগীদুম থরাই হুরানখ্রে। কয়াদা ফজখ্রবা শকফমনো! কয়াদা নিংথিখ্রবা শাবামো! কয়াদা মুংশিখ্রবা খোজেলনো! অদুগুম্ববু কনাগুম্বগী লৈরম-লাক্রমগদ্রা? অদুগা পুকফও অদুনা ঐঙোন্দা হায়বা শারি, কুন্দবু পুরকউ। অতৈদা হায়কম লৈত্রবদোনা! পুকফত্তবু মনাতোন্দা কিন্নদুম ওনিংই। মনাতোন্দুদা

কিন্না হেক শুরগত্তা পেনগনি। কান্নদবা য়ানি, য়ারেম থোরেম্নি। হায়রিবা য়াসি ধর্ম কায়বা থবকি। হন্দক মপোক্নী অবা-নুংঙাই পুম্বদি ঈশ্বরনা শিন্নথোকখ্রে। অদু হায়তুনসু কুন্দবু দেবেন্দ্রগী মথুত্তা শিন্নবদি ঙম্মোই। বা অসি খল্লবদফাও থোইদো শাওগৎলি; অহোইনচুম কুন্দবু কৈদোম্নুংদা মাগী মথুবাক্তা তাদনবা লাক্লগে। করম তৌরবদি হায়রিবসি থোকনি? কুন্দনা হাম্না লৈরম্বা মফমতুদা অচুম্বক লৈরবদি মাগী মতিক লৈতে। মহাক বৈষ্ণবী শাগে শাসন্নু, বাসুদেব শাগে শাসন্নু, য়ুমত্রদদি শম্না মফৈ অমফাও লিৎশিনকম লৈরোই। অত্রদি মফমতুদা কুন্দবু অমুক হম্না পন্নবদা তাই। অদুবু কুন্দদি চৎসি য়ারোই—মহাক অমুক য়ুমতুদা হঞ্জিন্নিংবগী বাখল লৈতে। অদুবু ময়াম চংতুনা "ইবেম্মা কঞ্জবী—" ককা চায়জিন্দুনা কম্না থেম্লবদি চৎপস্নু ময়াই। অদুবু ঐগী পুক্রিংগী বাখোল অমদি লৈ, মদু ঈশ্বরনা করম শীনবিগনি? সুর্যামুখীগী হাইগংপা মঙক্তুবু খরদংদি মনোম্নগদ্রা? ঈশ্বরনা ওইকনবিবা ময়াই। অদুগা, সুর্যামুখীবু ঐনা অসুক থীনা শাওরিবসিগী মরম্না করিনো? মগাক্তি কৈদোম্নুংদা ঐগী ফত্তনবা শীন্দে, অহোইনদুম লুনা-চান্না তৌই, ফনবতা শাম্লি। অদুদি করিগী শাওরগরি? মদুবু হীরানা ইখঙ মখঙদ্রবরা? হীরানবু খঙদবা লৈব্রনে? করিগীনো হায়রা? সুর্যামুখীদি নুংঙাইয়াইকৈ, ঐদি লাইরেম-নংই, অদুনা ঐনা শাওনিংবনি। মহাক্না অচৌবনি, ঐনা মচানি—মহাক্না মপুনি, ঐনা মনাইনি। মরম অদুনা মাবু ঐনা শাথীনা শাওবনি। অদুবু বাখল অমরোমদা, ঈশ্বরনা মাবু নুংঙাইয়ু তখিরক্রবনি হায়রবদি, মাগী দোষ করি লৈ? ঐনা মাবু করিগী কলঙ্কফম থোকই? মত্রদা ঐনা অমুক হায়রবদি, ঈশ্বরনা ঐবু কলঙ্কচাওবী ওইনা শেম্বিরক্রে; অদুগবু ঐগী করি দোষ লৈফম থোকই? অদুম ওইনমক ঐ কান্নদবদা মাগী ফত্তনবা শীনবদি পামদে. অদুগা মাগী ফত্তনবা শীন্নগা ঐগী ফগদবা লৈরবদি, করিদমক্তা তৌরোইদগে? ইশাগী য়াইফনবা শীনদবসিবু কনা য়াওবগে? অদুবু খন্দুনা অদুক য়েংখিগে করম্বনা ফদ্রিবা। তৌজিক ঐহাক লুপা খরদং

পাম্মি; অমুক মীনাইগী থবক তৌবসি ওৎয়ক্তে। লুপাদি কদাইদগী লাকনি? দতওগী ইমুং নতনা লুপা কদাইদা লৈরুনি? অতুনদি দওগী ইমুং-দগী লুপা লোনবা লৌশিংদি,—মন্ত্রাত্মক খঙনরে, কুন্দবু নগেন্দ্রবাবুনা মিস্ত্রারে —বাবুদি হৌজিক কুন্দ-মন্ত্রদা লাইনিং ওইরে। অচৌবা মীদি নিংঙকপা ঙম্মা হেক্তমক পাঙথোকপা ঙম্মি। ভর্মাত্রবসি সূর্য্যমুখী লৈবতননি। করি-গুম্বা মবানিসি শাওনহনবা অমা পোকহল্লবদি সূর্য্যমুখীগী মৌওয়া থোইনা অমুক পঙতা তাররোই। অতুদি হৌজিক মবানিসি শাওনহন্নবা ঐহাক শীনবা তাই।

“অতু ওইরবদি বাবুনা পোৎচ অমতা চিথদনা কুন্দবু পুজা তৌবা হৌরগনি। হৌজিক কুন্দদি তবঙ তবঙবা খুপীমচা ওইরি, ঐনা লৌশিং তারবী মুপীনি, ঐহাক কুন্দবু থীন্দনমক মপুক্কিং ফাবা ঙমগনি। মরকসিদা মসিগী অয়াঙম থুং চন্দুনা লৈরে। নিংথ নিংলবদি, ঐনা অপাম্বা মওংদা কুন্দবু চৎহনবা ঙমগনি। অতুগা বাবুনা কুন্দগী পুজাবু তৌবা হৌথ্রবদি, মহাক কুন্দগী য়াথং ইনবা হায়বতুমা ওইরগদবনি। অতুনা পুজাগী মপোৎ মচৈ থরদি ঐসু শোইদনা ফংলগনি। মীনাইগী থবক তৌররোই হায়রবদি, হায়রিবসি থোক্লগতা ওইগদবনি। য়েংসি, ইনা দুর্গানা করি করম শীনবিবা। নগেন্দ্র-দা কুন্দনন্দিনী পিরগে। অতুবু হোজিক তৌজিকমক্তি নত্তে। হায়রা অতুক মুমিৎ থরনিদং লোত্তুনা থম্লগা য়েংথিগে। মুংশিবনা চংখোম্মা মুল্লকপদি কায়নবদনি। কায়নবসিনা বাবুগী মুংশিবসি মুল্লগনি। তাঙ্গাতুদা কুন্দবু পুখোক্লগা পিগে। মতু ফাওবদা সূর্য্যমুখীগী মরাই চাইত্রবা, মরাইবক ফত্রবী হায়বতুনি। মতম অতু য়ৌত্রিফাওবা ঐহাক কুন্দবু হৌগৎ-কমথহন্ তৌতুনা হকচাং শাজেল তৌহল্লগে। অহানবদা ইবেম্বোকপু কামারঘাটাদা থাথিবা তাই; নত্রবদি কুন্দবু লোত্তুনা থম্বা অমুক য়াররোইদৌরি।”

অমুম্না ভাবনা শারতুনা পাপচেনবী হীরাত হায়রিবসি থোকবা থৌরাং তৌরক্লে। লোনম তৌতুনা মবেম্বোকপু কামারঘাটা থুগদা মরী মতা অমগীদা

থাগ্রে অমসুং কুন্দবু য়াম্না লোম্না মাগী মথুমদা থম্লক্রে। কুন্দহ্র, মানা য়াম্না চেকশিম্না লুনা তোঝা অমসুং মপুকচেল তিংবত্র উবদা মপুক্লিংদা খল্লকই, "হীরাগুম্বী মুপীসি তেংবান্দা অতৈ অমা লৈতে। কমলনাফাও ঐবু অস্তুক মুংশিবিদে।'

## কুন্দমাথোইগুম্বা মতাং

# হীরাগা খৎনবা—হু পাম্বীগী ময়োল

অসিবুদি অসি ওইরে। কুন্দদি ফাবা য়াগনি। অদুবু সূর্য্যমুখীবু নগেন্দ্রগী মিৎ-নাহল্লবা মীশক অমা ওইহল্লবদি করিমত্তা মুক্কান কাম্লরোই। অহানবমক্তদা তোগদবা থবক্তি মদুনি। হীরা হৌজিক্তি মথোইগী তংনদ্রবা থম্মোইদ্রু থাইদোক্রবা কয়া লাক্রয়ক্রে।

নোংমা নোংঙাল্লকপদা পাপী হীরানা মবুঙোগী যুমদা লাক্কুনা ইমুংগী থবক ইংথাং শুরি। কৌশল্যা কৌবী মীনাইল্লপী অমসু দত্তগী ইমুংদা থবক তৌই, অদুবু মহাক্না হীরাবু মথোইগী লুচিংবীনি অমসুং মবুঙোগী মুপীগী অরেম্বা থুনবীনি হায়দুনা মপুক্লিংদা কল্লকই। হীরানা মঙোন্দা হায়রকই, "ইবেম্মা কুশি! ঙসি ঐগী ইশাসি কয়া মুংঙাইতে, নং ঐগী থবকশিংসি থৱা তৌথোকউনা?"

কৌশল্যানা হীরাবু কি, ময়ম অদুনা য়াদবা ঙমদনা হায়রকই, "তৌগে কৈদৌগে। মীওইবা হায়বসিমক্তবু অনা-অয়েক হায়বসি ইয়াও-ময়াওনরকপা ঙাক্তনি—মপু অমত্তগী মনাইনি—করিগী তৌরোই?" হীরানা খল্লিবদি কৌশিল্যানা থুম্নিংবা অমা থুমজরকসনু, মদুদগী লৌশিং তৌদুনা হেক্তা খৎনবা হৌগে অসিনি। ময়ম অদুনা থুদক্কুদা মঙক হাইরদুনা ঙংল ঙংলদুনা হায়রকই, "করি হায়বা কুশি, নতিক নঙনা নঙন য়াম্না হাপ্লেনা?

করিগীনো ঐবু চৈরিবা !" কৌশল্যাত্ত ঙক্লতুনা হায়রকই, "হাইমাইপেম্মা ! ঐনা কদাইদা চৈথ্রবা ?"

হীরা। এঃ ঙক্লেদা ! কদাইদা চৈথ্রবা হায়বসু শারি ? নং হৌজিক্তা অনা-অয়েক হায়বত্নদি করিনো ? ঐসিবু শিদৌরব্রনে ? ঐগী ইশাগী অনা-অয়েক য়েংবিরিবোইরে, অতুগা মীঙোন্না উৎপিদৌরিবা, নংনা থৌজানবিরিবনি হায়রতুনা। নংতুম নশাত্ত তিনজং কাইজংবা ওইজৌ।

কৌ। হোই মত্ত ওইজরগে। অতুবু কৈদৌদনা অতুক শাওরিবগে ? নোংমদি শিগদবা মরৈরবনি—যমনা নংবুসু চিথরম্মোই, ঐবুসু চিথরম্মোই।

হীরা। নংবুদি অযুক য়াহৌরকপদা হেক হেক কাওদবা ওইসনু। নংনা ঐসিবু ওস্থোক্না কল্লকপ্রবোইরে ! কল্লক্ুনা অতুম্মক শিজখ্রো ! খিৎথুনা শিবিখ্রো ! মাঙবিখ্রো ! তুম্বিখ্রো ! য়েংজনিংদ্রে, মিংসি ওস্থোক্না নায়ে।

কৌশল্যা তাতুনা অসুম্মক নৈবা ঙমশিল্লক্কয়ে। মাসু মিতুন কাঙলক্লে। হায়রকই, "নংতুম মিং নায়ে। নংতুম হান্না শিবিখ্রো ! যম্না নংবুতা কৌয়ক্ল-সনু। চিক্সিবী ! চন্নদবী ! শকথিবী !" শৎনবগী মরমদদি হীরাদগী কৌশল্যা-না হৈ-শিংবা য়াম্না হেল্লি ; অতুনা হীরাত্ত মাইয়োক্নবা ঙমদ্রে।

হীরা মবেম্মগী মফমদা থাকৎপা চংখ্রে ; চংলমদাইতুদা কনাগুম্বনা হীরাগী মাইথোংত্ত য়েংশিল্লুবা য়াওরবদি, মহাক তন্না উবা ফংগনি, হীরাদা শাওনিংবগী মমি অমতা তাদে, অহোইনতুম চিনবান নাকচিদা মোমোন মীনোক্ুম লৈতেংই। হীরানা সূর্য্যমুখীগী মনাক হেক য়োরকপা মতমদদি শাথীনা শাওবগী মতৌ ওনখ্রে অমসুং অহানবমক্তদা মুখীগী ওইনা ঈশ্বরনা পিনবিরবা থুংলাই থাতুনা হায়বদি কপ্তুনা মাইকৈ শলাই খঙহনদ্রে।

সূর্য্যমুখীনা থাকৎলরিবা থাকমত্ত কুপ্পা থিজিন্দুনা হৌনবা বিচার তৌরে। মহাক্না খঙলে, হীরাগী মরাম্নি, অতুমক ু হীরানা হায়জবদগী কৌশল্যাবু

থম্মদং থারক থাজেম তৌরে। হীরানা মতুদা পেন্সচনা হায়রকই, "সুপীসি তাম্নোকপিখ্রো. নত্রবদি ঐ নৈজররোই।"

থাসিদা সূর্য্যমুখীচু হীরাবু শাওবা হৌরক্লে। হায়রকই, "হীরা, নং মথোই য়াম্না কাথৎলক্লে। নংনি অহানবদা চৈক্লায়বদি—লাল্লিবদি নহাক্লি—অতুগবু নংগী নৌওয়া লৌতুনা মাবু তাম্নোক্কদবা ? ঐ অতুম্বা অরানবা থবক্তু তৌবা ঙম্মোই—নং চৎনিংলগা অতম্মক চৎখিবা য়ানি, নংবু থামদে।"

মতমক্তি হীরানা পাম্লিবা ; থুদক্তুদা "করে চৎলে" হায়রম্মগা মপিনা মথবাক পুমচোং চোংহন্দুনা মপালগীকাদা থাবুগী মনাক্তা য়োরক্লে।

থাবুদি পোথাকম কাদা মথম্তা ফল্লি। হন্দক মরকসি মথন্তমক নৈ। হীরানা কপ্পত্ত ঊবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই. "হীরা, কপ্লিবা করিগীনো ?"

হী। ঐগী থাগী কংজগদবা থরদংত হিসাব তৌতুনা পিখোকপিনবা য়াথং তৌবিরো।

ন। (ঙক্লা) করিগী ? কৈদোররগে ?

হী। ঐবু তাম্নোকপিরে। ইবেম্মানা ঐবু চৎলো হায়রে।

ন। নংনা করি তৌক্রতুনা ?

হী। কুশীনা ঐবু চৈ—ঐনা থাকৎচৈ। অতুবু ইবেম্মনা মাগী মথাক্তুডা লৌবিতুনা ঐবু তাম্নোকপিরে।

নগেন্দ্রনা মঙক হাইরু-হাইরতুনা নোক্ক নোক্লা হায়রকই. "মতুদি লৌবা য়াথা বা নত্তে হীরা. থাঙ্গেশেংবত্ত তম্মু।"

হীরানা মতমতুদা তিংনা হায়রকই, "থাঙ্গেশেংবা হায়রবু ঐ নৈজররোই।"

ন। করিগী ?

হী। ইবেম্মাগী থাঙাংসি য়াম্না কাইদা চাদবা অমা ইত্তৌ তৌগ্রে—কনাদা করি ভাংদোবা, অরেপ্পা অমত্তা নৈজ্রে।

নগেন্দ্রনা পিশুম শুক্রতুনা খোল য়াম্না হায়রকই, "করিগীনো অতুদে ?"

হীরানা হায়রগে, লাকপা বাড়, হন্দক্তি হায়রে। "নহাক্ন কুন্দদা করি করিনো পংকায়রতা হায়খ্রে। মহু তাবদা কুন্দ য়ুম থাদোকখিব্রনি। ঐখোয়স্থ কিরে, নোংমা ঐখোয়দস্থ করিগুম্বা অড়ুয়া ভাংবিরকত্রা হায়না—অড়ুম তৌরবদি ঐখোইদি হিংলরোই। অড়না হান্না মাংজোননা চংথোকচহৌরবনি।"

ন। করি করি হায়খ্রবা?

হীরা। মড়ুগী বাড় ইবুঙোদা তম্বা হকাইজে কায়জরোই।

মসি তাবদা নগেন্দ্রগী মাইথোংড়ু থংমক মকশিনখ্রে। মহাক্না হীরাদা হায়রকই, "ঙসিদি য়ুমদা চংলো, ক্নয়েং কৌহল্লগে।"

হীরানা নিংবা থুংলে। মহাক মসিগীদমক্তা কৌশল্যাগা চিন্দা পাওদানলা থংনলবা লারখিব্রনি।

নগেন্দ্র হৌগৎলা সুর্যমুখীগী মনাক্তা চংখ্রে। হীরাস্থ মখোঙ্ক লোন্না লোন্না থাংড়না মড়ুং ইন্নখ্রে।

সুর্য্যমুখীনু অচিকপা মকমদা পুরগা নগেন্দ্রনা হংলকই, "নহাক হীরাবু তাখোকখ্রবরা।" সুর্যমুখীনা হায়রকই, "হোয়।"

অড়দগী হীরা অমড়ুং কৌশল্যাগী থাকমড় মকোক্তগী চিথদনা তম্রে। মড় তাবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "করে, মহাক মাঙজখ্রসমু। অড়ুবু নহাক কুন্দনন্দিনীদা করি করি হায়খি।"

নগেন্দ্রনা ঊরে, সুর্যমুখীগী মাইথোং মাংশিনখ্রে। সুর্য্যমুখীনা শেংঙমশেংকাঙনা হায়রকই, "ঐব করি হায়খ্রবগে?"

ন। করিগুম্বা থোন অকনবা হায়খ্রবরা?

সুর্যমুখী ঙহাক তুমিন্না লৈখ্রে। মমৈথংদা কায়বা থৌনবা বাড় অড়ুম্বক হায়রে। হায়রকই, "ঐগী পুমড়ুপ শুম্লনি নংদি। ঐগী হন্দক্কী মপোকস্থ নংনি, হয়েংমুক্কী মপোকস্থ নংনি। করিগীদমক্তা নংগী নকমদা লোংকদগে? কৈদৌনুংদস্থ করিগুম্বা বা অমতা নঙোন্দা ঐ খুপজক্তি, ঙসি করিগীদমক্তা অতোপ্পা মীশক অমগী বাকতু নঙোন্দা খুপকদগে? ঐহাক কুন্দদা

অথিবা বা ঙাংখি। নহাক শাওনিংঙকপা পোকপস্থ খঙদে হায়দুনা নঙোন্দা তম্মিংদদুনা তমদবনি। ঐগী ইরাল ঙাকপিয়। ঐহাক হৌজিক্তি পুম্নমক তম্লগে।"

অদুদগী সূর্য্যমুখীনা হরিদাসী বৈষ্ণবীগী মশক তাকপদগী হৌদুনা কুন্দন-ন্দিনীবু চৈবা কাওবা অমতা চিখদনা লোইনমক তম্লে। অদুদগী মমৈথংদা হায়রকই, "ঐহাক কুন্দনন্দিনীবু তাম্নোকখিবদগী ইশাবু ইশানা পোথাকম খঙহন্দবা হায়বদু ওইরে। লৈবাক খুদিংদা মাবু থিবা মী থারে। থিববু ফংলবদি, হয়া অমুক পুরক্কদবনি। ঐগী ইরাললসি হকচিন্না লোবিন্নু।"

মতমঙদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, 'নংগী থোইনা নরাল লৈতে, নহাক্না তারিবা কুন্দগী হৌনদবা মরমচত্তু তারবদা, কনাগুম্বা অচৌ-অশাং ইমুংগী মুপীনা মহাকপু নিংথি-মুংঙাইনা ঙাংখিগদ্রা নত্রগনা মখুমদা অদুম্মক লৈহনখি-গদ্রা? অদুবু বাক্কমদু অচুম্বা চুমদবরা হায়না অমুক্তং খংহন্নবদি অচুম্বা হায়বদু ওইরমগদবনি।"

সূর্য্য। মতমঙদদি মদুগী বাদু খলহৌদ্রে। হৌজিক্তি খল্লক্রে।

ন। খলহৌদ্রিবদি করিগীনো?

সূর্য্য। "ঐগী বাখল শেরান্নবা মতম অমা লোকখ্রে।" অসি হায়নী হায়না মপুরোইবতবু-নিংজরবী—মপুরোইবনা খরাই ওইজরবী সূর্য্যমুখীদু নগেন্দ্রগী খুয়াদা ক্নমখক্রে অমসুং নগেন্দ্রগী মখোঙ অনিমক মখুৎ অনিনা কোল্লদুনা মিত্তগী তারকপা পিনা চামথোরক্রে। অদুদগী মমাই হাইগৎলদুনা হায়রকই, "খরাইদগী হেল্লবা নংনি! ঐগী পাপ চেল্লবা পুক্কিংসিদা হেক লৈবা বাকম পুম্বা নঙোন্দা খক থুম্না তৌরোই। ঐগী ইরাল ঙাকপিয়।"

নগেন্দ্রদা হায়রকই, 'নংনা অমুক হায়বগী কারকম লৈতে। ঐ খঙই, নহাক নপুক্কিংদা চিংনবা লোকই, ঐহাক কুন্দনন্দিনীদা খরাই লুপ্নে হায়না।"

সূর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রগী খোঙখক্তা মমাই লুকখরদুনা কপ্পা হৌরক্রে; অদু-দগী অমুকহন্না লিত্রা ফুরবা থম্বালগা মান্নরবা তুকখরবা মাইথোংদু

হাইগৎলদুনা অৱাবা পুম্বা কোকহল্লিবা মপুৰোইবগী মাইথোংতন্না য়েংলগা হায়ৰকই, "কৰি হায়সিগে নঙোন্দা ? ঐনা বাৰিবসিবু নঙোন্দা কৰম্না তম্মসিগে ? শিৰগা নঙোন্দা অৱাবা হেনগৎলহ্রা হায়না থনবদগী, শিবা ঙমদহুনা লৈৰবনি। নত্রবদি অতোপ্পা অমনা নংগী থম্মোইগী শৰুক য়াগ্রে থঙবা মুমিত্তু মক্তদা, থবাইসি থাৰগে খল্লবনি। চুম্না চিন্তগী বা নত্তে— ময়াম্না শিবা পাম্নৰিবা অদুগুম্বা মঙংগী মশিত নত্তে। ঐহাক থাঙ্গৎশেংনা থম্মোইমক-শোক্না শিবা পাম্বনি। ঐগী ইয়াল লৌবিয়ু।"

নগেন্দ্রগা মতম ফনা কুইনা তুমিন্না লৈক্লৰগা অৱোইবদা শাংলবা সুংশা-স্বৰ মপি অমা হোল্লহুনা হায়ৰকই, "সুর্যামুখী ! ময়াল পুম্নমক ঐগীনি। নংগী নৱাঙ্গ কৰিমতা লৈতে; থাজৈশেংনমক ঐ নংগী নফমদা থাজবা মাঙহল্লবনি। অঙইবমক ঐ নংবু হুন্দোক্তুনা কুন্দনন্দিনীবু—কৰি অমুক হায়নি ? ঐনা ফংলিবা মৈচাক, ঐনা থাঙলিবা মৈচাকসি, ঐনা নঙোন্দা কৰম্না তমগনি ; নহাক্না থল্লি, ঐ অসি পুক্লিং ফাজিম্নবা কৰিমতা হোৎনদে হায়না; মহুদি থনগনু, লাল্লি। ঐহাক ইশানা ইশাবু অস্তুক শাথীনা চৈজবগুম, নহাক্না কৈদোম্নুংদসু ঠৎৱোই। ঐগী থম্মোইসি পাপ চেল্লবনি—ঐহাক পুক্লিং লাকশিনবা ঙমদ্রে।"

সুর্যামুখী অমুক থাঙবা ঙমশিল্লক্তৰে। মথুং লোম্নৰহুনা মথৱাই শোক্না হায়ৰকই, "মহু নংগী নপুক্লিংদা লৈগে হায়ৰবম্ম লৈসনু—ঐঙোন্দা থক হায়দোকপিৰকনু। নংগী বাঙাং খুদিংনা ঐঙোন্দা তাশোম্না থিনবগুম থোক্লে—ঐগী ইৱাইবক্তা তম্নকপদু থোক্লৰবনি—ঐ অমুক কৰিমতা তাজনিং-দ্রে। পুম্নমকসি ঐনা তাবা য়াদবা ঙাক্তনি।"

"নত্তে, মহু নত্তে সুর্যামুখী ! মথাস্নু তাথো। পুম্নমকসি কাংথোকপা হো-ৰবনিনা, পুক্লিংগী বা পুম্বা তশেংনা হায়দোক্লগে—মৰমদি, মতম য়াম্না শাংনা হায়গে হায়গে নিংলক্লবনি। ঐহাক সংসাৰ অসি থাদোক্লগে। শিৰোই, লৈবাকসি থাদোক্তুনা চৎথ্রগে হায়বগী বানি। য়ুম-ইংথোল-সংসাৰ পুম্নমক

অসিদা ঐগী মুংঙাইবা অমুক লৈত্রে। নংগা লোইনবদা ঐগী মুংঙাইবা অমুক লৈত্রে ঐসি নংগী মতিক চাত্রবা নপুরোইবনি। ঐ অমুক ননাক্তা লৈড়না নঙোন্দা অবাবা পিররোই। কুন্দনন্দিনীবু পিরগা ঐহাক লৈবাক খুদিং কোয়না চৎখ্রগে। নং য়ুমসিগী মবেন্মা ওইড়না অড়ুম্বক লৈহৌ। নপুক্রিংদা অড়ম খল্লু, নং লুখ্রাবা ওইরবনি—মপুরোইবনা অমুক ওক্তুবদবু, লুখ্রাবী ওইদনা করি ওইকম থোকই? অড়বু ঐহাক শুঙববু ওইরবস্থ অমবু ওইরবস্থ নংবু মিনম্বদি কৈদৌনুংদা তৌরোই। ঐ মীরান্দা পুকচেল সুপ্লবা মীশক ওইরবনি। বাসি নঙোন্দা তশেংনা হায়রগে: হৌজিক ঐ য়ুম থাদোক্তুনা চৎলগনি। কুন্দনন্দিনীবু কাওখিবা ভখা থোক্লবা ঐ অমুক হল্লক্কনি, নত্রবদি নংগা ঐগা হৌজিক উনরিবাসনা অরোইবা ওইরবনি।"

তুল্লবা তানা লেংবগুল্লবা বাসি তাবদা সূর্যামুখী করিদি হায়রকই? মিরুপ থরা শংগী মুর্ত্তিগুম মালেমকম্মা য়েংড়না লৈখ্রে। অড়দগী লৈমাইখক্তুদা মমাই লুকথনা হিপখ্রে। লৈমাইদা মমাই লোৎলগা সূর্যমুখীড়বু কপ্লিবরা? জীব-হাৎপা কৈনা হাংলবা জীবগী মৈচাক য়েংবগুম. নগেন্দ্রনা তুমিন্না লেপ্তুনা য়েংড়না লৈয়ে। মপুক্রিংদা মখস্তা হায়জরকই, "শিগদবদি ইরৈ মরৈন্থে—অড়দা ঙসি হয়েং হায়রবগী করি অমুক লৌরি? তেংবান মপুগী থৌশিল্লি, ঐনা করি তৌরুনি? ঐনা পাম্মি হায়ড়না করি শীনবা ভমকম লৈ? ঐহাক শিবা ভাম্মি, মড়না সূর্যামুখীদি হিংগদ্রা?"

নঙে, নগেন্দ্র! নহাক শিরগা সূর্যামুখী হিংলোই, অড়বু নহাক শিবনদি চুল্লবনি।

মতম থরা হৌখ্রগা সূর্যামুখী হৌগৎলকে। অড়দগী অমুক মপুরোইবগী মখোঙ পায়রড়না হায়রকই—"ভিক্ষা অমতং নিজগে।"

নগেন্দ্র। করিনো?

সূর্যা। থা অমতংদি যুমদা লৈবিখো। মরক অসিদা কুন্দনন্দিনীবু

থিবা ফংগ্রবদি, নহাক য়ুম থাদোক্ত্না অতুম্বক চৎপিখো। ঐহাক অমুক থিংবা তৌরোই।

নগেন্দ্র বা-লাং অমতা ঙাংদনা মপাল পোকখ্রে। মপুক্লিংদা থা অমা চোংনা লৈবা হায়বত্ন য়ারে। সূর্য্যমুখীগ্নি মত ভাব তারে। মহাক চৎলিবা-নগেন্দ্রগী শক্তমত্ন চিংনা য়েংলহুনা লৈরক্লে। সূর্য্যমুখীনা মপুক্লিংদা থল্লকই, "ঐগী লন-পুম্বগী লন! নংগী নখোংগী তিংথংদং শভোক্লবা ঐগী থবাইফাও থাবা ঙমগনি। নহাক্না পাপ চেন্নবী সূর্য্যমুখীগীদমক য়ুম থাদোক্ত্‌-না চৎকদৌরিবা? নংনা চাওরিবরা ঐনা চাওরিবরা?"

কুম্নিথোই শুবা মতাং

# ডাকুগী মখুত্তগী ডাকাটিনা মুংবা

হীরা মীনাইগী থবক ভোরে, অতুবু নত্তগী ইমুংগা লৈনবা মরীদি তংখ্রে। য়ুম অত্নগী মবা-মপাও তানিংবনা হীরা মতমচৃপ্পদা লাংতক্লহনতা লৈ। মফমত্নগী মী থেংনরবদি ফাত্নলা বাবি-বাতাই শাই। বাবি অস্থম শাশিন্নরগা সূর্য্যমুখীগী মফমদা নংনহনা করম করম্বা শাজং চৎলি হায়বত্ন থজদোক্লবা হোংনৈ। কনাগুম্বা অমতা থেংনদবা কুমিত্তনা, লৌশিং তৌত্ননা বাবুখোইগী মযুমদা চত্ত্না হেক ফম্লই। মীনাই ময়াম লৈফমদা বা মঙা তম্না পুথোক্ত্না ঙাংনরগা, মাগী নিংবত্ন থুংলবা মতমদা হেক চৎখি।

অস্মুম্না কুমিৎ কয়ানিমুক হৌখ্রে। অতুবু নোংমদি দাথোক অমা থোক্লিং থোক্লিং তৌরক্লে,—দেবেন্দ্রগা হীরাগা শক-খঙনখিবা কুমিত্তুদগী হীরাগী য়ুমদা মালতী গোয়ালিনীত্ন থরা তোইরপ তোইরপ লাকপা হৌরক্লে। মালতীনা উই, তৌরিবা মতৌত্ন হীরা মথবাই কয়া জংঙাইতে। অত্নগা মসিমস্নু উনা কা অমদি অয়াম্বা মতমদা থোঙ লোন্দুনতা লৈ। কা অত্ন

হীরানা লৈশিং লৈবী ওইবনা মপাল্লোমদা পুনা পান্দুনা বাইথু অমা শো লোন্দুনা হেক হেক থম্মি. অদুবু নোংমদি থংহৌদনা মালতী লাকপদা উরে, বাইথু পান্দুনা শো লোন্দে। মালতীনা খুদক্কুদা পুনাদু লৌথোক্লগা থোঙত ইন্দুনা রেংই। মতুদা উরে, মঙ্গুংলোমদা থিংলি ; অদুদগী মহাক মঙ্গুংতুদা কনাগুম্বা অমা লৈ হায়বসি ভাব ভারে।

মালতীনা হীরাদদি কন্নিমতা হায়দোক্লে, অদুবু মপুক্কুংদদি মথন্তা থল্লকই, কনানো মীসে ? অহানবদা থল্লি, নিপা ওইরম্বা তাই। অদুবু কনানা কনাগীনো হায়বসি মালতীদি শিং শিংনা খঙবা মীনি—অদুনা বাকম-সোমদা মহাক কন্না থাজবত্ত পোক্লে। মমৈথংদা মহাক, লৈরিবসি কুন্দ শোই-দনা ওইরম্বা তাই হায়না চিংনবা অমা পোক্লক্লে। কুন্দনা ঘুম থাদোক্কুনা চংখিবগী বাপুম্বা মালতী তারে। হৌজিক মহাক্কী চিংনবদু কোক্লনবা থিন্দনা অকবা পাস্বি অমা লৌথংলক্লে। হীরানা বাবুখোইগী য়ুমদগী শজিমচা অমথক পুরকই। মদু য়াম্না তথক তথকই হায়দুনা পুন্দুনতা থম্মি। নোংমা মালতীনা মদুগী মচিঞ্জাক হুনবি। অসুম মচিঞ্জাক পিজ্জ পিজনা হীরানা উত্রিদৈঙদা পুল্লিবদু কোক থাদোক্লে, শজিমচাদু হেক নাম্থোকপগা ফিংনা য়াংনা মপাল্লোমদা চেম্থোকখ্রে। মদুদা মানা উরে, হীরাদু শজিমচা ফাননবা মতুং কোইন ইম্নদুনা চেনখ্রে।

হীরা চেনখ্রিদৈঙগী তাল্লক্কুদা, মালতীনা য়াম্না পাথংপগী খোম্থাংদা কৌবা হৌরক্লে, "হীরা ! হো হীরা ! হো গঙ্গাজল !" হীরানা থাম্না চংখ্রবা তুংদা মালতীনা মাইকৈ শলাই থঙদনা কোইলাও লাওদুনা কপথংলক্লে "ইমাইপেম্মা ! ঐগী গঙ্গাজলনা তৌখ্রিবা মতৌসিবু করিনো ?" অসি হায়রদুনা কপ্পা কপ্পা কুন্দগী থোঙদা কম্না থীল্লদুনা মথবাই শোকপা খোনকমদা হায়রকই, "ইবেম্মা কুন্দ ! কুন্দ ! য়াম্না থুনা মপাল অমুক্তা থোক্লকউ ! গঙ্গাজল কৈনো অমা তৌখ্রে।" মসি তাবদা কুন্দদু তফিং তফিংনা থোঙ হাংদোক্লক্লে। মালতীনা মাবু হেক উবদা হাঃ হাঃ হাঃ হায়না হৌনা নোক্লদুনা চনখ্রে।

কুন্দ

কুন্দ খোঙ অমুক খিংজিল্লে। হীরানা য়াসি তারগা চৈরকপসু য়াই খন্দুনা অদুম্মক তাকখোক্লে।

মালতীনা চত্তুনা দেবেন্দ্রদা লৈকমদু তাক্লুরে। দেবেন্দ্রনা খল্লকই, মহাক মখামক হীরাগী ময়ুমদা চত্তুনা খোঙং অমনবু ওইরবসু অমনবু ওইরবসু, করিগুম্বা অমা পাঙখোক্লবা হোৎনগে। অদুবু মুমিত্তু "পার্টি" অমা খোকই—অদুনা খবক্তা খুং থাবা ঙমদ্রে। নোংঙাল্লগা চৎপদা তারে।

কুনষুক মদোাইশুবা মশাং

# পোম্নুংগী চেক্লা

কুন্দ হৌজিক্কি পোম্নুংগী চেক্লানি—"মতমচুপ্পদা লাংতক্কে।" মাইকৈ তোঙান তোঙানবদগী চেল্লকপা ইচেল অনিনা অমগা অমগা খেংগাইনররবদি ইচেন কনবগী ইচেন্দি অসুম্মক হেনগৎলকই। কুন্দগী থম্মোইদসু মতুমক থোক্লে। মাইকৈ অমদা শাথীনা ইকাইবা—চোপ্পা,—চৈবা—শক উৎনবা লম্বী লৈতে, সুর্য্যমুখীনা ময়ুমদগী তাম্বোক্লক্লে, অদুবু ইকাই' ইচেন্দুগী মথক্তা মুংশি ইচেলনা লাক্লুনা তিল্লরে। অনি খেঙ্গাইনবত্তদা মুংশি ইচেন্দু কনথৎপা হেল্লক্লে। অচৌবা তুরেন্দা অপিকপা তুরেল লুপগ্রে। সুর্য্যমুখীনা পিরকপা ইকাইবত্তু মথং মথং মাঙখিবা হৌরক্লে। সুর্য্যমুখীবু অমুক নিংশিংখিদ্রে—নগেন্দ্রনা থনগ্রে। মতুংদা কুন্দনা খনবা হৌরকই, "ঐ করিগীদমক্তা য়ুম অদু থাদোক্লুনা লাক্লিবা? থরদং চৈবত্তুনা ঐগী করি অমাঙবা লৈ? ঐ নগেন্দ্রবু অদম্মক উবা ফংজরমগদবনি। হৌজিক্কি অমুক্তকাও উবা ফংদ্রে। ঐবু য়ুমত্তুদা অমুক হল্লা চৎলসিরা? ঐবু অমুক তাম্বোক্লক্তদবা লৈত্রবদি, চৎপা য়াই। অদুবু অমুক তাম্বোক্লক্লবদি?" কুন্দনন্দিনীচু অহিং মুংথিল বাখলসিতা তৌত্তুনা লৈখ্রে। দত্তখোইগী ইমুংদা হন্দুনা অমুক চৎপসি চুম্বা চুমদত্রা হায়বগী বাখলদি খোইনা পংতৌ তৌক্লদে—মতুমদি মুমিং হুম্নি মরি-

নিগী মচুংদা পোয়দবী ওইনা লেপ্লে, চৎপনা চুম্মি—নত্রবদি থবাই থাবা তাই ; অদুদা চৎলুরগ: সূর্য্যমুখীনা অমুক হয়া তাম্বোক্লককত্রা তাম্বোক্লক্লোইত্রা, মসিনি মুয়া থম্বগদবদি। কুন্দচ মমৈথংদা অসিগুম্বা ফত্তবা দশা অমা থোক্লে মতুদি, মহাক মপুক্লিংদা লেপ্লে সূর্য্যমুখীনা তাম্বোকে তাম্বোকসন্থু তাম্বোক্লোই তোক-সন্থ, চৎপদা তারে।

অদুবু করয়া কুন্দনা অমুক চত্তুনা মাঙ্গোন্দুদা লেপ্লগনি? মথন্তা চৎ-পদি য়ায়া ইকাইনিংঙাইনি—অদুবু হীয়াগা লোইননা চৎমিন্নরবদি, অদুম্বক চৎপা য়াই। অতবু হীয়াদা চিন কাংথোক্কুনা হায়গদবসি য়ায়: ইকাইবা অমা পোক্লে। কাংথোকপা ইঙম ওমদ্রে।

থম্মোইস্থ থম্মোইগী-জনবু উদনা লৈবক্ত থাঙবা ওমশিন্নক্করে। নোংমা অহিং লোইপদবা দণ্ড অহুম মরি বাংলিৎঙদা কুন্দ কমুংঙগী হোৗগৎলক্রে। মতমচুদা হীয়াদি তুম্মি। লোয়া কুন্দ থোঙ হাংদোক্কুনা ইমুংদগী মপাল থোক্লক্লে। কৃষ্ণপক্ষ লোইরকপগী পিক্রবা থাজনা আতিয়াগী ওমথৈদা সমু-দ্রদা চন্দোক্রবী পিক্লিবী নিংথিরবী থুপীমচাগুম্ তাঙরি। উপাশিংগী মকুমদা অমম্বা মপৈ মপৈনা লোত্তুনা লৈরি। য়ায়া তপ্লবা নামিবগী ইপোমদা লম্বেল মপান্দা লৈবা পুখ্রিগী থয়া-চয়াংনচিংবনা কুপ্লবা ইশিংতু ইথক হোৗদ্রি। মশেল-ময়াং ওইনা উরিবা উতোন পুম্বগী মথক্তা হকচিয়া শংবাম্ররবা আতিয়ানা লৈতেংলি। হুইশিংনা লম্বেল মপান্দা তুম্মি। মহোশা লাইরেম্বীনা চিক্লা চিং-লেম্নবা শক্তমদা ভাঙ্গোইরি। কুন্দনা লম্বেল ভাবনা শাতুনা দত্তগী ইমুং মাই-কৈরোমদা ওপ্লবা-চিংলা-থোঙথাংদা থাংলি। চৎলিবহু অতৈ পোইনগী নত্তে—করিগুম্বা তাঞ্জা চাক্লতুনা নগেন্দ্রবু অমুক্তং উবা ফংগদ্রা অসিত্তনি। দত্তগী ইমুংদা অমুক কয়া চৎপা হায়বতুদি ময়াইবক্তা থোক্কে—মতুদি থোক্লবা মতমদা থোক্লবা হায়বতনি—অদুবু মরক অসিদা নোংমা অমুক্তং অতক লোয়া য়েংলুবদা করি অকায়বা লৈবগে? অদুবু হুয়ান্দুনা য়েংগদবসি করম্বা মতম-দনো? মতৌ করয়া য়েংগনি? কুন্দনা অসুম্মক বাথল তৌরকপদা মদিদা

লেপ্লে মগ্নদি, নোং ঙাল্লিরিঙেনা দত্তখোইগী য়ুম মনাক্তা য়োঙনা মাইকৈ মখি-মক্তা কোইচৎ চৎলুগে—তাঞ্জা অমদগী নগেন্দ্রবু মিহুৎপোত্তদা. নত্রগা দোলাল মথক্তা. নত্রগা লৈকোলদা, নত্রগসু লম্বীদা উবা ফংগনি। নগেন্দ্রদি অয়ুক ঙস্থা তু উরকপদা হেক হেক য়াহৌই, মহুদা কুন্দনা উবা ফংবগু য়াই। হেক উবগা কুন্দ অমুক তম্না হল্লকনি।

মপুক্লিংদা অসুম্না ভাবনা শারদুনা কুন্দনো নোং ঙানকাংজিল্লিনা নগেন্দ্রগী ময়ুম তয়া লাক্লে। দোলালদুগী মনাক য়োরক্লবা ফাওবদা নোং ঙানগদবা ঙাইহাক থাংলি হায়রবসি উরে। কুন্দনা লম্বেলোমদা য়েংগুকই, নগেন্দ্র উবা ফংদে—য়ুমথক্তা য়েংই. মহুদসু নগেন্দ্র লৈতে. মিহুৎপোত্তদসু নগেন্দ্র উদে। কুন্দনা থল্লকই. হৌজিক ফাওবা হৌগৎত্রিবা ওইরম্বা তাই,—হৌগৎপা মতম য়োত্রিমাহে। নোং ঙানখিসনু, ঐহাক ঝাউ মখোঙদা কল্লগে, কুন্দ ঝাউ মখোঙদা চংদুনা ফল্লে। ঝাউ মখোঙদুদি য়াম্না মশ্মি। ঝাউগী মহৈরা নত্রগা মনাম্না অমা অনি শোং শোং হায়দুনা ইশিংথক্তা তারকই। কোকথক্তা উথকগী উচেকশিংনা মঙকশম নিল্লি। দোলালডু ঙাক্লিবা খোঙশঙবশিংনা খোঙ হাংদোকপগী অমদি থিংবগী মখোল মরক মরক্তা লাক্লি। মমৈথংদা চিংথৈ জুম্লকপগী ইংলবা গংশিং শিংলক্লে।

মতমতুদা চরোইনা নিংথিবা খোঙ্গাংদা আত্তিয়া নিকুঞ্জুন কোকতোঙ্গা খোংনা খোংনা পাইথিবা হৌরক্লে। ঙক্তাজুং নৈয়গা ঝাউ পাম্বীদা কোকিল খোংলক্লে। মমৈথংদা উচেক পুন্নমক তিন্নদুনা চরাং খোইরাংনবা হৌরক্লে। তাঞ্জাদু য়োরকপদদি কুন্দগী নিংবা পুম্বা কায়রে—অমুক কুইথনা ঝাউ মখোঙ-দা কম্বা য়াশিল্লক্তে, নোং ঙানশিল্লক্লে. কনাগুম্বনা উথিবা য়াওরক্লগনি। অদুনা হল্লগে হায়দুনা কুন্দ হৌগৎলক্লে। অদুগু থাথল অমকংদি থম্মোইহুংদা কম্না কাওরক্লে। মন্নংগী য়ুমগা তাইনবদা লৈবা লৈকোলজুদা, নগেন্দ্রনা অয়ুক্তা করি করিগুম্বা মুমিত্তা হওয়া হেক হেক চাই। ঙসাইনখৈ নগেন্দ্র মকমতুদা কোইচৎ চত্তনা লৈরম্বসু য়াই। অমুক্তং মকমদু য়েংদনদি কুন্দ হন্দুনা চৎপা

ঙমল্লে। অদুবু লৈকোলদুদি চেকপললা খাজিল্লি। চেকপলগী থোঙদু হাংদোকপা নত্রবদি মলুংতুদা চংনবা লম্বী লৈতে। মপালদগীসু উবা ফংবা মকম নত্তে। চেকপলগী থোঙদু হাংদোক্লিত্রা নত্রগা লোল্লিত্রা য়েংনবা কুন্দ মাইকৈদোমদা চৎলক্লে।

মানা উরে, থোঙ হাংলি। কুন্দনা লৈজবা মরিংজেল ফুদোকচদুনা মলুংতুদা চংলক্লে অমসুং লৈকোলগী চিদাইদা তপ্পা তপ্পা লাক্তুনা বকুল পাম্বী অমগী মরুমদা লেপ্লরে।

লৈকোলদু য়াম্না কুণ্ডনা উপাল-বাপাল-উরি-বারিনা পুময়েং য়েত্তুনা লৈ। উপাল পয়েংগী মরক্তা লুঙ-চনবা নিংথিরবা লম্বী; মকম মকম থুদিংদা অঙৌবা, অঙাংবা, অশংবা, নাপুগী লৈরাং কম্না কয়ানা উপালশিংদুবু কোইশিন্দুনা হৌরি। মদুগী মথক্তা অয়ুক্কী লৈহি পাম্বা হয়িং থোইশিংনা মপৈ মপৈ কোয়রি, তোংলি, পাইরি;— ঙুং ঙুং ঙংলি অমসুং মীওইবগী লমচৎ তুয়দুনা লৈহি হেন্না চেনবা অথনবা লৈরাং অমমমদা মপৈ মপৈ পাইশিন্নরি। ফজরবা মচুগী পিক্ল পিক্লবা উচেকশিংনা শাংলিবা লৈ-চরোং মথক্তা উইহেঙুম তোংলদুনা লৈহি চুপ্লি, কনাগুম্বগী মথলাওদগী থোম্হাং তরেৎ শুরবা থোঞ্জেল থোরক্লি। অয়ুক্কী নামিবনা লিরি হুম্বদা লৈরাংনা লুরুক্রবা পিক্লবা উশাশিং হাই-হুম্লি--লৈরাং শাত্তবা উশাশিংদি হাই-হুমদে, মরমদি, মথোইদু লুরুক্কদে। কোকিল মহাশয়না বকুলগী পুঙলবা উনারক্তা অমুবা মচুহু লোৎলগা থোঞ্জেল তাম্নবদা ময়াম্মকপু মায়থীবা পিরি।

লৈকোলগী ময়াং চবুক্তা অঙৌবা লুংনা শাবা উরি-বারিনা কুপশিনবা শঙ মচা অমা লৈ। মদুদা য়েংলদুনা মথল মথা কম্নাগী উরিনা লৈরাং চবুন চবুন শাংলি অমসুং মতুগী ময়াদা লৈবাক্কী গমলাদা থাবা লৈ শাংপা পাম্বী মচা কয়ানা পরেং পরেং লৈরি।

কুন্দনন্দিনীনা বকুলগী মরুমদগী লৈকোল তম্না য়েংলকপদা নগেন্দ্রগী তোঙ্গানরবা লাইগুম্বা শঙনদু উবা ফংত্রে। উরি-বারিগী শঙহংলোমদা

য়েংশিনখিবদা, মুং চল্লবা লুররবা লৈমাইথ কুদা কনাগুম্বা অমা হিপ্তুনা লৈবদি উরে। কুন্দনন্দিনীনা নিংই, মীচ নগেন্দ্র ওইরমাল্লে। নিংখিনা চংখোম্না য়েংননবগীদমক মহাক তপ্না তপ্না উপালগী মরুমদা থুম্ল-থুম্লদুনা থম্না থম্না চংশিল্লক্লে। মরাইবক খিবদগী তাঞ্জাতুদা উরিগী শঙলুংদগী মীচ্ হাগত্তুনা মপাল থোক্লক্লে। লাইবক চাওবী কুন্দনা উরক্লে, মীচ নগেন্দ্র নত্তে, সুর্য্যমুখীনি।

কুন্দনা মতমদুদা কিয়দুনা লৈয়াং চোম্না শাংপা কামিনী পাম্বী অমগী মরুমদা লৈশিন্দুনা লৈরে। কিবনা চংশিনবসু ঙমদ্রে, তুংলোমদা হন্দোকপসু ঙমদ্রে। মহাক্না উরক্লে, সুয্যমুখীদি লৈকোল মহুংদুদা লৈ হেক্ল-হেক্লদুনা কোইচং চংলি। কুন্দনা লোংলিবা মাইকৈ অদোমদা অসুম অসুম সুর্য্যমুখীচ্ চংশিল্লক্লে। কুন্দনা থঙলে, শোইদনা কাথিবা তারে। হায়না হায়না মমৈথংদা সুর্য্যমুখীনা কুন্দবু উরক্লে। অথাম্নদগী মীশক লাকপা ঙমদ্রদুনা হঙ্ঙকই, "কনানো অদুদা লৈরিবা?"

কুন্দ কিবনা য়া মচেৎ অমতা ঙাংদনা লৈরে— মখোঙ থাংবা খোক্তে। সুয্যমুখীনা তাঞ্জাতুদা মনাক য়োশিল্লক্লে—উরক্লে—মীশক খঙলক্লে, কুন্দনি। ঙক্লদুনা হায়রকই, "কনানো, কুন্দ নত্রা?"

অচ ফাওবদা কুন্দ পাওখুম পিবা ঙমদ্রে। সুর্য্যমুখীনা কুন্দগী মখুদাং পায়রক্লে, অদুগা হায়রকই, "কুন্দ! লাও ইবেম্মা—লাও! ঐ নঙোন্দা কয়িগুম্বা অমতা অমুক ঙাংলরোই।"

অসি হায়রদুনা সুর্য্যমুখীনা মখুজেং পায়রদুনা কুন্দনন্দিনীবু মহুংগী য়ুম তান্না পুদুনা চৎখ্রে।

---

## কুনম্বরিশুবা মতাং

# কুমথবা

অহিং অতুদা দেবেন্দ্রদত্তনা মথন্তা অরোনবা ফাঙ্গেং শেংলহনা, য়ুগী-লেশা-ইরোয়ননা কুন্দনন্দিনীবু থিবা হৌরাগী ময়ুমদা ফাওরক্লে, কা অমদগী কা অমা কোয়না চত্তুনা থিরে, কুন্দ লৈতে। হৌরানা মচিন্দা ফৌনা খুম্লহনা নোকপা হৌরকই। মতু উবদা দেবেন্দ্রনা শাওরহনা হংঙকই, "করিগী নোক্লিবনো ?"

হৌরানা হায়রকই, "নংনা থাবত উবদা। পোনগী চেক্লা পাইথ্রে—এরোন্দা হনহনা থিবনদি ফংলরোই।"

অতুদগী দেবেন্দ্রনা হংলকপা থাহংদা হৌরানা অথঙবমখৈ মকোক্তগী লোকবক্তাওবা তম্লে। মমৈথংদা হায়রকই, "অথুক্কা মাবু উত্রহনা কোইথিথিরে ; অসুম অসুম থিরকপদা থাবুথোইগী য়ুমদা থেংনরে—হন্দক্তি ওথোক্লা চান-জুনা তৌথ্রে।"

দেবেন্দ্রত নিঙবা কায়রহনা হনগদবগী থৌরাংলক্লে, অতুবু মপুক্লিংদা চিংনবদি খোক্তে। মথাক ঙক্তাক্তং ফমথহনা অচুম্বা মঙং মতৌ অমতং থঙদোকাথিসিরা হায়লদি শক্লি। আতিয়াদা তবাবা নোং মচেৎ অমা উরব্রহনা হায়রকই, "নোং তারকদোরমাল্লে।" অ:দগী মথাক নিংজিং মাংজিংনবগী মতৌ অমা তৌরক্লে। হৌরানা পাম্মি, দেবেন্দ্র ঙক্তাক ফমথবা—অতুবু মথাক্তি সুপীনি—মথন্ত লৈ—অহিংসু ওইরে—ফমথখো হায়বত্ত ঙমদ্রে। মতুম তৌরবদি লৈথা তাবগী থাক্তা থোঙকাপ না-ম থাংথবদা তারে। মওসু মাগী মরাইবক্তা তম্লে। দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "নংগী ছাত্তিনকপা লৈজ-লাকচত্রা ?"

হৌরাগী ময়ুমদা ছাত্তিন লৈতে। দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "নংগীসিদা ঙহাক্তং ফমথহনা নোংগী ফিভমসি থঙদোক্লগা চংথিগে হায়বনু মীনা শোক্রি-পারি থম্লগত্রা ?"

হীরানা হায়রকই, "করিগী থল্লোই? অদুবু এগী য়ুমদা অহিং লাক-পিবনা অকায়বসি থোক্লিবনি।"

দে। অদুবু ঙহাক ফমথখিগেকো?

হীরা করিমতা খুম্যক্তে। দেবেন্দ্র ফমথরে।

অদুদগী হীরানা উপাকী হিদাক মথক্তা তক্ল-তক্লনা ফমুং অমা থারদুনা দেবেন্দ্রবু ফমহল্লে অমসুং উপু শারং মচাগী মনুংদগী পিক্লবা লুপা য়োম্বা হিদাকফু অমা পুথোরক্লে। মথুৎমক্তা মতুদা অইংবা ইশিংনা মতি হাপ্লগা, হাওরবা হিদাক হাল্লদুনা লানা চিঙুপ শারগা লানশিল্লক্লে।

দেবেন্দ্রনা ফুরিংথাওদগী ব্রাণ্ডি ফ্লাস্ক অমা লৌথোরক্লগা ইশিং ইহাপ হাপ্লনা থকচিল্লে অমসুং নেশা লাক্লবা মতমদা উরক্লে, হীরাগী মমিত্তু ওথোক্লা ফজৈ। থাঙ্গৈশেংবমকসু মিত্তু ফজবা মিৎনি। কোইরাওনরগা য়ুরবা মিৎনহানা লৈতেংই, তরং তরংই অমসুং মিৎচিদা লাং থাকই।

দেবেন্দ্রনা হীরাদা হায়রকই, "নংগী মিৎসিদি অতাওবনি।" হীরা মোমোন তৌই। দেবেন্দ্রনা উরকই, কাঁচিন অমদা অতেকপা বেহালা অমা ভাদুনা লৈ। দেবেন্দ্রনা ইশৈ ঙংল-ঙংলডনা বেহলা অদু লৌরুরগা মচৈনা লেনখৎলক্লে। বেহালাদু ঙেং ঙেং ঙেং ঙেং ঙংবা হৌরক্লে। দেবেন্দ্রনা হংলকই, "বেহালাসিদি কদাইদগীনো?"

হীরানা হায়রকই, "সিপাই অমথক্তগী লৈহৌবনি।" দেবেন্দ্রনা বেহালাদু পায়শিল্লগা হাইফেৎ থোংবা য়াননবা শেমজিল্লে অমসুং মতুগা স্বর চান-হন্দুনা, মুংশিরবা থোম্বাংদা মুংশিরবা ভাব য়াওবা মুংশিরবা ইশৈ মুংশিনা শকৎলক্লে। হীরাগী মিত্তু অমুক্তা হেন্না লংখৎলক্লে। মতম খরদং হীরাদু মশা মথন্তক্তাও কাওথোক্লুরে। মসিনা হীরানি মসিনা দেবেন্দ্রনি হায়বদু নিংশিংখিদ্রে। মহাক্তা থনখি, মহাক্তা ইপুরোইবনি—এনা মাগী মুপীনি। মহাক্তা নিংখি, নোংদম্বনা মবানিমক্তু অমনা অমগীদমক শেম্বিরক্তনা মতম য়ায়া শাংনা লোনদিম্নরক্লবনি, মতম য়ায়া শাংনা মবানিমক অমগা অমগা

মুংশি-লিপুম্না পুন্দুনা মুংঙাইমিয়ক্রবনি। অম্মন্না শুমহৎথিত্না হীরাদু মপুক্লিং-গী বা চিনবান থোক্লক্রে। দেবেন্দ্রনা হীরাগী মচিন্দা কয়া শেংলম শেংকাত্তনা, মঙোন্দা লোম্না হীরানা মথরাই কৎলে হায়বসি তাবা ফংলে।

যাসি কাংথোকথ্রবা মতুংদা হীরা জ্ঞান তারক্রে, মকোক উক্ক উক্ক লৈথ্রে। মতমতুদা মহাক্না অঙাওবীগুম মপুক্লিং চয়াং থোইয়াংননা দেবেন্দ্রদা হায়রকই, "নহাক য়ায়া থুনমক ঐগী য়ুমসিদগী চৎপিথ্রো।"

দেবেন্দ্রনা ঙক্লতুনা হায়রকই, "করিনো হায়রিবতুবো হীরা?"

হীরা। নহাক থিন্দনমক চৎপিথ্রো—নত্রবদি ঐহাক চৎথিবা তারে।

দে। করিনোনে? ঐবু তাল্লিবসিবু করিগীনো?

হীরা। নহাক চৎপিয়ো—নত্রবদি ঐ মী কৌরগনি—করিগীদমক্তা নংনা ঐবু মাঙহন্নবা লাকপিরিবনো?

হীরাদি মতমতুদা পুমঙাও ঙাওরবীগুম জ্ঞান তাথিদ্রে।

দে। মসিমক্তনা হায়রিবোইরে ঙকই মুপীগী মরমচং।

হীরাতু শাওরক্রে—হায়রকই, "মুপীগী লমচং কৈদোবা? মুপীগী লমচত্তি ফত্তবা নত্তে। নথোইগুম্বা নিপাগী লমচংসিনি য়ায়া ফত্রবা। নথোইদি ধর্ম্ম নংপা-নত্তবা থন্দে—অতৈগী ফবা-ফত্তবা থোশাদে—নশাগী মুংঙাইনবতা য়েংদুনা চৎলি—করম তৌরগা কনাগুম্বী মুপী অমা মাঙহনবা য়াগদগে হায়বসিতা লাক্লত্না লৈ। নত্রবদি নং করিগীদমক ঐগী ইমুংসিদা ফম্মগনি? ঐবু মাঙহনগে, মসি নত্রা নংনা থল্লিবা? নংনা ঐসিবু লমচং চুমদবীনি হায়না থল্লি, নত্রবদি করি নতিক লৈদনা ফম্মগনি? অদুবু ঐদি লমচং-চুমদবী নত্তে। ঐথোইদি লাইরবা মুপীনি, ইশাসি তেকপমথৈ নোম্লগা চানবা থিজবীনি—লোনচং চুমদবা চৎনবা মতম ফংজদে—অচোবা ইমুংগী মৌ ওইরম্লবদি করি ওইরমগবা মতুদি থঙদে।" দেবেন্দ্রতু পিঙুম শুকথক্রে।

মতু উবদা হীরা মথরাই হয়াওরে। অতুদগী মমিং লাওরপ তৌনা দেবেন্দ্রদা মুন্না য়েংলগা থোন থোল্লপ তৌনা হায়রকই "ইবুঙো, ঐ নংগী

নশক নত্তৌ উবদা কঙাওনরে। অদুবু ঐসিবু লমচৎ-চুমদবী ওইনদি থন-বিগনু। ঐহাক নংগী নশক উজরগা নুংঙাইজে, অদুনা নহাক্না ঐগী য়ুমসিদা কমথিগে হায়বদা ঐহাক শুকথিং থিংবা ঙমজদে—অদুবু ঐদি শোল্লবী নুপীনি—ঐনা থিংবা ঙমদ্রে হায়দুনবু নংনা হেক্তমক কম্বিবসি অচুম্বা মওংলা? নহাক্কি পাপকী বাখল্দা তাওদুনতা লৈ, অদুনা লৌশিং তৌদুনা ইমুংদা চং-লগা ঐবু মাঙনবা শীনবিরিবনি। হৌজিকমক নহাক মফমসিদগী চৎপিগ্রো।"

দেবেন্দ্রনা অমুক হন্না য়াউম অমা থক্লগা হায়রকই, "করে করে! হীরা, নহাক বা ঙাংবদা ওস্থোক্না হৈ-শিংলে। ঐখোইগী ব্রাহ্মসমাজদা নোংমতংদি বা ঙাংউদনা?"

হীরাদু করেম-কথাইনবা বাঙাংসিদা মথবাই শোক্লদুনা শাওনিংবা নুং-ঙাইতবা বাঙাংনা হায়রকই, "ঐ অসি নহাক্না করেম্নবিবগী মতিক চাবা মীওই নত্তে—নহাকপু য়াম্না তোল্লবা মীশক অমনা নুংশিজরবসু, মাগী নুংশিজবদু পুখোক্তুনা করেম্নবিবদি হৌনদে। ঐহাক ধর্ম্ম লৈবী নত্তে, ধর্ম্ম মশক খঙদে—ধর্ম্মবু খোইনা লুনসু নিংলুদে। অদুবু ঐহাক লমচৎ চুমদবী নত্তে হায়না নাপল তৌরিবসিগী মরমদি, ঐহাক পুক্কিংদা চপয়ুংনা বাশক্তুনা থল্লি, নংগী নুংশি ইখৌ-লাংবনা থুমহৎখিদুনা ঐ কৈদৌনুংদসু মিংদা-শীবা থোকহল্লোই। করি-শুম্বা নহাক্না ঐবু মচেৎ অমতং নুংশিবিবা লৈরবদি, ঐহাক বাশকসি থক শক্লম্মোইদবনি—ঐহাক ধর্ম্ম মশক খঙদে, ধর্ম্মবু কিদে—ঐহাক নংগী নুংশিবগা চাংদয়রুবদা মিংদা-শীববু করিসু লৈতনা থল্লি। অদুবু নংনদি নুংশিবিদনা—ঐনা করি নুংঙাইনি হায়দনা মিংদা-শীবা থোকহল্লুনি? করিবু মিহৌ-দুনা ঐগী নাপলবু থাদোক্কনি? নহাক্কি মথোক কারকপী নুপীবু থেংনরবদি কদৌনুংদা থাদোক্কে, অদুনা ঐগী পুক্না লংনবিদনা লৌবিবসু য়াই; অদুবু নোং হেক ঙানবগা ঐবু তম্না কাওথোকপিথিনি, করিশুম্বা কাওবিদবা থোক্লগসু ঐগী বাসি পুখোক্তুনা মরুপ মপাংগী মফমদা নোক্লনবা বাকম ওইনগনি, অসি-শুম্বা কীভমদা ঐহাক করিগীদমক্তা নংগী অরৈবা মীনাই নুপীগুম লৈরগনি?

অদুবু নংনা ঐসিবু করিগুম্বদা নুংশিবিরক্লবদি, মতমদুদা ঐ নংগী ননাই নুপী ওইদুনা থৌগল তৌজগনি।"

দেবেন্দ্রনা হীরাগী মচিন্দগী অসিগুম্বা মথল অদুমগী যারোল অসি তারে। মাগী মপুক্নিংগী বা থগুলে। মথন্তমক খল্লকই, "ঐ নংবু নশক খগলে, হৌজিক্তি দড়িনা উংহল্লিংবা মতমদা উংহনবা য়ারগনি। ঐনা পাম্লকপা নুমিত্তা, নংনা ঐগী থবক পাঙথোকহনবা ঙম্মগনি।" অসি খল্লদুনা হৌগত্‌না চৎখ্রে।

দেবেন্দ্রদু হীরাগী মপুংফাবা শক্তম খঙবমক্তি নত্তে।

## কুনমঙাশুবা মতাং

# নুংঙাইবা-পাও

নুংথিল য়ুথক অনি য়োরে। শ্রীশবাবু আপিসতা চৎখ্রি। ইমুংগী মী-পুম্বা চাকলেন চারগা ঙহাক উইরোল উইরোল তৌনরি। ফম্ফম কাদু শো লোল্লি—মুকশল-জাংকী দুই অমথক ফম্ফম কাগী মপান্দা থোঙজিনগী থোঙ-নেৎফম কীদাদা থোঙলক্তা মকোক লোংলদুনা তুমদুনা লৈরি। তাপ্পা অহাং-বা ফংদুনা কনাগুম্বী নুংশি-ইরাং-চেনবী মীনাইনুপীনা কনাগুম্বা নুংশি-য়া-ঙাং-হৈবা মীনাই নিপাগী মনাক্তা ফম্লদুনা লোম্না হিদাক থক্লি অদুগা চিবোন-চিবোন বা ঙাংলি। কমলমনিনা তুম্ফম কাদা ফম্লগা মথোঙ তিংথোক্ল-দুনা য়েংতুমনা কার্পেট লোল্লি—মশম মনা হাইফেং ফাই—মী অতৈ কনামতা লৈতে, সতীশ বাবুতং মনাক্তা ফমদুনা মচিন্দা করি করিনো পংঙাংতা ঙাংলি অমসুং মথবাক্তা মতিন ওয়ো ওয়ো চোথরি। সতীশ বাবুনা অহানবদা মমাগী মনাক্তগী শামতু লংশিং অদু লোম্না লোগে লাক্লম্মি, অদুবু কম্না ঙাক-শেন্দুনা থমখিবদু উবদা লৈবাক্তা শাবা কৈ অমগী মকোক লেক্ত্‌না লৈগ্রে। থাম্লপ্না হৌদোং অমথক উপ্রাক্তা হিপথরদুনা মবানিমকপু মুম্না য়েংলদুনা লৈরি। মাগী মতৌদু য়াম্না চীং-লেম্মি; মমাইদু থোইদোক হেন্দোক্তা স্তান

নৈবগী মতৌ মাল্লি অমসুং মপুক্কিংডসু থোইনা থোয়রাংদে। হৌদোংড় অসুম্না থনবগুম তৌমাল্লে, "মীওইবগী দশাসিদি ওন্থোক্লা অকিবগী মশক্কি, মতম চুপ্পদা কার্পেটলোনবা, লাইফদিবী শান্নবা অসিনচিংবা করিসু কান্নব্রবা থবক্তা মপুক্কিং লুপ্তুনতা নৈ, ধর্ম্ম কর্ম্মদা মপুক্কিং চংদে, হৌদোংগী মচিন্নাক ভুনগনি হায়বসি সুকথঙ থঙদে, অডুনা হয়েংমুক্কী মপোক্তা মথোইনা ওইগদবসি করিনো ?" মফম অমদনা চুম অমথক ফক্লাংদা নপ্পডুনা মমাই লোংথংলডুনা হৃয়িং অমা মুম্না য়েংলি। মহাকসু হৃয়িং হায়বা ঙাংসিনা মরমচং ফত্তবগী মরমদা মপুক্কিংদা মওল মওল খল্লিমাল্লে হায়বদা চিংননিংঙাই নৈতে। কুয়াক অমসু কোইপাই পাইরি। সতীশবাবুনা ফমডুনা সন্দেশ চারম্বা মফমডুদা হৃয়িং শঙ্গু শঙ্গু তোংলি—ককচেংশিংসু পরেং লোংবা হোগংলি।

ঙহাক নৈরগা চুম অডু হৃয়িংডবু ফাবা ঙমব্রডুনা মাইকৈ অমরোমদা চংখ্রে। কৌদোংডসু মীওইবগী মরমচংসি হৌজিকমক হোংলকপগী করিগুম্বা মতৌ অমত্তা উবা ফংব্রডুনা, হাকাম চল্লডুনা, তপ্পা তপ্পা অতোপ্পা মফম অমদা চংখ্রে। কুয়াক্তুসু মপাল্লোমদা পাইথোকখ্রে। কমলমণি থোইরাং-থোইশাওরক্তনা কার্পেটতু থম্লে অমসুং সতু বাবুগা য়ারি শাবা হৌরক্লে।

কমলমণিনা হায়রকই, "তারিবরা সতু বাবু, মীওইবনা আপিসত্তা চংনরিবসি করিগীনো, নং খঙব্রা ?" সতু বাবুনা হায়রকই, "ইলি-লি-ল্লি।"

কম। সতু বাবু, নংদি কৈদৌহুংদা আপিসত্তা চংকহুকো।

সতুনা হায়রকই, "হাম্!"

কমলমণিনা হায়রকই, "নংনা হাম্ হায়রিবসিবু করিনো ? নংগী হাম্ তৌনবা আপিসত্তা চংপা য়াদে। আপিসত্তা থক চংকনু—আপিসত্তা চংলবদি ইমৌহ সুংথিলদা কপ-কপ্তুনা লেনগনি।"

সতু বাবুড ইমৌ হায়বা য়াহেংসিমদি থঙই ; মরমদি, কমলমণিনা মতম অয়াম্বদা মঙোন্দা, ইমৌ লাক্লগা ফুজরনি হায়ডুনা অকিবা হেক হেক উংলি। সতুবাবুড হন্দক্কি থুম্লক্লে, "ইমৌ—ফুনি!"

কমললনা হায়রকই, "উম, মতু থক কাওনু, আপিসতা চৎলবদি ইমৌনা ফুজনি।"

অসুম্না বারি শাবসি কয়া কুইনা শাংথরমগবা হায়বতুদি থঙত্রে, মরমদি, তাঙ্গাসিদা মীনাইনুপী অমথক তুমুবদগী মমিং নোইর-নোইরতুনা চৎলক্লগা চিঠি অমথক কমলগী মথুত্তা পিরম্রে। কমলনা থঙলে, সুর্য্যমুখীগী চিঠিনি। ফাক্তোক্তনা পারে। পাবা লোইরবদসু অমুক্কা হন্না পারে। মতু লোই-রগা মমাই লাংশিন্না তুমিন্না ফমতুনা লৈখ্রে। চিঠিগী মরোলদি অসিনি—

"চান্নরবী! নহাক কলিকাতা য়োরগা ঐখোইবু কাওথ্রবোইরে—নত্রবদি চিঠি অমা ফাওবা পিরক্কবা করিগীনো? নংগী নপাও তানিংবনা ঐদি মতমচুপ্পদা থোয়রাংতুনতা লৈ হায়বসি নং থঙত্রবরা?

নহাক্কা কুন্দনন্দিনীগী বা থঙনিংবতু, মাবু থিবা ফংলে হায়বা পাওসি তাবদা নহাক মুংঙাইরমগনি—অতুনা নরাগ লেপ্পুনা থুক্নমথোকউ। মতুগী মথক্তা মুংঙাইবা পাও অমনা কুন্দগা ঐগী ইপুরোইবগা লুহোংলগনি—লুহোংবসিগী পাও চৎপদি ঐ ইশানি। লুখ্রাবী লুহোংবগী বাক্কমসি শাস্ত্রদা য়াওরি—অতুদি দোষ করি লৈফম থোকই? নোংমা নিনিগী মনুংদা লুহোং-লগনি। নংদি মতম চানা লাক্কনা য়াওরবা ঙম্মরোই—নত্রবদি নংবু বার্ত্তোগ তৌগদবনি। ঙম্নবদি চাক্লোবা নংনবা লাকউ। মরমদি ঐ নংবু য়াম্না উন-নিংই।"

কমলমণিদি চিঠিগী মরোল করিমতা ভাব তাবা ঙমদ্রে। মুন্না থল্লরগা সতীশ বাবুদা য়া তাননবা শুনশিল্লক্লে। সতীশতি মতমতুদা মমাংদা বাঙ্গালাগী লাইরিক অমা থেংনরতুনা মচিন্তু চিকথৎপা লাক্লরি, কমলমণিনা মঙোন্দা চিঠিন্তু পাতুনা তাহল্লে—অতুগা হংলকই, "হায়রিবসি করিনো অতুক হায়ু তাসি সতুবাবু?" সতু বাবুন্তু মনুংগী বারোল থঙলে, মমাগী মথুত্তা শোতুনা লেপথৎলক্লগা কমলমণিগী মনাতোন চুপ্পবা থোরাংলক্লে। মতুদদি কমল-মণিন্থু সুর্য্যমুখীবু কাওথ্রে। সতু বাবুনা মনাতোন চুপ্পতু লোইরবতুংদা

কমলমণিনা অমুক হন্না সুর্য্যমুখীগী চিঠি্ পারে। মপুক্লিংদা থল্লকই, "মসিদি সতু বাবুনা থঙগদবা থবক নত্তে. ঐগী মতৌদু নত্রবদি য়ারমোই। মতৌগী আপিসসিবু লোই-থম্বা নাইত্রবরা? সতু বাবু, শাও, ঙসিদি ঐথোয় শাও-দুনা লৈরসি।"

মতম চানা মন্ত্রি-অথোইবা শ্রীশচন্দ্র আপিসতগী হল্লক্লগা থড়াচুড়ানচিংবা থল্লে। কমলমণিনা মাবু অথুম অহাওনচিংবা অচাপোৎ থরা পিজরম্লগা, সতীশপু কোম্লদুনা শাওনা ফমুংদা চংদুনা হিপখ্রে। শ্রীশচন্দ্রনা শাওরিবদু উবদা নোক্ল-নোক্লদুনা হিদাকফু পায়দুনা পাল্লপ চৌকি অমদা ফমথরে। অদু-দগী হিদাকফু অদুবু সাক্ষী থম্লদুনা হায়রকই, "হে হিদাকফু! নহাক্তি নপুক্তনা গঙ্গাজল লৈরিবনি, নকোক্তনা মৈ লৈরিবনি। নহাক সাক্ষীনি, ঐবু শাও-রিবা মথোইশিং অদু, হৌজিকমক ঐঙোন্দা বা শোয়দনা ঙাংঙকনি —ঙাং-ঙকনি ঙাংঙকনি! নত্রবদি ঐহাক নথক্তা মৈ হাপ্তুনা মকম অসিদা অসুম্মক ফমলগা হিদাক ঙাঙ্ক তরা তুম্নবা থক্কনি।" মসি তাবদা কমল-মণি ফুক হোগত্তুনা ফম্লগা ওইন-মিশাওনা থম্বাল মানবা মিংয়াম্ম লংথৎ-লদুনা হায়রকই, "হিদাক ঙাঙ্ক তরা থক্কনি হায়রিবা! ঙাঙ্ক অমা চিং-বগী মথোলনা বা মচেং অমফাও ঙাংহনদ্রে—অদুগবু ঙাঙ্ক তরা চিংগদৌ-রিবা—ঐসিবু তুরেল কাওশিং ওইনা উররা!" অসি হায়রদুনা ফমুংদগী হৌগৎলক্লগা হিদাকফুদগী ঙাঙ্কু, শঙোক্লদুনা মৈ য়াওনা য়াওনা হিদাক্তু হৈদোকখ্রে।

অসুম্না কমলমণিগী খিংঙমদ্রবা ওইন-বাফমদু লোইশিল্লক্রবদা মহাক্না ওইনরিবদুগী মরম থঙলনবা সুর্য্যমুখীগী চিঠি পাও হায়না লানশিল্লক্লে অদুগা হায়রকই, "মসিগী অর্থ অদুক হল্লু, মদু ঙমদ্রবদি ঙসি মন্ত্রিগী তঙ্কব কক্কনি।"

শ্রীশ। অদুগী মহুত্তা মাংজোনদুম তঙ্কব পিয়ু—অদুগা অর্থ হন্দোক্কনি।

কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রগী চিনবাননাক্ত মচিনবান্দু নকশিল্লক্লে, শ্রীশচন্দ্রনা তঙ্কব লৌরে। অদুদগী চিঠিদু পারগা হায়রকই, "মসিদি ফাগীনি।"

কম। করিবু ফাগী ? নংগী য়াওরা নত্রগা চিঠিত্রা ?

শ্রীশ। চিঠিসে।

কম। ঙসিদি মন্নিগী কম লোথোক্লগনি। থোপ্তুদা বুদ্ধি খজিক্কং অসি ফাঙবা য়াঙদবা ? ঙসীনা অসিগুম্বা ফাগীবু মচিন্দা পনবা ঙম্বা হৌনব্রা ?

শ্রীশ। অতদি ফাগী তৌবা ঙমদবা য়াফমদি, চা-নবা অশেংবা হেক্তা ওইহনবা ঙম্‌লা ?

কম। মথবাই থারবনু ঙম্মি। ঐনা পনবদি, হায়রক্লিবা য়াসি অশেংবনি।

শ্রীশ। করিনোনে হায়রিবত্রবো ? থাদৈমক শেংলগদবা ?

কম। ঐগী য়াসিনবু আল্লমবদি কমলমণি ভুম্না মাঙখিবা ওইগে।

শ্রীশচন্দ্রনা কমলগী মচিন্দু খংফা ফাজিল্লকই। মতুদা কমলনা হায়রকই, "ফরে ফরে, য়াসিনবু আল্লমবদি কমলমণিগী লোম্নবাত্র ভুম্না মাঙখিসনু।"

শ্রীশ। অতু ওইরবদি চয়া হেনবা নত্তনা অতৈ লৈতে।

কম। ফরে অতুদি, কনামত্তা হেক মাঙদ্রসনু। অদুবু নোংদম্বনা সূর্য্যমুখীবুদি হৌজিক মাঙহনবিদৌরিমাদে। ঐখী ইবুংনা নমত্তনা লুহোংগদৌগুম তৌরমাল্লে।

শ্রীশচন্দ্রত্ত য়াথল লম্লুকরে—হায়রকই, "ঐ করিমত্তা খাব তাবা ঙমদ্রে। নগেন্দ্রদা চিঠি ইন্দিরা ? নং করি হায়রি ?"

কমলমণিস্থ হায়রিবত্ত য়ারে। শ্রীশচন্দ্রনা লংনবগী মঙংদা চিঠি ইরকই। নগেন্দ্রনা মতুগী পাওখুম ওইনা হন্নকপত্ত মথাদগী অসিনি—

"ভাই, ঐবু তুক্কচবা তৌগনু,—অতুব ঐনা হায়রিবসি করিবু কান্নগদগে ? তুক্কচকম থোকপবু শোইদনমক তুক্কচগনি। ঐহাক হন্দকাসি লুহোংলগনি। পৃথিবীগী মী পুম্বনা ঐবু তিম্নত্রবসু ঐহাক লুহোংবসিদি তোক্লরোই। নত্রবদি ঐ অঙাওলাং-চুরগনি—মতু থোক্কদবসু পংকুই কুইদ্রে।

"বাসি হায়রবগী তুংদা অমুক মথা তাকম লৈত্রে নিংই। নংসু মসিগী মতুংদা ঐবু থিংননবা বা হায়রক্কনি হায়বা থাজদে। হায়রক্রবসু, ঐহাক মরম চানা য়েংননবা থৌরাং তৌরি।

"কনাগুম্বনা লুপ্লাবী লুহোংবসি হিন্দু ধর্ম্মদা য়াদে হায়রক্রবদি, মাবু বিদ্যাসাগর মহাশয়গা লাইরিক পাহল্লিংই। মাগুম্বা শাস্ত্র নিংথিনা খঙলবা মহামহোপাধ্যায় অমনা, লুপ্লাবী লুহোংবদি শাস্ত্রনা য়াই হায়রবদা, কনানা মত্রবু শাস্ত্রনা থিংই হায়গদগে? অতুগা শাস্ত্রনা য়ারবসু সমাজদদি চৎনদে, ঐনা লুহোংলবদি সমাজদগী তান্নোকপা তাই হায়রবসু, ঐনা হায়নিংই, গোবিন্দপুর অসিদা ঐবু সমাজদগী তান্নোক্কদবসি কনাগী মতিক লৈ? ঐ ইশানা সমাজ অতুম্মক ওইরবা মফমত্রদা, ঐবু সমাজদগী তাম্নোকপা হায়বমুক লৈরিব্রা? অতুমকপু ঐহাক নখোইগী নপুক্কিং থুংননবা লুহোংবসি লোয়া তৌঙগনি, কনাগুম্বা অমতা থোইনা খঙলোই।

"নহাক থবকসিদা য়াদবা তৌরোই নিংই। নংনা হায়বা য়াই, নুপী অনি লোনবা হায়বসি হৌনদবা লিচংনি। ভাই, নং করম্না খঙই, মসি হৌনদবা লিচংনি হায়বা? নহাক বাকমসি ইংরেজশিংদগী তম্মুবনি, ভারতবর্ষদদি মসিগী বাকম লৈরমদে। অত্রবু ইংরেজশিংসি লাললৈত্রেবরা? য়িহুদীগী চৎনবী লৈ হায়ত্রনা ইংরেজশিংনা মতো তম্বনি—অত্রবু নং ঐদি য়িহুদীগী চংনবীবু আইগী বানি হায়না লৌবদি ঙমদে। অত্নদি করিগীদমক্তা নিপা অমনা নুপী অনি লোনববু হৌনদবা চৎনদবনি হায়গনি।

"নংনা অমুক হায়বা য়াই, নিপা অমনা নুপী অনি লোনবা য়ারবদি, নুপী অমনা নিপা অনি লোনবদি করিগী য়ারোই? মত্রগী পাওখুমদি—নুপী অমনা মপুরোইবা অনি ওরবদি কত্তবা য়াম্না য়াম্না থোকফম লৈ; নিপা অমনা নুপী অনি লোনবদদি মত্র থোকফম লৈত্তে। নুপী অমনা মপুরোইবা অনি ওরবদি মচাগী মপা মশক খঙবা ঙম্লোই—মপাত্রনা মচাবু য়োকখৎ শেমগৎপনি—মত্রবু অরেপ্পা মীশক খঙত্রবদি সমাজদা অকায়বা কয়া থোক্রক্কনি।

অদুগা নিপানা মুপী অনি লোনবদদি মচাগী মমা মশক খঙদবা তৌদে ; অসিনচিংবা অতৈ ৱাকম কয়াস্থু লৈরি।

"মী ময়ামগী অমাঙবা ওইগদবা হিয়মত্তনা হৌনদবা লোনচংনি। মহাক্না করিগুম্বা নিপানা মুপী লোনবসি হৌনদবা লোনচংনি হায়না খল্লবদি, মসিনা মী অয়াম্বগী করি মাঙহল্লবগে হায়বত্র অদুক উৎলু।

"ইমুংদা খৎন-চৈনদুনা মহী লাওগনি হায়না নংনা ঐঙোন্দা ময়ম পি-রকপা য়াই। ঐহাক মতাংসদা ময়ম অমা পিগে। ঐহাক ইচা পোক্তে, ঐনা শিগ্রবা তুংদা, ঐগী ইপা ইপুগী শাগৈগী মিংসি মুৎলগনি। ঐহাক হন্দকীসি লুহোংলবদি ইচা পোক্লিংঙাই লৈ—মসিদি ময়ম চাদবা ৱাফম্না ?

"অৱোইবগী য়েংনিংঙাইনা সুৰ্য্যমুখীনি। মুংশিরবা ঐগী মুপীগী তিংথং ওইনা লোম্নবী থমগদৌরিবসি করিগীনো ? মসিদা ঐনা খুমগদবদি—সুর্য্য-মুখীদি হন্দকী লুহোংবসিদা মথৱাই মুংঙাইত্তবা পোক্তে। মহাকমক্না লুহোং-বগী ৱাফমসি হৌদোক্লকপনি—মহাকমক্না শীল-লাওবনি। অদুদি কনানা অমুক য়েংনিংঙাই লৈরি ?

"অদু ওইরবদি করি করম্না ঐনা লুহোংগদৌরিবসি মীনা থীনা ঙাংনকম থোকই ?"

কুন্দকনন্দিনীগী মতাং

## কনানো য়েংলগদবা

কমলমণিনা চিঠি পারগা হায়রকই, "করি ময়ম্না থীনা ঙাংনগদৌরি-বনো ? ঈশ্বরনদি উরিনি, কয়াদা ৱাখল শেরাম্রবনো ! নিপা হায়বা লাৎসিদি করিস্থু খঙখিদ্রবোইরে। অদু ওইরবস্থু—, মন্ত্রি অথোইবা, শেম শাগৎপিরো। ঐখোই গোবিন্দপুরদা চৎপা তারে।"

শ্রীশ। নহাক্তু লুহোংবসি থুগাইবা ঙমগদ্রা ?

কমল। ঙমদ্রগনা, ইবুংগী মমাংদা থরাইসি থাগনি।

শ্রীশ। মদু ওইথোক্তবনি। অদুবু ননস্মা অতোম্বীগী মনাতোন্দু থদংলগা পুন্নকপদি মঙমগনি। চৎসি, মদু মঙাইরে তৌগদবা।

হৌজিক মথোই অনিমক গোবিন্দপুরদা চৎনবা লাঙথৎলে। মথংগী অযুক্তা মথোই হি তোংলদুনা গোবিন্দপুর তম্না থোঙশাল্লক্লে। মতমচানা মক্ষমদুদা থুংলরে। যুমদা চংদ্রিঙৈগী মমাংদা মীনাই নুপীশিং অমসুং থুঙংদুগী নুপীশিংগা ঊনরে, অয়াম্বনা কমলমণিবু হি তান্না ওকপা লাকই। লুহোংপ্রবন্না লুহোংদ্রিবন্না হায়রবসি থঙনিংবনা, মহাকসু মাগী মপুন্নোইবসু ওন্থোক্লা কন্না থোন্নরাংলে, অদুবু মবানিমক কনামতা বাক্ষমসি কনাদসু হংবা তৌদ্রে—ইকাইনিংঙাই ওইবা বাসিবু কন্নন্না অতোপ্পা অমদা চিন কাংথোক্তুনা হংবা ঙমগদগে ?

ন্নান্না তফিং তফিংনা কমলমণি মঙ্গংগী যুম তান্না চংখ্রে, হন্দক্তি সতীশ তুংদা লৈহোন্নে হায়রবসি পুমকাও কাওখ্রে। ইমুং য়োৎক্রবা মতমদা তশেংনা ঙাংথোকপদা থৌনা বাংপগী থোনক্ষন্না মীনাইনুপীশিংদা হংঙকই, “সূর্য্যমুখী কদাইদা লৈ ?” মপুক্লিংদা অকিবা পোকই. কনাগুম্বনা লুহোংখ্রে হায়রকদ্রা অদু নত্রগনা সূর্য্যমুখী শিন্নে হায়রকদ্রা হায়না।

মীনাইনুপীশিংনা তাক্লকই, সূর্য্যমুখী তুম্ফম কাদা লৈ। কমলমণি থুদক্তুদা তুম্ফম কা তান্না চেল্লক্লে।

কান্নুং য়োন্নকপদা অচানবদা কলাবুসু ঊদ্রে। ওহাক চংঙক্লনা কোইন্নেং কোইন্নেং য়েংলক্লে। মতুংদা, কাচিন অমদা, থিংজিল্লবা মিক্তুৎথোঙ অমগী মন্নাদা নুপী অমা মরায়-লুক্কা ফম্লি হায়বা ঊন্নক্লে। কমলমণিনা মমাইদুদি ঊবা ফংদে; অদুবু সূর্য্যমুখীনি হায়রবদি থঙলে। অদুদগী সূর্য্যমুখীনা মাগী থোঙথাংদু তান্নক্লদুনা হৌগত্তুনা মনাক্তা লাক্লে। সূর্য্যমুখীবু ঊবদা কমলমণিদু লুহোংপ্রবন্না হোংদ্রিবন্না হায়বা বান্নোলসি হংবা ঙমদ্রে—সূর্য্যমুখী লেংজুমগী শক্লশিং ইকাপ কাপথৎখ্রে—নৌন্নবা দেবদারুগা মান্নন্নবা সূর্য্যমুখীগী শাবান্দু

লিক্লংগুম কোন্নখ্রে, সূর্য্যমুখীগী মকা কল্লবা থম্বাল মানবা মিংম্নাঙ ইকুৎ কুৎ-শিনখ্রে—সূর্য্যমুখীগী থম্বালগুম্বা মাইথোং তপাঙ তপাঙখ্রে। কমলমণি ভাব তারে, লুহোংখ্রে কায়রবসি হংলকই, "কৈদৌঙ্কে তোঙই ?" সূর্য্যমুখীনা অচুম্বা তম্লবা খোঙ্গাংদা হায়রকই, "ঙরাং।"

অতুদগী মথানিথক মক্তমদদা কমতনা তুমিন্না কপ্পনা লৈখ্রে. কনাম্বু বা মচেৎ অমত্তা ঙাংনখিদ্রে ; সূর্য্যামুখীনা কমলগী মতগাক্তা মমাই লৈথরনা কপ্পা হৌরকই, কমলমণিগী মিত্তগী পিনা মাগী মথবাক্তা, শমদা তত্তনা তাবা হৌরক্লে।

মতমতুদা নগেন্দ্রদি কক্ষম কাদা কম্লতনা করিদি থল্লি ? মহাক্কা থল্লি, "কুন্দনন্দিনী ! ঐগী কুন্দ ! ঐগী নুপী কুন্দ ! কুন্দ ! কুন্দ ! কুন্দ ! ঐগীনি মহাক।" মনাক্কুদা শ্রীশচন্দ্র চংঙক্কুনা কল্লে—অদুবু মাগা নিংথিজনা চংখোন্না বা ঙাংনবদি ঙমদ্রে। অমুক অমুক মপুক্কিংদা নিংশিংলকই, "সূর্য্যামুখীনা শীল-লাঙতনা হন্দক্কী লুহোংবসি খোকহল্লিবনি. অদুদি ঐগী লুংঙাইবসিদা কনানো অমুক য়েংলগদবা ?"

## ক্লন্তরেৎহুমা শরাং

# সূর্য্যমুখী অমসুং কমলমণি

হুমিদাংবাইগী মল্লি মল্লি তৌরক্লবদা অমগা অমগা তশেংনা বা ঙাংনবা ঙম্লক্লে, মতমতুদা সূর্য্যামুখীনা কমলমণিগী মফমদা নগেন্দ্রগা কুন্দনন্দিনীগা লুহোং-খিবগী বাখোল পুম্বা হেক তৌবদগী চিথদনা তমথরক্লে। মদু তাবদা কমলমণিনা ঙক্লতনা হায়রকই, "হন্দকী লুহোংবসি নংগী থুজ্জিল থৌরাংতনা থোকখি-বনি—কয়িগীদমক্তা নহাক নশানা নশাগী থবাই মাঙনবা শীঞ্জরিবনো ?"

সূর্য্যমুখীনা নোক্লতনা হায়রকই, "ঐবু কনানো ?" হাইফেত্তং চিনবান কাঙ্না নোক্লতনা হায়, নোং হাংগ্রবা ভুংদা আতিয়াগী চিদাইদা তবাবা নোংলক্তা নোংথাং

কুন্দগুম, হাইকেণ্ডং নোক্লদুনা খুম্লকই, "ঐবু কনানো ? অমুক্তং নংগী নবুংবু য়েংলুচো, মাগী মথবাই তানা হয়াওবগী মতৌদু য়েংলুচো, মত্তদা খণ্ডগনি, মহাক ওাস কয়ামুক্তা নুংঙাইথ্রবা। মাগী অম্মক য়ায়া নুংঙাইবসি ইমিংসিনা উজ্জরবদবু, ঐগী মপোকসি মইহে য়াদ্রিবয়া ? ঐগী করি নুংঙাইগনি হায়দুনা মাবু নুংঙাইহল্লোইদোরিবনো ? মানা পুংজা অমতং হকচাং ওমদবা উবদা শিক্তনিংলিবা ঐনা—মহাক অহিং নুংথিল খাক্তনা মথবাই নুংঙাইত্রে— মহাক নুংঙাইবপুম্বা লংশেক্ত্না খুম থাদোক্লগে থৌরাংলক্লে হায়বসি ইমিং- সিনা উরবদা—ঐনা নুংঙাইগদবসিবু কদাইদনো ? অদুনা ঐনা হায়বনি, 'ইবুংঙো ! নংনা নুংঙাইরগা ঐগী নুংঙাইবানি—নহাক কুন্দবু লুহোংলো— মতুদা ঐগী নুংঙাইবা হায়বদু ওইগনি,—অদুনা লুহোংথ্রিবসিনি।"

কমল। অদুগা নংদি নুংঙাইরগ্রা ?

সূর্য। ঐগী বা অমুক হংলিববু কারিগীনো ? ঐবু কনানো ? ঐদি করিগুম্বা মওমদা ঐগী ইপুরোইবগী থুয়াদা মচিন তুম্বা নুংনা য়ুবা ক্তেক উবদা পুক্লিংসিদা থম্লিবনি, কারিগীদমক্তা ঐহাক মফমদুদা লৈপ্রাক্লা হিপাহৌদ্রিবনো, অদুম তৌরবদি ঐগী ইপুরোইবনা ঐগী ইথক্তা লেংলগা চংলমগদবনিদো।

অসি হায়রগা সূর্য্যমুখী ওহাক তুমিন্না লৈগ্রে—মমিত্তগী শিঙ্করকপা পিনা মফীদু পুমচোং চোংগ্রে—অদুদগী খংহৌদনা মমাই হাইগংজক্ত্না হংলকই, "কমল, করি লৈপাক্তনো লুপীবু পোক্লবদি তেক্তমক হাংতোকই হায়বদো ?"

কমলনা মপুক্লিংগী য়াতু পংলদুনা হায়রকই, "লুপী ওইরগবু কৈদোই হায়বগে ? মরাইবক্তা ভুম্লকপদু অদুম খোকচবতনি।"

সূ। ঐগী লাইবক্তগী তেম্না ফবসিবু কনা লৈবগে ? ঐমুক লাইবক ফবী কনানো ? কনানা অসিগুম্বা মপুরোইবা ফংজবগে ? মশক মতৌ, লন-থুম, মসিদি ইরাইবু লাইরি—কনাগী মপুরোইবনা অম্মক গুণ চেনবগে ? ঐগী লাইবক্তি ফপ্রবা লাইবক্তি—অদুবু অম্মুম তৌরিবসি করিগীনো ?

কমল। মসিম্মু নরাইবক্তা য়াফম্মি।

সূ। অদুদি মৈশাসিনা থম্মোই কাহৎলিবদি করিগীনো ?

কমল। নহাক নপুরোইবগী হৌজিক ওইরিবা মুংঙাইবনা থল্লবা মাই-থোংসি উরগা মুংঙাই হায়বদাই—অদুগা করিগী হায়রি, মৈশাসিনা থম্মোই কাহৎলিবা করিগীনো ? নংনা হায়রিবা বাকম অনিমকসি অচুম্বা ঙাক্করা ?

সূ। বাকম অনিমক অচুম্বনি। ঐহাক মানা মুংঙাইবা উরগা মুংঙাই—অদুবু মানদি ঐবু মখোঙনা কাওথোকপিরে, কাওথোকপিবসিনা মাগী অসুক মুংঙাইবা ওইরিবা !

সূর্য্যমুখী মথা অমুক তাথবা ঙমদ্রে, মথনাও কুনজিল্লক্লে মমিৎ পিনা থল্লক্লে, অদুবু সূর্য্যমুখীগী লোইদ্রবা বাডগী মমুং লুনবা বাফমদি কমলমণি মপুং ফানা খঙলে। হায়রকই, "নংবু মখোঙনা কাওথোকপিরে হায়দুনা থম্মোই কাহৎলে হায়রি। অদুদি করিগী হায়রি, 'ঐবু কনানো ?' নংগী থম্মোই-মুংগী তংথাই অমদি হৌজিকফাওবা 'ঐ'গী বাথল্লা থল্লি : নত্রবদি নশাবু মাঙ-হনজরগা করিগী নিংঙম্মক্কবা পোক্কনি ?"

সূ। নিংঙমদবা পোক্কে। তৌক্লরিবসি অকবমক্কি, মতুদা ঐ করিমতা চিংনবা লৈতে। অদুবু শিবদসু মৈশাদি লাংই। ঐহাক শিবনা করে হায়দুনা ইশাগী খুত্তা ইশানা শিজবনি। অদুবু মতুমক ওইদুনসু শিরমদাই মতমদা নংগী ননাক্তদি কপ্লরোইদ্রা ?

সূর্য্যমুখী কপ্লক্লে। কমলনা মাগী মকোক্তু মাগী মথানুংদা পুশিন্দুনা চেংনা কোনশিল্লে। চিন্দদি বা পুম্বা ঙাংথোক্লদ্রে—অদুবু থম্মোই মথেন্দি বারি অদুমক শারি। থম্মোইনুংদদি কমলমণিনা খঙই, কয়া বারবীনো সূর্য্যমুখী। থম্মোইনুংদা সূর্য্যমুখীনা খঙই, কমলমণিনা মাগী অবাবদা শরুক য়াবিরি।

মবানিমক কপ্লা কাক্কিন্দুনা মমিং তৈথোক্লে। সূর্য্যমুখীনা মতমতুদা মশাগী বা তোঙ্‌না অতৈ বা হৌদোক্লক্লে। সতীশচন্দ্রবু কোকলুদুনা মুনা-চাম্না তৌরে অমসুং মাগা লোইননা বারি শারে। কমলগা মতম কনা শাংনা

সতীশ-শ্রীশচন্দ্রগী মরমদা বারি তৌরে। সতীশচন্দ্রগী মচৈ মশিং তম্বা, লুহোংবা অসিনচিংবগী মরমদা নুংঙাইবা থাজ ম কয়া খম্বরক্রে। অসুম্না থেঙ-নবা অহিং ফাওবা মবানি বারি বাতাই শাবগা সূর্য্যমুখীনা কমলবু নুংশিনা কোনশিল্লে অমসুং সতীশপু মতম্বাক্তা পমথত্তুনা নুংশিনা চুপ্লে। মবানিমকপু বিদায় তৌবা মতমদা সূর্য্যমুখীগী পিক্তু অমুক খামঙমদবা ওইরক্রে। কপ্না কপ্না মহাক্না সতীশপু আশীর্ব্বাদ তৌরকই, "ইবুংঙো! ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নংসু নংগী মাম্মগী মতৌগুম অমাঙ অতা নৈত্রবা গুণনা নৈতেংবা ওইয়ু, মসিদগী হেনবা আশীর্ব্বাদতি ঐ খঙবা নৈতে।"

সূর্য্যমুখীদু মাগী হান্নগী ওইবা তপ্লবা বাঙাংদা বা অতম্মক ঙাংই, অদুবু মাগী খোল্হাক্তু তাবদা কমলমণি থুক লাওবা অমা পোকই। মানা হায়রকই, "ইনম্মা, নংগী বাখল্লা কারি করম্বা অমা নৈরবগে? হায়ুবা?"

সু। কারিমতা নৈতে।

কম। ঐঙোন্দা থুপকনু।

সু। নঙোন্দা থুপকদবা ঐগী কারিগুম্বা বা অমতা নৈতে।

কমলদু মথবাই নুংঙাইনা তুম্ফম কাদা চৎখ্রে। অদুবু সূর্য্যমুখীদি বারোল অমা থুপ্তুনা থনম্মি। মদু কমলনা অয়ুক স্নোওক্রগা খঙলক্রে। অয়ুক্তা সূর্য্যমুখীবু থিবা মাগী তুম্ফম কাদা চংলুবদা সূর্য্যমুখীবু থিবা ফংদ্রে, অদুবু ফিঙ্ম-দবা কমুংতুগী মথক্তা চিঠি অমদি তাহুনা লৈ। চিঠি উবদা কমলমণি মকোক উরু উরু লৈখ্রে—চিঠিদু পাদ্রে—পাদ্রবসু মরোলশুম্বা খঙলে। মহাক্না খঙলে, সূর্য্যমুখী লোম্না চেনখ্রে। চিঠিদু ফাক্তোক্কুনা পানিংদ্রে—মদু লৌরগা মথু-বাক্তা সুরু সুরু লোইহৎলে। মরাইবক্তা থুত্তুম্না শুরহনা ফমুংথক্তা ফমথরে। অদুগা হায়রকই, "ঐসি অঙাওবানি। নত্রবদবু ঙরাং ঐগী কাদা চৎলম-দাইদা খঙফম থোক্রবদুবু ঐনা খঙাখদ্রিবসি কারিগীনো?" সতীশতু মাগী মনাক্তা লেপ্লম্মি। মমানা মরাইবক্তা থুত্তুম্না শুবা অমসুং কপ্পহ উবদা মাসু কপ্পা হৌরক্রে।

---

## কুন্দনিপালশুন্না মতাং

# আশীর্বাদ পত্র

অমোবগী অহানবা শাকুদু তপথরক্রবা মতমদা, কমলমণিনা চিঠি ফাক্তোক্লুনা পারক্লে। চিঠিগী পুথক্তা মাগী মমিং থাই।

চিঠিগীদি অসিনি :—

"ইপুরোইবগী মচিন্দা, ঐসি মাগী লুংঙাইনিঙাই ওইবা মাশক নত্রে, মহাক কুন্দনন্দিনীগী দমক্তা ডাওচংনরগনি নত্রগা মথবাই থারগনি হায়না তাবা লুমিত্তুমক্তদা ঐহাক পুক্নিংদা ইথক্তা ঋাশকচৈ, করিগুম্বা কুন্দনন্দিনীবু অমুক থিবা ফংবা থোক্রবদি, মাগী মথুক্তা ইপুরোইববু শিন্নরগা মাবু লুংঙাইহনগে। কুন্দনন্দিনীদা ইপুরোইবা পিরম্লগা ঐ ইশানা য়ুম থাদোক্লুনা চংখিগে; মরমদি, ঐগী ইপুরোইবদি কুন্দনন্দিনীগী ওইথ্রগনি, মদু ঐ ইমিৎসিনা য়েংঙনা লৈবা ঙম্মোই। হৌজিক্তি কুন্দনন্দিনীবু অমুক হন্না ফংলগনা মঙোন্দা ইপুরোইবা পিরম্লবনি। ঐ ইশাসু য়ুম থাদোক্লুনা চৎলবনি।

"ঙরাং লুহোংবা হেক লোইবগা ঐ অহিংদা য়ুম থাদোক্লুনা অদুমক চৎথ্রগদবনি; অদুবু ইপুরোইবনা লুংঙাইনবগীদমক্তা ঐ ইশানা ইশাবু হাত্তোক চরিবা, অদুম্বা লুংঙাইবদু নোংমা নিনিতং ইমিৎসিদা উনিংবগী ইথো অমা পুক্নিংদা কন্না পোকই। অদুগা নংবুসু অমুক্তং উনরমগে হায়বসি কম্না থল্লি। নংবু লাক্রবা ইথি—মং শোয়দনা লাক্কনি হায়বা থই। হৌজিক ঐগী অনিংবা অনিমক থুংলে। ঐগী থবাইদগী হেল্লবা মাশক্লু লুংঙাইরে হায়বা ইমিৎনা উরে। নংগী নকমদগী বিদায় লৌরবনি। ঐ হৌজিক্তি চংলে।

"নংনা চিঠিসি থেংনবা মতমদা ঐদি য়াম্না থাপ্না চংলগনি। নঙোন্দা তাক্রমদ্রে, মরমদি, তাক্রবদি নংনা ঐবু চংহল্লরোই। হৌজিক এনা নখোয়দা নিজরিবদি, নখোয় ঐবু অমুক থিবা-খোংপা তৌগনু।

"অমুক নংগা উনবা ফংগনি হায়বসি উদ্রে। কুন্দনন্দিনী লৈরিমখৈ দ

ঐ লৈপাকসিদা অমুক লাক্রোই অদুগা ঐবু থিবসু ফংলোই। ঐ হৌজিক্কি লম্বাগী চাক্রিবী ওইরবনি- চাক্লীবাগী ফীজেং পেত্তুনা লৈপাক খুদিং কোয়না চংকনি--নিদ্রুনা থবাং ক্বিংনবা থোংনগনি। ঐবু কনানা শক খঙগনি? ঐহাক লুপা-শংবা পুত্তনা চংকে হায়রবদি চংশসু ময়াই, অদুবু মদু পামদ্রে। ঐগী ইপুরোইববু ঐ থাদোক্তুনা চংলবনি —অংগবু শনা-লুপা পুক্রুনা কৈদৌনরুনি?

"নং ঐগী পবক অমতংদি তৌবিয়ু। ঐগী ইপুরোইবগী খুয়াদা ঐনা মশীং লাকডমদনা থুকমজে তম্বিয়ু। ঐ মঙোন্দা চিঠি ইদুনা থনম্নবা য়াম্না কম্না লাক্রবনি, অদুবু ঙমদ্রে। মিত্তগী পিনা লাইরিক ময়েক উবা ফংদে—চে চোত্তুনা মাঙই। চেদু শেগাইথ্রগা অমুক ইবা লাক্লে—অমুকসু শেগাই—অমুকসু শেগাই অদুবু ঐনা হায়গদবা বাশিংদু চিঠি ওইনা ইদুনা কোংদোকপদি ঙমদ্রে। কোংদোকপা ঙমদ্রে হায়দুনা মঙোন্দা চিঠি ইদ্রবনি। নংনা ফগনি থনবা মাইকৈ য়েংদুনা ঐগী পাওসি মঙোন্দা তম্বিয়ু। মঙোন্দা নিংথিনা মুম্না থঙহনবিয়ু, ঐহাক মাবু শাওদুনা লৈবাক থাদোক্তুনা চংপা নত্তে। ঐ মঙোন্দা শাওবা লৈত্তে; কৈদোম্নুংদসু শাওরক্তে; কৈদোম্নুংদসু শাওরোই। মাবু থনজরগা মুংঙাইজবা মীদুবু শাওকন কল্লি লৈ? মাগী মফমদা ঐগী লেংদ্রবা ভক্তি লৈজবদু, অদুম্মক লেঙদনা লৈজে, লৈবাক্তা লৈবাক্তসিনা তিনথিদ্রিফাওবা লেংদনা লৈরগদবনি। মরমদি, মাগী মশাং লাইদ্রবা গুণ ঐ কৈদোম্নুংদসু কাওবা ঙম্মোই। কনামত্তনা অমুক য়াম্বা গুণ চেন্দে। মী অতোপ্পদা অমুক য়াম্বা গুণ চেন্দে হায়দুনবু ঐ মাগী মনাই লুপী ওইজরিবনি। দোষ অমতংনা মাগী গুণ ময়ামসি কাওথোকখিবা ঙম্রবদি, ঐ মাগী মনাই ওইবদা মতিক চাবী নত্তে। মাগী মফমদগী ঐ পুন্সিসিমগী বিদায় লৌজরবনি। পুন্সিসিমগী ইপুরোইবগী মফমদগী বিদায় লৌবসিমক্তনা ঐসি কম্নামুক থানা পুম্নমক থাদোক্রবী অমা ওইরবীনে হায়বদু খঙগনি।

"নংগী নফমদগী মপোকসিমগী বিদায় লৌরে, ঐনা আশীর্বাদ তৌরি,

নংগী নবুঙো অমসুং নঙা মতম কুইনা পুম্নিবা ওইসনু, নংমু মতম চুপ্পদা মুং-ঙাইবী ওইয়ু। অমুকসু আশীর্ব্বাদ তৌরি, নহাক নংগী নপুরোইবগী মুংশিবা হেক ফংওক্কবা মুমিত্তুদা নহাকী পুন্সি মতোল লোম্বা ওইসনু। ঐঙোন্দদি অসিগুম্বা আশীর্ব্বাদসি কনামতনা পিনবিদে

## কুন্দাপালগুম্বা অতাং
# হু পাম্বী হায়বসি করিনো

ঐখোয়না হৌজিক, মরু হুনবদগী মহৈ য়ানবা অমসুং মহৈদু চাবা কাও-বগী মরমদা নৈনবা লাক্লিবা হু পাম্বীসি, মী পুম্নমক্কী মাঙোন মাঙোন্দা থানরি। রিপুগী থোইনশিন্না মাগী মরানি, থাদোক মতুংইন্না মঙ লৌবুক খুদিংমক্তা ময়োল চোংথংলকই। কনাগুম্বা মী অমতা নৈতে; মাগী মপুক্লিংদা রাগ-দ্বেষ কাম-ক্রোধনচিংবনা লৈবা। অমান নৈরবা মীশিংসু থোদোক্কী তুংইন্না হায়রিবা রিপুশিংসিনা হেক হেক মমচল্লি। অদুদা মী অমগা মী অমগা থেম্নবা হায়ববু, কনাগুম্বনা মপুক্লিংদা ইংথোয়কপা ফত্ত-বাথলশিংদু লাকশিনবা ঙমি অমসুং লাকশিল্লি—মতঙম্বা মীশক্তুনি মহাত্মা কনাগুম্বা অমনা মপুক্লিং কাজিনবা ঙমদে,—মখোয়শিং অতোপদি হু পাম্বীগী মরু হুল্লকই। পুক্লিং কা-জিনবা বাংপনা মাগী ময়োলনি, মতুনা পাম্বীসি চাওখৎহল্লি। পাম্বী অসি মপাঙ্গল য়াম্না নৈ, অমুক্তংবু চাওখৎপ্রবদি মাঙবা অমুক নৈতে অদুগা মশক মতৌসু য়েংবদা অঙকপা ফংনা নিংদি; অরাপ্পদগী মাগী মচু কয়াগী ম-না অমসুং ফুগাইনা শাংলবা মপালশিং অত্তু উবদা পুক্লিং শুমহৎনবগী মশক্লি। অদুবু মাগী মহৈদি হু-ঙাক্লি: চাক্লবতুমা অতুম্মক শি।

লৌবুক থেম্নবনা হু পাম্বীদা মথল মথলগী মহৈ পাল্লি। শকওং-শকওংগী তুংইন্না হু পাম্বীদা অনা-অয়েক্পচিংবা মথল কয়াগী মহৈ য়াল্লি। পুক্লিং কাজিন-বগী মরমদা অহানবদা পুক্লিং কাজিনবা হৈনহনবা, অনিশুবদা পুক্লিং কাজিনবা

ঙম্নবগী পাঙ্গল, অসি চংই। মসিগী মঙ্গংদা পাঙ্গলদি হৈনরকপদগী পোকপনি, হৈনরকপনা তম্বদগী থোকপনি। শাজংস্থু তম্বগী মথক্তা নল্লি। মরম অত্তুনা পুক্নিং ফাজিনবগী মরমদা তম্বনা মরুনি। অত্তবু গুরুগী পাউতাকতবু তম্বা কোবগী বাফম নত্তে; থম্মোইগীদমক্তি অবাবা থাঙবনা মরু ওইবা তম্বনি।

নগেন্দ্রদি অসি গুম্বা মতমসি কৈদোংগৈদসু তমখিদে। ঈশ্বরনা মাবু হুং-ঙাইবা পুম্বগী মপু ওইহন্দুনা পৃথিবীদা থারক্লে। শুমহৎপা শক্তম, মপাল নাইত্রবা লন-থুম, অনা-অয়েক পক্তবা হকচাং, মথল মথেল কয়াগী মহৈ, ফজবা লমচৎ, হুংশিচাঙবী মপুরোইবা নিংবী হুপী; কায়রিবা পুম্নমকসি মী অমগী মরাইবক্তা পঙনা থোক্লে। নগেন্দ্রগীদি পুম্নমকসি তিরবনি। মরু ওইনা নগেন্দ্রদি মশাগী মরমচৎ ফজবনা মতম চুপ্পা হুংঙাইত্তনতা হৈ; মহাক্তি অচুম্বতা ঙাংই অত্তবু রাঙাং-থোনফম হুংশি। মীগী কামনবা তৌই অত্তবু অচুম্বদি থাদে: পিনহৈ অত্তবু চাং নাই; হুংশি চাওই অত্তবু মথোদা মপুক্নিং লেপ্পি। অপোকপা অহল লম্মন হৈরিঙৈদা মথোইনা হায়বতা ইল্লি অমসুং মথোইগী হুংশিফম ওই; মাগী হুপীদা য়ায়া নিংথিনা থোয়দাই; মরূপগী ফনবতা শীল্লি; মনাইদা থৌজাল হৈ: চংজরকপবু ঙাকপি-কনবি; য়েক্নবগা থক থংনদে। মহাক্তি বা তাম্নবদা য়াম্না হৈ শিংই; থবক্তা লৌথুপ লৌকোই নাইদে, বারি শাবদা নোম্লকই: ফাগীদা রাঙাং হৈ। অসুম্বা লমচংকী মনাদি মপুং ফারা হুংঙাইবনি;—নগেন্দ্রদি পিশক পিরিঙৈদগী মসিমক কংলকই। মাগী মরৈবাক্তা ইকাই থুম্নে; অতোপ্পা লমদনা মিংচৎ হৈ; শুনা নিঙবা মীনাইনা থম্লি, প্রজাশিংদগী ভক্তি ফংই, সূর্যমুখীগী মফমদগী লেঙত্রবা, চাংকৌ নাংদ্রবা—মক্তুবা হুংশি মদু ফংই। মহাক্তী মরাইবক্তা অসুক হুংঙাইবসি থোক্নমদ্রবদি, কৈদোংগুংদা মহাক অসুক বাবা মীশক ওই-রম্মোইদবনি।

অবাবা হায়বত্ত ওইত্রবদি অপাম্বা থক পোক্তে। মহাক মহাকী অবাং-পত্ত, মহাক মহাকী অপাম্বা ওইরকই। কুন্দনন্দিনীবু অপাম-মিংয়েংনা

য়েংথ্রিবৈঙ্গী মমাংদদি নগেন্দ্র কৈদৌম্বুংদা অপাম্বগী য়াথল পোক্লমদে, মরমদি, কৈদৌম্বুংদা করিগুম্বা অমা অরাংপা থঙলমদে। মরম অদুনা অপাম্বা থিং-ননবদা চংবা পুক্লিংগী শাজেল অমদি তম্বা হায়বদু মহাক থক তৌথিদে। মসিদগী মহাক মপুক্লিং ফাজিন্নবা ফনা কন্না লাক্লরবসু মাই পাকপা ঙমথি-দ্রিবনি। মপু ফাবা ঙংঙাইবদি অরাবগী মক্লনি। তৌথিবা অরাবা নত্তনা লেঙদ্রবা ঙুংঙাইবা পোক্কে।

নগেন্দ্রগী দোষ ইরৈ লৈতে হায়বগী য়াদি নত্তে। মাগী দোষতি য়াম্না শাথীবনি; মতুগী প্রায়শ্চিতসু য়াম্না শাথীবা মওংদা হৌরক্লে।

## কুন্থ্রাশুবা মতাং

## থিবা

হায়রুবগী কান্নদে, সূর্য্যমুখানা চেনথিবগী য়াসি ইমুংশন্না শন্দোরক্লবা মতমদা, মাবু থিক্লনবা মী থানবা ইরাং লাংনরক্লে। নগেন্দ্রনা মাইকৈ মরিমক্তা মী থারে, শ্রীশচন্দ্র মী থারে, কমলমণি মাইকৈ শীন্না মী থারে। মীনাইশিংনা মকোক ওইবীশিংনা শনাবুল লংখোক্লম্লগা চেন্নরক্লে; হিন্দুস্থানী থোঙশঙ-বশিংনা য়াগী চৈশাং খুংপায়নরদুনা, করাসীগী লশিংফীগী ফুরিং মকক্ লিং-লদুনা, কোক্ কোক্ লাওনা নাগরা খোংজেপকী মথোলগা লোইননা চংলক্লে—খানসামাশিংনা লেংবান্দা গামছা, খ্বাংদা খ্বাংলাক কিরদুনা, য়ুমগী মবেম্মবু হন্না অমুক পূরক্লবা চংনরক্লে। শাগৈ ঙাই থরনা গাড়ী পুরদুনা শোয়োক অচৌবদা চংথ্রে। খুলতগী মীশিংনা লোবুক-লমহাংদা কোইথি থিবা হৌ-রক্লে; করিগুম্বা মফমদনা উথাদা কমিটি ওইনা ফমদুনা হিদাক কান্দুনা থক্লরক্লে। অচৌ-অশাংশিংসু খুলগী বা-তান্নকম শঙদা, শিব মন্দিরগী মাঙোন্দা, হায়কচকচি ঠাকুরগী টৌলদা অময়ুং অতৈ অতোপ্পা মফম কয়াদা ফম্নদুনা থম্বা হৌরক্লে। হন্নবী-মৌনহাশিংনা হিদেন তাকমশিংদু পিক্তকপা

বিচার লোইশঙ ওইহল্লক্লে। অঙাংশিংগী মরক্তা অচৌবা কুপ্পৈ থুমিৎ ওইনা থোক্লে অঙাং অয়াম্বনা পাঠশালা ছুটি থাবগনি হায়না খল্লক্লে।

অহানবদা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্র অমস্যুং কমলদা আশা য়ায়া পিরকই, "মহাক্তি কৈদোম্নুংদা থোঙনা থাপ্পা চৎলক্তি বনি—কয়া থাপ্পা চৎপা ঙমগদগে? পৌবা অমা নত্রগা ক্রোশ তংখাইমুক চৎলগা মক্তম অমদা পোখাহনা ময়াইনা লৈজরমগনি: হৌজিককমক থিন্দনা থেংনরগনি।" অদুবু পুং অনি অহুম হৌপ্রবা কাওবা সূর্য্যমুখীগী মপাও ফংলক্তবদা, নগেন্দ্র মশামক মাবু থিবা পোরক্লে। মতম খরা মুংশা মরক্তা কোইচৎ চৎলুরগা খল্লকই, "ঐনদি থিবনি হায়রুনা চৎলি, অদুবু য়ুমলোমদদি সূর্য্যমুখী থেংনদুনা পুরক্লম্বা য়াই।" অগয়া খল্লদুনা হল্লক্লে। য়ুম য়ৌরক্লগা উরে, সূর্য্যমুখীগী পাও অমতা ফংদে। অমুক মপাল থোকখ্রে। অদুদগী অমুক য়ুমদা হল্লক্লে। অমুয়া থুমিত্তু মা হৌখ্রে।

অওইবমক্তি শ্রীশচন্দ্রনা হায়খিবদু অচুম্বনি। সূর্য্যমুখীদি কৈদোম্নুংদা মথোঙনা য়ুমদগী মপাল চৎথোক্লে। কয়া থাপ্পা চৎপা ঙমগনি? য়ুমদগী ক্রোশ তংখাইমুক থাপ্পদা লৈবা পুখ্রি অমগী মপান্দা হৈনৌবন অমদা হিপ্তু না লৈরম্মি। মফংগী ইমুং তান্না চৎথোক চৎশিন তৌবা খানসামা অমখক্তি কোইথি থিবা অমুম লাকপদা মক্তমত্ত য়ৌরক্লদুনা মাবু উরে। মাবু মশক খঙলদুনা হায়রকই,—'ইবেম্মা, লেংলসি।'

সূর্য্যমুখী করিমতা খুমদে। মহাক্তা অমুক্তা হায়রকই, 'লেংলসি ইবেম্মা! য়ুমদা ময়াম্মক মিপাইনরে!" মদু তাবদা সূর্য্যমুখীনা শাওনা হায়রকই, "নংনা ঐবু হন্দুনা পুনবগী নত্তিক করি লৈ?" খানসামাদু কিরে। অদুমকপু মহাক লেপ্তু না লৈরে। সূর্য্যমুখীনা মঙোন্দা হায়রকই, "নং অমুম্মক লেপ্তু না লৈরবদি, ঐহাক পুখ্রি মফংসিদা চোংথদুনা শিরগনি।"

খানসামাদু করিমতা তৌবা ঙমদ্রদুনা ঙমজবমথৈ য়াংনা চৎখিদুনা নগেন্দ্রদা পাও তাক্লরে। নগেন্দ্রনা দোলাই পুদুনা মশামক মক্তমদুদা লাক্লে।

অদুবু মঙমদুদদি সূর্য্যমুখীবু মফমদদা থেংনদ্রে। মনাক অদুবাইদা কোইথি থিরে, অদুবু করিমতা কাম্রে।

সূর্য্যমুখীদি মফমদুদগী হৌগত্তুনা চৎখ্রগা উমং অমদা চংদুনা ফম্লুরে। মফমদুদা হন্নুবী অমগা থেংনরে। হন্নুবীদু শীং চনবা লাকপনি—অদুবু সূর্য্য-মুখীগী লৈফম তাকপা ওয়বদি মনা ফংগনি হায়দুনা মাসু অদুম্মক থিরম্মি। সূর্য্যমুখীবু উবদা হংলকই. "তারিবরা, নংবু ঐখোইগী বাবুখোইগী ইবেম্মরা?"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "নত্তে ইমা!"

হন্নুবীদুনা হায়রকই, "মানিদা, নং ঐখোইগী বাবুখোইগী ইবেম্মনিদা।"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "নখোইগী বাবুখোইগী ইবেম্মা হায়ববু কনানো?"

হন্নুবীনা হায়রকই, 'বাবুখোইগী ইমুংগী মৌদুনিদনা।"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "ঐগী ইশাসিদা শনাগী লিক-কোলবু করি পক্রি-বগে, ঐবু বাবুখোইগী ইমুংগী মৌনি হায়রিবসিবো?"

হন্নুবীনা খল্লকই. "মদুমসু চুম্মি।"

অদুদগী মহাক শীং খুল্ল-খুল্লদুনা অতোপ্পা উমং য়ৌনা চৎখ্রে।

সুংথিলদু অসুম্না অরেম্বদা হৌখ্রে। অহিংদসু করিগুম্বা কান্নবা অমতা ফংদ্রে। মথংগী সুমিংসু অদুগী মথংগী সুমিংগুম্ মঙ্গল ওইদ্রে—অদুবু থিবগীদি লেপ্পা লৈতে। থিরিবা নিপাশিং অদুদি অয়াম্বনা সূর্য্যমুখীবু মশক থগুদে—মখোইনা লাইরু-চুতংনবা কয়া কয়া নগেন্দ্রগী মমাংদা ফাদুনা পুরক্লে। মমৈ-থংদদি অতো অশাংগী মচা মশু কনামতা মথন-মথন্তা হিদেন তাকম তান্না ইরুজবা চংপফাও অরুবা অমা ওইশিন্নক্লে। মথন্তবু থেংনরবদি নগেন্দ্রগী তলব চাবা হিন্দুস্থানীশিংনা "ইবেম্মা" হায়দুনা মতুং কোইন ইগ্নে অদুগা ইরু-মাই-থজবকা তোকহন্দুনা থুদক্কুদা দোলাই-দালাইরেং পুরক্কুনা হেক্কা থংলৈ। অয়াম্বনা দোলাই তোংবা অমুক্কা ফংনদ্রি, অদুনা তাক্কা চাবদুনা পৈশা তিং-দনা দোলাই তোংনবসু য়াওরে।

শ্রীশচন্দ্রচ অমুক লৈবা ভুমশিল্লক্তরে। কলিকাতাদা চৎখিদ্রনা থিবা হৌরক্লে। কমলমণিনা গোবিন্দপুরদা লৈনা লৈনা থিরক্লে।

---

## কুন্থ্রা পাথোইশুবা মতাং
# নুংঙাইবা পুম্নমক্কী পল্লেপফম লৈ

কুন্দনন্দিনীনা মপোকসিমগী ফংগনি হায়না থাজদ্রবা নুংঙাইবদু হৌজিক্কি ফংলে। মহাক নগেন্দ্রগী নুপী ওইরে। নুহোংবগী নুমিত্তুদা কুন্দনন্দিনীনা খল্লকই, নুংঙাইরিবসিগী পল্লেপফম নাইদে, চাংদম্ফম লৈতে। অদুগী তুংদা সুযামুখী চেনখ্রে। মতমংদা মাগী পুক্নিংদা নিংঙমদবা পোক্লক্রে—মানা খনকই, "সুযামুখীনা ঐবু থারবা মতমদা পনাবিখি—মদুবু নংনা মরূবদি ঐ করি থোক্লমগবা—অদুবু ঙাসিদি মহাক হৌহাকপক্কী দমক্তা বুম থাদোক্কনা চৎখ্রে। ঐ নুংঙাইজরমদরুনা পাংবনা ঙম্বা ফবনি" উবিরেদনা, নুংঙাইবগী পল্লেপফম লৈ।

নুমিদাংবাই নগেন্দ্র ফমুংদা ঙিপ্লি কুন্দনন্দিনীনা লুপমদা ফমলদুনা হুমাই হুগ্নি। মবানিমক তুমিন-ঙ্গাম্নরা লৈ। মাসগী মঙুংসি অঙকপা কৌবা য়াদে; অতৈ কনাসু লৈতে—অদুবু মখোয় অনিমক বান্দাং ঙাংনদে—মপুং ফানা নুংঙাইবা হায়বদু ওইরবদি অস্থুমা তৌরোইদবানি।

অদুবু সুযামুখীনা চেনখিবা নুমিত্তগী তৌনা মখোয়গী মপুং ফানা নুংঙাইবা হায়বদু কদাই? কুন্দনন্দিনীনা তত্তনা খল্লি, "করম তৌরগা হান্নগী অদুগুম্না অমুক লৈগবা?" উসিদি, তাঙ্গাসিদা, কুন্দনন্দিনীনা মচিন কাংথোক্কনা বাহংসি হংলক্রে, "করম তৌরগা হান্নগুম অমুক লৈগদগে?"

নগেন্দ্রনা থোয়শাঙনবগা লোইননা হায়রকই, "হান্নগুম লৈবা হায়বদি? নংবু নুহোংলে হায়দুনা নহাক নিংঙমদবা পোক্লক্রা?"

কুন্দনন্দিনী নুংঙাইতবা পোক্লে। হায়রকই, "নহাক্না ঐবু নুহোংবিদুনা

য়াইকবা অমা ওইহনবিরিবসি - মপোকসিনগী থোকনি হায়বা কৈদোঙ্গুংদা থাজরুদে। ঐনা হায়বদি মদু নত্তে—ঐনা হায়রিবদি, করম তৌরগা সূর্য্যমুখী অমুক হল্লকদগে অসিনি।'

নগেন্দ্রনা হায়রকই, ''হাকমসি নহাক নচিন্দুনা শুকপন পনগনি। নংগী নচিন্দা সূর্য্যমুখীগী মিংসি হেক তাবদা ঐ থোইদোং য়াম্না শাওগংলি। নহাকথক্কী দমক্তা সূর্য্যমুখীনা ঐগী খাদোক্তুনা চংখ্রিবনি।''

মদু কুন্দনন্দিনীসু খঙই—অদুবু নগেন্দ্রগী মচিনমক্তা হাসি হায়দোরকপদুদা কুন্দনন্দিনী মথবাই শোক্না লুংঙাইত্তে। মানা খল্লকই, "নৈরিব্রনে ঐবো? ইরাইবকসি ওখোক্না থিগ্রেদা, অদুবু ঐগীদি ইরাল করিমত্তা নৈত্তে। সূর্য্যমুখী মশামক্তা লুহোংবসি থোক্নবা শীনখ্রিবনি।'' কুন্দও অইত্তে বা মখা অমুক তাথদনা হুমাই হুমদুনা অত্তম্বক নৈরে। কুন্দনন্দিনীনা মতম শাংনা তুমিন্না নৈথিবদু উবদা নগেন্দ্রনা হায়রকই, "বা ঙাংদবদি কৈদোরে? শাওরবরা?''

কুন্দনা হায়রকই,—"শাওদে।"

ন। চুম্না 'শাওদে' হৌমক হায়রগা অমুকন্তু তুমিন্না নৈরবা? নহাক ঐবু লুংশিদ্রা?

কু। লুংশি কৈদোরবগে।

ন। "লুংশি কৈদোরবগে?" মতুদি অঙাং থেন্নবা বাঙাংনি। কুন্দ, ঐনা অসুম খনবদা, নহাক ঐবু কৈদোঙ্গুংদসু লুংশিদমাল্লে নিংই।

কু। মতম চুপ্পদা লুংশি।

নগেন্দ্র খঙলবসু খঙখিদ্রে, মসি সূর্য্যমুখী নত্তে হায়বা। সূর্য্যমুখীনা লুংশিবগুম কুন্দনন্দিনীসু লুংশিদে হায়বগী হাফম নত্তে—অদুবু কুন্দদি বাঙাং হৈত্তে। মহাক্তি নৌরিবানি, কিগল্লিবীনি, বাঙাং-কাইদা হৈতবানি, করি বা মখা অনুক তারক্তানি। অদুবু নগেন্দ্রদি মদু ভাব-তাখিদ্রে, হায়রকই, "ঐবু সূর্য্যমুখীনা মতম চুপ্পদা লুংশি। য়োংগী ভক্তা মুক্তা পন্নেংনা করি লেমজফম নৈ?—য়োংহল্লংনা হেন্না পক্লে।"

তন্দ্যক্তি কুন্দনন্দিনী মিংকো পি পিংবা ঙম্মক্তে। তপ্না হৌগৎলক্তুনা মপাল থোকখ্রে। মহাক্না চৎতুনা কপ্পূলবা কনাগুম্বা মীশক অমত্তা লৈতে। কমলমণিনা হেক লাকপদগী হৌনা কুন্দত্ত মনাক্তা শুকচং তংলুপ্রে—কুন্দনন্দিনীনা তন্দক্তী লুহোংবসিগী মফ ঙাইনা লাল্লিবা মীশক্তি মহাক মশানি খঙ্গত্তুনা ইকাইবদগী মঙোন্দা শক উংলুবা ঙম্মত্রে। অত্তুবু ঙসিগী মথবাই শোকপা বাকমসিদি পুকনেঙ তিম্মরবী তুংশিনবা কমলমণিদা তম্মিংবা অমা পোক্রে। নোংমা লুংশিজবগী কাংকম লৈত্রবা নিঙবা কায়রবা মতমদা, কমলমণিনা মাগী অরাবদা অরাবা ফোংদোকাপত্তুনা মতম্বাক্তা কোনবিরগা, মমিতংগী মপি তৈথোকপিথিবা ত্তুমিত্তু নিংশিংলুত্তুনা, মাগী মনাক তাম্না কপ্পা চংখ্রে। কমলমণিনা কুন্দনন্দিনীবু ঊবদা লুংঙাইতবা পোকই—কুন্দনা মনাক তাম্না চংশিল্লকপত্ত ঊবদা পুমনক ঙক্খ্রে—মাক্না দি থাংজুদে। কুন্দনা মাগী মনাক য়ৌরক্তগা কমত্তনা কপ্লে। কমলমণি দা শুকত্তাং ঙাংদে. চংল্ল হংদে, করি তৌরবগে হায়বা। মতম অত্তুনা কুন্দনন্দিনী মপম্না তুনিন্না লৈরক্খ্রে। মতমত্তদা কমলনা হায়রকই, "ঐগী ইংথো য়াম্না নৈ।" অসি হায়রগা কৌগত্তুনা চংখ্রে।

কুন্দনন্দিনী অঙকে. লুংঙাইবা পুংমতী পন্নেপকম লৈ।

## কুহুমনিথোইশুবা মতাং
## হ-পাস্বাগী মতৈ

( হরদেব ঘোষালগী মফমদা নগেন্দ্র দত্তগী চিঠি )

নংগী চিঠিদা. ঐনা পৃথিবীসিদা তৌরিবা থবক পুম্বগী মধ্যদা, কুন্দনন্দিনীবু লুহোংলুবা অসিনা খ্বাইদগী ফত্তবা অরানবা থবক্তি হায়রকপত্ত, ঐ ইশানা য়াই। ঐ থবকসি তৌরুবদগী সূর্য্যমুখীবু মাঙখ্রবনি। সূর্য্যমুখীবু গুপী ওইনা ফংজবদি য়াম্না য়াম্না লাইবক ফত্রবগী বানি। মা পুম্নমক লৈপাক তৌনৈ,

অদুবু কোহিন্নুরদি মী অমথক্কীগী মরাইবক্তদা থোকই। সূর্য্যমুখীদি কোহিনূরদুনি। কুন্দনন্দিনীগী করি গুণ লৈতনা মাগী মফমদু মেনশিনগদগে?

অদুবু কুন্দনন্দিনীবু মাগী মফমদা থাঙ্গৎলুরিবসিদি করিগীনো? বাথল লানবনি! বাথল লানবনি! হৌজিক্তা জ্ঞান তারক্রে। কুম্ভকর্ণগী তুম্বা কায়থি শিননবগী দমক্তা। ঐগু শিননবগী দমক শুমঙৎ-য়াহিপ্পগী মিকপ থোক্রে। হৌজিক সূর্য্যমুখীবু কদাইদনো থিরগদবা?

ঐহাক করি মরমদগী কুন্দনন্দিনীবু লুহোঙলুরিবনো? ঐহাক মাবু নুংশিরুবনরা? নুংশি অচুম্বনি—মহাক মশুংলাংগী ঙাওচৎনবা ওইগদৌরুরবনি—থরাই ফাঙবা থাগদৌরুরবনি। অদুবু হৌজিক্তি থগুমে, নুংশিবদু চুমা মিত্তুগী ওইরম্লে। নত্রবদি ঙসি লুহোংবা নুমিৎ ঙরামঙানিতা ঙাইরিঙেনা করিগীদমক হায়গনি. "ঐ মাবু নুংশিরুবনরা?" নুংশিরুবা হায়রবদি করিনো? হৌজিকসু নুংশিরি—অদুবু ঐগী সূর্য্যমুখীদি মফম কৈদা চংখ্রে? বা য়াম্না ইগে থনবনি, অদুবু ঙাসদি মথা অমক তাগৎপ য়াম্রে। য়াম্না বারে। কৈতি।

( হরদেব ঘোষালগী পাউথুম )

ঐহাক নংগী নপুক্কিংগী বা থগুমে। কুন্দনন্দিনীবু নুংশিদবগী বাকম নত্তে—হৌজিকসু নুংশিরি; অদুবু মদু মিত্তুগী নুংশিবনি হায়না নংনা হায়রিবদু, অচুম্বা বামক্কি। সূর্য্যমুখীবু নহাক হকথিল্লা নুংশি নোংমা নিনি কুন্দনন্দিনীগী মমিনা মত্তবু অক্ক থুমজিল্লুবনি। হৌজিক সূর্য্যমুখী মাঙখ্রবা মতমদা মদু নং ভাব তারক্লে। থনজিনবিনবা লৈতনা নুমিৎ অসুম থোক্তুনা লৈরিঙৈদদি, মাগী মঙাজনা মৈশা লাংই. নোংবু পাম্লকই। অদুবু নুমিৎনা তাখ্রবা তুংদদি থগুলকই, নুমিত্তনা সংসারগী মিংনি। নুমিৎ য়াওদ্রবদি সংসারসি ইমম মশি।

নহাক নশা নথন্তুগী পুক্কিং থগুজরুদবনা অসুম্বা শাথীনা লাল্লবা থবকসি তৌরুরবনি—মদুগী দমক ঐ অমুক ঙাংবা তৌররোই—মরমদি, নংনা থজ্জরিবা অয়ানবা বাথল মতাঙ্গগী, নশানা নশাবু চুমথোকচনবা হোৎনবা হায়বসি

য়াম্না অরুবা থবক্তি। পুক্নিংগী রাথল কয়াম্ক লৈ, মত্ত পুম্নমক্কু মীনা হুংশিবনি হায়না থই। অত্তবু পুক্নিংগী কীজম পুম্নমক্তা, অতৈগী হুংঙাইনবগী দমক ঐখোইনা লৈজবা পুস্থা থাদোক্কে হায়না ইশানা পামজনা থৌরাংচনবা লৈরবা. অত্ত ওইরবদি, মতুবু থাঙ্গৈশিংবা হুংশিবা কৌই। "ইশানা পামজনা থৌরাংবনি" হায়বদি ধর্ম্মগী রাথলগী মত্রগা পুণ্য পাম্বদগী পোকপত্ত নত্তে। অত্তনা শকতগী অপাম্বা পোকপদি হুংশিবা নত্তে। চাক লাম্নবা মীগী অরাম্বত্ত চাকপু হুংশিবননি হায়না কৌবা য়াদবগুম, কামগী ইথোনা পুক্নিং লাংতক্করকপত্ত শক ফজবাবু হুংশিবননি হায়না লৌবা য়াদে। অত্তুম্বা পুক্নিং লাংতক্করকপত্তবু আর্য্য কবিশিংনা মদন শরজ্ঞ তায়না শক-শোম্নরম্মি। হায়রিবা লোনচংসিগী অবতারনি লৌনরিবা, মহাকা বসন্তগী মতেং কৌদুনা মহাদেবগী ধ্যাণ পুগাইনবা লাক্লবা মাগী থৌজ্জাজদগী কবিগী থোর্জেনা শক্তি লাবশিংনা শক্তি অনোমশিংগী মশাদা থাথু-থেংথুই শোম্নরিবা, শাম্ লাবশিংনা শাম্ অমোমশিংদা পশাল মখোক পুদেক্কুনা পি শক্নরিবা মীশক্তো, অতৈ অমা নত্তে, শকতগী অপাম্বা অসিবুনি। লোনচংসিগী আইবংশম্বা মপানা পিনরকপানি; মসিদগীম্ সংসারদা নিংবা থুংনবা য়াঙই অমম্নং মত্তনা তাইবং পুক্নিং শুমতাংনরি। কালিদাস, বাইরন, জয়দেব মসিগী কবিনি; বিদ্যাসুন্দরনা মসিগী মাইয়োক্নবনি। অত্তবু মসি হুংশিবা নত্তে। হুংশিবদি রাথলদগী মরু হুন্নকপনি। হুংশিকম থোকপা মীত্তগী গুণ পুম্নমক রাথল তৌথরগা লৌশিনবা ভুম্নবা, পয়োম্নাইসি গুণশিংদা শুমতংশিন্নুনা মদোমদা চিংশিনথ্রবা অমত্তুং মত্তুনা লমজিংথ্রবা মতমতুদা গুণ পেল্লিবা মীশক্নুগা তোংনক্তিন্নিনংবা অমম্নং মাথা মকমদা ভক্তিগী রাথল পোক্নকই। মসিগী মইহেদি, পুকচেন তিন্নবা অমম্নং মীমৈশংদা মশাবু কাওথোকচবা অত্তুগ মশাবু কথোকচবা অসিনি। মসিনি থাঙৈশিংবা হুংশিবা হায়বত্ত। সেক্ষপীয়র, বাল্মীকি, শ্রীমদ্ভাগবত লেংবা মখোইশিং অসি মসিগী কবিনি। মসিদি শকতগী পোক্কে। অহানবদা রাথলনা গুণ লৌবা, গুণ লোম্নবা তুংদা পোংনা তিন্ননিংবা, তোংন-তিন্ননিংবগী

শোইদ্রে চৎপা, থিন্দনমক নহাক্কা উনরগনি। নংগা উনরম্মগা অতৈ মকমদা চংকে। ইতি।”

নগেন্দ্রনাথনা ইরকপা যাড়মক, থবক্তসু থোক্লে। অন-থুম লৌ-ইংথোল য়েংশিন-থোংচিনবগী পবক পুম্নমক দেওয়ানগী মথুক্তা থিন্নরম্লগা থিন্দনা যুম থাদোক্লনা লম কোয়বা থোরক্লে। কমলমণিদি হান্ননা কলিকাতাদা চংখ্রে। মরম অদুনা বারিসিদা পল্লিবা মীশিংগী মন্নুংদা কুন্দনন্দিনী মখুমক দত্তথোইগী ইমুংদা লৈখোরে, অদুগা মানাই ওপী হীরানা মাগী সেবা-লাংবা তৌনবা থল্লে।

দত্তথোইগী পাক চাওরবা শঙ্গাইচ মমখ্রে। থাঙ্গে য়াম্না থানবা, মী য়াম্না তিনবা, ইশৈ-নোংমাইনা পুমনমক নিল্লবা নুংগৈ-শঙনা, কুম্ব লোইথ্রবা তুংদা পুম্নম মমখিড়না মীচক্ষ মায়াওগোল তাখিদবগুম, চাওরবা শঙ্গাইসি সূর্য্যমুখীগা নগেন্দ্রগা থাদোর্ননদগী ইচিক চুনখ্রে। অদুদংনা ওজ্জুরবা লৈবাক্কী-শাবা-লাইমচা পুড়না নোংমা শামরম্লগা, লাইথু কায়খিড়না চন্দোকখি, লাইচ লৈবাক্তা তাড়না লৈ, মওগী মথক্তা লৈবাক্তা বুপাপল্লকই, নাপী-শিংবি হোগৎলকই; মতৌ অদুম্না কুন্দনন্দিনী অকায়বা-শাম্নবা লাইউম নগেন্দ্রনা হন্দোকপিরমদুনা মথম্লতা পাক চাওরবা শঙ্গাই মনুংতুদা থৌশাবিনবা লৈতনা তাড়না লৈরে। লাইম্নেনা উমং চাকখংলকপদা উচেক মচাগা কোম্নানা উচেক মহুম চাকখ্রবদা, উচেক মমাঙনা মচিঙাক পুরড়না চক্লকপাদাদ উপাল লৈরমদ্রে, মহুম লৈরমদ্রে, মচা লৈরমদ্রে; মতমতুদা উচেক অমোমদুনা মহুম খিবা থোঞ্জেল থাংনা তেংথারড়না অচাকপা উমংচুগী মথক্তা লৈ-না লৈ না কোয়না পায়রগুম, নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখী খিবা লৈবাক লৈবাক থুদিংদা কোয়না চৎপা হোৌরক্লে। মপাল নাইদ্রবা সমুদ্রগী লেপ-লৌ শুমথ্রবা ইশিংদা মনি মতুম্না লুপথ্রবদা অমুক উবা ফংখিদবগুম, সূর্য্যমুখীসু কংবদা য়ানা থোক্রবী অমা ওইখ্রে।

## কুহ্মাঙ্কদোইপুংলা মতাং

# নুংশি-খুদম মশক ওইনা

লশিং ফৌগী মরক্তা তারবা অচাকপা মৈতালগুম দেবেন্দ্রগী নিংথিজরবা শকফমতুনা হীরাগী থম্মোইন্নুংত্ত মথং মথং অস্থুম্মক চাকথৎলক্লে। থেংথাং কয়া হীরাগী ধর্ম্মবু কিবা অমসুং মীমাংদা ইকাইবগী রাখলত্ত, নুংশি-ইচেলনা তাওথোক্তুনা চেন্থখিনবা লাক্লরক্লে: অতুবু দেবেন্দ্রগী নুংশি-থওদবা মশাগী নুংঙাইবতা-য়েংবা লমচত্তু নিংশিংলুবদা মত্ত অমুক অমুক চেংনা ফাজিন্দুনা থম্লকই। হীরাদি মপুকচেন ফাজিনবদা য়াম্না মরিংজেন থাবীনি, অসুম্বা মরিংজেল অসি লৈবত্তনা মতাকসি ধর্ম্মবু থোইনা শংকি কিদবী অমা ওইরবসু ওসি ফাওবদা সতী ওইবগী ধন্ম হীরাই লাইনা ঙাকপা ঙম্লক্রিবনি। মরিংজেল অসিগী মপাঙ্গনা মতাক দেবেন্দ্রবু হকচিন্না পামশিল্লবদি মীশক চুমদবদা পাম্লু-বনি খঙদুনা হীরাই লাইনা ফাজিন্দুনা থম্বা ওম্বনি। অহোইনত্তম মপুকচেন ফাজিন্নবগী অফবা শাষ্টে ওইনবা হীরানা, অমুক কন্না মীনাইগী থবক তৌরগে হায়না লেপথ্রে। মীগী ইমুংগী থবক-ইংথাংদা চুনিংচুপ্পামা মপুক্রিং চংত্তনা লৈরবদি, মহাক রাথল লম্ফেত্তনা অসুম্বা কাম্নদবা অপাম রাখলগী বৃশ্চিক্কা চিকপওম্বা মৈচাকসি কাওবা ঙমখিগনি। নগেন্দ্রনা কুন্দনন্দিনীবু গোবিন্দ-পুরদী থনম্নগা লৈবাক কোয়বা চংথিবা মতমত্তদা, হীরানা মমাংঙৈজেদগী চংজ-রক্লবা মীশক অমা ওইন, মীনাইগী থবক অমুক তৌজগে হায়না নিজে। কুন্দনা পাম্বত্ত উবদা নগেন্দ্রনা হীরাবু কুন্দনন্দিনীগী সেবা তৌনবা থম্বিয়ম্লে।

হীরানা অমুক কন্না মীনাইগী থবক তৌবসিগী মরম অমথক লৈ। হীরাত্ত মমাং-ঙৈজেদদি শেলগী রাখল্দা, কুন্দবু নগেন্দ্রগী তুংগী অচানবী ওইগদৌরিবনি খন্দুনা, মাগী থুবায়্ংদা চম্নবা কন্না লাক্লরম্মি। মানা থল্লম্মি, নগেন্দ্রগী লন-থুম পুম্বা কুন্দগী মথুক্তা তারগনি, কুন্দগী মথুক্তা তাবা শেন্দুদি হীরাগী ওইগনি, হৌজিক্তি হায়-রিবী কুন্দত্ত নগেন্দ্রগী য়ুমগী মবেম্মা ওইরে। শেল-থুমগী মরমদা কুন্দনা থোইনা

মপু ওইনিংঙুবগী মতৌ তৌরে। অদুগা হৌজিক মহাকস্তু শেলগী মরমদা থোইনা মপুক্কিং চংদ্রে, চংঙুবা থোক্রবস্তু কুন্দদগী লৌবা শেলদি হুপ্পা থল্লক্লে।

হীরানা মাগী কাম্রদ্রবা মুংশি-মৈচাক্তুদি থাজবা ওন্মি, অদুগা কুন্দনন্দিনীগী মকমদা দেবেন্দ্রনা অপাম্বা লোকপত্তদি থাজবা ওমদে। নগেন্দ্র লংকৈ চংলগনি, কুন্দনন্দিনীনা যুথুব্রেনবী ওইদুনা লৈহৌরগনি হায়বা পাওসি হেক তাবদা, হীরাদু হরিদাসী বৈষ্ণবীবু নিংশিংঙুবদা কিবনা থকংখ্রে। হীরানা হরিদাসী বৈষ্ণবীগী হন্দোক হঞ্জিন চংনবা লম্বীনা তিংথং ওইনবগী দমক সন্ত্রী ওইদুনা লৈরক্লে।

হীরাদু কুন্দনন্দিনীগী য়াইফনবগী দমক অস্নুম্বা বাথলসি তৌরুবা নত্তে। হীরাদি কল্লকপদগী কুন্দবু অস্নুকী মতিক মরম্নাই ওইনা শাওখ্রে মদুদি, মাগী য়াইফনবা বাথল তৌরুবদি লাপ্নবু থমখো. কুন্দনা মরু ফংনা মাজবা উবগা মপুক্কিং পেন্না হয়াওগদৌরিবনি। অদুবু কুন্দগা দেবেন্দ্রগা উনখিগদ্রা হায়বগী মিহৌদুনা কিবদগী হীরানা নগেন্দ্রগী মুপীবু চেকশিন্না ভাক-শেন্দুনা থম্বনি।

মীনাই মুপী হীরাদু কুন্দগী মথোইদো শাওগংনবগী মরু অমা ওইরক্লে। কুন্দনা উরে, হীরানা মাবু চেকশিন্না লুনা থম্বা অমদি মঙোন্দা মুংশি খোনফমতা শিজিন্নবদু অমুক তৌখিদ্রে। মানা উরক্লে, হীরাদি মীনাই মুপী ওইরগা মাবু খো-ধা শাদবা অমা তত্তনা তৌদ্রে অমসুং মাবু চৈ থাংদুনা ইকাইবা পিরে। কুন্দদি মপুকচেল য়ায়া ইংবা মুপীনি; হীরাগী অমচত্তুনা মঙোন্দা য়াম্না মুংঙাইতবা অমা ওইনা থোক্লবস্তু কৈদৌঙুংদা বা মচেৎ অমত্তা ঙাংঙুদে। কুন্দদি নোল্লুকপীনি, হীরানা ভক হাইগংপীনি। মরম অদুনা কুন্দনা মবুঙোগী মুপী ওইরবস্তু মনাই মুপীগী মফমদা মীনাইগুম লৈখ্রে, হীরানা মীনাই ওইরবস্তু মবুঙোগী মুপীগী মবেম্মা ওইখ্রে। ইমুংদুদা লৈরিবী ময়াম্না করি করিগুম্বা মতমদা কুন্দনা বাবদু উবদা হীরাবু চৈরকই, অদুবু য়াঙাং হৈবী হীরাগা চিন্দা পাওদানবদি থক ওম্মদে। দেওয়ানজীনা পাওসি তাররুদুনা হীরাদা হায়রকই, "নং চংখ্রো। নংবু থবক তোকহল্লবনি।" মসি তাবদা হীরানা

শাওবনা মমাই মমিং-ভাংশং-ভাংনা দেওয়ানজীদা হায়রকই, "নংনা ঐবু তাম্বোকপা নত্তিকলা ? ঐবুদি নবুঙোনা লাপ্লম্বনি। যুম্বুগী বা তাদনা ঐ চৎলোই। ঐবু তাম্বোক্লবা নংগী নত্তিক লৈবা অত্তক, ঐস্থু নংবু তাম্বোক্লবা ইত্তিক লৈ।" মসি তাবদা দেওয়ানজীডু চোপ্পা নংলগনি কিডুনা বা মথা অমুক তাদ্রে। হীরাডু নমড়না অডুংয়ক লৈরে। সূর্যামুখী তত্তনা কনাগুম্বা অমতনা হীরাবু লাক্পা ঙম্বা লৈতে।

নোংমা নগেন্দ্রনা লংকৈ চংখ্রবা তুংদা, হীরা মথন্তা মন্নুংগী দোলালগা তাইনবা লৈকোলগী উরি-থাংপোকশঙদা হিপ্তুনা লৈ। নগেন্দ্র অমস্থং সূর্যামুখীনা পাদোক্লবা তুংদগীদি উরিগী-থাংপোকশঙ পুম্বা হীরাগী মথুত্তা লৈরে। মতমডু য়াচংবা মতম লানশিনখ্রে; আতিয়াদা পুর্ণিমা থাজ থোক্লকিং থোক্লাকিং তোরে। লৈকোলগী তনান-তনানবা উনাশিংদা মাগী মঙাল পরেং তারক্রে। উরি হারি মরক্তগী লিংথোরক্তুনা থাজ মঙালনা অঙৌবা সুংগুম ইঙ্গি শিংজবা লৈমাইথক্তা তারক্রে অমস্থং মমাংডুদা লৈরিবা পুখ্রিগী সুমিদাংবাই নামিবনা ইপোম লাংহল্লবা নূরবা লাইজথক্তা জগোই শারক্রে। লৈকোল লৈরাংশিংগী সুংশিররবা লৈনম্না আতিয়া ময়াই কাহল্লক্রে। তাম্লাসিদা হীরানা থংহোৎনা উরিগী থাংপোকনুংডুদা নিপাগী শক্তম অমা উরক্রে। মানা মুন্না য়েংলকপদা থগুক্লে, নিপাডু দেবেন্দ্রনি। ঙসিদি দেবেন্দ্রডু অরোনবা কৌজেং শেংশক্তে, মশাগী কায়দবা শকফমদা লাক্লে।

হীরানা ঙক্লড়না হায়রকই, 'মসি নংগী কা য়াম্না হেনজিনবা থবক্নি। কনাগুম্বনা উথিবা থোক্লবদি শোইদনা নথবাই মাঙগনি।'

দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "হীরানা লৈবা মফমদবু ঐনা করিগী কিদোয়রিবনো ?" অসি হায়রড়ুনা দেবেন্দ্রডু হীরাগী মনাক্তা ফমথরে। হীরা পোকপগী মহৈ য়াঙ্গরে। ঙকাক লৈরগা হায়রকই, "করিগী মফমসিদা লেংলক্লিবনো ? খন্দুনা লাকপিরিবা মীশক্তুদি উবস্থ ফংবিরোই।"

"ফংলে উবা। নংবুনি ঐনা খন্দুনা লাক্লিবদি।"

হীরানা কারাখা চিরোন-হৈবত্রগী লৌনম রাঙাংদা শুমহৎপা তৌদনা নোক্লকই অমসুং হায়রকই, "ঐগী ইরাইবকসি থম্বাল শাংলবোইরে, মত্র ঐ খঙউত্রেদনা। ফরে পুম্নমকসি ঐগী ইরাইবক ফবনা ওইরবদি, কনাগুম্বা অমত্তা মিৎয়েং চংফম লৈতনা নংবু য়েংজত্রনা পুক্রিংসি পেনজগদবা, মফম অদু তাম্না পুজরগে। মফমসিদদি ফত্তবা পোক্লিংঙাই য়াম্না লৈ।"

দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "কদাইদা চংকদবা ?"

হীরানা হায়রকই, "অকি-অথং লৈত্তবা মফমদা। নংগী নিকুঞ্জবন অদু তাম্না।"

দে। নং ঐগী দমক করিমত্তা কিবা তৌরুনু।

হী। নংগী দমক্তা কিফম লৈত্রবসু, ঐগী দমক্তি কিফম থোকই। ঐনা নংগী মনাক্তা লৈবসি কনাগুম্বনা উপ্রবদি ঐ করি ওইগনি ?

দেবেন্দ্রনা চিংনরত্রনা হায়রকই, "অদুদি চংসি। অদুবু নখোইগী য়ুমগী মবেম্মা অনৌবীগা অমুক্তং বারি শারম্মগা চংলবদি কমদোই ?"

হীরানা বাসি তাবদা দেবেন্দ্র তন্না খোয়শাওনবা-মৈরিনা-থল্লবা মিৎয়েং অমা য়েংলকপঙ, দেবেন্দ্রদি মল্লি মল্লিবা মরক্তদা নিংথিনা ?বা ফংত্রে। হীরানা হায়রকই,—"মাবু কররম্না উনবা ফংগদগে ?"

দেবেন্দ্রনা নোম্লপা হায়রকই, "নংনদু থৌজানবিরবদি পুম্নমক থোকপা ঙাক্কনি।"

হীরানা হায়রকই, "অদুদি নহাক মফমসিদা চেকশিন্না ফমত্রনা লৈবিরম্মু, ঐহাক মাবু কৌরুখিগে।"

অসি হায়রত্রনা হীরা উরিগী থাংপোকত্রদগী মপাল থোকত্রে। থরা লাপ্লপ লাক্লগা উ অমগী মরুমদা ফমথরে, মতমত্রদা মাগী মখনাও ফুনগৎলুরবা মিংকী পিত্র অতং অথম লৈত্তনা চেৎলরক্লে। অদুদগী হৌগত্তুনা ইমুং তাম্না চংলক্লে, অদুবু কুন্দনন্দিনীগী মনাক্তদি চংত্রে। মপাল্লোমদা থোকখিত্রনা থোঙশঙবশিংদদা হায়ররে, "নখোই থুনা লাও, লৈকোলগুংদা হুরানবা চংলক্লে।"

মত্ত তাবদা দোষে, চোবে, পাঁড়ে অমস্থং তেওয়ারি মথোই পুম্নমক অম্নিংবা ঘাগী চৈশাং পাম্নরতুনা মহুংগী দোলাল ফাওতুনা লৈকোল তম্না চেল্লক্লে। দেবেন্দ্রনা থাম্লিভৈদগী মথোইগী নাগরা খোংউপকী মথোল তাম্ন-তুনা, থাম্লিভৈদগী মুশিন গ্নশিন মুবা মকোইশিংত্ত উম্নক্রতুনা, উম্নিগী থাংপোক্তু-দগী চোংথোকপ্রগা তিংখত্তনা চেনখ্রে। তেওয়ারি খোইদু থম্না থাপ্পা কাওবা মতুংদা তাম্নরক্লে। মখোইনা দেবেন্দ্রবু ফাবা ম্নাম্নবা ফাওবদা ফাত্রে। অতুবু দেবেন্দ্রত্ত মনা থরদং কংদনদি লেম্না তোকখিত্রে। অম্নিংবা ঘাগী চৈশাংগী মহাও মহাক ফংখিত্রা ফংখিদত্রা হায়বত্তদি ঐখোই অরেপ্পা থত্তত্রে, অতুবু খোঙশঙবশিংতুনা "শ্বশুরা" "শালা" হায়বনচিংবা চাম্ন-মিঙ্গৌ কম্নানা হুং-শিনা কৌখি হায়বদি ঐখোই তাম্ন. অতুগা মাগী মনাইনা লোংমা মাগী প্রসাদী ব্রাণ্ডি ফংলুতনা নোংঙাল্লগা মাগী মতু অতোনবীদা বারিদি শাখি. "ডসি বাবুবু থাও নোইবা মতমদা, মনমগন্দুদা কম্ন কারবা শাংলবা চৈকম-গুম্বা অমা উই।"

দেবেন্দ্রনা ময়ুম য়োরগা ক্তিরম অনিশক্তা মপ্যাক্রিংতু চপ য়ুংনা লেপ্লে। অহানবদা, হীরা লৈম্নিবমথে মহাক অশ্নক দওগী ইমুংদা চংলরোই। অনি-শুবনা, হীরাবু মসিগী মতিক চাবা মহৈ ফংহনগনি। মমৈথংদা মহাক্তা হীরাবু শাথীরবা মহৈ ফংহনখি। হীরা, মরালনা মচেং, দণ্ডিনা মপুং ফংখ্রে। হীরাত্ত অসুক্কী মতিক শাথীরবা দণ্ড ফংখ্রে. মত্ত উবদা মমৈথংদা দেবেন্দ্রগী হুং-গুম্বা থম্মোই ফাওবা পেংখি। মত্ত শুগাইনা তম্বা য়াবা ব্রাকম নত্তে, তুংদা শম্লপ হায়গে।

কুঞ্জ[illegible]

## লম্বেল মপান্দা

নোংজা থানি। যাম্না খুদোং চাদবা মতমনি। হুমিৎচুপ্পা নোংচুপনবা লৈ। অমুক্তকাও হুমিং মশক উদে। আতিয়া নোংনা পুমকুপ-কুপ্পি। কাশী চংনবা লমজাংগ-শোবোক্কী মুংথক্তু, হাইকেং হাইকেং নাপ্লে। লম্বীদা মী ইচং চত্তে— চোংনা চোংনা কনানা লম্বীদা চংকদগে? লংকৈ চংপা অমথক্তুং লম্বীত্রদা চংলি। লংকৈ চংপত্ত ব্রহ্মচারীগী মীচোম্মি। গেরুয়া শংবা কী শেংজী—ওক্কা শুগিক পরেং—লাইবক্তা চন্দন—জটাগী মওংদি করিস্থ য়াওদে, মশম তৌনিক তৌগ্রক তৌল্লি—থরা অমদি চোরে। মথুং অমদা য়েম্পাক, অতোপ্পা অমদনা পিথাইগী কোল—ব্রহ্মচারীত্র চোংনা চোংনা চংলি। মুংথিনফাও মল্লবা মতমনি অত্তদা অমুক লম্বেলদা হুমিং তাখ্রে— খুদক্তা পৃথিবী পুম্বা শাথীনা লৈক্লা সমখ্রে - লংকৈ চংপত্ত কদাইনা লম্বেলনো, কদাইনা লম্বেল নওবনো করিমত্তা খঙদে মথিত্রে—অত্তমক মহাক চংপদি অত্তম্বক লেপত্রি—মনমদি, মগী শক্তি সংসার থাদোক্লবা ব্রহ্মচারীনি। সংসার থাদোকবা মাদদি, অমম্বা, অজ্ঞানবা, শক্তবা লম্বী, অফবা লম্বী পুম্নমক চপ মান্নে।

অকিং ফনা থেংঙ্গিনবে। মালেমসি কালিংক মুখ্রে—আতিয়াগী মায়দা অমুবা ফীকম থুমখ্রে। ইপাঙ্গশিংগী কোক্তোন পরেংত্ত হেনা শুকচিন্না মল্লবা চবুন ওইনত্তম উরে। টাংশান ময়ামত্ত লৈতবা মথমতদা লম্বেল পরেং হাইকেত্তং উবগুম তৌরি। নোং মরিক মরিক তারি। অমুক অমুক নোংথাং কুপ্লক্লি— মশাজ অত্তদগী অমম্বনত্তম হেম্না কৈ। অমম্বদা হাইকেত্তং কুপ্পা নোংথাং মঙালনা লৈশেমসি অকিবা শক্তম ওইহনবা অত্রক, অমম্বনা ওইহনদে।

"অম্মো—হমা।"

অমম্বদা চংনা চংনা ব্রহ্মচারীত্র থংজোদনা লম্বেলত্রদা হায়রিবা থোনফম অসিগা ইরোয়নবা মুংশাম্বরমপী কানবা অমা তারক্লে। থোক্লেলত্ত

অঙকপা মওংনি—অড়মকপু মীওইবগী খোঙ্খোক ওইরমাল্লে হায়নদি কম্না খল্লি। খোঙ্জেলহু য়াম্না তপ্পি, অদুবু য়াম্না অৱাবা ফোংদোকপা ওইনা তৌই। ব্রহ্মচারীহু লম্বেল ময়াইদা থংলেপ লেপ্লে। নোংথাং অমুক্তং কুপ্লকপা ভাই-হুনা লৈরে। য়াম্না তোয়না তোয়না নোংথাং কুপ্লি। নোংথাং কুপ্লকপদা লংকৈ চংপহুনা ইরে, লম্বেল মপান্দা করিনো অমা তাহুনা লৈ। মসিবু মীরা? লংকৈ চংপহুনা খল্লকই। অদুবু নোংথাং অমুক্তংদগা কুপ্লকপা ভাইহুনা লৈরে। মথংগী নোংথাংহুদা তশেংনা খঙলে, মীনি। মতমহুদা লংকৈ চং-পহুনা কৌরহুনা হায়রকই, "লম্বেলদা ভুহুনা লৈরিবা নহাকপু কনানো?"

কনামতা খুম্মকপা তৌদ্রে। অমুক্কা হংলকই—হন্দক্তি মরোল লৌফম খঙদ্রবা অৱাবা পোঙ্জেল অমা, হায়কেত্তং মনাকোংদা তাবা ফংলক্কে। অদু-দদি ব্রহ্মচারীহু য়েম্পাক্কা পিথ্ ইগী কোলহুগা লৈবাক্তা থম্লহুনা, মক্কম অদু মপা লাক্লহুনা মথুংনা মা-মাহুনা থিরক্লে। থিন্দনমক থোংলবা মীগী মশা অমা মথুংনা থেংনরে। "কনানো নহাকপু?" মকোক্তা মথুংনা নাম্লবদা শমজী থেংনরে। "এঃ দুর্গা! মসিদি কুন্দনিনা!"

মতম অদুদা ব্রহ্মচারীহু অমুক খুম্মকপা ভাইবা তৌদনা শিরুম নারুম তৌ-রবী অমদি জ্ঞান মাংলবী কুন্দনিবু মথুং অনিনা মথাদা কোনথংলে। য়েম্পাক্কা কোলগহু লম্বীদা অদুম্মক লৈহৌরে। ব্রহ্মচারীহু শোয়োক থাদোক্লগা মন্নবা লৌবুক্তু লাম্থোক্লুনা থুঙং তম্না চংলক্লে। ব্রহ্মচারীহুদি লৈবাকসিগী লম্বী লমহাং, থুঙং য়াম্না নিংথিনা খঙই। মশাহু পংফ ফবা নত্তে, অদুবু অভাংমচা অমগুম শিনিংচিত্তা লৈরবী অদুবু মথাদা কোল্লগা খুদোং থিরবা লম্বীহু লাম্থো-রক্লে। মীগী ফননবতা তোবা, অতোপ্পবু নুংশিবনা পল্লবা মীশিংহুদি কৈদৌ-নুংদা মশাগী মপাঙ্গল বাংলি হায়বসি খঙবা লৈতে।

থুলগী চিদাইদা ব্রহ্মচারীহু ঊনাগী খাংপোক অমা থেংনরে। জ্ঞান য়াওদ্রবী কুন্দনিবু মথাদা কোম্লহুনা খাংপোক্কী থোঙজিন্দা লেপ্লরে। অদুগা

কৌরকই, "কনা লৈ? ওর লৈবরা?" থাংপোক মনুংদগী নুপী অমথক্না হায়রকই, "ঠাকুরগী মথোঙনিনা তাবিবসে! ঠাকুর কৈদৌঙৈ লেংঙকপগে?"

ব্রহ্মচারী। হৌজিক্তা লাক্লিবসিনি। থুনা থোঙ হাংদোকউ—ঐহাক শাথীনা অবাবা অমা তারে।

হরমণিনা থাংপোক্কী থোঙচু হাংদোরক্রে। মতমথুদা ব্রহ্মচারীনা মাবু থাওমৈ অমুক্তা চুথংলকউ হায়রগা তপ্না তপ্না নুপীদুবু ইমুংগী লৈমাইথক্তা হিপথহল্লে। হরনা থাওমৈ চুথংলক্রে, মত্রু পায়রগা রাস্তরিবী অদুগী মমাই মপাদা পুশিল্লক্ল্লনা মথোই অনিমক য়াম্না কুপ্না য়েংলরে।

মথোইনা উরে, নুপীদু চহি পংয়াম য়াগী নত্তে। অদুবু হৌজিক ওইরিবা মশাগী কাওমসিদদি, মাগী চহি লেপ্পা ওমদ্রে। মাগী মশাদু ওংথোক্না কংলে— শাথীরবা লায়না অমা পক্লবা ওইনা তৌই। মতম ফরিঙৈদদি মাগী মশক্তু ফজরবস্থ য়াই, অদুবু হৌজিক্তি ফজবা হায়বদু মচেৎ অমতা পক্তে। অচোৎপা ফীজোন্দু য়াম্না মোংলল, অমস্তুং নফম কয়া থোক্না ইশে-শেগাইরে। ইফা ফারবা চোংলবা মশমংদু নাস্তুবিদবনা চথোই-থোইজিনখ্রে। মমিত্তু য়োনা কুংখ্রে, হৌজিক্তি উইশিল্লি। সরুদি হোল্লি, অদুবু জ্ঞানদি তাদ্রে। শিরমদাই তাঙ্গা ওইরক্লমাল্লে থাল্লি।

হরমণিনা হংলকই, "কদাইদা থেংনবিকরিবনো?"

ব্রহ্মচারীনা মরোল পুম্বা শুগাইনা-তম্লগা হায়রকই, "মহাকসি শিরমদাই য়োরমাল্লে নিংই। অদুবু ফীবুন অশাবনা অমুক্তং নিংথিনা হিগা য়ৈবিরবদি হিংলকপস্থ ময়াই। ঐনা হায়রিবসি তৌদুনা অমুক্তং য়েংউ।"

অদুদগী হরমণিনা ব্রহ্মচারীগী য়াথং মতুং ইন্না নুপীদু অচোৎপা ফীদুগী মহুত্তা মাগী অকংবা ফী অমা য়াম্না হৈশিংনা হোংদোকপিরে। অকংবা ফীনা মাগী মশাগী অমস্তুং মশমগী ইশিংপুম্বা তৈথোক থোত্তোকপিরে। অদুদগী মৈ হৌগৎতুনা অশাবা ফীবুম্না হিগা য়ৈবিরে। ব্রহ্মচারীনা হায়রকই, "মসি মতম

কুইনা চাব-থকপা ফংলক্‌্‌মাল্লে। শঙোম লৈরবদি, থজিক থজিক্তং পিথক্লবা অদুক হোৎনদুনা য়েংউ।"

হরমণিগী বণ লৈ—ময়ুমদা শঙোমসু থম্মি। শঙোমদু শাহল্লগা থজিক থজিক শুইনা সুপীদুবু পিথকপা হোৎল্লে। সুপীদু থল্লক্লে। পুক্লংদা অশাবদু চংখিবদা, মহাক মমিং পাঙথোক্লক্লে। মদু উবদা হরমণিনা হংলকই, "ইমা, নংবু কদাইদগী লাক্লিবনো?"

জ্ঞান তারক্লবী সুপীদুনা হায়রকই,—"ঐনা লৈরিবসি কদাইদনো?"

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই, "নংবু লম্বেলদা থাম্মদুনা লৈরবা থেংনবদগী মকমসিদা পুরকপনি। নং কদাইদা চৎকদৌরিবনো?"

সুপীদুনা হায়রকই, "য়াম্না থাপ্পা।"

হরমণি। নংগী নথুক্তা থুজি শিরি। নংবু নপুরোইবা লৈবিরা?

মখা ভমদ্রিবী অদু পিশুম শুকখ্রকই। মদু উবদা হরমণি হুংঙাইতবা পোক্লে।

ব্রহ্মচারীনা হংলকই, "ইবেম্মা, নংবু করি হায়না কৌদগে? নমিং করি কৌই?"

চংজফম লৈত্রবীদু ভহাক চঙক মাইঙক্লবগা হায়রকই, "ঐগী ইমিং সূর্য্য-মুখী কৌই।"

## কুহ্‌রামঙাশুবা মতাং
# আশাগী লম্বীদা

সূর্য্যমুখী হিংবগী আশা বাৎলি। ব্রহ্মচারীনা মাগী অনাবদুগী মওং খঙবা ভমদ্রদুনা নোংঙাল্লগা অথুক্তা থুলদুগী মাইববু কৌরম্লে।

রামকৃষ্ণ রায়দি য়াম্না হৈবা মীনি। মাইবগী লমদা অচৌবা পণ্ডিতনি। লাইয়েংবদা থুলতদা মাগী মমিং চৎলি। মহাক্না অনাবদুগী মওং য়েংলগা

হায়রকই, 'মঙাক্তৌসি লোক থুবা লায়নানি। মতুংগী মথক্তা লাইহৌসু য়াওই। অনাবসি ফনা শাথীবে। অতুবু হিংবসু ময়াই।"

হায়রিবা বা পুম্নমকসি সুর্যমুখী খঙজনা ঙাংনবনি। মাইবনা হিদাক-লাংথক লাঙলে-পাইখে লৈজরবীনি হায়বতু খঙতনা অকোমনগী ময়মদা রামকৃষ্ণ রায় বা ঙাংদ্রে। রামকৃষ্ণ রায়দি পৈশাদা লাখচুবা মী নত্তে। মাই-বনা চংশ্রবা তুংদা, ব্রহ্মচারীনা ভরমণিবু থবক অমগী থাগ্রগা অকুবা বা থরা ঙাংননবগী দমক সুর্যমুখীগী মনাক্তা চংতনা ফম্লে। সুর্যমুখীনা হায়রকই, "ঠাকুর! নংনা ঐগীদমক অমুক য়াম্না হাংনবিরিবসি করিগীনো? ঐগী দমক য়াবিবগী কায়বা লৈতে।"

ব্রহ্ম। ঐগী য়াব হায়বদু করিনো? মসি ঐগী ইথৌনি। ঐগীদি কনাসু লৈতে। এ ব্রহ্মচারীনি। অতোপপগী ফননবা তৌবনা ঐগী ধর্মনি। ভসি ঐ নংগী থবকসি তৌরবসু, অতোপ্পা নংগুম্বা অমগী থবক্তি শোয়দনা মতৌ-রগদবনি।

সুর্য। অদুদি ঐনু খাদোকপিরগা নহাক অতৈ অতোপ্পা কনাগুম্বা অমগী য়াইফনবা তৌবিরু। নহাক অতৈগীদি য়াইফনবা তৌবিবা য়াই—ঐগী য়াইফনবদি তৌবিবা ঙম্লোই।

ব্রহ্ম। কারিগীনো?

সুর্য। হিংবগী ঐ কান্নফম লৈত্রে। শিবতনা ঐগী য়াইফবনি। ভয়াং অহং লম্বাদা তাড়না লৈবা মতমতুদা—ঐ কন্না আশা তৌরম্মি শোকদনা শিরগনি। করিগী দমক্তা নংনা ঐবু কনাবারবনো?

ব্রহ্ম। নহাক কয়ামুক য়ারবনো হায়বতুদি ঐ খঙদে—অদুবু থনা শা-থীনা য়াবমক ওইরবসু, ইশা ইথক্তা শিজবা হায়বসিদি মহাপাপনি! কৈদো-ঙংদা লশা নথক্তা শিজনবা থৌরাংগনু। ইশানা শিজবা হায়বসি অতৈ অমা হাংলুবগী পাপকা মান্নে।

সুর্য। ঐ ইশা ইথক্তা শিজনবা থৌরাং তৌরুদে। ঐগী অরোইবা

মতম মশানা অত্তুম্বক লাকচবনি—অত্তুনা অপাম্বা ওইক্লবনি। অত্তুবু শিরবা ফাওবদা ঐগী নুংঙাইফম লৈতে।

"শিরবা ফাওবদা নুংঙাইফম লৈতে" হায়রবা ৱাহৈসি হায়দোরকপদা সূর্য্যমুখীগী মখোনাওত্রু ফুনগৎলকই। মমিত্তা পি শিন্থরকই।

ব্রহ্মচারীনা হায়রকই, "শিবগী ৱা হেক ঙাংনরকপদা, নং তত্তনা নমিত্তগী নপি হেক হেক তাবা উই, অতগা নপুক্কিংদা শিনিংবদি পোকই। ইমা, ঐসি নংগী নচাগা অমহানি। ঐবু নচামক্তি থনবিত্রুনা নপুক্কিংগী ৱাত্রু তশেংনা অমুক্তা তাকপিয়ু। করিগুম্বা নংগী অৱাবত্রু কোকহন্নবা পাম্মে লৈরবদি, ঐহাক হোৎনজগে। ৱা অসি হায়গে হায়বগী দমক্তা, হরমণিবু থাদোকপ্রগা, অচিক-পদা নংগী ননাক্তা চংঙক্তুনা ফম্লরিবনি। ৱাঙাং শাঙাংদগী থঙলে, নহাক করিগুম্বা মীথোই-মীহেনবা অচৌ-অশাং ইমুংগী মচা মমৌ ওইরমগনি। নহাক্কী থাঙঙমদ্রবা নথবাই শোকপা অমা লৈরে হায়বসু থঙলে। মত্রু ঐঙোন্দা হায়দোকপদা করি অকায়বা লৈবগে? ঐবু নংনা হেক পোকপা নচামক্তি থনবিত্রুনা হায়দোকউ।"

সূর্য্যমুখীনা মমিত্তা পিগী ইন্না চেল্লত্রুনা হায়রকই, "হৌজিক্তি শিরমদাই য়ৌরক্লবনি—করিগী দমক্তা হৌজিকপু ইকাইকম লৈখিগদগে? ঐগী থবাই নুংঙাইতবসিদি অতৈ করিমতগী নত্তে—শিরমদাইগী মতমসিদা ইপুয়োইবগী মশক উবা ফংদ্রেদকো হায়বা অসিমতনি ঐনা নুংঙাইত্রিবা। শিবতনা ঐগী নুংঙাইবা ওইরবনি—অত্তুবু মাবু উবা ফংদনা শিথিবা থোক্লবদি, শিরবদসু অৱাবা ওইরগনি। মতম অসিদা অমুক্কং মাবু উজবা ফংলবদি, শিথবগী নুংঙাইবা হায়বত্রু ওইগনি।"

ব্রহ্মচারীত্রুসু মপি তৈথোরক্লে। হায়রকই, "নংগী নপুয়োইবনা লৈরিবদি কদাইদনো? হৌজিক্তি নংবু মাগী মনাক তান্না পুননবা উপায়দি লৈত্রে। অত্তুবু মঙোন্দা পাও থঙহনপ্রগা, মহাক মসিদা লাকপিগদবা লৈরবদি, ঐহাক চিঠি পিত্রুনা পাও তাকথিগে।"

সূর্য্যমুখীগী অনাবনা-মকহল্লবা মাইথোংদা মকালাম্বা অমা ফাওরক্লে। অদুদগী অমুক নিঙবা কায়রদুনা হায়রকই, "মহাক লাকপিনিংলবদি লাক-পিবা য়াই, অদুবু লাকপিগদ্রা লাকপিরোইদ্রা মদুদি খঙদ্রে। ঐহাক মাগী মকমদা শাথীরবা ইন্নাল লঙজরবীনি—অদুদা মহাক্তি ঐগী ইকমদা থোজাল-বিবগী মপাল নাইদে—ঙাকপিবসু য়ায়াই। অদুবু মাগী লৈফমদি য়াম্না থাপ্পি ; ঐহাকপু মতমতু ফাওবা হিংখিগদ্রা ?"

ব্রহ্ম। কয়া য়াম্না থাপ্পদনো ?

সূর্য্য। হরিপুর জেলাদনি।

ব্রহ্ম। হিংখিনি।

অসি হায়রদুনা ব্রহ্মচারীনা চে-মুক পুরক্লুনা লাক্লে অমসুং সূর্য্যমুখীনা হায়বা মতুংইন্না মখাগী অসুম্না চিঠি ইরে :—

"ঐহাক মহাশয়গা শক খঙনবা মী অমা নত্তে। ঐহাক ব্রাহ্মণ্নি—ব্রহ্মচার্য্য আশ্রম চংলি। নহাকনা কনানো, মদুসু ঐহাক খঙদে। ঐনা খঙবা হায়বমক্তবু, শ্রীমতী সূর্য্যমুখী দাসী হায়বীসি নংগী গৃহিণীনি। মহাক মধুপুর খুল অসিদা শোরনিংঙাই ওইবা লাইনা অমনা য়াইহিপ্পুনা হরমণি বৈষ্ণবীগী য়ুমদা লৈরে। মহাকপু লাইয়েংবদি লাক্লি—অদুবু হিংবগী ফাঙমদি নত্তে। পাও অসি তাক্লনবা চিঠি অসি নঙোন্দা থাজখিবনি ; মহাক্না নিংজরিবদি, শিরমদাইদা নহাক্না নশক্লু অমুক্তং উজরগা মথয়াই লানজখিবা অসিনি। মহাক্না য়য়াল ঙাকপিবা ঙম্লবদি, অমুক্তং মকমসিদা লাকপিয়ু। ঐ মহাকপু ইমা হায়না কৌই। মচা অমা ওইনা মাগী য়াথং তুংইন্না চিঠিসি ইজখিবনি। মহাক মশানা চিঠি ইবা ঙম্বগী শক্তি লৈতে।

"লাকপিগে হায়না নিংলবদি, রাণীগঞ্জগী লম্বীরোমদা লাকপিয়ু। রাণী-গঞ্জদা থিবিরিগা শ্রীমান মাধবচন্দ্র গোস্বামীগা উনবিয়ু। মঙোন্দা ঐগী ইমিংসি হায়বিরবদি, মহাক্না লোইননবা মী থারক্কনি। মতম তৌরবদি মধুপুরপু অমুক কোইহং হংদুনা থিবিবা তৌরবোই।

"লাকপিগদবা লৈরবদি থিন্দনমক লাকপিয়, করিগুম্বা থেংথবিরবদি নিংবা থুংবিরোয়রোই। ইতি শিবপ্রসাদ শর্ম্মা।"

চিঠিসি ইরগা ব্রহ্মচারীনা হংলকই, "কনাগী মিংদা পুথক থাগদগে ?"

সুর্য্যমুখীনা হায়রকই, "হরমণি লাক্লগা হায়গে।"

হরমণি লাক্লগা নগেন্দ্রনাথ দত্তগী মিং পুথক্তা ইরদুনা ব্রহ্মচারীনা অনকপা ডাকঘর অমদা থাদবা চৎখ্রে।

ব্রহ্মচারীনা চিঠি পুরদুনা ডাক্তা থাদবা চৎখ্রিঙৈদা সুর্য্যমুখীনা মমিত্তা পিগী ইরা চেল্লদুনা মথুৎ লোয়না মমাই নোংথক্তা ওন্দুনা তাইবং মপুগী মফমদা থরাই হকচাং য়াওনা নিজরকই, "হে তাইবং মপু! নহাক থাজৈশেংনমক লৈরবা, ঐ অসিনা ইপুরোইবদা ভক্তি লৈজবা অমা ওইরবা, অদু ওইরবদি চিঠি অসি মহৈ য়ানবা ওইরসনু। ঐহাক ঐগী পুন্সিদা ইপুরোইবগী মখোঙ থম্বাল নত্তনা অতৈ অমা থঙজদে—মসিনা করিগুম্বা পুণ্য ফংকম লৈরবদি, ঐ পুণ্যদুনা স্বর্গ কাবা পামজদে। ঐনা পামজবা হায়রমক্তবু, শিরমদাইদা ইপুরোইবগী মাইথোং উনা উনা শিজখিবা অসিনি।"

অদুবু চিঠিদু নগেন্দ্রগী মখুত্তদি য়োদ্রে। চিঠিদুনা গোবিন্দপুরদা থুংলবগী য়াম্না মাংজোননা নগেন্দ্রদি দেশ কোয়বা চৎখ্রবনি। ডাকপিয়ন্না চিঠিদু য়ুমদুগী দেওয়ানগী মখুত্তা পিরম্লে।

দেওয়ানগী মফমদা নগেন্দ্রনা য়াথং তৌরম্মি মদুদি, ঐ হেক হেক থুংবা মফম খুদিংমক্তগী চিঠি ইরক্কনি। ঐগী য়াথং ফংবগা মফমদুদা ঐগী মিংদা লাকপা চিঠিপুম্বা থারকউ। মসিগী মমাংদা নগেন্দ্রনা পাটনাদগী চিঠি ইরকখি মদুদি, "ঐ হি তোংদুনা কাশী তাম্না চৎলে। কাশী য়োরগা চিঠি ইরক্কনি। ঐগী চিঠি ফংলবা মতমদা মফমদুদা ঐগী চিঠিশিং থারকউ।" দেওয়ানদু হায়রিবা পাওসি ভাইদুনা ব্রহ্মচারীগী চিঠিদু উপু মচুংদা হাপ-চিন্দুনা থমখ্রে।

মতম চানা নগেন্দ্র কাশীধাম য়োরে। হেক য়োবগা দেওয়ান্দা পাও

পিরক্রে। মতমদুদা দেওয়ান্না অকৈ অতোপ্পা চিঠিশিংগা লোইননা শিবপ্রসাদ ব্রহ্মচারীগী চিঠিদসু থারক্রে। নগেন্দ্রনা চিঠিদ কংবগা মথমাই শোক-খিদুনা খুংশা ময়ান্না মরাইবক্তু চেংনা ফাজিন্দুনা পাম্বরগা খানা হায়-রকই, "হে ঈশ্বর! মিকুপমুক্তং ঐবু জ্ঞান মাঙহনবিগনু।" ঈশ্বরনা হায়জবদু তাখিরে; মিকুপমুক নগেন্দ্রগী জ্ঞান মাঙক্রে; মাগী থৌশিল্লিবা মীতুবু কৌরগা য়াথং তৌরকই, "ঙসি অহিংসিমক ঐ য়াণীগমদা চংকনি—অরৈবমথৈ তিংশবসু তিংনা নং মহুগী দমক শীল্লু।"

থৌশিনবা নিপাদু থৌরাং তৌবা চংখ্রে। অদুদগীদি নগেন্দ্রদু নৈমাইথক্তা উঙ্কুল মরক্তা তুথখিদুনা জ্ঞান মাঙখ্রে।

অহিং অদুদা নগেন্দ্র কাশী থাদোরক্রে। তাইবং শুমহৎপী বারানসি! করম্বা মুংঙাইবা মীওইনা অসুম্বা শরৎকী অহিংদা মমিং পেন্না নংবু তুংওইননা থনমতুনা চংখিবা ঙমগদগে? অহিংদু থা থোক্তে; নোংথক্তা থবানমিচাক লিশিং লিশিংনা ঙাল্লি—গঙ্গাগী ইয়াইদা চিথক্তা লেপ্লগা য়েংনিংবা মাইকৈদা য়েংউ—মাইকৈ অদোমগী আতিয়াদসু থবানম্চাক—লোইনাইদ্রবা মঙাললনা লোই-নাইদ্রবা মতমদগী ঙাল্লক্রি—লেপনাইদনা ঙাল্লি পোথাবা লৈতে। নোংথাদসু অনিশুবা আতিয়া।—অশংবা কৌজোন শেংপশুম লেঙদ্রবা অশংবগী ইথক মপৈ থাগোন্নবী। মহুগী তোৰ্বান্দা, সিড়িদা, অমসুং মপাল নাইদ্রবা চিং পরেংশুম্নবা দোলালদা মৈঙাল লিশিং লিশিং। দোলালগী তুংদা দোলাল, মহুগী তুংদসু দোলাল,—অসুম্না মৈঙাল পরেংনা লৈতেংলবা অয়েপ অথম লৈত্রবা দোলাল পরেং। অদুগা অমুক পুম্নমকসিগী মমি লুরবা তুরেলগী লাইজনুংঙদা তারি—আতিয়া, নগর, তুরেল—ঙম্নমক অঙকপা মঙালগী তুঙনকম ওইরি। মসি উবদা নগেন্দ্র মিঙগী পি তৈথোক্লকই। পৃথিবীগী ফজবা পুম্নমক ঙসি মঙোন্দদি থাংঙমদবা ওইরে। নগেন্দ্রনা খল্লই, শিবপ্রসাদকী চিঠিদু মতম য়াম্না কান্নরবা তুংদা য়ৌরকপনি,—হৌজিক সূর্য্য-মুখীদি কদাইদা?

## কুন্থ্রাক্তক্ককশুবা মতাং

# হীরাগী হু পাম্বী পোম্শাংনরকপা

পাড়েংগী কাংবুনা অরিংবা বাগী চৈশাং পায়রক্লনা দেবেন্দ্রবু তানখিবা হুমিক্তদা, হীরাগী মপুক্লিংদা য়াম্না নোক্লিংবা পোক্লম্মি। অতুবু মঙুগী মতুংদদি মহাক হুংশা খীবা কন্না পোক্লক্রে। হীরানা মথন্তমক খঙ্গয়কই, "ঐহাক মাবু ইকাইবা পিখিবসি অকবা থবক নত্রে। মহাক মপুক্লিংদা ঐবু য়াম্না বারৌরম্বা তাই। ঐহাক্তি মাগী থম্মোইহুংদা চংজকমসু ফংদ্রবনি; হৌজিক ঐগী নিংবা পুম্বা কায়রে।"

দেবেন্দ্রসু মশাগী হৈনজবা লোনম শাজংনা হীরাবু দত্তি পিনবগী মরমদা মপুক্লিং থুংনবা খোঙকাপ চাওশিল্লক্রে। মালতী থাক্লনা হীরাবু কৌহল্লুরে। হীরাগ নোংমা নিনি চিংননা লৈরুবগা মমৈথংদদি লাক্রে। দেবেন্দ্রনা অশাওবা করিমতা উক্তে—থোকখিবা থৌদোক্তগী মরমদা বা মচেং অমা ফাওবা কাংথোক্তে। পুম্নমকসি পুমতোক তোক্লগা মাগা হুংঙাইরবা বারি শাবা হৌরক্রে। মিরাংনা হম্বিং ফানবা লাং থাকপগুম, দেবেন্দ্রনা হীরা ফানবা লাং থাক্লক্রে। মিহৌচাওবী হীরা-হম্বিং ইরাই লাইনা লাংড্রদা থুরে। মহাক দেবেন্দ্রগী হুংশি-বাঙাংনা শুমহৎখ্রে অমসুং ওইদ-বাঙাংনা লোনমখ্রে। মহাক্না থল্লকই, মসিনি হুংশিবা হায়বহ। দেবেন্দ্রনা মাগী হুংশিজবা মীশক্তি। হীরাদি হৈ-শিংবীনি, অতুবু মকমসিদদি মাগী লৌশিংতু কায়কম ইরৈ লৈখিদ্রে। থাইনগী কবিশিংনা, শক্তিতবু মপুকচেন ফাওয়বা, অশিব চংঙমদ্রবা মীশকশিংগী লাইনিং পরৈ থুগাইবা ওম্মি হায়না শীংথানরিব, অতম্বা শক্তিগী পাঙ্গলনা হীরাগী মবুক্কিচ মাঙহনখ্রে।

দেবেন্দ্রনা বা পুম্নমকসি হুন্দোক্তনা, তানপুরা পায়থংলে অমসুং য়ুগী নেশানা ইথিন পিক্লনা ইশৈ শকপা হৌরক্রে। মতমক্লদা চাংদম্নিংঙাই লৈতনা মখোল হুংশিরবা, হৈ-শিংজবা দেবেন্দ্রনা, তাবদা খোইথুম্নবা ইশৈ পরেং অমা

শঙ্কৎলক্লে, মদু তাবদা হীরা পুমণুম শুমহৎখ্রে। মহাক্না মপুক্কিংদু ইরাং লাংখ্রে, মথৱাইদু দেবেন্দ্রগী কুংশি মৈশাদা শোদোকখ্রে। মতমদুদা মাগী মমিত্তা দেবেন্দ্রবু সংসার পুম্বগী ফজবদগী ফজবা, লন পুম্বদগী অথোইবা, পুক্নিং শুমহৎক্নম ওইরবা, পুন্নমক্তগী লুনা থনকম থোক্লবা অমনি হায়না উখ্রে। হীরাগী মমিত্তা কুংশি ইহোৌগী পিরাং শিন্থরক্লে।

দেবেন্দ্রনা তানপুরা খল্লদুনা, কুংশিনা-চায়া, মহাক মশাগী কীজিনা হীরাগী মমিত্তগী পিদু তৈথোকপিরে। হীরাগী মশাপুম্বা হরাও-তুজুংবা-পোকখ্রে। অদুদগী দেবেন্দ্রনা য়ুগী নেশা হাইফেৎ কাহল্লগা, অসুক্না মতিক তাবদা মুংওনবা হরাও তন্নামগী বাহৈ-বাত্তা শিজিন্নরক্লে, কন্নিগুম্বদনা অসুক্না মতিক, কুংশি-ইখৌ-লাংলবা-মীওইগুম কুংশি-মুংওনগী প্রেমান পান্থগা কোন্নবা বাঙাং ঙাংথৎলক্লে মতুদি, জ্ঞান তাত্রবী, বাঙাং শাঙংদা হৈ-শিংবা ন্নাৎলবী হীরানা খল্লক্লে, মসিনি স্বর্গগী মুংঙাইবা হায়বদু। হীরাদি কৈদৌ-কুংদা অসুম্বা বাঙাংসি তাখিত্রি। হীরাদু মপুক শেংবী অমা ওইরন্নবা অমসুং মাগী মবুদ্ধিদু অফবা সঙ্গ তৌদুনা তরু-তরুহনবী অমা ওইরন্নবা, অদু ওইরবদি মহাক থনগদবনি, মসিনি নরক। অদুদগী কুংশিবগী বাকম নৈনরক্লে—কুংশিবা হায়বদু কদাইবু কৌই,·· দেবেন্দ্রদি মদু কৈদৌকুংদা কন্নিমতা থঙলুম্বা লৈতে—হীরানদুম হেন্না থঙই— অদুবু দেবেন্দ্রদি মদুগী মন্নমদা থাইনগী কবি-শিংগী বাহৈশিং পুথোক্লুনা হন্নিন হন্নিন ঙাংবদা ওন্থোক্লা য়ায়া হৈ শিংখ্রবা মীশক্নি। দেবেন্দ্রগী মচিন্দা কুংশিবগী চাংদমনিংঙাই লৈত্রবা মগুণ পরেং তাবদা হীরাচ দেবেন্দ্রবু লাইগী পুকচেন চেল্লবা মীশক ওইনা খল্লক্লে— মহাক কোক্তগী তোনকাওবা কুংশি ইপাক্তা লুপ্লবী অমা ওইখ্রে। অদুদগী অমুকহন্না দেবেন্দ্রনা অহানবা-বসন্তগী-খোঙহোদা খোঙদারকপা খোইমুগী খোন্থাংদা ইশৈ ঙংবা হৌগৎলক্লে। হীরাচ কাওমত্রবা কুংশি-ইরাংদা তাওখিদুনা খোন্থাং অদুগা, মশাগী মুক্তা ওইবগী থুন্নবা খোন্থাংদুগা ইন্নোয়নহল্লক্লে। মদুদা দেবেন্দ্রনা হীরাদা ইশৈ অমতং শকুবা হায়জন্নকই। মদু তাবদা হীরানা

মুংশি বাথল থন্না, য়ুগী নেশানা মচু লোক্লবা থম্বাল মিত্তাহ্ লাঙ্গুরণ তৌরগনা, অয়েকপা মানবা পিগুম অনিতগী নিংখি শাথেক্লা মমাই মাইপোগত মকা লামহন্দুনা মুংশিরবা খোম্বাংদা ইদৈ শকপা হৌগংলক্লে। মথরাই হরাওবা মরমদগী মখোঙ্গেলহ্ বাংনা শক্লক্লে। হীরানা শকপা ইদৈহ্—মুংশি-মুংগুন-গীনি—মুংশি-ফিগাও শাবগী বাহৈতনা থল্লি।

অহ্নদগী পাপকী শঙমুংতদা ফল্লগনা পাপকী থম্মোই চেল্লবা মখোই অনিত, পাপকী বাথলনা খুগুম চনখিগনা মুংশাংনরবা পাপকী শঙুম তুঙ্গোই-নবা মুংশি বাশক অমগা অমগা শক্লরে। হীরাদি মপুক্লিং ফাজিনবা মঙথনি, অতবু মদোম্দা মাগী অপাম্বা পোক্লুদবদগী, ইরাই লাইনা মৈরানবীগুম মৈরিদা চোংশিনখ্রে। দেবেন্দ্র হায়রবসি মুংশি-থঙদবা মীশক্লি হায়রগনা মপুকচেন ফানবা ফনা লাক্লরম্মি, মত্তমু হাইফেত্তংদনি; অতবু মানা বাথন্দু চেল্লিমখৈদি মায়-পাকপা ঙম্লম্মি। দেবেন্দ্রবু মপানুংদা ফংতনা নোক্ল-নোক্ল মুংশি চিল্লোক্লরবমু, তরাই তরাইনা মাবু তাম্বোকখিবা থম্লম্মি। অগুগা অমুকতু নৈগী নৈকাদা চংবা তানগুম্বা থম্মোই চাকংনবা অপাম্ বাথলবু চুম্না মীগী মথমদা থবক শুগনা লেনবতনা নেমথকনবা ঙমখি। অতবু মহাক্লা দেবেন্দ্রবু মুংশিবা য়াবা মীশক্লি হায়রনা হেক থঙ্গিল্লুবদগীদি, মহাক মপুক্লিং ফাজিনবদা মরিংজেল ফুদোকপা ঙমদ্রে। অসুম্না মরিংজেল মাঙখিবদগী হ-পাম্বীদা মাগী চাকম থোকপা মহৈ পানদ্রে।

মীনা হায়দৈ, হন্দকী মপোক্তদি পাপকী চৈয়াক ফংদে। মত অচুম্ববু ওইরবসু অরানববু ওইরবসু—মপুকচেন ফাজিনবদা মরিংজেল নৈতবা মাতদি হন্দকী মপোক্লা হ পাম্বীগী মহৈ চাবা ফংদে হায়রবসি, নহাক উবা ফংলোই।

---

[illegible] মতাং

## সুর্য্যমুখীগী পাও

নোংজুপা হৌখ্রে। শরৎ য়োরক্লে। শরৎস্থ হৌখিদোরে। লৌবুক্কী ইশিং কংখ্রে। ফৌপুম্বা শানথৎলক্লে। পুখ্রিগী থম্বাল লোইশল্লক্রে। অয়ুক্কা উনাদগী লিক্লা কেপ্লে। য়াচংবা মতমদা লৌবুক লৌবুক খুদিংদা মৈথুঙ্গম উরে। অসুম্বা মতমদা মেরা থাগী লোংদা অয়ুক অমা মনুপুরগী শোরোকথক্কা দোলাই অমা লাক্লে। খুঙ্গংদা দোলাই উবদা মকমগী অচাং-শিং শাম্বা তোক্লুনা দোলাই মনাক্তা পুল্লপ ওইনা লেপ্লে। খুলগী নিংথৌ মৌ হন্নবী পুম্নমক ইশিং চফু থাংদা পুরগনা থরা থাল্লপ লেপ্লে—থাংগী চফু থাংদা অহন্মক লৈরে—চত্তরনা দোলাই য়েংলুনা লৈরে। মীশিংনা মাইখুম মচুংদগী মমিং হঙ্গোরদুনা য়েংনবা লৌরক্লে—অত্তে অত্তে কুপাশিংনা মমিং লাওনা পাড়থোক্লুনা য়েংনরক্লে। লৌমাশিংনা মেরা থাদা লো থাওনরি—ফৌ হন্দোক্লুনা, থুক্তা থাপোল কৌনা কোকয়েং য়েংলদুনা মম্না কানা দোলাই য়েংলুনা লৈরে। খুলগী মাংতোংশমদোংবা মীশিংনা খুদক্তা থুনদিন্নরক্লে। *দোলাই মচুংদগী খোংজেল বুট তোংবা খোং নামথক য়ন্দো-রকই। মম্নামক থম্মে, সাহেব লাকপনি—অঙাংশিংনা শোইদ্রবাদা লৈরে, মৌ লাকপনি।

দোলাই মচুংদগী নগেন্দ্র থোরক্লে। খুদক্তা মী মঙা তক্লুকথক্লা মচোলনা সেলাম তৌরে—মরমদি মহাক খোংগ্রাও শোংলি, মকোক্তা টুপী উপ্লি। কনাগুম্বনা খল্লি, দারোগানি. কনাগুম্বনা খল্লি, সিপাইগী মকোক সাহেবনি।

য়েংলিবা মম্নামগী মরক্তগী অহল ওইরবা নিপা অমবু কৌরগা নগেন্দ্রনা শিবপ্রসাদ ব্রহ্মচারীগী মরমদা বাহংলে। হংলুরিবা অহলতুনা মপুক্লিংদা কম্না থাইজ, হৌজিকমক মীহাৎ মীপুনগী বাথোক অমগী কুপ্পা থিজিলরগনি—মরম অদুনা অমুখা পাওথুম পিবাদা অকনবা ওইরোই। মহাক্না

হায়রকই "ঐজ্ঞা, ননাই ঐদি অঙাংনি, অদুক য়াম্না পংথগু থগজদে।" নগেন্দ্রনা ফীরে, কনাগুম্বা অমান তাবা মীশক অমগা উনদ্রবদি থবক পাঙ-লবোই। থুন্দুনা অদুম অচৌ অশাংগী মীশু কনা য়াম্না লৈ। নগেন্দ্রনা অদুদগী মচিন তোঙবা মী অমগী মযুমদা চংলে। যুমদুগী য়ুমদি রামকৃষ্ণ রায় কবিরাজনি। রায় এ রায়না বাবু অমা লাক্লি হায়বগু উরদুনা, য়াম্না তরাম তরাম তৌনা চৌকি অমা পাড়না নগেন্দ্রবু ফমহল্লে। নগেন্দ্রনা ব্রহ্মচারীগী মপাঙ্গু মথোংপা হংলে। রামকৃষ্ণরায়না হায়রকই, "ব্রহ্মচারী ঠাকুরদি হৌজিক মফমাসিদা লৈতে।" মসি তাবদা নগেন্দ্র মথবাই ওয়োকপা হংডাইরে। হংলকই, "মহাক মফম কদাইদা চংখিবনো?"

থুমখকই, "মকু তাকমদে। কদাইদা চংপনো হায়বা ঐখোই খঙদে। মকু চুইনা মহাক্কি মফম অমদদা লেপ্পদনা থক লৈতে; মতম চুপ্পদা মফম কয়াদা কোইনা চত্তুনা লৈ।"

নগেন্দ্র। কৈদোইদগী লাকলগে হায়বসি কনানা খঙলম্গদগে?

রামকৃষ্ণ। ঐ ঈশাগীদমক মাগা উনগদবা থবক অমা লৈ। অদুনা ঐ কোইনা হংখ্রবনি। অদুগা কনাগম্বনা মহাক কৈদোইদগী লাকদগে হায়বসি হায়বা ঙমদে।

নগেন্দ্র মথবাই য়াম্না লুংঙাইরে। অমুক্কা হংজকই, "কয়া কুইরবগে মহাক মফমসিদগী চংখিবা?"

রামকৃষ্ণ। মহাক ইস্রেল থাদা মফমসিদা লাক্লম্মি। থবাল থাদা চংখিবনি।

নগেন্দ্র। অদোমদি, থুলাসিদা হরমণি বৈষ্ণবীগী মযুম ঐঙোন্দা কনাগুম্বনা তাকপিবা ঙমগদ্রা?

রামকৃষ্ণ। হরমণিগী যুমদি শোরোক মপানমক্তদা লৈরম্বনি। হৌজিক্তি যুমদু লৈত্রে। মেনা চাকখ্রে।

নগেন্দ্রত্র মখুৎনা মরাইবক শোড়না লৈত্রে। মখোল য়াম্না শোম্বনা ঢংলকই, "হরমণিদি কদাইদা লৈ ?"

রামকৃষ্ণ। মচস্থু কনামত্তা থত্তনদে। মাগী ময়ুম মৈ চাকখিবা অহিং-চুদগী মহাক অচুম্বক চেনখ্রে। কনা কনাগুম্বনা, মহাক মশানা ময়ুমচ মৈ থাদোকচরম্ব'ন হায়বক য়াওই।

নগেন্দ্রনা ভনিক ভনিকপা খোঙ্গাংদা হায়রকই, 'মাগী ময়ুমদা অতোপ্পা মুপী অমকাদি লৈবরা ?"

রামকৃষ্ণ রায়না হায়রকই, "থোইনা লৈতে, ইচেল থাদগী লমলানবা মুপী অমথক মশা শাথীনা ভমদনা লাক্ননা মাগী ময়ুমদা লৈরম্মি। মহাক্ক ব্রহ্মচারীনা কদাইদগীনো পুরকনা মাগী ময়ুমদা থনম্বনি। ঐনা তাবৰ, মুপীতগী মমিং সূর্য্যমুখী কৌই হায়। শপীচ লোচ কংখুনা নাবনি, ঐনা মাবু লাইরেংবনি। মনা য়াম্না নিংথিনা ফগংলবনি অচুবু লাল্লাচুদা—"

নগেন্দ্রনা থুংশারব ফুইনা চেহ্চনা ঢংলকই, "ভাল্লাচদা কৈদোরবা ?"

রামকৃষ্ণনা হায়রকই "ভাল্লাচদা হরমণিখৰীগী ময়ুম মৈ চাকপদা মুপীচম্থু অচুম্বক য়াংল্রে।"

নগেন্দ্র চৌকিথক্তগী ওয়খ্রে। মকোক্তা শাথীন শোরে। চৈনাথোলচনা বাম্বখ্রে। কাবরাজনা মাবু লাইকনবা হৌরক্রে।

কনানো হিংনিংলিবা ? সংসারসি চুগী মশক্কি। চু পাম্বীদি পুয়মক্তী মাঙ্গোলদা অচুম্বক হৌরি। কনানো চুংশিনিংলিবা ?

## কুহ্‌নিপালশুবা মতাং

# কাইনথংদা পুন্নমক লোইরবা !

কাইনথংদা পুন্নমক লোইরবা ! য়াচংবা মতমদা নগেন্দ্র দত্তনা মধুপুরদগী দোলাই তোংথংলকপা মতমদা, মা অসি মপুক্কিংদা মথন্তা শোঞ্জরকই, “কাইনথংদা ঐগী লৈজবা পুম্বা লোইরবা !”

করি লোইথ্রে ? মুংঙাইবরা ? মতুদি সূর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোক্তনা চংথিবা মুমিত্তুদা অতুম্মক লোইখ্রবনি। অতুদি হৌজিক লোইরিবদি করিনো ? আশানি। মীওইবগী আশা লৈরিমখৈদি, অরোইবা হায়রম্মক লৈতে, আশাবু লৈত্রবদি পুন্নমক লোইরে।

নগেন্দ্রগী ওসিদি পুন্নমক লোইরে। মরম অদুনা মহাক গোবিন্দপুরদা চংলে। গোবিন্দপুরগী য়ুমদা লৈরুনবা চংপা নত্তে; য়ুম পানবা হায়বা ধর্ম্মতুদগী পুক্নি অসিমগী বিদায় লৌরুনবনি। মতুদি য়ামগ্রবা থবক্নি। লৌ-ইংখোল লন-থুম পুম্বা য়েঙ্হোক য়েন্‌শিন তৌগদৌরিবনি। জমীদারগী চাওরবা লৌ-ইংখোল, অহল লম্মনগী হাক্তুগী লৈরকপা য়ুম অমম্নুং অতৈ অতৈ মহাক মশানা। তানশিনবা পুথোক পুশিন তৌবা য়াদবা লনমথৈ মচম্না পোকপা মমাক সতীশচন্দ্রদা দানপত্র ইদুনা পিরমগনি—মতুগী ইবা-খোংপা পুন্নমক উকীলগী ময়ুমদা নত্রবদি য়ারোই। পুথোক পুশিন য়াবা মথৈনা কমলমণিদা পিথোক্রমগনি—পুন্নমক্ত তাশিন-খোমজিল্লগা কলিকাতাদা মাগী ময়ুম তাম্না থাগদবনি। লল থরতমক্ত মাগী মথুত্তা থমগনি—মহাক্না হিংলিবা চহি থরদংদু, মদুনা মশাগী থরচপুম্বা পুনবা হোংনগনি। কুন্দনন্দিনীবু কমলমণিগী মনাক্তা থারগনি। লৌ-ইংখোলগী লাকথোক-লাকশিনগী চেমুংপুম্বা শ্রীশচন্দ্রদা থত্তহনবা তাই। অদুগা সূর্য্যমুখীনা হিপ্লম্বা কমুংদুদা হিপ্লগা অমুক্তং কপ্নগনি। সূর্য্যমুখীগী লিক-কোল পুম্বা পুরক্কনি। মখোইদু কমলমণিদা পিরোই—মহাক মশাগা কোননগনি। হেক চংপা মকম থুদিংমক্তা

ইচংথৌবনি। অসিগুম্বসিবু সংসারদা করি অমুক লৈরিবগে ? ঐগী মিৎয়েংদা মঙাঙনি, তাবদা ইথৈনি, স্বর কোনবদা চুংশিংথনি, শোকপদা অগংনি। ঐগী হৌজিকা চুংঙাইবনি, হৌখিবগী নিংশিংফম্নি, তুংগী আশানি, হয়েংমুকী মপোক্কী পুণ্যনি। ওক্সি ঐদি, করম্না রত্ন মশক খঙগনি ?

অদুদগী খংনিং নিংশিংলক্লে, মহাক্কি চুংঙাইনা দোলাই তোংলদুনা চৎলি ; সূর্য্যমুখীদি মখোঙনা চত্নুনা অনাবা ওইখিবনি। খুদক্কুমক্তদা নগেন্দ্র দোলাইদগী কুমথদুনা মখোঙনা চৎলক্লে। দোলাইরেংশিংনা মী য়াওত্রবা দোলাইত্র মতুং ইন্নদুনা পুরক্লে। মথংগী অয়ুক্তা থেংনবা কৈথেন্দুদা দোলাই থাদোক্লুনা দোলাইরেংশিং অদুবু চৎহনখ্রে। যাৎলিবা লম্বোলদু মখোঙনা অদুম্মক চৎলক্লে।

মতমতদা মানা খল্লকই, "পুন্সিসিমা সূর্য্যমুখীবু হাৎখিবগী প্রায়শ্চিত্ত তৌবদা লেল্লগনি। করি প্রায়শ্চিত্তনো ? সূর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোক্লুনা কংখিত্রবা চুংঙাইবা পুম্নমক্ত—ঐস্ন কংলরোই থাদোক্লগনি। চুংঙাই য়াইফবা, লন-থুম, মীনাই নুপী-নিপা, মরুপ মপাং, কনামতগা মরী অমুক খল্লরোই। সূর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোকখিবা নুমিত্তগী কংখিবা অরাবা পুম্নমক্ত—ঐস্ন কংনবা হোৎনরগনি। গোবিন্দপুরদগী খোঙশানবা নুমিত্তগী হৌনা, ঐহাক খোঙতনা চৎকনি, হাওত্রবা চিঞ্চাক্তমক চাগনি, তৃষ্ণমনা ঈখাদা নত্রগা উনাগী থাংপোক্তা ওইগনি। অদুগা অতৈ করি প্রায়শ্চিত্ত তৌখিনি ? মরাইবক খীরবী চংজক্ম লৈত্রবী নুপীশিং থেংন-থেংনবা মফমদা, ঐহাক ইখবাই খুবাক্তা হাপ্তুনা মখোইগী মতেং পাংগনি। ঐ ইশাগী শিজিন্নবা লৈরিবা পৈশাসিদগী, ইশা হিংনবতং কাইথোক্লগা, অরেম্বা মথৈনা পাম্বৈ লৈজত্রবী নুপীশিংগী সেবা তৌবদা চাদ্দিং তৌগনি। ঐগী ইরল-ইথুম সতীশতা শিগদোরিবা অসিদগীসু, শংথাই অমদি, ঐনা হিংলিমথৈ সতীশনা পাম্বৈ লৈত্রবী নুপীশিংগী মতেং পাংবদা চাদ্দিং তৌগদবনি হায়বসি, দান শত্রদা ইরমগনি। প্রায়শ্চিত্ত ! পাপকীদি প্রায়শ্চিত্ত তৌকম লৈ। অরাবগীদি প্রায়শ্চিত্ত অমুক লৈতে।

অঘাবগী প্রায়শ্চিত হায়ববু শিবতনি। শিগ্রবদি অবাবা কোকথি। অদুগুম্বা প্রায়শ্চিততু তৌগ্রিবদি করিগীনো? মতম অদুদা মগ্‌ৎনা মমিং থুমজিল্লদুনা, ঈশ্বরবু নিংশিংদুনা নগেন্দ্রনা শিববু থোরাংনা কোরক্লে।

## কুন্দ্‌ামাপশঙুবা মতাং
# পুম্নমক লোইখ্রে, মৈচাক্তি লোইদ্রে

অহিং যুথকমুক্তী মতম অদুবাইদা শ্রীশচন্দ্র মথক্তা ফম্ফম কাদা ফমদুনা লৈ, মতম অদুমক্তদা—মথোঙনা নগেন্দ্র মফমদুদা থুংলদুনা, মহাক মশানা পুরকপা ক্যামবাস ব্যাগ অদু থাপ্না লংথোক্লরে। অদুগী তুংদা তুমিন্না চৌকি অমগী মথক্তা ফমপ্পরে।

শ্রীশচন্দ্রনা মাগী কংলবা, মোংলবা শকফমদু উবদা অকিবা অমা পোক্লে; করিনো হংগদবা থনফম থঙদ্রে। শ্রীশচন্দ্র থঙই, কাশীদা নগেন্দ্রনা ব্রহ্মচারীগী চিঠি ফংলদুনা মধুপুর তাম্না চংখি। মসিগী রাসি শ্রীশচন্দ্রদা চিঠি ওইনা থঙহল্লম্মগা নগেন্দ্র কাশীদগী চংখিবানি। হৌজিক নগেন্দ্র মশানা করিগুম্বা রা অমতা হায়দোরক্তবদু উবদা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রগী মনাক্তা চংশিন্দুনা কন্নরে অমম্বুং মথুক্ত পায়রগা হায়রকই,—"নগেন্দ্র, নংনা তুমিন্না লৈবসি উবদা ঐ য়াম্না থোয়রাংলে। নহাকপু মধুপুর চংলুপ্রবরা?

নগেন্দ্র হন্দক্তা রা ঙাংলকই "চংলুই।"

শ্রীশচন্দ্রনা অকিবগা লোইননা হংলকই, "ব্রহ্মচারীগা উনরক্ত্রবরা?"

নগেন্দ্র। উনদ্রে।

শ্রীশ। সূর্য্যমুখীগী পাও থঙলবরা? মহাক কদাইদা লৈ?

নগেন্দ্রনা নোংথক:লামদা মথুদোনবী খিল্লদুনা হায়রকই, "স্বর্গদা।"

শ্রীশচন্দ্র তুমিন্না লৈখ্রে। নগেন্দ্রসু তুমিন্না মরায় লুকথদুনা লৈখ্রে। ওহাক লৈরগা মমাই হাইগত্তুনা হায়রকই, "নহাক স্বর্গ লৈ হায়বদি য়ানিংদ্রা—ঐদি য়ানিংই।"

শ্রীশচন্দ্রনা খঙই, মমাংঙুদদি নগেন্দ্র স্বর্গ লৈ হায়বসি য়ানিংঙমদে ; হৌজিক্তি ঊরে, য়ানিংদে। মহাক্না খঙই, স্বর্গাদ চুংশিবা অমসুং অশাঙবনা লেপ্পনি। "সূর্য্যমুখী লৈরে" হায়বা বাফমসিদি অবাবা পোকই—"সূর্য্যমুখী স্বর্গদা লৈরে"—মসুম খল্লগদি চুংঙাইবা ফংই।

মবানিমক ভুমিন তুমিন্না লৈরে। শ্রীশচন্দ্রনা খঙই, হৌজিক থেমজিনবা থাঙাং ভাংনবা মতম নত্তে, হায়রুবা মথৈ চুঙুয়া খোকনি। অতৈগা তিন্নবসু চুঙুম থাগনি। অতুনা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রগী ভুক্ষমংচিংবা লাঙনবা খোয়াং তৌরে। চাক চাগঙ্গা চারোইঙ্গা হায়না হংগদফাঙ অকিবা পোক্লে ; মহাক্না মসিগী বাফমসিদি কমলদা শিন্নবগে হায়না খল্লে।

কমলসু তারে, সূর্য্যমুখী লৈরে হায়বা। মতুদদি মহাক কপ্পিগুম্বা অমত্তা শীনবা-খোংপা য়াওদ্রে। সতীশ মখত্তা চুংদোক্লমগা, কমলমণিদি অহিংত মশক শুকউ ঊথিদ্রে।

কমলমণিনা লৈমাইথক্তা ওন্দুনা, মশমমনা ইকা ফানা কপ্পুনা লৈবত্তু ঊবদা, মীনাইমপীনা সতীশচন্দ্রবু মফমতুদা থাজিহনগা চংখ্রে। সতীশচন্দ্রত্তু মমানা ঊকুল বাইকুল তৈনা, তুমিন্না কপ্পুনা লৈবত্তু ঊবদা, অহানবদদি তুমিন্না মনাক্তুদা ফমতুনা লৈরে। অতুদগী মমাগী মখক্তাইত্তু পিল্লবা লৈরাংমুক খোংজবা মথুদোনবীতুনা ইনখংজতুনা মমাই ঊনবা লাকরক্লে। কমলমণি মমাই হাইগংজক্লে, অতুবু বাদ ভাংদে। সতীশনা মতমতুদা মমাবু চুংঙাইহন্নবগী দমক মমাইদা চুপ্লক্লে। কমলমণিনা সতীশকী মশাদা মখুৎনা নাল্লতুনা শুনা তৌরক্লে অতবু চুম্বদি তৌদ্রে, বাসু ভাংদ্রে। অতুদগাদি সতীশত্তু মমাগী মতক্তা মখুৎনা কোনশিল্লগা মতুম্বা ফা হিপখতুনা কপ্লক্লে। অঙাংগী থম্মোইত্তুদা চংতুনা লোংদম্বা নত্তনা কনানা অঙাংনা কপ্লিবতুগী মরম পুখোকপা ঙমগদগে ?

উপায় লৈত্রতুনা শ্রীশচন্দ্র মশাগী বুদ্ধি শিজিন্নতুনা চানবা থরদং পুম্নমগা মশামক্তা নগেন্দ্রগী মমাংদা থম্লে। নগেন্দ্রনা হাঙ্গরকই, "কাম্নদে, ঐ চারোই

—নংহুম ওহাক্তা কপ্পথো। নংগা ওাংনগদবা যা য়াম্না নৈ—মতুগী দমক মকমসিদা লাক্লিবনি।"

অতুদগী নগেন্দ্রনা য়ামকৃষ্ণ রায়গী মফমদগী তারকপা য়াকম পুন্নমক অমত্তা চিথদনা শ্রীশচন্দ্রদা তল্লে। অতুগী তুংদা মানা থল্লকপা তুংগী যাযোল পুন্নমক্তসু পায়রে।

শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "ব্রহ্মচারীগা নংগা অশীদা উনবক্তে হায়বসি অওকপনি। মরমদি, মহাক ওয়াং কলিকাতাদগী নংবু থিবা মধুপুর য়োমদা চংখ্রবনি।"

নগেন্দ্র। কয়িনোনে হায়রিবত্রবো? মহাক ব্রহ্মচারীগদি কয়ম্না খেংনরিবা?

শ্রীশ। মতাংক্তি য়ায়া মপুকচেল চাওবা মীনি। নংগী পাওথুম ফংদ্রবতুদা, মহাক নংবু থিবা মশামক গোবিন্দপুরদা লাকপনি। গোবিন্দপুরদা নংবু উনবা ফংদ্রে, অতবু মাগী চিঠিত কাশীদা থাগনি অতুগা নংনা ফংগদবনি হায়বসি মহাক তারে। মরম অদুনা পোইনা অমুক খোইরাম্বা তৌদনা, কনাদসু কয়িসু হায়রমদনা মহাক পুরুষোত্তমদা চংখ্রে। মফমতুদগী হল্লকুগা নংবু অমুক্তা পিবা গোবিন্দপুরদা চংলুই। মফমতুদা মহাক নংগী পাও অমত্তা ফংদ্রে—ঐগী ইনাক্তা চংলপা নংগী মরম থওগনি হায়না তাক্লে। অদুনা ঐগী ইনাক্তা লাক্লি। নহাক মহাক ঐগীসিদা লাক্লমনি, ঐ মঙোন্দা নংগী চিঠিত্থ উংল্লে। নহাক মধুপুরদা নংবু উনবা ফংলনি হায়না খন্দুনা ওয়াং চংখিবনি। ওয়াং অহিং রাণীগঞ্জদা নংগা উনফম থোকপনি।

নগেন্দ্র। ওয়াং ঐ রাণীগঞ্জদা লৈরিবা অতুনা, সূর্য্যমুখীগী বা মহাক্না নঙোন্দা কয়িগুম্বা হায়রম-লাক্লম্বা?

শ্রীশ। মতু পুন্নমক্ত, ঐ হয়েং তমগে।

নগেন্দ্র। বাত্ত তারগা ঐগী অবাবা হেনগংকনি হায়না নং খল্লে। ঐগী অবাবসিদি হেনগংনিংঙাই নৈত্রবনি। তম্মু।

মতুদদি শ্রীশচন্দ্রনা ব্রহ্মচারীগী মফমদগী তাবা, মহাক্কা সূর্য্যমুখীগা লয়ৌদা থেংনবগী বা, মশা নাবগী বা অমসুং লাইয়েংবা অতুদগী থাজদনা ফগৎলকপগী বা মতোন্দা তয়ে। য়াম্না শমদতুনা তম্মি, সূর্য্যমুখীনা কয়ামুক অবাবা নংখিবা হায়বতুদি তমদ্রে।

মতু তাবদা নগেন্দ্র ইমুংগী মপাল পোকখ্রে। শ্রীশচন্দ্রনা মতুং ইয়রকই, অতুবু নগেন্দ্রনা থোইশাওননা ইয়রকনু হায়না থাম্রে। লয়ৌদা অসুম্মক নগেন্দ্র অহিং য়ুথক অনি য়োবা ফাওবা অত্তাওবগুম কোইচৎনতুনা লৈরে। মহাক্কা খল্লিবদি, মীয়াম মরক্তা মশাবু কাওজবা ঙমবনি। অতুবু মী লৎলক্রবা মতমদা—মশাবু কাওজবা কনানা ঙম্বা য়াংঙরগে? অতুদগীদি অমুকহন্না শ্রীশচন্দ্রগী ময়ুমদা তল্লক্রে। শ্রীশচন্দ্র অমুক মাগী মনাক্তা চংলক্কুনা ফম্লরে। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "অতৈ য়াং লৈরি। মহাক কদাইদা চৎলুবা, করি তৌরুবা, পুম্নমকসি ব্রহ্মচারীতুদি শোইদনমক মগী মফমদগী খঙলম-তারম্লগনি। ব্রহ্মচারীনা মতু নগেন্দ্রনা তম্মম-লাক্রমব্রা?"

শ্রীশ। ঙসি অমুক মতুগী বা হোদোক্লতুনা করি কাম্নখিগদগে? ঙসিদি নশাতু চোকথরে, পোথারো।

নগেন্দ্রনা পিশুম শুক্কুনা থোল কন্না হায়রকই, "তম্মু।" শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রগী মশক্কু য়েংলকই, মতুদা মানা উরে, নগেন্দ্র অত্তাওবগুমশ্রে; নোংথাং-চেনবা নোংগী মতোগুম মমাইতু মুশুক মুশিনখ্রে। কিয়তুনা শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "তমগে।" নগেন্দ্রগী মাইথোংতু মকা লাম্লক্রে, শ্রীশচন্দ্রনা শম্লপ তম্লকই, 'গোবিন্দপুরদগী সূর্য্যমুখীতু কংফাল লয়ৌদা থর থরদং ওইনা অহানবদা মখোঙনা মাইকৈ অসোয়দা লাক্লম্মী।

নগেন্দ্র। নিত্তিগী কয়া শাংনা চৎলি হায়বগে?

শ্রীশ। ক্রোশ অমা নত্রগা ক্রোশ অমা মথাই।

নগেন্দ্র। মাদি পৈশা অমা ফাওবা য়ুমদগী পুথিদে—কদাইদগী কমদোনা চাব-থকপা তৌরিবা?

শ্রীশ। করিগুম্বা হুমিত্তনা চয়া হেল্লি—করিগুম্বা হুমিত্তনা ভিক্ষা তৌই —নংবু ঙাওরবরা!

অসি হায়রগা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রবু চৈরক্লে। মরমদি, নগেন্দ্রগু মথন্তগী মথুংনা মথন্তগী মখোরি মেংখাইজগে হোংনবগু উরকই। হায়রকই, "শিরগবু সূর্য্যমুখী কংগত্রা?" অসি হায়রদুনা নগেন্দ্রগী মথুত্তু চিংশিল্লগা মাগী মথুং মনুংদা পায়শিল্লে। নগেন্দ্রনা হায়রকই, "তম্মু।"

শ্রীশ। নং তপথনা তাত্রবদি ঐ অমুক তম্মরোই।

অদুবু শ্রীশচন্দ্রগী বাহু নগেন্দ্র অমুক তাবা তৌখিদ্রে। মহাক জ্ঞান মাঙশিল্লক্লে। মহাক্না মমিৎ উইশিল্লদুনা স্বর্গ কাথ্রবা সূর্য্যমুখীগী শক্তমগু নিংশিংলকই। মতুদা উরে—মহাক রত্নসিংহাসনদা রাণী ওইনা ফম্লি; মাইকৈ মরিদগী ইংলবা মনম হুংশিরবা ঃংশিংনা মাগী মশমশিংগু ইচাই-চাইহল্লি; মাইকৈ মরিদা, লৈনা-শাবা ঈচেকশিংনা কোইশাই পাইরদুনা বীনাগী খোল্লোক্ত্রা ইশৈ শক্লি। মসিমমু উই, মাগী মখোঙ মরাদা থম্বাল চাম-চাম ফুগাইনা শাংলদুনা লৈরি; মাগী সিংহাসনগী-থাকদা থাজ চামনা ঙাল্লি; থাকল মরিদা থবানমিচাক চাম চামনা তঙপ তঙুপ থোক্লি। অদুদগী অমুক উরকই, নগেন্দ্র মশামক শুক্না মল্লবা মকম অমদা তুদুনা লৈরি; মশা পুম্বগু চৈনাখোলনা পুমথিং থিংখ্রে; হিংচাবনা মাবু লিচৈনা ফুরি; সূর্য্যমুখীনা খুদোনবা উত্তুনা মখোইদুবু থামজিল্লি।

মামা বানা শ্রীশচন্দ্রনা নগেন্দ্রবু জ্ঞান তারক্রবা হোংনরে। জ্ঞান হেক তারকপদা নগেন্দ্রনা খোঞ্জেল বাংনা কৌরকই, "সূর্য্যমুখী! থবাইগী মবেম্মা! কদাইদনো নহাকপু?" লাওরকপদু তাবদা শ্রীশচন্দ্র পুমওক ভকপ্রে অমসুং কিরদুনা তুমিম্না লৈখ্রে। অদুদগী নগেন্দ্রগু মাগী হান্নগী কীভমদা অমুক হঞ্জিল্লকদুনা হায়রকই, "তম্মু।"

শ্রীশচন্দ্রনা কিরদুনা হায়রকই, "অতৈ তম্লিংঙাই লৈব্রে।"

নগেন্দ্র। তম্ম, নত্রবদি ঐ হৌজিকমক থবাইসি থারগনি।

চান্দিং তৌখিবগুম, হীরাস্থ মতম অস্থুক কুইনা ধর্ম্ম ভাক্লক্লগা, নোংমতংগী সুংঙাইবগী দমক্তা মাঙহনখিদুনা, মখুৎ তংলবা অরিকপগুম সুংশাংনা নিংগুম-দবগী লম্বীদা লেপ্লদুনা লৈরে। মখুৎ লেংবা অঙাংনা খজিক্তং চিকথংলবা মুন্দবা হৈনোগুম, হীরাদু দেবেন্দ্রনা হুন্দোকপিবদুদা, মথ্‌ইদা প্রোক প্রোক চাকপা অমা অহানবদা পোকপ্রে। হুন্দোকপিবদা নত্তে—মহাকপু দেবেন্দ্রনা অদুক শাথীনা চোপ্পা নংহনখিবা অমসুং মথবাই শোকহনখিবদুদি, সুপী ওইবীশিংগী মরক্তা তোল্লবীফাও খাঙকম লৈরোই।

শকউন্নবগী অরোইবা সুমিত্‌দা হীরাগা দেবেন্দ্রগী মখোঙদা ওন-থোই-রদুনা হায়জরকই, "ননাই সুপীবু হুন্দোকপিবা তৌবিগু।" মদু তাবদা দেবেন্দ্রনা হায়রকই, "ঐহাক কুন্দনন্দিনীবু পাম্বতগী নংবু অসি ফাওবা লুনা-চান্না থম্বনি—করিগুম্বা নংনা কুন্দগা ঐগা উনহনবা ঙম্নবদি, নংগা ঐগা মরী অমুক লৈগনি, নত্রবদি ঙসিনা লোইরবনি। নহাক নাপল চাওবী অমা ওইখিবদুগী মতিক চাবা মহৈ ফংহল্লবনি; হৌজিক্তি নহাক মিংদা-থিবগী পোৎলুম অসি কোকথোংনরগা নয়ুমদা হল্লো।"

হীরা শাগৎখিবনা পুম্নম মমখ্রে। মহাক হাইফেৎ জ্ঞান তাথরক্লবা মতমদা দেবেন্দ্রগী মমাংদা লেপ্তুনা, পিগুম খানা গুক্লগা, মমিৎ ঈগুক ঙাংনা, মচিন লিশিং অমা ফাংনা চৈ-থাংবা হৌরক্লে। চিনগনবী পাপচেনবী সুপী-শিংনা হৈনজবা মীচৈদুদা চৈরক্লে। মদুদা দেবেন্দ্র অশাওবা ফাবা ঙম্মক্তে। মহাক্তা হীরাবু খোঙপাক্তা কাওরদুনা ইমাং-শঙদুদগী তাম্বোরক্লে। হীরাদি পাপচেনবীনি—দেবেন্দ্রস্থ পাপচেনবা শানি। অস্থন্না মবানিগী তুংকোইনা সুংশিনবগী বাশক্তু মহৈ চানখ্রে।

হীরাদু খোঙপাক চারগা ময়ুমদা হনখ্রে। গোবিন্দপুরদা চণ্ডাল অমথক লাইয়েংবগী থবক তৌই। মহাক্তি চণ্ডালনচিংবা অতোনবা জাৎশিংগীতা লাইয়েংই। লাইয়েংবগী মওং অমদি হিদাক করিমতা খঙদে—হুগী গুলিতনা মীপী মথরাই মাঙহল্লি। হীরানা খঙই, মহাক্ত হুগী গুলি শেম্নবা পাম্বীগী হু,

লৈন্নবংগী হু, লৌলগী হু অসিনচিংবা খুদক্তা হেক শিবা হু কয়ামরুম থম্মি। হীরানা অহিংহুদা মাগী ময়ুমদা চত্নুনা মাবু অচিকপদা কৌথোক্লগা হায়রকই, "লমহুই অমথক নিত্তিগী ঐগী চাকথোং চক্ষুদগী চাক হেক হেক চায়রে। ঐহাক লমহুইত্র হাংত্রিমখৈ নিংঙাইদনা লৈবা ঙমদ্রে। ঐ, চাক্তা হু তোং-শিন্দুনা থম্নগা, মহাক্তা ঙসি চাবা লাকপদা হু পিজহুনা হাংলগে থম্লে। নঙোন্দদি হু য়াম্না লৈ। খুদক্তা হেক শিবা য়াবা হু থম্না ঐঙোন্দা য়োনবা ঙমগদ্রা ?"

চণ্ডালত্র মপুক্লিংদা লমহুইগী বারিহু থাজদে। হায়রকই, "ঐগীদা হেক অপাম্বা মথৈ লৈ ; অদুবু ঐ য়োম্হোকপদি ঙমদে। হু য়োল্লে তাবদা পুলিসনা ঐবু শোইদনা ফারগনি।"

হীরানা হায়রকই, "মতগী দমক্তি করিমতা চিংনরুম্ব। নংনা য়োল্লকপনি হায়বসি কনাগুম্বা অমতা থঙলোই—ঐ ঈশ্বর অচগা গঙ্গা ইমা ইবেম্মা পন্দুনা বাশক্লিবাসিনি। লমহুই অনিথক্তং শিবা য়াব হুহদা ঐঙোন্দা পিয়ু, ঐ নঙোন্দা লুপা য়াংথৈ পিগে।"

চণ্ডালত্র চিংনবা লৈতনা থঙলে, কনাগুম্বা মী অমগী মথাই মাঙহনগদৌ-রিবনি হায়বা। অদুবু লুপা য়াংথৈগী অপাম্বত্র মহাক থিংবা ঙমদ্রে। হু য়োনবত্ত য়ারে। হীরানা ময়ুমদগী লুপা পুরক্তুনা চণ্ডালহুদা পিরে। চণ্ডালহুনা কল্লবা মী হেক মথয়াই মাঙগদবা হুত চেদা য়োমশিন্দুনা হীরাদা পিরে। হীরানা চংলমদাইদা হায়রকই "য়েংউ, মসিগী বাসি কনাদস্ত হায়দোকগু—হায়দোক্লবদি নংগীস্থ ঐগীস্থ ফগুবনি।"

চণ্ডালনা হায়রকই, "ইমা! ঐদি নংবু নশকক্ষাও থঙদে।" মতু তাবদা হীরাত্র চিংনবা লৈতনা ময়ুমদা হল্লক্লে।

য়ুম য়োরক্লগা হু ময়োমত্র পায়রহুনা পংকপ্তা কপ্লরে। অহুদগী মপি তৈথোক্লগা মথক্তা থল্লকই, "ঐহাক করি ইষাল লৈতনা হু চাত্তনা শিগদগে ? ঐবু হাংপা মীত্রবুদি হাঙোক্তনা, ঐনা করিগী দমক্তা শিরুনি ? হুসি ঐ

চায়োই। মসি ঐভোব্দা দশাসি পিরিবা মীতুনা চায়গা চাগনি, নত্রগা মহাক্কী মথবাই শুইরিবী কুন্দনন্দিনীনা চাগনি। মখোইগী ময়ক্তগী অমবু হাৎলগা, শিরবম কোম্না শিগনি।"

---

## নিফুমাথোইশুবা অতাং

# হীরাগী মবেম্বোক

"হীরাগী মবেন হনুবী
শঙ্গী য়েন্দাই শক্তবী।
তপ্পা চৎপী নম্বোনবী
ময়া মুংজ্রেং শায়বী।
থৈবোং উম্বী হনুবী।"

হীরাগী মবেন্দু চৈশু-শুরতুনা কোঙ-কোয়না চৎলি, মাগী মতুংদা অঙাং শংগুনা অঙকপ। শৈরেংসি থীর-থীরতুনা মথুবাক খুরতুনা অমসুং জগোই শার-শারতুনা কোইন-ইন্নরি।

শৈরেংসিদা মাবু থানা ঙাংবগী বা য়াওব্রা, মতুদি খঙদ্রে—অতুবু হীরাগী মবেন্দু শাথীনা হেক্কা শাওখ্রে। মহাক্না অঙাংশিংতুবু লমশি ওইনা শিরো হায়তুনা বর হেক পি অতুগা মপা মপু জাং নাইদবগী মচা হায়বনচিংবা কয়া কয়া ঙাংথংলকই। মসি নুমিৎ থুদিংগী ওইনা তৌই।

নগেন্দ্রগী থোঙ্গাল হেক য়োরকপদা হীরাগী মবেন্দু অঙাংশিংতুগী মখুত্তগী হিংজরে, থোঙশঙবশিংগী মুশিন মুবা মকোইত উবদা মখোইপুম্বা মচোই মচোই চেনখ্রে। চেনথিবা মতমদা অঙাং অমনা হায়রকই ;—

"রামচরণ দোবে,
য়াচংবদা তুম্লে,
হ্মানব, লাক্লগা কররমবু চেন্দগে?"

অমনা হায়রকই ;—

"রামচরণ পাঁড়ে,
চৈগুদি লেংথোংনরে,
হুরানবা উরগনা পুখ্রিরোমদা চেনখ্রে।"

অমনা অমুক হায়রকই ;—

"লালচাঁদ সিং
জগোই শাই তাদিং তাদিং
তলপাক্কীদি যম, খবক্তদি খ্বাইগী মনিং।"

অসুম্না অঙাংশিংদুনা অভিধান্দা য়াওদবা বাহৈ কয়ামুক থোঙশঙব-শিংদুদা হায়র-কায়রদুনা চেনখ্রে।

হীরাগী মবেন্দু চৈগু কোক কোক শুরদুনা নগেন্দ্রগী ইমুংগী ডাক্তর খানাদা লাক্লে। ডাক্তর উবদা হরুবীদুনা হায়রকই,—

"ইবুংঙো—ডাক্তর বাবু কদাইদা লৈ ?" ডাক্তরনা হায়রকই, "ঐনি ডাক্তর।" হরুবীনা হায়রকই, "ইহে ইবুঙো, ইমিংসিনু উশিল্লক্নু—চহিসু মরি মরি থিবত তরেং নিপাল নত্তেদা তরা মরি মঙাবু শুরমাল্লে—ইরাইবক থিবগী বাদি করিবু হায়নি, ইচা অমা লৈরম্মি, যমদা শিরথোকখ্রে—ইশুরুপী অমতং লৈজরঙসু—" অসি হায়রগা হরুবীদু ওঃ খোংনা হৌনা কপ্লক্লে।

ডাক্তরনা হংলকই, "করি তৌরবগে অহল ?"

হরুবীদুনা বাদুদি থুমদনা মাগী হৌখিবা পুন্সিগী বারি লিথবা হৌরক্লে অমসুং য়াম্না কপ-লাওরবা তুংদা মদু লোইশিনখ্রে, মতুংদদি ডাক্তরদু অমুক হংবদা তারদুনা হংঙকই,—"হৌজিক পাম্লিববু করিনো ? কৈদৌরবগে ?"

অতুংগী হরুবীদু অমুক হন্না মাগী পুন্সিগী অতকপা বারিদু হৌগংলক্লে, অদুবু ডাক্তরনা য়াম্না শাওগংলকপদু উবদা মদু তোকথোক্না হীরাগী, হীরাগী মমাগী, হীরাগী মপাগী অমসুং হীরাগী মপুরোইবগী মপুন্সিগী মরমদা লিথবা হৌরক্লে। ডাক্তরদু ওয়্লোক্না য়াম্না বানা হায়নিংলিবদু হাইক্কেতুং

লৌশিনবা ঙম্মি—মরুমদি মাগী রাবিঙ্গদা মশাগী মরম ভাকপা অমসুং কপ্পনা হায়কম খঙদনা য়াম্মনখ্রঙনা।

মসুংগী রারোমদি অসিনি,—হসুবাউ হীরাগী দমক হিদাক খরা পাম্মি। অনাব লাইওংনা অঙাওবনি। হীরানা গর্ভদা লৈরিবেদা মাগী মমাঙ্গ ভাওজ্রং-কৈজ্রংনখি। মহাক মঙ্গমা খরা লৈরম্মগা অঙম্মক শিখি। হীরাদি অঙাং ওইরিবেদগী হৌনা য়াম্মা লৌশিং চংখোনবীনি—মঙোন্দা মমাগী লায়নাঙ্গ পকপা খক উদে, অদুবু ঙসি ঙরাংসি হসুবীহ্ খরদং চিংনবা পোক্রে। হীরাঙ্গ হৌজিক্তি মরক মরক্তা মথম্মক নোকই, মথম্মক কপ্পি, করিগুম্বদনা ইমুং থোঙ লোনশিল্লগা জগোই হেক শাই, ক'বিগুম্বদনা কম্না কম্না লাওরকই। করিগুম্বদমু হেক রাহৈ। হসুবীহ্‌না ডাক্তরদা মঙ্গী হিদাক পিয়ু হায়রে।

ডাক্তরনা রাথল তৌরগা হায়রকই, ''নংগী নশুম্নপীঙ্গ হিষ্টিরিয়া তৌরে।''

হসুবীনা হংঙকই, ''অদি ইবুঙো, ইষ্টিরসকী হিদাক্তি লৈব্রা?''

ডাক্তরনা হায়রকই, ''হিদাক কারগী লৈতদগে। মাগী মশাঙ্গ য়াম্মা শাহন্দুনা থম্মু অঙ্গা কাষ্টর-ওয়েল অসি পুথো—হংয়েং অয়ুক পিজো। অঙ্গী তুংদা অতোপ্পা হিদাক অমমুক পিগে।'' মতম তৌই ডাক্তর বাবুঙ্গী মহৈদি।

হসুবীঙ্গ কাষ্টর-ওয়েলগী শিক্তিঙ্গ পায়রগা, চৈশু কোক কোক শুরঙ্গনা হম্লক্রে। লম্বীদা লৈকাইগী মুপী অমগা উনরে। মহাক্না হংঙকই, ''হীরা-খোইগী ইবেন, পুরিবঙ্গদি করিনো?''

হীরাগী মবেম্না হায়রকই, ''হীরাঙ্গ ইষ্টিরস তৌরে, অঙ্গনা ডাক্তরগীদা চংলুরিবনি, মহাক্না কেষ্টরস খরা পিরকই। ঙাইথো ইবেম্মা, কেষ্টরস চারগা ইষ্টিরস ফত্রা?''

লৈকাইগী মুপীঙ্গনা য়াম্মা মুম্না রাথল তৌথরগা হায়রকই,—''ফবমু য়াই। কেষ্ট হায়বসিদি ময়াম্মকগী ইষ্ট ওইরিবনি। অঙ্গনা মাগী থৌজাম্মা ইষ্টিরস ফবা য়াই। অদুবু হীরাখোই' ইবেন, নংগী নশুম্নপীঙ্গ কৈদোঙ্গদগী

অসুক য়াম্বা রস পক্ল রিবনো ?" হীরাগী মবেন্না মুন্না খল্লগা হায়রকই, "চহি মতাংনা ওইরকপনি।"

লৈকাইগী মুপীচুনা হায়রকই, "হেক পোকপদা ভাইরিবা বন্নাও মচাগী মমুংতু পিথকউ। মতু খক্লবদি রস য়াম্না কৈ হায়রনৈ।"

হনুবীতু মমুম য়ৌরক্লবদা, ডাক্তরনা মশা য়াম্না শাহল্লু হায়রকপতু নিংশিংলক্লে। মহাক্না হীরাগী মমাংদা মৈক্ষু চাওখ্রবা অমা মৈ গ্রুং-গ্রুং থাগত্তুনা পুশিল্লক্লে। মতু উবদা হীরানা হায়রকই, "শিরেদনা, মৈ থাগৎলক্লিবদি করিগীনো ?" হনুবীনা হায়রকই, "ডাক্তরনা নংবু নশা শাহল্লু হায়রকই।"

---

## নিফুনিথোইশুবা মখাং

# অমম্বা দোলাল—অমম্বা পুন্সি

গোবিন্দপুরগী দত্তখোইগী চাওরবা দোলাল, মথোন তরুক লোংখতু—নগেন্দ্র-সূর্য্যমুখী লৈতবনা পুম্নম মমখ্রে। লোয়শংদা লোয়শঙগী থবক তৌবা মীশিং ফম্লি, মতুংগী য়ুমদনা কুন্দনন্দিনীতমক য়োক্লুনা-থম্লবা শাগে নাতৈগী-মুপীশিংগা লৈ। অতবু থা থোক্তনা অহিংদা আতিয়াগী অমম্বু কোকপ্রা ? কাচিন থুদিংদা মিরাংমক্তা,—কা থুদিংদা উফুল বাইফুলগী মপৈ, দোলাল চিথেক থুদিংদা খুমুশিংগী মতুম, দোলালগী কম্ কমদনা শেন্দাংগী শেন্দাং ভাক। লৈকোলদা অকংবা উনাগী মপৈ, পুখ্রিদা নাপী-শিঙবী। শুম্মাংদা লমচুই, লৈকোলদা জঙ্গল, পুকৈদা উচি। পোংচৈ পুম্বা উফুল কুপখ্রে, কোকফাই কারে। উচিনা চিকথংপনমু অয়াম্বা ওইরে। মি, চুম, শেকপী, খরমিনচিংবনা অমম্বা মরক্তা অহিং-নুংথিল নাইদনা কোইচৎ-চৎলি। সূর্য্য-মুখীনা য়োক্লম্বা উচেকশিংদু হোদোংনা অয়াম্বা চাথোকখ্রে। করি করিগুম্বা মকমদা চাখিবগী লেমহৌবা ম-শা তাতুনা লৈরি। ভাদুশিং ওম্না লমচুইনা হাংখ্রে। বাহোংশিংমু লমলক্তা পায়থোকখ্রে। বগশিংমু শকপী শকতাক্তা

ভাইখ্রে—শঙ্গোম থোক্লে। নগেন্দ্রগী হৌশিংহ মতু-মমান থিংত্রে, শাম্রে, থোংত্রে—পুন্দুনতা থমখ্রে। শিথিবস্না য়াওয়ে, ভাওথিবস্না য়াওয়ে, চেনথিবস্না য়াওয়ে। শগোলশিংড় লায়না কয়া থুংলে—কহনবা ভুমত্রবা লায়নাঙাক ওইশিল্লক্লে। শগোলশঙগী মফম অয়াম্বদা লোংথুম মফম, অকংবা নাপী, উকুল অমস্থুং থুম্ব-মতু ভাক্কা ভাইখ্রে। শগোলশিংহু মরক মরক্তা শঞ্জিক হুনবিবস্না য়াওই, শুকহুন হুনবিদবস্না য়াওই। সহিসপুম্বা শগোলশঙলোমদা মমাই ওনশিন্ত্রে, মাগী মাগী সুপীগী মনাক্তদা লৈখ্রে। দোলাল মফম অমদা কম্ নিঙথাইরে, মফম অমদা চেকথাইরে, মফম অমদা মিংশেল থোঙ, মফম অমদা উপাক থোঙ কায়শিল্লক্লে, মফম অমদনা রেলিং তেকশিল্লক্লে। ইমুংগী লৈমাইদা নোংগী ইশিং ডুঙলে, ফক্লাংগী পেন্টতা লৈরিক্কী মরী মরী চেম্বরে, বুককেস মথক্তা চুমগী লৈফম ওইখ্রে থাওমৈ চরোংগী থাকনাদা শেম্বাং মহুমগী ই-মকুমনা থনখ্রে। ইমুংড় লক্ষ্মী চেন্ত্রে। লক্ষ্মীবু লৈত্রবদি বৈকুণ্ঠকাও কাং-থোং চাই।

মাক্সী লৈত্রবা নাপীনা পুমকুপ কুপথ্রবা লৈকোন্দা, করি করিগুম্বা মতমদা গোলাপ অমা নত্রগা স্থল-পদ্ম অমা অড়ক শাংপগুম, য়ুমড়দা কুন্দনন্দিনী মথন্তমক লৈয়ক্লে। মা অতৈ অতৈনা চারি-শেংলিবা অড়ম্মা, কুন্দস্না অড়ম্মক মরৈ। কনাগুম্বনা য়ুমগী মবেম্মনি হায়বগী ভাবতা করিগুম্বা রা ভাংলক্রবদি, কুন্দনা থল্লি, ঐবু লংনরিমাল্লে। দেওয়ানজীনা মরক্তা করিগুম্বা রা-লাং হংনিংত্রনা মী থারক্রবদি, কিবনা কুন্দগী মনিংদোন্দু দিং দিং চোংই। থাঙ্গে-লেংনমক কুন্দন' দেওয়ানজীবু য়াম্না কি। মতুগী মরম অমা লৈ। নগেন্দ্রনা কুন্দদা চিঠি থক ইরক্লে, অড়না নগেন্দ্রনা দেওয়ানজীদা ইরকপা চিঠিশিংড়, কুন্দনা লৌহম্নুরগা হেক হেক পাই। পারগা অমুক হন্না পিথিদে—মথোইশিং অড়ু পাবনা মাগী সন্ধ্যাগায়ত্রী ওইনা তৌরম্মি। মতম-চুপ্পদা মহাক, দেওয়ান-জীনা চিঠিশিংড় পিরক্লো হায়রকত্রা হায়বসিগী মপুক্রিংদা অকিবা পোকই। কিবসিমক্তনা দেওয়ানগী মমিং হেক তাবদা কুন্দগী মমাইড় ইমক মকশিল্লি।

দেওয়ানদি হীরাগী মচিন্দগী পাওসি তারে। অতুনা চিঠিশিংড় অমুক হন্না পিরক্লবা হায়ত্রে। মশানা মতুগী নকল অমমগ থমহৌরগা কুন্দদা পানবা পি।

থাঙ্গৈশেংনমক সূর্য্যমুখীদি অবা মৈচাক ফংখি—কুন্দদি ফংদ্রা? সূর্য্যমুখীদি মপুরোইববু হুংশি—কুন্দদি হুংশিদ্রা? পিক্লবা থম্মোইহুংড়ুদা লৈবা হুংশিবদি চাংদম্নিংঙাই লৈতে। ফোংদোক্লবা পাঙ্গল লৈতবনা, মতু ফাজিল্লবা হুংশিংকুম ইতংতত্তনা কুন্দগী থম্মোইগুংড়ুদা থেংজিল্লি। লুহোংদ্রিঙৈগী মমাংদনা, চহি নৌয়িঙৈদগী কুন্দনা নগেন্দ্রবু হুংশিজরকপনি—কনাদসু হায়দোক্কে, কনানসু থঙদে। নগেন্দ্রবু মাগী ওইনবা করিগুম্বা বাখল অমতা পোক্লুদে; থনসু থল্লুদে, মাগী নিংবা কায়বতু মথন্তমক থাঙজতুনা লৈ। মঙোন্দা আতিয়াগী থা ফাতুনা শিন্নবিরে। অতুদগীদি—হৌজিক্তি কদাইদা চংখ্রে থাদো, করি মরাল লৈতনা মাবু নগেন্দ্রনা থোঙনা কাওথুবিরম্লিবনো? কুন্দনা অহিং হুংখিল অনিদা বাসিতমক থল্লি, অহিং হুংথিলদা কপ্তুনতা লৈ। ফরে, নগেন্দ্রনা মাবু হুংশিবিদ্রগনা—হুংশিনিংবা মীয়ু হুংশিখিসনু, অতুবু কুন্দগী মরাইবক কয়া থিগ্রতুনা, মাবু অমুক ফাওবা উবা ফংদ্রিবনো? মসিতসু নত্তনা—মহাক্লা থল্লি, কুন্দতনা অবাবসিগী মরুনি, ময়াম্মক্লসু থল্লি, কুন্দতনা মাঙন-তাক্লবসিগী মরুনি। অতুবু কুন্দনা থল্লি, করি ইয়ালদগী এনা মাঙন-তাক্লবা পুন্নমকসিগী মরু ওইব্রিবনো?

ফত্রবা তানফমদা নগেন্দ্রনা কুন্দবু লুহোংখ্রে। থুংলাই পান্দম্ফম উপালগী মথাদা ফল্লুবা মীমথৈ হেক হেক শিবগুম, লুহোংবসিগী মরুমনা শোকপা মী মথৈসু হেক হেক শিরে।

অমুক কুন্দনা থল্লকই, "সুৰামুখীগী দশাসি ঐডোন্দগী থোকখ্রিবনি। সূর্য্যমুখীনা ঐবু কনবিখি—ঐবু মনাওগুম্না হুংশিবি - মাবু ঐনা লম্বীগী চাক্লিবা ওইহল্লে; ঐগুম্না লাইবকথিবীসিবু কনা অমুক লৈরিদগে? ঐনা শিথিদ্রিবা করিগীনো? হৌজিক শিদ্রিবসিনা করিগীনো?" অমুকসু থল্লকই, "হৌজিক শিথিরোই। মহাক লাকখিসনু—মাবু অমুক্তংদি য়েংখিগে- মহাকপু অমুক

হল্লক্লরোইদ্রনে ?" কুন্দদি সুর্য্যমুখী শিখিবগী পাও তাদ্রি। অদুনা মপুক্কিংদা অসুম্মক খল্লকই, "হৌজিক চুপ্না অসুম্মক শিবনদি করি কায়রুম নৈ ? সুর্য্য-মুখীনা করিগুম্বা লাকপা থোক্লবা, অদু ওইরবদি শিখিগে। ঐ অমুক মাগী লম্বেলদা তিংথং ওইরোই।"

---

## নিফুল্ল মদোইশুবা মতাং

# হল্লকপা

কলিকাতাদা তৌগদবা থবক পুম্নমক লোইরে। দানপত্র ইরে। মদুদা ব্রহ্মচারীদা অদুগা মমিং খঙদবা ব্রাহ্মণদা মনা পিনবা বাফম শুগাইনা য়াওরে। মদু হরিপুরদা রেজেষ্ট্রী তৌগদবনি, মরম অদুনা দানপত্রদু পুদুনা নগেন্দ্র গোবিন্দপুরদা লাক্লে। শ্রীশচন্দ্রবু তৌংকম থোকপা তৌংদুনা মাগী মতুং ইল্লকউ হায়না পাউতাক পিরম্মে। শ্রীশচন্দ্রনা মাবু দানপত্রনচিংবা ইবা অমসুং থোঙনা চৎপনচিংবদু তৌকবা য়াম্না থেমজিনবা হোৎনৈ, অদবু পুম্নমক অরেম্বদা তারে। য়াদদুনা মহাক তুরেল থোঙমুং তুংইন্না মাগী মতুং ইন্নরক্লে। মন্ত্রী নৈত্রবদি কমলমণি পানবা য়াদে, অদুনা মহাকসু থোইনা হংন-খোংনবা তৌদনা সতীশ পুরদুনা শ্রীশচন্দ্রগী হিদা তৌংখৎলে।

কমলমণিনা হান্না গোবিন্দপুরদা লাক্লে, মদু উবদা কুন্দনন্দিনীদু অমুক হন্না আতিয়াদা থরানমিচাক অমা থোক্লকপগুম থনখ্রে। সুর্য্যমুখীনা য়ুম থাদোক্‌না চৎখিবা শুমিত্তগী হৌনা কুন্দনন্দিনীবু কমলমণিনা মৈ থোকপা মথৈ শাওই, মশক য়েংদে। অদুবু হন্দক লাকপদদি কুন্দনন্দিনীগী কংলবা শক্তমদু উবদা কমলমণিগী অশাওবদু কোকখ্রে—মথবাইদা মুংঙাইতবা পোক্লে। মহাক্না কুন্দনন্দিনীগী মথবাই মুংঙাইহনবা কন্না লাক্লরক্লে; নগেন্দ্র য়ৌরক্লগনি হায়বা পাও তাক্‌না কুন্দগী মাইথোংদা নোকপগী মমি তাহল্লে। সুর্য্যমুখী শিরে হায়বা পাওসু তাকবা য়াদবনা তাক্লে। মদু তাবদা কুন্দ কপ্লক্লে।

যাসি তাবদা, মাইরিকসি পাকিয়ীবী নিংথিজয়বী কয়ানা পুক্লিংদা নোকপি-রম্বা য়াই, অদুগা হায়বিবস্থ য়াই, "ঙা শিয়গবু হোৌদোংনা কপ্পা।" অদুবু কুন্দদি ওহ্নোক্লা পঙথ্রবীনি। লোম্নবী শিয়বদি মোক্কদবনি হায়বসি মাগী পঙলবা বুদ্ধিদুনা লাম্ব-থোকচদে। অপঙবী মুপীমচা, লোম্নবীগী দমক্তস্থ থয়দং মকপ্পি। অদুগা ইবেম্মা কজবী! নংনদি তাকপিয়ি, "ঙা শিয়গবু হোৌদোংনা কপ্পা" হায়না—অদুবু নংগী লোম্নবী শিবা মতমদা নহাক্লা থজিক্তং কপ্লিবা থোক্লবদি, ঐহাক নংবু পুক্লিংদা ওহ্নোক্লা থাগচ্চগনি।

কমলমণিনা কুন্দবু থেমজিল্লক্লে। কমলমণি মথাদি হৌজিক হুংঙাইত্তবা পুম্বা থাদোকখ্রে। অহানবদদি কমলস্থ য়াম্না কপ্লম্মি—অ৩দগী মানা থক্লকই, "কপ্পদুনা করি তৌগনি? ঐনা কপ্লগা শ্রীশচন্দ্রগী মথবাই হুংঙাইতে—ঐনা কপ্লগা সতীশস্থ কপ্পি – কপ্লগা সূর্য্যমুখী অমুক হল্লকদবস্থ লৈত্রে, অদুদি করিগী দমক মখোইব্ কপহল্লগনি? ঐহাক কৈদৌঙুংদা সূর্য্যমুখীবু কাওবদি লৈত্ররোই, অদুবু ঐনা নোক্লগা সতীশনা নোক্লবদি, করিগী ঐ নোক্লোই?" অস্থুম্না থল্লদুনা কমলমণিদু কপ্পা তোক্কনা, হাপ্লগী কমলমণিগুম লৈখ্রে।

কমলমণিনা শ্রীশচন্দ্রদা হায়রকই, "বৈকুণ্ঠ অসিগী লক্ষ্মীদি বৈকুণ্ঠ থাদোক্কনা চৎখ্রে। অদু ওইদুনস্থ ঐগী ইবুংনা বৈকুণ্ঠদা লাক্লগা খোংনাং মনাদা য়াহিপ্লগদ্রা?"

শ্রীশচন্দ্রনা হায়রকই, "লাও, ঐখোই পুম্নমকসি অমুক্তং শেংদোক-খোতোকসি।"

থুদক্তুদা শ্রীশচন্দ্রনা চেক্কৌ মিপ্তি, মুংগী মিস্থি, বাইশিংপা, ফক্লাং কন্থবা, মালী অসিনচিংবা মম্নাম মাগী মাগী থবক থবক্তা থাজিল্লে। অসোমদনা কমলমণিনা নৈয়কপদা মি, চুম, থমি, শেকপীগী কোলুপ্তা য়াম্না ইয়াং-লাংনবা অমা তৌয়ক্লে; খোঙ্খশিংনা "বো বো ভ্রুং" হায়দুনা চিথেক অমদগী চিথেক অমা তাম্না পাইবা হোৌয়ক্লে; শেম্বাংশিং পাইবদা শিবা-চংবা থঙদ্রে—মিংশেলখোঙ থিংজিবা মকমদুদা, থোঙ হাংদোক্লিবোই নিংদুনা পাইশিল্লবদা মচিন্দু মিংশেলদা

থেংজিল্লড়না মকোক গাওনা তারক্লে : মীনাইনুপীশিংনা মথুত্তা শুমজিৎ পায়রড়না মথোই মশেল মাইকৈ শনাই খড়দনা চেম্নরক্লে। থিক্ষনমক দোলাজত অমক হন্না মাইথোং মকা লায়া নোক্লকে।

মঙ্গেথংদা নগেন্দ্র আক্কুনা থুংলরে। মতমড় ঘাচংবনি। তুরেলনা অঙানবা ইচাও লাকপা মতমদা ইচেল য়াম্না কল্ল রগা, ইথক ইপোম কষথ্রবা তুংদা লুরবা ইশিংনা মপুক তপথনা কৈথিবগুম. নগেন্দ্রগী মপুং ফারবা অয়াবগী ইচেন্দু হৌজিক্তি লুরবা ইংলবা শক্তম লৌথ্রে। অয়াবড়দি ময়েং করিমতা তাখিবা নত্তে অড়বু পুক্রিং ফাঙমদবড়দি ময়ায় চায়খ্রে। মশাক য়াম্না ইংথনা ইমুং মন্নুংগী মীশিংগা বারি শারক্লে. ময়াম্মকপু কৌড়না বা-লাং হংলক্লে, অড়ং কনামড়দস্ন মশাক সুর্য্যমুখীগী বাদি হৌদোক্তে মাগী ইহৈ হৈনিংদবা মত্তৌদ উবদা ময়াম্মক মথবাইদ কংবাইহবা পোকই। থাইনগী মীনাইশিংনা মাবু থুকুম্বা চংলুবদা মথন মথন্নমক কপ্পরকই অড়বু নগেন্দ্রনা মী অমথক্কংদদি মপুক্রিংদা অয়াবা পোকহনখ্রে। কুইনা রাজবক্লবী কুন্দনন্দিনীগদি মশাক অমুক্তফাও শক উম্নখিদ্রে।

---

## নিফুমরিশুবা মতাং

# মুথরক্লবা থাওমৈদা

নগেন্দ্রগী য়াথং মতুংইন্না মীনাইনুপীশিংনা সূর্য্যমুখীগী তুম্ফম কাদা মাগী ফমুং থারে। মসি তাবদা কমলমণি মগুক পৈখ্রে।

অংহং থেংজিল্লক্লবদা. ইমুং মন্নুংগী মী পুন্নমক্না তুম-হিপ্পথ্রবা মতমদা, নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীগী তুম্ফম কাদা তুম্বা চংলক্লে। তুম্নবা নত্তে—কপ্পবনি। সূর্য্যমুখীগী তুম্ফম কাড় য়াম্না পাক-চাওই অমম্লং নিংথিজৈ. মড় নগেন্দ্রগী কুংথাইদা পুন্নমক্কী মন্দিরনি অমনা মড় য়াম্না নিংথিনা শাহনথি। কা অড় পাকহ অমম্লং থংহ, পেমাইহ অঙোবগা অমুবগগী নাহবা মুংনা চনবনি।

কাদুগী ফক্লাংদা অশংবা, নাপু, অঙাংবা উরি-উনা হৈ-লৈনচিংবা য়েক-খোংলি ; মদুগী মথক্তা ফম্লদুনা মথল কয়াগী পিক্ল পিক্লবা উচেকশিংনা উকৈশিংদু চাবগী মওংস্থু য়াওরি। নাকল অমদা মমল য়াম্লবা দাক্লনা-চনবা শাম্লু-ময়া-হৎপা থুং-চংলবা লৈরোং কয়ানা হংপা ফমুং, অদুগা নাকল অমরোমদনা ফজরবা ফীনা কুপ্লবা মথল মথেলগী উগী ফন্ধম অমস্থুং চাওরবা মিংশেল অসিনচিংবা ইমুংগী-লৈতেং পোংচৈ কয়ানা থম্না লৈ। লাং থরস্থু ফক্লাংদুদা থেংলে। লাইশিংদু বিলাটলোমগী নত্তে। সুর্যমুখীগা নগেন্দ্রগা পুন্না অপাম্বা লাই থন্দুনা মরৈবাক্তা লাইয়েকপা অমদু য়কঙনবনি। মরৈবাক্তী লাইয়েকপদু ইংরাজ অমগী পরুম্নানি ফজনা য়েকই। নগেন্দ্রনা মখোইশিংদু মমল য়াম্লবা ফ্রেম চনশিন্দুনা তুম্ফম কাদা থংপনি। লাই অমগা কুমার-সম্ভবতগী লোথোকপনি। মহাদেবনা চিংদোন্দা ফুংপাক্ত ফম্লদুনা তপ তৌরি। উরিগী থাংপোক থোঙজন্দা নন্দী—মথুং শুইদা শনাগী চশু—মচিনবান্দনা থুদোনবী থম্লদুনা উমংগী নিন-খোংবা থামজল্লি। উমং পুম্নাচক চিকই খোইমুশিংনা উনারক্তা লোংলি শাজশিংনা তুমদুনা লৈরি। মতমদুদা হরগী ধ্যান থুগাইনবা মদনস্থ লৈরে। মদুগা লোয়ন লোয়ননা বসন্ত ফাও-রক্লি। মাংদনা বসন্তগী লৈরাংনা চকচাং পুম্বা লেতেংলব পার্বতীনা মহাদেববু থুরুম্বা লাক্লি। উমানা শম্ভুবু থুরুম্লবা নোম্বরক্লি, থুকউ নামনা লৈবাক শোকনিং শোকমাং তৌরি, নাম অমনা লৈবাক শোক্লি, লেংজুমগা কোম্লনা মকোক নোম্বরক্লি, হায়রিবা কাঞ্চমাস লাইদুদা য়েক্লি। মকোক নোংথিবদুনা শমজা চবুনলক্তগী নাপদা য়ানবা জবাকুসুম অমা অনি কেন্দুনা তারক্লি, থবাক্তগী ফী হাইকেং নাম্বরক্লি, মতমদুদা মন্মথনা থরা থাপ্লপ বসঙনা-মকা-লামহল্লবা উমংলক্তা তংথাই অমা লোওনা, থুকই নামা লৈবাক্তা শোরগা, ফজরবা লিক্লংদু লিরি চিংদুনা, লৈগী লিক্লংদা ঐগী তেন তেঙ্গা থোংলি। অদুগা লাই অমদনা শ্রীরামনা জানকী পুরদুনা লঙ্কাদগী হল্লক্লি, অনিমক রথনা লৈতেংলবা দোলাইদা তোংলদুনা শুন আতিয়াদা চংলি ; শ্রীরামনা জানকীগী

মরেংবান্দা মথুং নাম থম্লি, অতুগা মথুং নামগী খুদোনবীহনা থাদা পৃথিবীগী নিংথিবত্ থিল্লত্না উংলি। দোলাইগী মাইকৈ মম্বিদা মচু কয়াগী নোং— শংবাম্নবা, ভাংলি ভাংলিবা, অঙৌবা—মৈথুগী ইথক হৌবগুম কোইপাই পাইরি। থাদনা অমুক পাক্রবা শংবাম্নবা সমুদ্রদা ইথক মপেনা ইচাই চাইরি —গুমিংকী মঙালদা ইথকশিংদু হীরা চবুনগুম ইম্নং লংলি। তোর্বান বাংমদা য়াম্না থাপ্না "ফুরা দোলালনা গুহুপ্নবী লঙ্কা"—মাগী দোলাল পরেংগী সনা য়োম্নবা মতোনশিংদু গুমিং মঙালদা তরং তরংলি। অতোপ্পা তোর্বান্দনা শংবাম্নবা মচুনা লৈতেংলবী "উপাল বাপাল ঈরি বারিগী শংবান্নবনা থাম্নবী" সমুদ্রগী তোর্বান। মরক্তা গুন্দা কাংগু পরেংনা ত্বং পাইরি। অদুগা লাই অমদনা অর্জুননা সুভদ্রাবু হুত্না দোলাইদা পুরি। দোলাইদু গুন্ আতিয়াদা নোংমরক্তা ফাওত্না চংলি, তুংদা মশাং লাকত্মদবা যাদবী লান্মীনা তাম্নরক্লি, থাপ্না মথোইগী কীরাল পরেং অমম্নুং লুপা ফুলোংবগুম্নবা নোং মপৈ উরি। সুভদ্রা মশামক্তা সারথি ওইদুনা দোলাই থৌরি। শগোলশিংদু মমাই ওনশিন্নরত্না চেল্লকপগী খোঙথাংনা নোং পুম্বা চাইখাইরি; সুভদ্রানা মশানা দোলাই থৌবা হৈশিংবত্দা পেনক্সরত্না, মমাই লৈশিল্লক্তুনা অর্জুন তম্না নুংশি-মিৎচিনা য়েংলি, কুন্দ লৈরাংগুম্বা য়ানা মচিনবান চিক্লহনা মোমোন মোমোন নোক্লি; দোলাইগী খোঙচৎ কনবনা নুংশিংনা হুমত্না মশম পুম্বা চোইজাইননা পাইরি—শম চবুন মচা অমা অনিস্থ ভমাং লৈরিক কারত্না লাইবক্তা কোইরপ শক্তুনা লৈরি। অদুগা লাই অমদনা সাগরিকাগী ফীজোন্দা রত্নাবলীনা, তরু তরুরবা থবানমিচাকী মঙাল্লক্তা তমালগী উশাদা য়ান্দুনা মথরাই থারগে চংলি। তমাল ম-শাহুদগী লংলবা লৈরাংনা-য়োম্নবা উরি অমা হাইথরক্লি, রত্নাবলীনা খুং নামনা উরিগী মতোন পায়রত্না মখোরিদা য়েংশিল্লি, অদুগা মথুং নামনা মিত্তগী পি তৈথোক্লি, উরিগী লৈরাং-পুম্বা মহাকী শমলাংথক্তা অঙকপা ফংনা লৈতেংলি। অদুগা লাই অমদনা, শকুন্তলানা দুষ্মন্তবু য়েংনিংহনা খুয়াদগী মুস্থ মুদবা কুশ-মতোন শত্তোকপা

লাক্রি—অনসূয়াগা প্রিয়ংবদাগনা নোক্নি—শকুন্তলানা শাওনিংবগা ইকাই-বগনা মমাঙ হাইগংত্রি—দুষ্মন্তগী মাইকৈ তঙ্গস্থ য়েংবা ঙমদ্রি। অদুগা লাই অমদনা লানগী ফীজেৎ শেংলদুনা নোংশা মচাগী মতৌগুম্লবা মথৌনা করবা কুমার অভিমন্যুনা উত্তরাগী মকমদা লান-চৎনবা বিদায় লৌরি—উত্তরানা লান চৎকল্লোই হায়দুনা খোঙ পিংজিল্লদুনা মশানা খোঙদা ঙাগ্নি। অভি-মন্যুনা মানা ক্বিরিবদু উদুনা নোক্লি, অদুগা মতৌ করম্না ইরাই লাইনা ব্যূহ মনুং চংগদগে হায়বদু লৈমাইদা থাংদোম্না য়েক্লদুনা উৎলি। উত্তরাদি মচু শুকয়েং য়েংদে; মথুং অনিনা মমাই খুম্লদুনা কপ্লি। অদুগা লাই অমদা অঙ্কু, সত্যভামাগী তুলাব্রত য়েক্লি। পাক্লবা গুংচনবা শুমাংনি, মদুগী মনাক্তা অরাংবা দোলাঙনা লৈতেংলবা য়াকোম্বংগী শনাগী মতোন্দা ইরং লংলি। শুমাংদা থোক্লনা পংবাং-যাংদবা লুপানা শাবা থল অমা য়ুংলি। মদুগী না-ম অমদা কাখংলদুনা নোংথাংগী মঙালনা লংলবা নোং মতুম অমগুম, ফজরবা ফীজেৎ লৈতেং খোঙ্লবা, মীয়াই চনবা চহি মতাং গুইরবা দ্বারকাগী মপু শ্রীকৃষ্ণ ফম্লি: মদোমথংবা থলগী শরুক্তু লৈবাক শোক্লি। অদুগা মাইকৈ অমদনা রত্ন কয়া কয়াগা লোইননা শনাগী মপেনা লৈপুংগুম পৈথংলি, অদুবু থলগী ফম্পাক্তু মালংদা অদুমক লৈরি। থলগী মনাক্তা সত্যভামা লেপ্লি; সত্যভামা মীয়াই চল্লবা চহি মতাংনি; ফজে, তোঙ্গানৈ, নোয় পেন্না শাবান ফজবানি, লৈতেং কয়া শেং-চারি, মিংস্না থম্বাল মঙংনি; অদুবু থলগী ফীভমদু উবদা মাইথোং মকাশনগ্রে। মহাক মশাদগী লৈতেংপুম্বা লৌথোক্তুনা থলদা লংশিল্লি, লৈতাও গুংদা মানবী পুৎশানা নাপদগী রত্নগী লৈতেং লৌথোক্লি, ইকাইবনা লাইবক্তা ভুমাং মরিক মরিক কারি, পুংঙাইতবনা মমিত্তা ইরা চেল্লি। শাওনিংবনা নাতোল ফলপ তৌরি, মচিনবান চিক্লি। হায়রিবা ফীশমসিদা লাইয়েকপনা মাবু য়েক্লি। তুংদা লেপ্তুনা শনাগী মুক্তি-গুম্লবী রুক্মিনী য়েংলি। মাম্থ মাইথোং লাংশিল্লি। মহাকম্থ মশাগী লৈতেং হুক্তোক্তুনা সত্যভামাদা লানশিল্লি। অদুবু মাগী মিংফমদি শ্রীকৃষ্ণয়োমদা

থম্লি ; মহাক মপুরোইবা তম্না চেপ্লপ মিৎচিনা য়েংলদুনা হাইকেন্তং চিনবান নাকচিদা মোমোন তৌরি. অদুবু শ্রীকৃষ্ণদি মীনোক্কদা লোয়বীগী মুংঙাইবড় মপুং ফানা উবা ফংলি। শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোংদি য়াম্না চৌংশেম্মি, ইংই. করিসু থঙদবগুম্না তৌরি, অদুবু মহাক মিৎচিনা লোল্লপ রুক্মিণী তম্না য়েংলক্লি, অয়োন-মিৎয়েংগুদসু হাইকেং নোকপগী মমি তারি। মরক্তনা অঙোবা ফীজোন শেংপা, অঙোবা কুচুনা লৈতেংবা দেবর্ষি নারদ লৈ. মহাক য়াম্না মুংঙাইবগী মওংদা পুম্নমকসি য়েংলি , মুংশিংজক্কা মাগী ফীজি অমসুং কোইডু পাইরি। মাইকৈ মরিমক্কা মগীং থীওমড্রবা কোমুংগী মৌশিংনা মথল মচু কয়াগী ফীজেৎ শেৎলদুনা ভাম্বোইদুনা লৈরি। ভিক্ষা নিবা ব্রাহ্মণ ৭ য়ামুকসু লাক্লি। কোমুং ঙাকপা কয়ানা ইরাং তৌদনবা লাকরি। হায়রিব লাইসিগী মথাদা সুর্য্যমুখী মথুংমক্কা ইদুনা থম্লি, "মানা মানা তৌজবা মানা মানা মফংই। মপুরোইবগবু শনা লুপাগা চাংদয়বা ?"

নগেন্দ্রনা কা মসুংডুদ মথক্তা চংলকপা মতমদুদা, অহিংগী য়ুথক অনি ফৌখ্রে। অহিংড় অকিবগী মশক্লি। য়াচংবা মতুংদগী নোং হাইরপ হাইরপ তাই অমসুং মুংশিং শিংলি। হৌজিক্কি নোংথোঙ ফুইনা লেপ্তুনা তাশিল্লক্রে. মুংশিংসু শউম য়াম্না কনথংলক্রে। য়ুমগী থোঙনাও হাংদোক্কনা থম্মশিংড়, হৌরবা থোনফমগা লোইননা মুংশিং মাইয়োক্লরক্রে। মিংশেলথোঙপুম্না শ্রেং শ্রেং হায়বা খোম্ভোক থোক্লক্রে। নগেন্দ্রনা তুম্ফম কাদা চংলক্লগা থোঙ থিংজিল্লে। অডুদদি মুংশিংকী শউমড় থম্না শাফখ্রে। কমুং মনাক্কা থোঙ অমথক্তি হাংলি—থোঙডুদদি মুংশিং চংলক্তে, অডুনা অডুম্মক হাংডুনা থম্লে।

নগেন্দ্রনা তুম্ফম কাদা চংলক্লগা থংশাম্বর মপী শাংনা হোন্দুনা সোফা অমগী মথক্তা হিম্লরে। নগেন্দ্রনা মডুদা ফমডুনা কয়া য়াম্না কপ্‌খিবা, কনামডনা খঙদ্রে। কয়ারক হন্না সুর্য্যমুখীগা মাইয়োক্লনা সোফাডুগী মথক্তা ফমডুনা মুংঙাইরবা বাহি কয়া শাখি।

নগেন্দ্রনা থম্না হয়া মথবাই পান্দবা ফক্ষমড়বু কোনবনে চুপ্পনে তৌরক্রে।

অদুদগী অমুক মমাই থাঙত্ত্না সূর্য্যমুখীনা লুনা চাম্না তৌজরবা লাইশিংদুবু য়েংলক্লে। ইমুংদা ঙাম্লবা থাওমৈ থাম্লি মদুগী তথক্রবা মঙালদা অয়েকপা লাই পুম্নমক্তু মথৱাই পানবগুম উরক্লে। লাই খুদিংমক্তা নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীবু উবা হৌরক্লে। মহাক্লা নিংশিংলকই, ঙমাগী লৈগী-লৈতেংদু উবদা, সূর্য্য-মুখীসু নোংমা লৈ য়াম্না থেংনিং-চিন্নিংঙম্মি। মতদা নগেন্দ্র মশামক্লা লৈকোন্দগী লৈ হেক্লত্তুনা মথুংমক্লা সূর্য্যমুখীবু লৈ-তনা লৈতেংবী অমা ওইনা শেম্মিরম্মি, মতুদা সূর্য্যমুখীনা মথৱাইদা হয়াওজখিবদুবু, কনাগুম্বী নুপীনা মণিমুক্তাতনা শেং চারবা ফাওবদা মত য়েৌনা নুংঙাইজবা ওমগদ্রা? অদুগা নোংমনা সুভদ্রানা দোলাই খোবদু উবদা সূর্য্যমুখীসু নগেন্দ্রগী গাড়ী য়াম্না থৌনিংলম্মি। মাগী নুপীবু নুংশিনা-চাম্না থল্লবা নগেন্দ্রনা খুদক্তু মক্তদা পিক্লবা গাড়ী অমদা পিক্লবা শগোল অনি পানশিন্দুনা হংথোলনুংগী লৈকোলদা সূর্য্যমুখীনা থৌনবা পুরক্লে। মবানিমক মতুদা তোংথংলে। সূর্য্যমুখীনা চুপ্লি পায়রে। শগোল-শিংড মথন্তমক চংচরক্লে। মতদা সূর্য্যমুখীনা সুভদ্রাগী মতৌগুম নগেন্দ্রয়োমদা মমাই ঙনশিল্লক্তুনা চিনবান চিক্লতুনা মোমোন মোমোন নোক্লকই। তাল্লক-সিদা শগোলশিংড থোঙ্গাল মনাক য়োরকপা উরতুনা গাড়ীদু মপালশোমদা লমজাও শোরোক তাম্না চিংতুনা পুথোক্লক্লে। মতৌদুদা সূর্য্যমুখীত্র মীয়াম মমাংদা ইকাইখিবনা মমিং তুকথরদুনা কোকথুম কী চিংথবা লাক্লরক্লে। মকাক্লা বাবা মতৌড উবদা নগেন্দ্র মথুংমক্লা চুপ্লি পায়তনা গাড়ীদু হংখোলনুং তাম্না অমুক মমাই লৈশিল্লক্তুনা পুরকই, অত্দগী মবানিমক গাড়ীদগী কুমথ-রত্নো হায়কম থঙদনা নোকখি। মতুংদা তুম্ফম কাদা চংলক্রগা সূর্য্যমুখীনা সুভদ্রা য়েকপা লাইত্দা থুত্রম ঈংলত্তনা হায়রকই, "মাঙন-তাক্রবগী মশক ওইবী নংনতা থুদোং থীবা পুম্মসিগী মকুনি।" নগেন্দ্রনা মত্ত নিংশিংলক্তুনা অয়োই অথম নাইদনা কপ্লক্লে। অমুক মৈচাক্তু থাঙবা ঙম্লক্তুতুনা কৌগত্ত না কোইচং চংপা তৌরক্লে। অত্তবু য়েংখি য়েংখিবা মাইকৈ পুম্নমক্তা সূর্য্যমুখীগী খুদমতমক লৈ। ফক্লাংদা লাইয়েকপনা য়েকপা উম্নিংগী মতৌ তমদুনা

সূর্য্যমুখীনা উঙ্গি অমা য়েক্রম্মি। মহ হৌজিকসু লেংদনা অচুম্বক লৈরি। নোংমা য়াঙশংদা সূর্য্যমুখীনা মপুরোইবদা কুমকুম চাইরম্মি—কুমকুমসু নগেন্দ্রদি পাক্রগনা ফক্লাংদা পারে। ঙসি কাওবা আবাইরগী খুদমচা লৈরি। সুমক্ষ শাবা পোইরবদা সূর্যামুখীনা মখুৎমক্রা মকম অমদা ইভনা থমখি—

"১৯১০ সংবৎসরদা

ইষ্টদেবতা

ইপুরোইববু ইয়াচ্চনবগী দমক

মন্দির অসি

মনাই কুপী সূর্য্যমুখীনা

লিংখৈচে।"

নগেন্দ্রনা মসু পাররে। কয়ারক চনা পারে—মহ কাওবদা অংপনবা নাইত্রে—মিংগী পিনা হম্না চনা মাগী মিংথেংগু মমতরক্রে—অদু মপি ঠিংথোক ঠিংথোক্রগনা অচুম্বক পাগনা লৈরে। পানা পানা উবদা থাঙমৈচ মমথরক্রে। কম্না লৈনদুনা য়েংগুকপদা, থাওমৈ মুংথরকপচ উররে। মতুংদি নগেন্দ্রগী স্বর মপী তোংগা কমুংদা চুম্বা চংত্রে। কমুংথকা কেক কময়থকপা খুত্তোহোদনা খোঙহোৌ খুৎকন কনশিন্না লোং চুংশিং শিংকৎলে; মৈইকৈ মরিদা খোঙনাঙশিং থাক চক্কী মখোল তাররে। মচমংদা থাঙ পোইথ্রবা থাঙমৈচ, মংনাংমংনিং কৌশিল্লক্লে—তন্দনখুক্তং চান্দুনা লৈরে। অমম্বগী অমহা ঙইরবা মঙান্দুদা মহাক ঙক্লবা খোদোক অমা মমিঙ উররে। কম্লবা লোং চুংশিংকী মখোলতদা খঙবোই লাকপোই, কমুংনাক্কগী হাংদোক্কনা খন্না খোঙলোমচদা তেক য়েংথোক্কই। হাংলিবা খোঙচগী মপাদা মন্নি মন্নিবা মরক্তা মমিংশুম্বা মুর্ত্তি অমা মহাক উবা ফংলক্রে। মামচ কুপীগী শক্তমনি, অতুবু অসুম অসুম উশিল্লকপদা মহাকী মশাপুখত্ন শাই লাওত্রে, মখোঙ মখুং নিকশিল্লক্রে। চুপী ওইবাগী মুর্ত্তিগ্র সূর্য্যমুখীগী মঙং মতোংগা চপ মান্নে: নগেন্দ্রনা মতবু সূর্য্যমুখীগী মমিংনি হায়না মপুকনিংদা হেক লৌরকপদা

ফমুংথক্তগী লৈমাইদা চোংথরুনা মমি তম্না কম্না চেনশিল্লকই। অদুবু মমিতদি থাই মাঙখ্রে। তাক্লাতমক্তদা থাওমৈসু মুংখ্রে। মতৌচুদদি নগেন্দ্রড কম্না লাওরম্লগা লৈমাইথক্তা ভুথখিদুনা অত্ময়ক বাম্বখ্রে।

---

## নিফুম ঙাগুবা মচাং

# মমি

নগেন্দ্রনা জ্ঞান লাকপা মতমদু ফাওবা, তুম্ফম কাড শাথীনা মম্লি, অদুবু মরাক মথং মথং জ্ঞানদি অসুম্মক তাথরক্লে। মহাক্না বাম্বখিবগী বারম পুম্নমক অসুম নিংশিংলকপদা, মহাক ঙকপগী মথক্তা অমুক্তা হেন্না ঙকখ্রে। মহাক লৈমাইথক্তা বাম্বদুনা তুখিবনি, অদুবু মহাক্কী মকোক্তা থাঙলিবা মোন্দুদি কদোমদগী লাক্লিবনো? অদুগা চিংনবা অমনা—মসিবু মোনলা? মোনদু মখুংনা পায়দুনা য়েংজে—মসিদি মোন নত্তে। কনাগুম্বা মী অমগী মফৈগন্নি। খোংশঙদা তুম্পীগী মফৈগন শক্টরমগদ্রা নিংজে। কনা লাক্তুনা মানা বাম্বখি-ঙৈদা মকোক্ত মফৈগন্দা থাদংলরিবনো? মসিবু কুন্দনন্দিনীরা? চিংনবা কোক্লবগী দমক হাংলকই, "কনানো নহাক?" অদুবু কোক থাঙংলিবা অদুদি করিমত্তা খুম্মকপা তৌদ্রে অশাবা মিংকৌ পি মরিক অনি অহুমদং নগেন্দ্রগী মরাক্তবক্তুনা তাথরকই। নগেন্দ্রনা খঙলে, অমবু ওইরবসু অমবু শুইরবসু, মীসি কম্লে। খুম্মক্তুনা অদুদা নগেন্দ্রনা মশা অদু শাম্বরদুনা য়েংলক্লে। খুদক্তু-মক্তদা শঙকৌদনা নগেন্দ্র মবুদ্ধি মাঙখ্রে, মশাপুম্বা তু থ্যাও চুংখ্রে। মহাক শুকপংং লেংদনা অশিবগুম ঙহাক তুমিন্না লৈখ্রে। অদুদগী তম্না তপ্না মুংশা-শ্বর খিংলদুনা মুপীতগী মকগন্দগী মকোক্তু থাদত্তুনা ফম্লে।

লৌজিক নোং মুংশিং লেপখ্রে। আতিয়াদা নোং অমুক লৈখিদ্রে—নোংপোক মাইকৈদা চিংথে মুম্মক্লে। মপান্দদি ফনা নিংথিনা ভাল্লে—ইমুংদসু থোঙগী কায়ক কারক্তা মঙাল থন্না থরা কাওজিল্লক্লে। নগেন্দ্রনা হোগত্তু না

ফম্লগা উৎরক্লে, সুর্যমুখীসু হৌগংলক্লে অতগা তপ্না তপ্না থোঙলোমদা চংখ্রে। মতমতুদা নগেন্দ্রনা খঙলকই, মসিদি কুন্দনন্দিনী নত্তে। অদুবু তাঙ্গাহৌ মী মশক হেক খঙবা ঙম্না ঙানবদি নত্তে। ফীভম অমসুং শাজত্তি হাইফেং হাংফেং খঙবা মঙম্মে। ফীভম অমসুং শাজত্তু নগেন্দ্রনা মিকুপমুক মুম্না য়েংলক্লে। মতু উৎপদা মহাক লেপ্লিবী সুর্যমুখীগী মথোঙ ময়াদা তুথরক্লে। বারবা খোনজমদা মামত্তা পিগা ইবা পানা চেল্লতুনা হায়রকই, "দেবীবু ওইরবসু, তাইনং মাগুইবীবু ওইরবসু, নখোঙ পায়দুনা হায়জরি, ঐঙোন্দা বা মচেং-অমত্তংদা ওইরবসু ঙাংলম্মু। নত্রেবদি ঐগী থবাক্তাস থারগনি।"

সুর্যমুখীনা করি হায়রকপনো হায়বদু, মরাইবক খিবনা নগেন্দ্রদা খঙবা ঙমহৌদ্রে। অদুবু হায়দোরকপা খোনজমদু নগেন্দ্রগী মনাকোংদা হেক তারক-পদা, মহাক তকিং তকিংনা কুক হৌগংলক্লে অমসুং লেপ্লিবী সুর্যমুখীবু মথাদা কোনশিনগে লাকরক্লে। অদুবু মতমতুদা পুক্রিং হকচাং অনিমক সুংশি-ইথৌ-মৈচাক্রা পুংপং পংথখিবনা, অমুক হন্না উপালদগী নাম্বরক্রবা উরিগুম শুমহৎ-নবগী-মশক-ওইরবী অতগী মথোঙ ময়াদা তুথখ্রে। অমুক বা ঙাংখিদ্রে।

সুর্যমুখী অমুক মকৈগন্দা মকোক্তু পাঙংলতুনা ফমথরে। নগেন্দ্রনা পাংজক্রবা নত্রেগা য়াতাক্রবা অতুদগী মিং পাংথোরকপা মতমদদি সুমিং থোক্রম্লে। ইমুংদু পুমহান থারে। মুম মনাকী নিকোলগুংগী উপাল খুদিংদা উচেকশিংনা হৌনা শাঙনা থোংলক্লে। কোক্তো হুংলিবা মঙাল-চংকমদগী চন্দোয়রকপদা ঙাইহারবা সুমিংকী মশেক ইমুংদা তাম্নক্লে। মতম অতুদসু নগেন্দ্রনা যরে, কনাগুম্বা অমগী মকৈগন্দা মকোক্তু থাঙলি, মমিং য়েংথংলুবা তৌদনা হায়রকই, "কুন্দ, নং করম্বা মতমদা লাকই? ঐদি ঙসি অহিংচুম্না সুর্যমুখীবু মঙদা উই। ঐগী মতুদা, সুর্যমুখীগী মতম্বাক্তা ইকোকসি ঙাথরদুনা হিপ্লি হায়না তৌই। নং অসিনা করিগুম্বা সুর্যমুখী ওনবা ঙম্লবদি কয়ামুক্তা নুংঙাইগবা!" সুর্যমুখীনা হায়রকই, "শকথিবী অতবু উরগা নহাক্না অতুক মান্না নুংশাংগদবা লৈরবদি, ঐহাক শকথিবী অতুম্মক ওইরবনি

নগেন্দ্র মমাই লৈতনা য়েংঙকই। ওকপনা মমখিত্রনা হৌগত্তনা কম্রে। মমিৎ নোইরে। অত্তদগী অমুকসু য়েংঙকই। মকোক পাম্বত্রনা ওহাক তুমিন্না কমত্রনা লৈরে। অমুকসু হন্না মমিৎ নোইরগা মুন্না য়েংঙকই। অত্তদগী অনুক হন্না মমাই লুকথরত্রনা তপ্না তপ্না মখা মথন্তা পোক্কররকই, "ঐবু ঙাও-ৱরবা, নত্রগনা সূর্য্যমুখী হিংলিবরা? ঐগী ইরাইবকসি অস্থরা পোকই হায়না তমগ্রবোইরে? ঐ অঙাওবা হায়বত্র ওইরেদনা!" অসি হায়রত্রনা নগেন্দ্রনা লৈমাইপক্তা তিপথরগা থপাস্বোম কারক্তা মমাই লোৎলত্রনা অমুক কপ্পা হৌরক্লে।

হন্দক্তি থপীত্র মাগী মখোঙ অনিমক কোল্লক্লে। মাগী মখোঙত্রদা মমাই লুকথরত্রনা, মমিত্তগী শিন্থরকপা পিনা পুমচোৎ চোৎহল্লক্লে। অত্তগা হায়রকই, "হৌগৎলো, হৌগৎলো! ঐগী থবাইগী মবুঙো! লৈমাইপক্তগী হৌগৎলো। ঐহাক্তা থাঙলকপা অবাবা পুম্নমক্ত, ওসিদি পুম্নোই লোইরে। হৌগৎলো, হৌগৎলো! ঐহাক শিত্রি। অমুক হন্না নংগী নখোঙ সেবা তৌজনবা লাকচরবনি।"

করি অমুক ওক্লিংঙাই লৈরি? অত্তদগীদি নগেন্দ্রনা সূর্য্যমুখীবু চেৎনা কোনশিল্লক্লে অমম্বুং মাগী মখাদা মকোক্ত থম্লত্রনা, ৱা ঙাংদনা অতং অথম লৈতনা কপ্লক্লে। মতুংদা মথানিমক অমনা অমগী মরেংবান্দা ঙাথনরত্রনা লোই নাইদনা কপ্পরক্লে। কনাসু ৱা মচেৎ অমতাপু ঙাংনদে---কপ্পু নত্তা অত্তম্মক লৈ। কপ্পনা কয়ামুক্তা মংঙাইবা ওইরিবা!

## নিফু শরুকতুবা শরুক

# হৌখিবা ৱারি

মতম চায়রুবদা সূর্য্যমুখীনা নগেন্দ্রগী মপুক্কিংদা ওকপগা লোইননা লা-ওক্লিবত্র কোকহল্লে। মানা হায়রকই, "ঐ শিদে—কবিরাজনা ঐ শিত্রে

হায়রিবা বাড় ওইদবা বানি। কবিরাজদি খঙদবনি। ঐহাক মানা লাই-রেংবতুদা হকচাং ফগৎলক্লতুনা, নংবু উনিংবমগী গোবিন্দপুরদা চৎননবা পুক্নিংসি ইরাংতা লাংতুনা লৈরে। ব্রহ্মচারীদা অতৎ অথম লৈতনা তক্লে। মমৈথংদা মানা ঐবু গোবিন্দপুরদা পুতুনা চৎপিরগে হায়রে। লোংমা য়াচংলবা তুংদা চাক-ইশিং চারগা মাগা লোইননা গোবিন্দপুরদা চৎনবা খোঙশাগক্লে। মফমসি য়োরক্লবা মতমদদি, নহাক থুমদা লৈতে হায়বতু তারে। ব্রহ্মচারীনা ঐবু মফমসিদগী ক্রোশ অহুম লাপ্না ব্রাহ্মণ অমগী য়ুমদা মচানি হায়জিন্দুনা থনম্মগা, নংবু থিবা চৎখ্রে। মহাক অহানবদা কলিকাতাদা চত্তুনা শ্রীশচন্দ্রগা উনরে। শ্রীশচন্দ্রগী মচিন্নগী নহাক মধুপুরদা চৎকদৌরি হায়বা তারে। মতু তাবদা মহাক অমুক মধুপুরদা চৎলে। মধুপুর য়োরক্লগা তারে, ঐখোইনা হরমণিগী য়ুমদগী হেক চৎখোক্লকপা নুমিত্তু মক্তদা, মগাক্তী য়ুমমতু মৈনা চাকখ্রে। হরমণিতু য়ুম মৈ চাকপদা অতম্মক য়াওখ্রে। নোংজাল্লগা মীয়াম্না মৈ চাকপা মীশক্ত অসিনি হায়বা তশেংনা খঙগে। মখোইনা লেপ্পরে, য়ুমসিদা কুপী অনি লৈ, অমদি শিরে—অমনা লৈত্রে। অতুদি অমখক্তি চেন্দুনা মথন্নাই হিংহৌবা তারে—অমনা মৈ চাকপদা য়াওরিবসি ওইনা তারে। চেনখিবা ওইসিদি মপাঙ্গল কনবতুনি, অনাবীতদি চেনবা ঙম্মোই। মরম অতুদগী মখোইনা হরমণিদি চেনখ্রবনি, ঐসিনা শিরবনি হায়না লেপ্পরে। মতু অহানবদা ভাবনা শাবা বাকমদমক ওইরম্মি, অতুবু মমৈথংদদি য়ম্মাম অসুম অসুম ডাংনরকপদগী অশেংবা ওইনা নিল্লরক্লে। রামকৃষ্ণনা বাত্ত তাবদগী নঙোম্মা হায়বনি। ব্রহ্মচারীনা পুন্নমকসি খঙলবা তুংদা, মসিমতু তারক্লে, নহাক মধুপুরদা লাক্লম্মি, অতুবু ঐ শিরে হায়বসি তাতুনা মাইকৈ সোমদা অমুক চৎখ্রে। মহাক থুদক্তু মক্তদা তফিং তফিং নংবু থিবা অমুক হল্লক্লে। ওয়াং নুংথিল মহাক প্রতাপপুরদা থুংই, অতুবু ঐহাক নোংমা নিনিগী মতুংদা নং য়ুমদা থুংলরনি হায়বসি তাই। মতুগী বাথল তৌতুনা নহাক ঐ মফমসিদা লাকপনি। হৌজিক্তি ক্রোশ অহুম খোঙনা চৎপসি কবিস্ন বানা

থোক্কে—খোঙনা লমথাং চংপা ঐনেরে। নহাক্না নং য়েরক্কে লাক্লনা ঐ অমুক হল্লে, ভরাং অমুক ব্রহ্মচারীগা উনরবা তুংদা গোবিন্দপুরদা লাকপনি। ঐনা মফমসি য়েৰকপদদি, অহিং যুথক অমা হৌখ্রে। ঐনা অসুম লাকপদা, মতমতু ফাওবা চেকপলগী পোঙ হাংলি হায়বত্তু উরে। অতুদগী য়ুমদা চংলক্রে—কনাস্ত ঐপা খেংনদে। সিঁড়ি মথাদা লোত্তুনা লৈরে। মতুংদা ময়াখক তুম্নরবদা সিঁড়ি অতু কাখৎলকই ;—নং মফমসিদা শোইদনমক তুম্মগনি হায়বসি ঐ খল্লি। তাঙ্গাতুদা উরক্রে, থোঙ হাংলি। থোঙ মরুমদা লোম্না য়েংবদা, নহাক নকোক্তা নথুং হাপ্লত্তুনা ফমত্তুনা লৈবত্তু উই। ঐহাক নথোঙদা চেনাশিন্দুনা কোনজনিংবা অমা পোক্লক্রে—অতুবু অমুক অকিবা অমা থঙপোক পোক্লকই—নংগী নকমদা লাজখিবা ইরাসতু নংনা করিগুম্বা ভাকপিরমত্রবদি হায়না! ঐদি নংগী শত্তুমত্তু উজরগতা পেঙ্গব পোকই। থোঙনাও মরুমদগী লোম্না অসুম্মক য়েংজৈ ; অতুবু তাঙ্গাতদা শক উকল্লগে হায়না থক্লক্রে। শকসি উংনবা চংশিল্লক্রবনি—অতুবু থোঙ-মপাদা ঐবু হেক উবদা নং রাম্হাখ্রে। মত্তমতুদগী তম্বাক্তা কোনথত্তুনা ফমত্তুনা লৈরকপনি। অসুক শুংলাইবসি ঐগী ইরাইবক্তা তত্রমগনি হায়বা ঐ থাজরুদে। অতুবু ওঙ্খোকপনি! নংদি ঐবু করিমতসু খুংশিদে। নহাক ঐগী ইশাদা নথুংনা পোক্লকাও ঐবু শক খঙদে—ঐদি নংগী শউম কংবতদা নংবু খঙবা ঙম্মি।”

---

নিফু শরুক্লেহুমশুবা মতাং

# পুকচেল তিংবী অমসুং কৌল অমোম

তুম্ফম কাদা অসুম্না খুংঙাইবগী ইপাক্তা তাওনা তাওনা নগেন্দ্রগা সূর্য্য-মুখীগা থম্মোই ইংনফম শুইরবা রাখিসি শারিডেদা য়ুমগী অতোপ্পা নাকল অমদা থরাই মাঙনফম ওইবা রারি অমসু শারি। অতুবু মসিগী মমাংদা হৌখিবা অহিংগী রা থরদং হায়হৌবনা চুম্মি।

য়ুম য়োম্লক্লগা নগেন্দ্রনা কুন্দগা শক অমুক ফাওবা উনদ্রে। কুন্দত্ত তুম্বক্ম কাদা মোন্দা মমাই লুকশিন্নজনা অহিং চুপ্পা কপ্তুনা লৈরে। হুপীমচা ওইবীগী হৈনবী মকপ্তু নত্তে—মথবাই শোক্লহুনা কপ্লকপনি। কনাগুম্বনা কয়িগুম্বা কনাগুম্বা অমদা নহা ওইরিঙৈদা লোথুপ-লোকোই পওনা মশাবু কংথোকচজনা মমল নাইদ্রবা থম্মোই পিথোকথ্রগা, মতগী মহুত্তা থোওইবিদবগী শক্লক্তমক কংবা য়াওরবদি, মহাক্তুদনা অমুম্বা মকপ অসিগী থাওমদ্রবা মৈচাক্তু, থওবা ঙমগনি। মতমত্নদা কুন্দত্ত নিংঙমদবা পোক্লক্লে, "করিগী দমক্তা ঐনা ইপুয়োইবগী শক উনিংজনা হিংজনা লৈক্লরিবনো ?" মসিমস্থ থম্লকই, "কৌজিকপু করি তুংঙাইখিগনি হায়জনা হিংকম থোক্লিবগে ?"

অহিং চুপ্পা তুমদ্রবা অমস্থুং কপ্লবগী তুংদা নোং ঙানফুং ঙানফুং তৌরকপা মতমদদি কুন্দত্ত থরা থরা উইথরক্লে। উইক্রম উইক্রম তৌনা কুন্দ অমুক্তা হম্না অকিবগী মশক ওইরবা মঙ অমা মঙলক্লে।

মহাক্লা উরক্লে, চাহি মরিগী মমাংদা মপাগী য়ুমদা অশিবা মপাগী নাক্তা তুম্লিঙৈদা, মঙালগী মশক ওইরবী মুত্তি অমা মমাগী শক্তম লৌজনা মমঙদা ফাওরকখিবত্ত, ঙসি অমুক মঙালগা লোইননা চিংলেম্লবা মুত্তিদা কুন্দগী মুখম ওইনা ফাওরক্লে। অত্নবু হন্দক্তি মহাক্তু অমকপা পক্তনা ঙৌরবা থাজগী মম্লাইদা ঙাংঙোইবা নত্রে। শাথৈনা শুক্লা মুরবা চুরমদাই ওইরবা নোংগী মরক্তা ফম্লহুনা কুমথরক্লি। মাগী মাইকৈ মরিদা মম্লবা অমুবা মনিলগী ইপোথ্ কম্লা হৌরি, অমগ্নহুথী মরক্তা তাইবং মীগী মুত্তি অমথক্লা নোককেং নোককেং তৌরি। মরক্তুদা য়াম্লা ঙোয়না নোংথাংস্থ কুপ্লি। কুন্দনা অকিবগা লোইননা উরকই; নোক্লিবত্তগী শক্তমত্ত হীরাগী শক্তমগা চপ মান্নবগুম্মি। অমুকস্থ উরকই, মাগী মমাগী থোজালগী মশক ওইবী শক্তমত্ত, হৌজিক্তি তুংস্থ-তুংজানবগুম তৌপ্রে। মমানা হায়রকই, "কুন্দ! ঐনা হায়বা বা লৌদজনা, ইতুং ইল্লকউ য়াখিদবদগী—হৌজিক্তি নং করাদা অবাবদা তারবা ?"

কুন্দ কপ্লক্লে।

অতুদগী মমানা অমুকহন্না হায়রকই, "ঐহাক নঙোন্দা অমুক হন্নকখিনি হায়রম্মিদনা, অদুনা ঙসি লাক্লিবসিনি। হৌজিক্তি নহাক ভাইবংপানগী মুংঙাইবা হায়বত্থ পেঙ্গরবদি, লাকও, ঐগী ইতুং ইল্লক্নো।"

মতুদা কুন্দনা কপ্লদুনা হায়রকই, "ইমা, নং ঐবু পুবিয়ো। ঐ অমুক মফমসিদা লৈজনিংদ্রে।"

মতু ভাবদা মমাহ্ন হয়াওরদুনা হায়রকই, "অদুদি লাকও।"

অসি হায়রম্মগা মঙালগী মশক ওইবীহ্ন মাঙখ্রে। মিকপ থোক্লকপদা কুন্দনা মগুহ্ন নিংশিংদুনা ঈশ্বরগী মফমদা নিজরকই, "হন্দকমুক্তি ঐগী মগুসি মহৈ য়ালহনবিয়ো!"

অমুক্তা হীরানা কুন্দগী থবক-ইংখাং তৌনবা কাউদা চংলক্লে। মগুমতুদা মানা উরে কুন্দ কপ্লি।

কমলমণিনা লাকপদগীদি হীরাহ্ন কুন্দগী মফমদা নোম্লকপগী মওংদা চংলক্লে। নগেন্দ্র লাক্লগানি হায়বা পাওদুনা মসিগী মরু ওইবা মরম্মি। হান্না চংখিবা-ডক-হাইগংপা শাজত্তুগী প্রায়শ্চিত্তকী মওং ওইনা অহোইনচম হীরাহ্ন হান্নদগী হেম্না কুন্দগী মুংঙাইনবতা ভাংবী অমসুং য়াথং ইনবা ওইরক্লে। অতৈ কনাগুম্বা অমা ওইরবদি লোনম শাজংসি ইলাই লাইনা খঙবা হেক্তা ঙমগদবনি,--অদুবু কুন্দদি হায়কম খঙদনা চমত্রবী মুপীনি অমসুং খজিক্তদা পেনগনবীনি--মরম অদুনা হীরাগী অমুম্বা অনৌবা নাবু মুংশিবগী শাজং চংলকপসিদা মপুক্কিং পেনবা নতনা চিংনবা করিমতা পোক্কে। অদুনা হৌজিক কুন্দনা হারাবু হান্নগুম থাজবা য়াবী মুপীনি হায়না অতুম্মক লৌই। কারগুম্বা মগুমদা বাঙাং কনবীনি হায়না খনবা নওন। থাজবা য়াদবীনি হায়বদি শুকথন থল্লুদে।

হীরানা হংগুকই, "ইবেম্মা, করিগী কপ্লিবনো?"

কুন্দ খুমদে। হীরা তম্না য়েংলকই। হীরানা উরে, কুন্দগী মমিৎ মমাই পোত্নে, মোন পুমচোৎ চোৎলে। হীরানা হায়রকই, "কারনো তৌরিবা

মতৌসিদে ? অহিং নোংশোইবা কপ্তু মতা লৈরব্রা ? কৈদৌরবগে, বাবুনা ডাংজবরা ?"

কুন্দনা হায়রকই, "করিস্ত তৌদে।"

অসি হায়রগা অমুক হন্না থামওমদ্রবা পিরাংগা লোইননা কপ্লক্লে। হীরানা থওক্লে, করিগুম্বা থাখৌবা থোদোক অমদি থোক্লে। কুন্দগী অরাবহু উবদা মহাক মুংঙাইবগী মপাল নাইখিদ্রে। মাইথোং শুকথরুনা মহাক্না হংলকই, "বাবুনা য়ুমদা য়োরকপদগী নংগা বা-লাং ডাংনব্রা ? ঐখোই মীনাইমপীদদি, মত তাকথোক্কদবনি।"

কুন্দনা হায়রকই, "করিগুম্বা অমতা ডাংনদে।"

হীরানা ভক্তনা হায়রকই, "করি হানো অচুদে ইবেম্মা ! মমিৎ অমুক কাল্লরবগী তুংদা উনববু ! করিগুম্বা অমতা হায়দবা ?"

কুন্দনা হায়রকই, "ঐগা মাগা শক-শকবু শুকউ উনদ্রি।"

বা অসি হায়রকপদা কুন্দগী কপ্লচু খিংওমদবা ওইরক্লে।

হীরাচু মপুক্লিংদা য়াম্না য়াম্না হরাওরে। নোক্লংনা হায়রকই, "চয়োদা ইবেম্মা, মখগবু কপ্পা লৌনব্রা ? মী কয়াগী পুওমদ্রবা অরাবা কয়া কয়া কোক-তোনসি লান্দুনা চংখ্রবনি অচুগা নংদি উনবা থক্কিদুং খিহবগী দমকপু কল্লিবা ?"

"পুওমদ্রবা অরাবা কয়া" হায়না পল্লিবা বারোলসি কুন্দদি করিমতা ভাব তাবা ওমদে। হীরানা অচুদগী মখা তাথরকই, "ঐদোনা থাওববু তারখদি, নহাক্কি নহাক্কনা নপা নথম্বা শিজবনি।"

"নপা-নথম্বা-শিজবা" হায়বা অমঙ্গলগী মশক ওইবা বাহৈসি কুন্দনন্দি-নীগী মনাকোংতদা ওখোরা অকিবা অমা ওইনা তারে। মহাক শাই লাও-খিদুনা চৌগত্রুনা কয়ে। অহিংদা কয়ারক হন্না মহাক মপা-মথম্বা-শিজবগী বাফমসি খল্লুরবনি। হীরাগী মচিন্দা বাকমসি তাবদা মহাক্কী যমগুম্বা থনখ্রে।

হীরানা হায়থরকই, "ঐনা বাহৈবগী মরমচু লিগে অচুক তাও। ঐম্

মী অমবু ইথরাইদগী হেন্না নুংশিজরুই। মহাক ঐগী ইপুরোইবা নত্তে—অদুবু ঐনা তৌরুবা পাপ অদু ঐগী ইবেম্মদা লোংজদুনা করি কান্নগনি—তশেংনমক তমথোকপনা ফৈ।"

ইকাই-খুম্নোই হাংলবা রাসি কুন্দদি না ওইনবু তারুদে। মাগী মনা-কোংদদি "নশা-নথস্তা-শিজবা" হায়বা বাকৈদুতা ঙংদুনা লৈরি। ভুত অমনা মনাকোং ময়াদা মুরুম মুরুম শোনবগুম তৌরি, "মহাক নশা-নথস্তা-শিজবা ঙমগদ্রা? মৈচাকসি খাঙবনা ফরিব্রা, নত্রগা শিবনা ফরিব্রা?"

হীরানা লেপ্তুনা হায়রকই, "মহাক ঐগী ইপুরোইবা নত্তে, অদুবু ঐনদি মাবু ইপুরোইবা লক্ষ্যা অমদগী হেন্না নুংশিজে। মহাকদি ঐবু নুংশিবদে: ঐ তশেংনা খঙই,—মহাক ঐবু নুংশিদে—অদুগা ঐঙোন্দগী শরুক চাম হেন্না মগুণ য়াওরবী পাপচেনবী অমবু মহাক্না নুংশি।" অসি হায়রগা হীরানা মরাই-লৈদা-লুরিবী কুন্দ তয়া অমুক্কং খারবা মিৎয়েংনা য়েংলকই, অদুগা হায়রকই, "ঐহাক মত খঙজদুনা মাগী মনাক শুকনক নক-চরুদে: অদুবু নোংমদি ঐথোই অনিমক রাখল শেরায়গে।" অসুম্না বা-হৌরদুনা হীরানা শয়প কুন্দদা মশাগী থম্মোই চাকপগী বায়োল তয়ক্লে। কনা-মতগী মমিংদি শন্দে, দেবেন্দ্র কুন্দ অনিমক্কী মমিং শুকহায় হায়দোক্কে। বারিদুদা, কনানো হীরানা নুংশিরিবা, অদুগা মানা নুংশিরিবা নিপাদুনা নুংশিরুরিবী অদুনা কনানো হায়বনাচংবা মীশক খঙবা য়াবা বায়োল অমত-ফাঙ য়াওদে। অতৈ বাস্থু শম্প্রা তম্মি। মমৈথংদা খোঙপাক্লা কাওরকপগী বাহ্রু তম্নবা তুংদা হায়রকই, "মতমদুদা ঐনা করি তৌই খঙব্রা?"

কুন্দনা হংলকই, "করি তৌই?" হীরানা মঙক-মনা হাইরদুনা হায়-রকই, "ঐ খুদক্কু মক্তদা চাঁড়াল কবিরাজগী মযুম তাম্না চৎলে। মঙোন্দদি, হেক চাবদা মী শিবা হু ভাক্তা পিক থম্না লৈ।"

কুন্দনা ইংথনা খোহাং শোয়া হায়রকই, "অদুদগীদি?"

হীরানা হায়রকই, "ঐ হু চাদুনা শিগ্রগে হায়দুনা হু লৈরুরে, অদুবু

মমৈথংদা, মীতোপকী দমক্তা ঐ কৈদোদনা শিজরুদগে হায়না খল্লক্রে। অদুনা হুদু কৌটাদা হাপচিল্লগা উপুদা অদুম্মক থমজিনখ্রে।"

অসি হায়রদুনা হীরানা অতোপ্পা কা অমদগী মাগী উপুদু লৌরুরে। উপু অসি হীরানা মাগী মবুঙোগী য়ুমদুদা কংবা অরেম-অরাক, মনা অমসুং হুরানপোৎনচিংবা থমজিল্লবা য়ুমডদা থম্মি।

হীরানা উপুসিদা মহাক্না কৈকবা হু মস্নোমদু থমজিনখি।

উপু হাংদোক্লগা হীরানা কৌটাদা য়াওরিবা হু মস্নোমদু কুন্দদা উহল্লক্রে। মতমদুদা হীরানা ভা-মিতারবা হৌদোংগুম কুন্দনা মস্নোমদ মুম্না য়েংলক্রে। মতমদুদা হীরানা বাখল কৈরেংনখিদুনা উপুদু খিংজিনবা কাওথোকখিবগী মতাগুম্না কুন্দদা থেমজিন-বাকৈ ভাংথবা কৌরক্রে। তাঙ্গাসিদা থঙ্কোদনা অয়ুক ভস্তাডদা, নগেন্দ্রগী দোলাল মনুংদা য়াইক-থুদমগী মোটবুং মথোল অমসুং থোল্লাও তারক্রে। ভক্রতনা হীরা কীংনা য়েংটনবা চেনখ্রে। লাইবক চাওবী কুন্দন-ন্দিনীনা তাল্লক্কুদা কৌটা মনুংদগী হুগী মস্নোমদ হুরাগহৌরে।

## নিফুলিপালশুবা মতাং

## কুন্দগী থবক্তা-খুৎ-হাবা

হীরানা য়োরক্লগা মোইবুং থোংলিবগী মরমদা উরিবা থবক্কু, অজানবদা করিমতা ভাব তাদ্রে। মহাক্না উবা হায়ববু, চাওরবা কা অমগী মথংদা য়ুমডগী নুপী অঙাং কনামতা চিথবা লৈতনা কনানো অমথকপু কোয়শিল্লদুনা য়াম্না নিল-থোংলি। ময়ামদুনা কোয়শিল্লদুনা হৈয়াং লাংলিবা মীড—নুপীনি—হীরানা মাগী মশম মথৈদি উবা ফংই। হীরানা উরকই, শময়াম অদু কোশল্যানচিংবা মীনাইনুপী কয়ানা মনম হুংশিরবা থাও তৈরদুনা শমজেংনা তরু তরু হাংশি। মাবু কোয়শিন্দুনা লৈরিবা ময়ামগী মরক্তগী কনাগুম্বনা নারিং, কনাগুম্বনা কপ্লি, কনাগুম্বনা চৈখি, কনাগুম্বনা আশীর্বাদকী বাঙাং

ঙাংলি। নিপামচা হূপীমচাশিংনা জগোই শারি, ইশৈ শক্রি অদুগা খুবাক খুরি। ময়ামদুবু কোয়র-কোয়রদুনা কমলমণিনা মোইবুং খোংলি, হূলূধ্বনি তৌরি অমসুং কপ্না কপ্না নোক্লি—অদুগা মরক মরক্তা কোইরৈ-লৈনা য়েংলগা অমুকসু জগোই শারি।

মদু উবদা হীরা ইঙক ঙকপ্রে। হীরানা কোয়শিল্লিবা মরক্তু দা মঙক লিংশিল্লগা মূনা য়েংলকই। হেক উবদা মহাক চংঙক-মাইঙক্লপ্রে। মহাক্না উরকই, সূর্য্যমুখীনা দোলালগী লৈমাইথক্তা কম্লদুনা খোইথুম্লবা হূংশি মীনোক নোক্লদুনা লৈরি। কৌশল্যানচিংবনা মাগী ইপুন-পূনশিনথ্রবা শম মযামদু লৈনম্না-হারবা থাও তৈরি, কনা-অমনা শমজেংনা হাংথরি। কনা-অমনা অচোংপা ইরু থুদৈনা মাগী মথাদু তকথোক খোংতোক্লি। কনা অমনা মানা হাম্না শেং-চায়ম্বা লিক-কোল পুম্নমক শিজিন-খোংচিনবিরি। সূর্য্যমুখীনা ময়ামদুগা লোইননা হূংশিরবা বাঙাংদা বারি শারি—অদুবু ইকাইবনা মমাইদি ঙাংলি, হাইফেং মরাল লঙজরবী অমা ওইনা খোইরুম মীনোক তৌরি। মথজাইদা হূংশি-ইকাংনবগী ইরা চেহুরি।

সূর্য্যমুখীদি শিগ্রবনি ; মহাক অমুক হল্লক্তুনা ইমুংদা ঙাম্থোইরয়ে, হূংশি-মীনোক নোক্লয়ে, মদু মমিংমক্তা উর'ক্লাওবদা হীরা পাক হেক থাজবা ঙমদ্রে। হীরানা লোল্লপ ইমুংগী হূপী অমদা হংঙকই, "কনানোনে হূপী-সিবো ?"

বাদু কৌশল্যা কোক হেক তাথোকপ্রে। কৌশল্যানা হায়রকই, "খঙদ্র-বোইরে তাং-হৈবী ? ঐখোইগী যুমগী মবেম্মনে, অদুগা নংগীদি যমনে।" কৌশল্যাগ নহাল মথৈ হীরাবু কিবনা হুয়ানবীগুম লৈক্রুয়বনি, অদুবু ঙসিদি তাঙ্গা ক্কংলদুনা ঙমজবমথৈ মঙক হাইগংলক্লে।

মশম-মনা ফী-রোন পুম্নমক শেমজিন খোংচিনবা লোইরগা, ময়ামগসু বারম কয়া কয়া হংদোক-হংজিন তৌনয়বা তুংদা, সূর্য্যমুখীনা কমলদা য়াম্না লোন্না হায়রকই, "ইবানি চংমিন্নদুনা অমুক্তং কুন্দ উনক্লসি। ঐগী ইকমদা

মহাক্কী করিগুম্বা মরাল অমতা লৈতে—অদুগা ঐনসু মাবু শাওবা লৈতে। মহাক হৌজিক্তি ঐগী পোকমিম্নবী ইনাও ওইরবনি।"

কমলগা সূর্য্যমুখীগা মথোই অনিতমক কুন্দ ঊনবা লাক্লে। অদুবু মথোইদু য়াম্না থিন্থখ্রে। য়ৌরক্লবা তুংদা কমলমণিদু তুজুংবা অকিবা শক্লমগা লোইননা কুন্দগী ইমুংদগী থোরক্লে অমসুং য়াম্না কিংনা নগেন্দ্রবু কৌরুনবা মী থাখ্রে। নগেন্দ্র য়ৌরক্লবদা, ইনম্মশিংনা কৌরি হায়রদুনা কুন্দগী কা অদোমদা তাক্লে। নগেন্দ্র কাদুদা চংলক্লে। খোঙজিন্দা সূর্য্যমুখীগা থেংনরে। সূর্য্যমুখীদু কপ্লি।

নগেন্দ্রনা হংঙকই, "কৈদৌরবগে ?"

সূর্য্যমুখীনা হায়রকই, "মাঙলে। ঐ হৌজিক্তা থঙলে, ঐগী ইরাই-বক্তা নোংমতা ফাওবা সুংঙাইবা হায়বদু তম্লমদ্রবনি—অদু নত্রবদবু ঐহাক্না অমুক সুংঙাইজবা হৌরকপদা ঙাইরিঙৈদা অমুক তমথীবা থোদোকসি কৈদগী থোক্কদগে ?"

নগেন্দ্রনা কিরদুনা অমুকসু হংঙকই, "কৈদৌরবগে ?"

সূর্য্যমুখীনা অমুক হন্না কপ্লদুনা হায়রকই, "কুন্দবু ঐহাক্না য়াম্না নৌরি-ঙৈদগী য়োকথংলকপনি, হৌজক্তি মহাক ঐগী ইনাও ওইরে, মচে অমা ওইনা ঐহাক মাবু সুংশিনা তরাম-তরাম কোনগে থন্দুনা লাকপনি। ঐনা থঙবদু মঙলান তাখ্রে। কুন্দ হু থকখ্রে।"

নগেন্দ্র। অওইত্ররনে!

সূ। নহাক মাগী মনাক্তা লৈবিয়ু—ঐহাক ডাক্তর মাইবা মাইবী কৌহল্লুথিগে।

অসি হায়রদুনা সূর্য্যমুখী চংখ্রে। নগেন্দ্র মথন্তমক কুন্দনন্দিনীগী মনাক্তা চংলক্লে।

নগেন্দ্রনা চংলক্লগা উরে, কুন্দনন্দিনীগী মমাইদু মুগুক মুশিনখ্রে। মমিং তুকথখ্রে, মশা পুম্বদু পুমহিক হিকথখ্রে।

## নিফুম্মা শললগুম্বা মতাং

# হৌজিক্তা ৱা ঙাংলক্লে

কুন্দনন্দিনীনা কাংথোক্লগী কম্‌দা মকোক ঙাথরক্তুনা লৈমাইথক্তা ফক্লি—নগেন্দ্রনা মনাক্তা চংলকপদু উবদা মমিত্তগী মপিত্র থঙহৌদনা চাংজো-পানা চেম্থরক্লে। নগেন্দ্রনা মনাক্তা লেপ্লরবদা, কুন্দত্র থদংশিন্নবা উরিগুম মাপী খোঙথক্ত্‌দা মকোক শোক্লা তুথরক্লে। নগেন্দ্রনা খোল তনিক তনিক্লা হায়রকই, “করিনো তৌরিবদো কুন্দ! করি ইয়াল লৈদ্রুনা নহাক ঐবু থাদোক্ত্‌না চৎকদৌরিবনো?”

কুন্দদি কৈদোম্নুংদা মপুরোইবগী ৱাদা খুম্বা তৌদে—ঙসিদি মহাকী পোলোই মতমদা করিমতা চিংনদনা মপুরোইবগা ৱা ঙাংনরক্লে—হায়রকই, “ঐগী করি ইয়াল লৈদ্রুনা নংদি ঐবু হুন্দোকপিরিবনো?”

মত্র তাবদা নগেন্দ্রদু ৱা ঙাংদনা, মমাই লুকথদ্রুনা কুন্দনন্দিনীগী মনাক্তা ফম্লে। মতমদ্রদা কুন্দনা অমুক হায়রকই, “মতম থরদংগী মমাংদা—করিগুম্বা নংনা অস্থম্না লাক্ত্‌না অমুক্তং কুন্দ হায়না কৌবিরম্লবা—মতম থরদংগী মমাংদা করিগুম্বা নংনা অমুক্তং মতৌ অস্থম্না ঐগী ইনাক্তা কম্বিরম্লবা—ঐ কৈদোম্নুংদা শিজরম্লোইদবনি। ঐদি মতম থজিক্তা মঙাইরি নংবু ঐগী ওইনা ফংজবা—নংবু য়েংজবদা ঙসি ফাওবা ঐহাক পেঞ্জবা পোক্তি। ঐ কৈদোম্নুংদা শিজ-রম্লোইদঁবনি।”

মুংশিবনা থক্লবা তাশোনগুম্লবা ৱাহৈশিংসি তাবদা নগেন্দ্রত্র থুকউ মথক্তা মৱাইবক ঙাথরক্তুনা তুমিম্না লৈপ্রে।

অত্রদগী কুন্দনা অমুক হায়রকই,—কুন্দ ঙসিদি য়াম্না ত্রো ত্রো লাওরবী অমা ঙল্লে, মহাক্তি অমুক হন্না মপুরোইবগা ৱা ঙাংনবা ফংজগদবা হুমিং লৈত্রে—কুন্দনা হায়রকই, “মুংঙাইতে, নং অত্রম্না ৱা ঙাংদনা তুমিম্না লৈগনু।

ঐহাক নংগী মাইথোংদুদা নোকপদু উনা উনা শিজখিবা ওমত্রবদি—শিরবস্থ হুংঙাইগদবা নৈতে।"

সূর্য্যমুখীসু বাহৈসিমক হায়রখি ; পোলোইগী মতমদদি পুন্নমকসি চপ মান্নে।

মতমদুদা নগেন্দ্রনা মথবাই শোক্লদুনা বায়বা খোনফমনা হায়রকই, "করিগী দমক্তা নহাক অসুম্বা থবকসি তৌক্লরিবনো? নহাক ঐবু করিগী অমূক্তফাও কৌরক্তিরবনো?"

কুন্দদু নোংখোং হুইনা মরোল মরোল হৌজিল্লক্রবা নোংলক্তা কুপ্পা নোংথাংওম মেঙনা হুংশিরবা অঙকপা মীনোক নোক্লদুনা হায়রকই, "মদুগী বাহু থম্নুরম্ন। ঐনা হায়রখিবদু, চিল্লাং-খরাং অতক পংহায় হায়রখিবনি। নং য়ৌরক্তিরৈঙগী মমাংদগী ঐহাক পুক্লিংদা লেপথ্রবনি, নংগী নশক্তং উরগা শিরগে হায়রবসি। পুক্লিংদা চপ-মুংনা থনগ্রবনি, করিগুম্বা ইচেনা হল্লকপা থোক্লবদি, মঙোন্দা নংবু শিন্নরম্নগা ঐহাক শিগ্রগে—অমুক হন্না ঐহাক মাগী হুংঙাই-লম্বেলদা শৌ ওইনা লৈরবোই। ঐহাক শোইদনা শিরগে হায়রবসি কম্না লেপ্লবনি—অত্রবু নংগী নশকসি উরবদি ঐ শিনিংবা পোক্তে।"

নগেন্দ্রহু করিগুম্বা পাওখুম অমতা পিবা ঙমত্রে। ঙসিদি মহাক নুপী-মচা বাঙাং-হৈশিংদবী কুন্দনন্দিনীগী মফমদা লোন থোক্তবগুম্না লৈখ্রে।

কুন্দসু ঙহাক ভুমিম্না লৈখ্রে। মহাক বা ঙাংবগী পাঙ্গল লৈশিল্লক্তরে। অশিবনা মাবু লাকনীঙ্গক্রে।

মতমদুদা নগেন্দ্রনা অশিবগী-মমিনা-উক্রম-লাংশিল্লক্রবা মাইথোংত্রদা হুংশি-মকালাম্বগী মওং উবা ফংলক্রে। মহাকী অদুম্বা থম্মোইতুনা-চৈনা-খোল-লাংলবা মচিনবান্দা হাইফেৎ-কুম্নকপা·নোংথাংবু·ঙমজরবা মীনোক অমতং নোকখিবদু, নগেন্দ্রনা চহি অহল ওইরক্লবা মতম ফাওবদা গুক্তাও কাওবা ঙমখিদ্রে। কুন্দনা অমুক মতম থবদং পোথারগা, পেলহৌদবগী মতৌ-ঙম অমুকহন্না যানা-স্বর-শাংনা কোমদুনা হায়মকই, "ঐহাক বা ঙাংনিংবগী

ইথৌ লাংবসি কোকপা ভমদ্রে—ঐহাক নংবু লাইমক্কি হায়না থঞ্জে—কৈদো-হুংদা নমাংদা য়া কাথোক্কনা বা ভাংবা ভমজরক্কে। ঐনা নিংজবসি মপুং কাবা ভমদ্রে—ইশাসি তুকথরক্রে—চিনবান থক-থা কংশিল্লক্রে—লৈমেং কাজিল্লক্রে—ঐগী মতম লোইশিল্লক্রে।" অসি হায়রগা কুন্দ কমুংদা ভাথবহ তোক্কনা লৈমাইথক্তা হিপথরগা নগেন্দ্রগী মতম্বাক্তা মকোক ভাথরক্রে অমসুং মমিৎ উইশিল্লহনা তুমিন্না লৈথ্রে।

ডাক্তর লাক্রে। মুন্না চংখোন্না য়েংলগা হিদাক থাদ্রে—আশা লৈদ্রে হায়বা উরহনা মাইথোং মক্না হনগ্রে।

অদুগী তুংদা মতম য়োশিল্লক্রে হায়বা খঙলহনা কুন্দনা সূর্য্যমুখী অমসুং কমলমণিবু উননিংই হায়রক্রে। মখোই অনিমক লাক্রবদা, কুন্দনা মখোইগী খুয়াগী উকুল লোয়ে। মখোই খোঞ্জেল বাংনা কপ্পরক্রে।

অতুদগী কুন্দনন্দিনীনা মপুরোইবগী মখোঙ অনি কারক্তা মমাইচ লৈ-থরক্রে। মহাক্না তুমিন্না লৈখিবহ উবদা মখোই অনিদু অমুক্তা হন্না হোৌনা কপ্পক্রে। অদুবু কুন্দদি বা অমুক ভাংখিদ্রে। অসুম অসুম জ্ঞান মাঙশিল্লক্কনা খোঙলক্তা মকোকতু থম্লগা নোৌনা মথোক কাজরক্লিবী কুন্দনন্দিনী মথবাই থাগ্রে। মকা লাম্না শাংকাইজদ্রিবী কুন্দলৈরাং কংগ্রে।

অহানবমক্তদা কপ্পা লেপ্তুনা সূর্য্যমুখীনা নোঙ্গাথ্রবী লোম্নবীতবু য়েংলগা হায়রকই, "লাইবক ফবী! নংগুম্না লাইবক ফবী ঐসু ওইজগে। মতৌ অসুম্না ঐসু ইপুরোইবগী মখোঙদা কোকসি থমজহনা পুন্সি মতোল লোমজ-খিগে।"

অসি হায়রহনা সূর্য্যমুখীনা মমিত্তা শিগী ইরানা থল্লবা মপুরোইববু মখুৎ শমহনা অতোপ্পা মফম অমা তান্না পুথোকখ্রে। মতুংদা নগেন্দ্রনা পুক্কিং বানা ফাথরহনা কুন্দবু তুরেল মপাল তান্না পুরগা হোৌনবী সংকারনচিংবা তৌহনা চাংদম্নিংঙাই লৈত্রবী শনাগী মুত্তিহবু তেংবান্দগী শকলোংহনখ্রে।

---

## য়াংথৈগুবা শতাং
# অরোইবা

কুন্দনন্দিনী লৈখিদ্রবা তুংদা মরাম্মক হংনরক্লে, কুন্দনন্দিনীদি হু কদাইদগী কংলুই ? মসিগী মরমদা মরাম্মক চপ মান্নবা চিংবৈ, মসি হীরাগী থবক ওইরমগনি হায়না।

মতমতুদা হীরাগী মশক ঊবা ফংদ্রবনা, নগেন্দ্রনা মাবু কৌরুনবা মী থারে। অদুবু হীরাবু থিবা ফংদ্রে। কুন্দনন্দিনীনা শিবা মতমতুদগী হীরা মাওংখ্রে।

মতমতুদগী কনাগুম্বা অমত্তনা লমতুদা হীরাবু উবা ফংখিদ্রে। গোবিন্দ-পুরদা হীরাগী মমিং অমুক তাখিদ্রে। অমুক্তং চহি অমরোম লৈরগা মহাক দেবেন্দ্রগা উনবদি লাকখি।

মতমতুদা দেবেন্দ্রনা থাখিবা হু-পান্থীগী মহৈ য়াল্লে। মহাক য়াম্না তুক্কচরবা লায়না পল্লে। অদুগী মথক্তা য়ু থকপতু লেপ্তুবা মরমদগী অনাবতু ফংনবা ওম্বা থোক্লে। দেবেন্দ্র শিরমদাইগী ফমুংদা য়াত্তাদুনা লৈখ্রে। কুন্দনন্দিনীনা লৈখিদ্রবা মতুং চহিমুক লৈরগা দেবেন্দ্রসু মথবাই লানখ্রে। শিগদবা মুমিং হুম্নি মরিনি লৈরিবৈ, মহাক্না ফমুংদা য়াম্ফক তানা হোগং-কাংথংপা ওমদনা লৈরিবৈদা, মাগী থোঙজিন্দা য়াম্না নিন-খোংবা অমা তৌরকই। দেবেন্দ্রনা হংঙকই, "কৈদৌরে ?" মনাইশিংনা খুম্মকই, "অঙাওবী অমথক ইবুঙোবু উনগে লাক্লি। থিংবা লাক্লববু শুকয়া য়াদে।" দেবেন্দ্রনা য়াথং পিরকই, "চংহল্লকউ।"

অঙাওবীতু ইমুংদা চংলক্লে। দেবেন্দ্রনা উরে, মহাক্, য়াম্না শাথানা তোনগ্রবী মুপী অমনি। মহাকপু অঙাওবী অমনি হায়না কন্না লৌরুনবা মরম থোইনা উদে—অদুগা য়াম্না তোল্লবী চাক্লিবী অমনি হায়নদি থল্লি। মহাক চহি খোইনা পংয়াম য়ামত্রি অমসুং মমাংঙৈদা ফজরম্বগী খুদম পুম্বা হৌজিকসু লেংদ্রি। অদুবু হৌজিক্তি মহাক শাথীনা অরাবদা তারে।

শেৎলিবা মফীদু ওস্তোক্না মোৎলে, শেগাইবশী কোৎপনা পুমথন থনগ্রে, অদুগা পিক্লিবসু থুকউ মথা লৈথদ্রে, মদুনা কোক নংগন কুপ্পা থুংদ্রে। মশম মনা থোইজুনরে, পুনদ্রে, উকুল বাইফুল ছাক্না ভাইগ্রে - করিগুম্বা মকমদা জটা তাখিবসু য়াওরে। ময়েক-মহাও থোক্‌ৎবা মশাদু ভুয়ানা থল্লে, লৈথোম লৈনাং পুমডৈ তৈরে।

চাক্লিবীত দেবেন্দ্রগী মনাক য়োয়ক্লগা অসুক্কী মতিক থানা য়েংলক্রে, মদু উবদা দেবেন্দ্রদু থওলে, মনাইশিংনা হায়বদ অচুম্বনি—মসি অঙাঙবী অমনি।

অঙাওবীদুনা কনা কুইনা য়েংলবগী তুংদা হায়রকই, "ঐবু শক থঙদ্র-বরা? ঐ হীরানি।"

মতমদুদা দেবেন্দ্রসু শক থঙলক্রে, হীরানি। ঙক্লদুনা হংলকই, "নংগী অসুক শাথীবা দশাসিদি কনানা থোকহল্লিবনো?"

হীরানা মমিং ঈ কানা মচিনবান চিক্লদুনা খুদুম চিংলগা দেবেন্দ্রবু ফুগে হোৎচল্লকই। অদুদগী থংলেপ লেপ্লগা হায়রকই, "নংনা অমুকসু হংবা শারি—ঐগী দশাসি কনানা থোকহল্লিবনো হায়না? ঐগী দশাসি নংভনা থোকহনবনি। হৌজিক্তি ইশক থঙদ্রে—অদুবু নোংমা ঐঙোন্দা চিরোন্দি কম্না তৌথি। হৌজিক নং কাওগ্রে, অদুবু নোংমা কা অসিদা ফম্লদুনা খোঙসি পায়দুনা (অসি হায়রগা হীরানা কাংথোল মথক্কা মখোঙ থাঙৎলে) নংনা শকখি—

"'স্মরগরলখণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং
দেহি পদপল্লব মুদারম্'।"

অসুম্বা বা কয়া চিংথোক্লনা হায়রগা অঙাওবীদুনা অমুক হায়থরকই, "নংনা ঐবু লুখাক তাহন্দুনা খোঙপাক্না কাওদুনা তাম্বোকরকপা মুমিত্তদগী, ঐহাক অঙাওবী ওইরবনি। ঐ ইশা ইথম্না হু চায়গে থোয়াংলুরবনি—অদুবু হুংঙাইবা বাকম অমা নিংশিংলক্রে—হুদু ঐহাক্কদি চাদনা নঙোন্দয়া নত্তনা নংগী কুন্দদয়া অমদদি পিজগে হায়না থন্দুনা, মতম থয়া ওন্মিমথৈ ঐগী লাম-

নাসি ফাথডুনা থমখি। ঐগী লায়নাসি অমুক অমুক হেক হৌই, অমুক অমুকসু ফথি। ঐনা ঙাওরক্লবা মতমদা য়ুমদা চৎথোক্কনা লৈ, ফয়রক্লগনা থবক ইংথাং নোম্মি। মমৈথংদা নংগী কুন্দদা হুড় পিজডুনা ঐনা নিংবা থুংলে, মহাক্না শিবা উবদগী হৌনা ঐগী অনাবসি হেনগৎখ্রে। অমুক লোত্তুনা থম্বা ঙম্মরোই থংলডুনা—ইপাম লমদম থাদোক্লক্লে। ঐ অমুক চাবা কংখ্রে—অঙাওবীবু কনানা পিজবিগনি? অত্নদগী ভিক্ষা তৌরক্লবনি—কবা মতমদনা ভিক্ষা তৌই; অনাবা হৌরক্লগনা উথাদা চিপ্তুনা লৈ। হৌজিক নং শিদোরে হায়বা তারত্নুনা অমুক্তং থবাই মুংঙাইনা নশক্ত, য়েংগে লাক্লিবনি। ঐনা আশীর্ব্বাদ তৌরি, নয়ক্তা কাওবা নংগী চয়কম লৈতবা ওইরসনু।"

অসি হায়রত্নুনা অঙাওবীহু থোঙ্গেল হৌনা নোকথংলক্লে। দেবেন্দ্র কিয়ত্নুনা কমুংগী নাকল অমদা থৈজিনখ্রে। কৌয়ানা অত্নদগী জগোই শানা-শানা ইমুংদগী মপান থোক্লক্তুনা ইশৈ শক্কৎলকই,—

"স্মরগরলখণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং
দেহি পদ পল্লবমুদারম্।"

মতমত্নদগী হৌনা দেবেন্দ্রগী শিরমদাই য়াতাবহ্ন তিংথংথক্তা হিপ্পগা চপ মায়খ্রে। শিগদবা মতম থজিক্তংগী মমাংদা বুদ্ধি চোইরকপগী চোইরোল লোল্লকপদা দেবেন্দ্রনা অসিতমক ঙাংখি—

"পদপল্লবমুদারম্" "পদপল্লবমুদারম্"

দেবেন্দ্রনা শিগ্রবা মতুং হুন্নিং কয়ানিমুক মাগী লৈকোল মনুংদা অহিং থেংলবা মতমদা থোঙঙাকলনা অকিবা কন্না নুপীনা শক্লকপা তাখি—

"স্মরগরল খণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনং
দেহি পদপল্লব মুদারম্।"

ঐথোই হৌজিক্তি হু-পাম্বী লোইশিনে। পুক্লিংদা থাজে, মসিনা য়ুমথোং থুদিংদা অমুত্ত পিনগনি হায়না।

লোইরবা।